


# লেরোল্ তেঙ্থা

অহানবা ফোঙবা

ফেব্রুৱারী, ১৯৯৬

ফোঙবা

চন্দ্রসিং মেমোরিয়েল মনুস্কৃপ লাইব্রেরী
ইম্ফাল

কপি মশিং

১,০০০

মখুমগী শক্তম : "সমন" য়েকপা

এ. চিত্রেশ্বর শর্ম্মা

নম্ফম

পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ)
পাউনা বজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

মমল

লুপা ৬০/

# LEIROL TENGTHA

Leirol Tengtha, description of flowers in archaic Manipuri and believed to have been written during the time of King Charairongba (1698-1709), is one of the finest literary products of Medieval Manipur. Often in ballad forms with regular metrical rhythm, the book contains specific descriptions and accounts of one hundred and twentyone flowers with extensive allusion to other native flora. A flower is described, its beauty sung, its fragrance immortalized, and sometimes an image from it created or a moral lesson drawn to awaken us to the meanings of life. This is a common phenomenon particularly of the ancient and medieval literature of the world. Nature has always kept men amused, and has been, for some, a perennial source of inspiration to achieve stupendous creative heights. We have Kalidas and Wordsworth to name two of the greatest. Then we have Shelley and Keats, and the Herricks of the world all singing of nature and always contriving to bring it close to human beings.

Leirol Tengtha is not written exactly in the way these masters have conceived about nature and human life. Nor can we say it has artistic finesse and brilliance of the world's great poetry. First, it is the description of flowers, all about them — stems, leaves, buds and petals, in beautiful poetry the rhythm and music of which have charmed the natives

even to this day. Of course, Leirol Tengtha has been sung to the accompaniment of Pena and other musical instruments. But the book is not merely a description of flowers. One aspect of the book is the cryptic indication that runs throughout it. The book is postulated to recognize in it the Flower of flowers — the Flower that is old as the ages, that does not wither in time but blooms in every household and belongs to everyone. Further, the description of the flowers and in the allusion to other vegetation one can see some elemental, some universal patterns forming themselves into beautiful images and symbols such as of birth, growth and old age — young shoots and buds signifying early age, full blooms the prime of life and fading ones old age.

Another striking feature is the scientific temper of the poet which is well expressed in his keen observation. His sense of observation, his power of description can hardly be matched. What is more, the description of a flower, of its colour and smell, or the mere allusion to some plants and roots, becomes pregnant with meanings and suggestions akin to the secrets of human life.

This rendering of Leirol Tengtha into modern Manipuri will be a great help to understanding the beauty and wisdom expressed in the original text.

Ng. Iboton Singh

# লৈরোল্ তেঙ্থাগী মরমদা

লৈরোল্ তেঙ্থা/লৈরোল্, অরিবা মৈতৈ সাহিত্যগী অথন্নবা লাইরিক্নি। লাইরিকসি মৈদিংঙু চরাইরোংবা (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৯) গী মতমদা ইরম্বনি হায়না লৌখিদ্রবা শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিং, পণ্ডিত অচৌবা, সাহিত্য রত্ননা তাকপিরম্মী। লাইরিকসিগী ৱাহৌদোক্কী শরুক্ত তুবী চরাইরোংববু খুরমজরগা ইবা হৌজগে হায়না য়াথং নীজবা মতাং অসিনসু তাকই। লৈরোলদা শীংথারিবা থৌদৌক ৱারী, লোন্ অমসুং ৱাহে, পাউরৌ পাহ্নে, লৈ মখল, শন্ন হায়রবদা মৈতৈগী হে অমা লৈ অমা হায়বা প্রভাবত নীংথিজনা শৈথাদুনা ফোঙদোকই। খুদম ওইনা - লৈ ৩৪শুবা, অরিবা লাইরিক্কীনা ৩৭শুবা লৌখৎচরি - "লৌৱায় য়ুপুঙকোই য়ুনারেক, চিবা পাউনাইদবা, ফক্লাং থেংকোইবনা য়ারেন্ খোঙ্থৈ চিক্ল ৱাকয়ে হিদম্ চৈ, চিব মৈনা হোৎনা লাইজ য়িরান্ চৈ, থিক্লোয় তাংচৌবনা মপাল্ চৈরে ফিরাল্ সারক্লে।৩৭ অদুসুঙ্ মতোম্দে" অমনা লৈ ১১২ শুবা, অরিবগীদা ১২০ শুবগী মতেক অমতংগা য়েংবীয়ু - "নোংবাল্লোল্ নুমোইনু অহোঙবী, নোয়ন ঙম্তম্ফম্, মোংব সাপই (সাপৈ) মাঙ্দ অয়াঙ্ চারালোই, খারা খেক্বায় নপূঙ্লেল্ খুদানন নোয়না ঙম্তম্ফম্, মঙাং কোরি থরাওচি থোঙ্লেল্ পাওৱাক্ন, কসা পাওতাক্ফম্, ঙান তওসুফম্ (তৌসুফম্), হাওরৈ মতম্ হইবী (হৈবী) নোয়ন ঙম্তম্ফম্দ হওব (হৌবা) লৈবু লৈয়ে . . ।" অসিনচিংব মীওইবগি মথোৎ কারকপবু পকৃতিগী ফজবদ, পুক্নি মতম লোইরকপবু নুমিৎ তারকপা অমদি লৈমল্ চল্লকপদ শৈথাদুনা মরোন্ নাইবা অর্থ কয়া ফোঙদোক্লি।

মণিপুরী সাহিত্যদা ফোঙদোক্লবা লৈরোল লাইরিক অহুম লৈরে। অহান্বদা শ্রীরাঃ কুঃ স্নাহল বি-কমনা সম্পাদন তৌদুনা ইং ১৯৬৫ অমসুং ১৯৭২ দা পুথোকখিবা লৈরোন। ইউনিভরসেল্ লিটরেরী এসোসিয়েসন খুরাইনা মার্চ্চ ৩১, ১৯৮০ দা ফোঙখিবা চুথাম্ মনিক্ নীঙ্শিং পেনা ঈশৈ ফাংনবদা শকখিবা অশৈবা

শ্রীনিপামচাগী 'কোনবীরৈ', শ্রীরাজমণিগী "য়েরুমলৈ", শ্রীনিমাইগী "লৈশং খেক্‌ৱাইবা" অমসুং শ্রীমোহোরীগী 'মৈলৈ লৈম্না' লৈ মরিগী খোম্‌জিন্বা লৈরোল অমসুং শ্রীখুমন্থেম ধরনেশ্বরী দেবীনা শ্রীঅমোম্ খোঙনাং অমসুং শ্রীনামৈরাক্‌পম্ ইবেনী দেবী অনীদগী খোমজিন্ব খোংজোম পবর্ব ঈশৈগী লৈরোল্, লৈ ৪৪ শৈথাবা, পিপলস ম্যুজিয়ম কক্‌চিংন ইং ১৯৯০ দা ফোঙদোকখিবা অসিনি। লাইহিক অহুমসিগী মরক্ত পুথোকচরিবা শ্রীচন্দ্রসিংহ লাইব্রেরীগী "লৈরোল্ তেঙ্‌থা" গা নকশিন্নবদি শ্রীস্নাহল বি-কম্‌গী লৈরোলনী। শ্রীস্নাহনগীদা লৈ ১০১ য়াওরি। লৈরোল্ তেঙ্‌থাদনা অরিবদা লৈ ১২১ অমসুং ঐখোয়না নৌন লেপচবা মশিং লৈ ১১৩ য়াওরি। লাইহিক অনিসিদা ৱাহৈ ৱাতা থক-খা ওন্নবা অমসুং লৈ মথং মনাও ওন্নবা নত্তনা অয়াম্ব মাগ্নে। অদুগা খোংজোম পবর্ব ঈশৈগী লৈরোল অমসুং পেনা ঈশৈগী লৈরোল অশৈবশিংন শৈথারিবশিং অসিগদি খেন্নবা কয়া উবিগনি।

লৈরোল্ তেঙ্‌থাদা শৈথারিবসি লৈ মখলশিং, পাম্বী মখল্, চীং, পাৎ, তুরেল্, লোক্ অমসুং নিথৌরোলশিংগা মরি লৈনবা ৱারী থৌদোক-লম্মীৎ-তুমিৎকি ৱানী। মসিবু মগুণ হেনগৎহল্লিবদি থৌদোক্ক শাগোন্নরিবা লৈন মীশক ওইরক্‌পা, পুন্সি খোঙচৎক হৈ-লৈগা চাংদম্নরকপা, পাওরৌ-পাহ্বৈগা লোয়নবা ফজরবা ৱাহৈ-কয়াবু পেনাগী চৈজিং তাম্থা চানা শরুবগী অকরুবা ছন্দগী কায়াৎ মনুংদ পুশিন্ব অসিনি। মৈতৈগী অরিবা লাইহিকশিংগী মরক্ত লৈশেমলোল্, লম্মীৎলোল্, নিংথৌরোল্, লাইরোল্, পোম্বীরোল্, অমসুং মৈহৌরোল্" নচিংব অয়াম্ব লাইহিক্তগী 'লৈরোল্ তেঙ্‌থা' না লোল্, ৱাহৈ, পাওরৌ-পাহ্বৈ অমসুং ৱাখল্ মফোঙ্‌দোক্ত সাহিত্যগী মগুণ য়াওই হায়জনিংঙি। মসিদা নুংশি-নুংঙোল্, অকন অথৌ, পোক্‌পা-শিবা, মীরমলেল্ অমসুং লাইরমলেল্ লোয়ননা লৈবাক-নিংথৌ-চীং-তম্‌গী নীংথিবা থৌথোক ৱারী ময়েক শেংন উৎলি। অরি-অনৌ অনীগী ৱাখললোল্ অমসুং খুৎই নীংথিনা খঙলবা মতমদুগী ইৱাক্‌মশিংন চৈজিং শুবা অশৈবশিংগীদমক কয়ামুক নীংথিনা ইবিরম্বগে হায়বদু লৈরোল তেংথা পারগা খঙবা ঙম্মী।

লৈরোল্ তেঙ্‌থা উরুবদা মহাকবি কালিদাসকি 'মেঘদূত, রঘুবংশা, ঋতু সংহার', কবি ভবভুতিগী 'কাদম্বরি' অমসুং জয়দেবা কবিগী 'গীত গোবিন্দা'

লোয়ননা নোংচুপকি কবি (Horace Smith) অমসুং (W. Longfellow) নচিংবগী শৈরেংশিং নীংশিংহল্লি। খেন্নরিবদি পকৃতিগী নীংথিজবদা মীওইব পুন্সিগা চাংদন্নদুনা পোকপদগী শিবফাওবগী শকলোন কয়া মরিকচুম্না লৈরোল্ তেঙ্থাদা য়েকপা ঙম্বসিনি। অসিগুম্বা থোইদোকপা খুৎই-খুৎফোঙদোক সাহিত্যগী ইতিহাসতা অতাংব ওইগনি থাজে।

হায়জনীংবদি অরিবা লোন্দগী অনৌব লোন্দা হন্দোকচরুবা অসিনি। মসিনা লাইরিকসিগী মশাগী নীংথিজবা কয়া মাঙহল্লে। মরমদি ছন্দ-তাম্বা নাইবা শৈরেংগী ফজবা, বাহৈ মচল শেম্বগী নীংথিজবা অমসুং পাওরৌ-পাম্বৈ লোয়ননা মরোল নাইবা অর্থ ফোঙদোকপগী অঙকপা মগুণশিং অনৌব লোল অমসুং অর্থনা পীবা ঙমদে। শৈরেংগী নিয়ম ঙাকলুবদা অরিবা লোন্না পীরিবা অর্থ মপুংফানা য়ৌহন্ব ঙমদে। অমরোমদা মরোল্ নাইবা অর্থ কয়াবু অনৌব বাহৈনা ফোঙদোরুবা হোৎনরুবদা শৈরেংগী মশক মাঙখি। পীজরিবা অর্থশিং অসি চপ চাবা বাহনথোক নত্তে ভাব অর্থনা মপুংনি। মরমদি শৈথারম্লিবা লৈ নত্রগা মতাং কয়াবু অনৌব লোন্দ বাহম্থোক পিবা-হায়দোকপা খুদোংচাদবা য়াওই। খুদম অমা-অনীদং লৌখৎচরবদা "ক্যামলৈ" লৈ নত্তে, "লম্বা হিথাচৈ-চৈক্রি তাংদনব - পোইরৈ লান্দা লৈ" লৈ নত্তে, পোৎশক অমদি মীওইববুনি। "শিংঙেল লৈপুনসি" অসিনচিংব শৈথাশিং হৈ অমা - লৈ অমা হায়বদুসু ওইরক্লে। অসিগুম্ব খুদোংথিবা কয়া লৈজরবসু মৈতৈ সহিত্যগী ফজবা নীংথিজববু মীয়ামদা উৎথোকচনিংবদগী হৈত-খঙদা হোৎনজরুবনি, অয়োন অরান পুন্নমক ঙাকপিনবা হায়জরি। লাইরিক অসিগী নীংথিজবা অরিবা শৈরেং শৈথাশিং অসিবু শৈথাবিরম্বা হৌখ্রবা অশৈবা-ইবাক্‌মশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচবনা ঐখোয়গী পম্মুংনি।

অরোইবদা পঞ্জনীংঙি বনান অমসুং লাইরিকসি পুথোকচনবগী মতাংদ বাফম খরা। বনানগী শরুক্তা অরিবগী মশাগী ওইবা বানান্ লেংদনা থমজে। অনৌব বাহম্থোক্তদি হৌজিক চৎনরিবা অমসুং অরিবগী মওং খরা য়াওহন্নবা হোৎনৈ, চাংয়েংনি। অদুমকপু ঐখোয়গী পান্দম ঙাকপদা অশোইবা কয়া য়াওরম্লোই হায়নিঙাই লৈতে, অদুগীদমকসু ঙাকপিনবা হায়জরি।

লাইরিক অসি মণিপুরী সাহিত্যদা ছাপা তৌদুনা পুথোরুবগী মতাংদা ভারত সরকারগী নেশনেল্ আর্কাইব নিউ দিল্লীনা ইং ১৯৯৫-৯৬ কি ওইবা শেনগী

তেংবাং পীনবিরকখী। মসিমক নংলমদ্রবদি পুথোকচনবগী পাম্বে লৈতবনি। মসিগীদমক ভারত সরকার নেশনেল আর্কাইব্‌বকি থবক পুবিরিবশিংবু থাগৎচরি। লোয়ননা মণিপুর ষ্টেট আর্কাইবকি ডিপুতি ডিরেক্টরনা মমল য়াম্লবা তেংবাং পীনবিখিবগীদমকসু থাগৎচরি। লাইরিক মচাশিনা অরিবা মৈতৈ সাহিত্যবু মশক খঙহম্বদা থরদং মতেং পীব ঙমজরবদি হোৎনজরুবগী মহৈ য়াম্লে খঙ্গনি।

*সম্পাদকশিং*

**নরেন্দ্র**

**চিত্রেশ্বর**

# লৈরোল্ তেঙথা

হা হা, হে হে লিক্রাইঅ। ইপুঙথৌ নোংথৌরেল্ পুমাবঅ। নতাইরেম্ চিন্‌কোয় য়িৱাক্‌মনা। পোইলই রোইতাম্ বোইবকি। হয়া লাওনা তেংথাজররে। হা, হে হে লিক্রাইঅ। তুপী চিঙলাই নিংথৌ লাইরেল্ কাচেং ঙানবঅ। ইপুংথৌ লাইরেল্ কচেং ঙানবঅ। য়িপুংথৌ লাইরেল্। হে মীনুংবোন্অ। তুথা মংলই মচা। থামং নিংথৌ লাইরেল্ ৱাংকোল্ লইমচা। ৱাংকোল্ নিংথৌ থামং লোক্‌য়াই খায়, লাইচা য়ীয়াই খল্‌না লাইরেল্ সেন্‌লই য়ীরুতোং, পইরই য়ীরু ঙান্না চিঙঙু আচাউ মইকুম্‌না নতোম্ পান্‌ফাবা নোংথৌরেলঅ। লাইরেল্ চিঙখোঙ পুরিক্‌লাই, লিক্লাই লৈসংলেল্। ৱাংকোল্ লাই পাখং আতেংব। নতাইরেম্ য়ীরেম্ থাবা নিংথৌতি নিংথৌ তারা, ৱাংপা থাবা নিংথৌতি নিংথৌ তারা, লোকয়াই থাবা নিংথৌতি নিংথৌ তারামা, থামং থাবা নিংথৌ নিংথৌ তারামা, চিঙঙু থাবা নিংথৌ তারামা মাহৌ থকি মায়াং কোয়রোল্ তোংনা পাল্‌ফাবাঅ। নোংথৌরেল্ পুমাবাঅ, মায়াই কোয়রেল্ তম্বা য়াইনিংথৌ। চিঙঙু নিংথৌ য়োয়রেলবা, ৱাংবা নিংথৌ নোংসাবা, আরাং খাক্‌বা নোংসিঙ চা, নোংবাখঙ আতেংবা ক্রোউ সোয়লাতাবা, ৱাংপল্ হেন্‌জোতাবা। তুপী মইনা পুঙ, লাইরেল্ লুনা ৱাংবা। মইপী হাল্‌তোংপা মইরি তোম্‌সংবা।

---

*হা হে মঙাল্ লৈব ইবুংঙো। নিংথৌলক্তগী অথোইব। নঙগী ননাই অসৈবনা লৈবাক্‌সিগি মকুম্ মথা বোইবগী লাইসোন্‌বু সৈথা সৈশক্‌চররে। হে নঙাল্ লৈব লাইনিংথৌ। ইবুংঙো নিংথৌরেন মঙাল্ চাউব অথোইব, হেন্‌নুংশিচাউব। লাইদগী মথং মথং শম্‌থরক্‌প মচা বোইব। থমং পানাগি নিংথৌমচা, লাইগুম্ অথোইব ৱাংগোন্‌শঙ (চাবোকসঙ) লিংবীগি মচা (লৈম-নিংথৌবী মচা ওইবনা চাবোক্‌সঙদ নাওকোম্নক্‌প)। ৱাংগোল্ নিংথৌ। থমং লমুয়াম্ খায়, ঈশিং য়ীয়াই খল্‌না, সেন্দোই থক্ত তোং, অথোইব মৈ কৌব লাইগুম্, পোইবৈ শিম ঙান্, নদোম চাউন পাম্লিব নিংথৌরেন্-বো। অসংব মণিগুম্ ৱাংগোল্ লিংব, হেন্দোক্ থোইদোক্‌প অচৌব নিংথৌলক্তগী তোম্‌থিন্ ঙানব। নখাথাব মথা মাইকৈগী নিংথৌ তরা, পাৎপান্‌তাবা নিংথৌ তরা, লুৱাংগি নিংথৌ তরা, অঙোম্‌গী নিংথৌ তরামগী থক্ত ময়াই তাংবল্ ফম্ব। পানা তরুকী মপূ লাইগী নিংথৌ অথোইব। তাইবঙ সেম্ব মপুগুম্ নিঙবদ থুংব শোইদব। মৈজাউদগী থোক্লক্‌প মৈরিগুম্ব নুমিৎ কৌবলাইন অৱাংব থক্ত নোংমত সোয়দন নুমিৎ শিংবুম্ খায়দন ঙানবগুম্, নঙগী নতীক্ অহেম্বন লাইগী মচাগুম্ মমৈ পুঙব-মমাঙ ৱাংব। মৈগী মশকুম্ব, মৈরিগুম শম্লাইব।*

তুপী থিঙকোক্ লাইরেল্বা, লাইরেল্ চিঙ্য়া ফৈথিংবা, য়োয়বারেং লৈসংপা, য়োইখোম্থোক্ খোঙ্থোক্ নানৌপা, য়োইসোম্মেঙ্, সোম্মোঙ্ লৈনৌব। তুপীয়োয় থারা, থারা নোংতারেঙ্বা অ। নোংথৌরেল্ মালংনা সেম্বা সেল্কুম্বা, কক্বায় লাংনা তাওব সেল্কুম্পা, কোঙয়াঙ্ লাংসু ৰাকুম্পা, নম্খাঙ্ সানা য়ীকি ক্যাং কোন্ মাচঙ্ কুম্বা, সেল্বী তাইচিঙ্ লেল্কি হোইকি য়েল্। লোল্লোয় থাফাপা অ। নায়ুবা নোংপাল্ হোঙ্নেম্ লাৱাং নিংথৌ পুলসিপা, সাকৎ চিঙ্কি য়োয়ঙান্পা, লাংহে চিঙকি য়োয়ঙাল্পা। মাপাল্ কৌপারোন্ নামোইনু পায়মা লিন্কোকি চারোল্ তারেং নেম্চিল্পা, সুরোন্ তরুক্ তালফংপা। পাখং কুমচিং লোল্খোঙ্ তারুক্ ৰায়চিল্পা। নুরা কুম্চিং লোল্খোঙ্ তারুক্ তাল্ফংপা। ফাতারৈ নেমচিল্পা, য়াম্তারৈ চাইচন্পা, হূয়তোক্ কাপাক্ লইকি চীরীক্ য়োংফাং লই। চাহুই কাঙ্পা রইকি, কৌপা লুঙ্পু চিঙ্কি তাঙ লয় চাকল্ লই। আচঙ্পাপু কাইনা হুল্পা। নোংপাল্ মপা চা, লুবাং ময়েল্ লুনা ৰাক্য়ই ফাল্পক্ লউ, মারাং উকু হাল্তারিঙইতা হাল্না ৰাক্য়ই ফাল্পক্ লউ, মারাং উকু হন্ হাল্পা, হাঙন হাঙ্ন পল্থোংকা তম্হলপা। লয়কু য়ুসিল্পা, লইরাই খম্খাঙ্পা, তুরেল্ লাতাওপা, লইরাই হিকুম্ হিকা চাকা তাল্ফংব, নোংপাল্ লাৱাং লইম খোইয়াম্ তান্লোয় মরুম্পী, হাউকু রইমা লমতাং নিংথৌ চনু, লমতাং সেরল্ পীপানা

---

*লাইগী মচা ওইব। অচৌব চীঙ্বু ফৈন থিংঙম্ব। অচৌ অশাং ওইজরবসু অশংব লৈগুম্ (অয়াকপ লৈতন) নৌন থোং-মেঙ্ব। নিংথৌরোল্গী পরেং কাইদব নিংথৌ মচা। নিংথৌরেল্ন অমকপ য়াওদন পোক্প, [১]অতিয়াগী নুংশিৎত লৈব থৱানমিচাক্লুম লংব। লময়ায়দ লংন তাব কোন্গুম্ব। (লৈমায়দ লংন তাবা সেন্গুম্বা) ৰাগী মরক্ত লাংসোই মখোক্কুম্বা বা। নিংথৌ মচাশিংগি মরক্ত লাইসংদ কোন তোম্নগুম্ অখম্নবা। কবোগী তাইচিঙ্ চিঙ্দগি ফাব য়েন্গুম্ পাংদবা হাউ ফাববো। নপুবোক হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুলসিবনা সাকৎ চিঙ্দ মঙাল্চাউ, লাংহে চিংগি অথোইব নিংথৌ ওইদুন, কৌবুগি মচা নামোইনুগী মচা চারোল তরেং ফাও পুন্দিব, সুরোন্ তরুক্ তান্ফংবফাও পুন্দিখিব। পাখং ওইন কুমজা কয়া নুপী মরোল্ তরুক মথং মথং পাম্নদুন লৈখিব। ফত্তববু ফহনব, য়ামদবসু য়াম্হনব, হুই মতোক্ শাব লৈগুম্ব। চরোং ফাংন শাৎপ লৈ। চহুই কৌব কৌবু চীঙগি অতাঙ্ব লৈ। লুৱাংগী মপা মচা শকপ নুপাশিংন হি শানবা উ য়াম্নগ, উকু কেন্দ্রিঙৈ হি হাম্ন শাহৌব। উকু কেন্থ্রগসু হেম্ন খুৎলোইন হিসাব। অকুৎপদ হিথাংব, লৈরাইদ হিখাংব, তুরেল্ ঈপাকত হিহোন্তম্, হিগুম্ হিকানা অহোং-অতাংনঙ্ তাংজফম্ ওইবা। লুৱাংগীদি লৈম, নোংবান্ পুন্দিবগিদি তালোয়, হাউকু লৈম লমতং নিংথৌগী মমোম, সেরল্গী পীবা হাউব পুয়াম্বন পোক্পী,*

---

অতিয়াগী নোংপুব নুংশিৎন শেম্ব নোংথাংগুম্ব

পোক্পী, য়ুসিল্ লইমা চিঙনুং হাউপা চনু, হাউপা পুয়াম্পান পোক্পী, থীক্লেল্ তাল্কাঙনু, ঙানুরোল্ থোংঙাইপা চানু, য়ীরেম্ তাইতল্ লইমা, মোইনু চানু, মাপাল্ থারীচা মোইনুপানা পোক্পী। লেম্লই ঙামোইপানা য়েল্পী।

লাবাং মান্তংখুনা মল্চৎপী, নোংপাল্ মল্তংহল্না মল্হোল্পী। বাকয়ই তেংমাই থক্তা, লাইচা পুরাল্ য়াঙনা কাউকৌ য়েনাও লেম্লোয় নিংথৌ চানু। ঙানুরোল্ নাওসেং কাইপী, সেল্পা পোক্পী, চিঙ্য়ায় ঙানু থুম্পী, য়ীরেম্ নাওসংখুপু লুম্নাপা, তান্লোয় তুন থোইপা, লুম্লেল্ ১৮ লুম্নপা, মামাইপা পোইরই মায়োম্পানা খোম্লেল্ মঙ্ফাউফাপা, মোংপা য়ুমচাও মাল্ লাবাং মকুপী চিঙ্ য়াংলা হয়তুপ্ পোক্, সাল্তিঙ্ লোল্ফৌ চিঙবু থেংকোইপা। চিঙ্চুম্পা খোঙ্ কেক্রুপাল্। কাসল্ সল্কৎ লম্। মইতেংঙু উরা কোম্হৌপা চিঙ্সোং লুথোই পুঙ্। চেংলই লম্মাহল্পু ফৈনা লাম্না বাতেম্পা। লোয়য়ুম্ খাংসুরাক্পা। নিংথৌ কল্পা পুঙ্লেল্য়ায়। কাসল্ খুনঙম্পুঙ্। হুয়েল্ ফাথিপা সেৎথাপা। মরেম্ সেন্পা নম্থৈচা। হাউ তাপাক্ লাল্সিং নাইপা ফানা পুঙ্। হুপ্লউ পাৎকাইরম্, খোংপু তাল্নখন্পা লায়য়িংথৌ। নয়ু মইতেংঙু লাইরেল্ তেল্হৈপাপু হুয়েল্ লাল্লোয়নাপা। খুনচান্ নিন্তুম্ নিল্পা। বাকি হৌখিয়ে। লাবায় পোন্পী খোক্কি। চাইরেল্ থইচঙ্ ঈ। থারুক্ য়োয়থোং ঙাই। হল্পা কোন্খু নাও। হন্নু কোন্থোং ঙাইপু কাইনা হুল্পা। মইতেংঙু সনা হিহোল্ হল্। লাইরেল্

---

*য়ুসিল্ লৈম হাউব চনু। ঙানুরোল্ য়ীরেম্ তাইতল্ লৈম মোইনু চনু থারৈচানা পোক্পী। মপা ঙারুংব ওইখিবদুন পোক্পী।*

*লুবাং মনাও মাল্তংখুন হায়জবদগী ময়াম্ব লুবাং মাল্তং হম্ন মমল্ হম্নগ হিথক্ত হাপ্নগ ঈশিং লাম্ন পুরক্পী। ঙারুংহনবগি মচা, থাব-ঙাম্ব চনু অসেংবী, সেল্ব মীমাববু পোক্পী, চিঙয়ায় ঙানু থুম্বীগি মবুংঙো, তালোয় মশীং য়াম্ব, নুপী ১৮ পাম্নব। মাগি মাইব পোইরৈ মৈতৈগী মঙ্চুম্ব অমাইব মায়োম্বন মঙ্তাবদ, লুবাং চিঙ্, হৈতুপ্ হৌব, ই হৌব চিঙ্বু ময়ুম্নি থন্ কোয়রুব। চিঙ্জুমগি লোক্-খোং, কেক্রুপান্বদ সল্ কৎনব মফম্। মৈতৈ নিংথৌ উরা কোম্হৌবগী খুনু থম্ব মফম্। চেংলৈগী অহানব খুনবু লৈঙাক্খিব। মনাই খাংসুরাক্পনা মবুংঙো নিংথৌবু কন্খিব মফম্ অথোইব পুঙ। মরেম্গী অথৌব হা— লাল্লুম্ব কয়াবু নম্থরগা মমিং লৈব অথৌব হাওতাপক্ মরেম্চাবু ফাখিব পুঙনি। হুপ্ হৌব লৌ, পাৎকিসু মতাই ওইব মফম্য়ৌন লৈঙাক্পিব লাইয়িংথৌ। নপুপোক্ মৈতৈ নিংথৌ লাইগুম্ অথোইব তেল্হৈববু লান্ফমদ থাগোম্নব। খুনজাশিংগী খোম্নাওদগী বায়েন্ বাচুম্ হৌদোকখিব। লবাইগি বাথোক্ অমগীদমক্ চায়রেন্দ থৈথখিব। বারক সৈথা হৈথোইব। অহল্ লমল্ পুম্বগী থমোয় ফাঙম্ব। মৈতৈ নিংথৌ সনা হিহোল্ হনব। লাইগুম্ব খাগেম্ববু লাল্ফম্দ থাগোম্নজব। কবোগী ক্যাংবুসু ঙম্ব। থেংয়াং চাঙৌরোক্কী চাবায় য়ীপ্ কৌবসু ফাবা। অঙোম্বু মরুপ্ মপাংগুম্ লোয়নরিব। সারাক্ফব*

সেল্পী খাগেম্পাপু হুয়েল্ লাল্লোয়নাপা। সেল্পী কাপো ক্যাং ঙম্পা। থেংয়াং চাঙৌরোক্কি হুয়েল্ চাবায় য়ীপ্ ফাপা। নোংপাল্ মারোয় লোয়নরিবতি। সরা কৈ ফাগে হায়ন খোম্লেল্ মঙ্খৈনাপদি। পাল্পা কৈমঙ্নাপী। হুয়েল্ অমা ফাকে। হুয়েল্ লাল্সঙ্ নাপা। থিংপা কৈথৌমাই। খম্পা কোন্তে কোন্নাও মাই। হউকুরেক্ নানম্পা। লাবাং পন্চেংতোল্ লাংবোন্পা।

নোংপাল্ মায়িম্নাক্। লাবাং মসাইকোন্পু। থোইনা চেন্চিল্ য়াঙ্পা। লয়থিন্ নোংসিল্ য়াঙ্। হাউকু চাবাই য়াঙ্। অকোয় অসাওপা। সক্উ সাউতাপাপু লোয়নারিপা। খোক্খৈ নুম্পু য়াম্পা। চিঙ্কি মরোল্ হক্পা। তম্কি মারোল্ য়াম্পা। নোংপাল্ চেংলই খল্পা। হোঙ্নেম্ লাবাং নিংথৌ পুল্সিপা। হল্পা সিনৌ কুরাংপাল্না। তুম্চঙপা। মুক্ মুক্লৈ সোল্নাপা য়ীরেংচঙ্ মাল্লাই ঙাপা। হোঙ্নেম্ লাবাং নিংথৌ পুল্সিপা। সনা নামিংলেল্পু তাংনা সাম্না মিংথোং ফাপা-অ। নোংথৌরেল্ চিঙ্খোঙ্ পুমাপাঅ। খোইয়ম্ মিংপুন্সিপু। থৌতু অরেপ্পা চেঙ্চা আখিল্পা। থৌতু মাফম্ হোংতাপা। চেঙ্চা খুফম্ লেঙ্তাপা মিংনে। লাইরেল্ নঙ্তি নমাই নোংনেম্ লাইনা পাংপারম্। আবাং কৌপারু অসুপ্পাপু। খোয়মা মায়বোক্নানা লাইচা হল্খিঅ। নোংথৌরেল্ তুপী মীরাংচাল্। নামু পোংমাসু চিঙ্খ্রঙ্ নোংলোল্ পাইকুম্পা। সাম্পা মোইথেম্ চেক্কুম্পা। লাইরেল্ নাপা মইতেংঙু পোইরই খুল্খোম্পাঅ। সেল্পী উপায়কোল্ পায়খু লম্নুংসিকি হুয়েল্ লাকয়া ফাপা। খাকি মীহোংসাংকি চাউফা সুম্লোং ফাপা। থোংনাং লাইরম্চিঙ্কি সুম্মিৎ নারল্ ফাপা। আসোং নিংথৌ সেল্লিক্পু

---

*কৈ ফাগে হায়ন খোম্লেল্ মঙ্লেপ্পদ, অথৌব কৈ ফাঙম্ব। লাল্ অমা ফাগে খৎগ ফাঙম্ব। নীংবগ তৌবগ মাম্লব অথৌব।*

*লুবাংগি ময়ুম্নাক্, লুবাং সাগৈন কোম্বলমবু ঙাক্শেনবিব। মথৌয়াম্ব, য়াঙ্ন থৌশিল্ থৌরাংবা। চিঙ্গি মরাহে অহক্প, তম্গী বায়াম্ অরুব পুম্নমকপু অশাওবা লৈতন বাতেম্বীবা। লুবাংগ চেংলৈগ মায়োক্নবা। হোংনেম্ লুবাং নিংথৌ পুল্লিব। অহল্ মতম্ ওইকন কোক্কী শম্নাং লসিংগুম ৱৌরব, খ্বাং কোল্লব, উল্পা খুয়রব, মাগি সনা মিংলেনবু শোম্নবদ লেমজনিঙাই ওইরব। পুম্নমক্কী মপু ওইব নিংথৌরেলও। মুৎপ নাইদ্রবা মিংথোম্ন লাইগুম্নব। মাঙুব-তুম্ব লৈত্রব নুঙ্ন খিদুন লেম্নগুম্, লেংদ্রব মিচেৎ উরোং খিম্ব। নিংথৌ নঙ্দি নরুল্লুরু অবাং কৌরু অসুপ্পবু মায়ওক্নরগ হন্বিথ্রো হায়না ঈচেল থৈবগুম্ থৈঙম্ব। নিংথৌলক্তগি অথোইব, লাইগি সাইওন্গুম্ব। মী ওইরবসু চিঙ্গী খুনুখ্রন অহাংবা নুংশিৎত লেংদন লৈঙম্বগুম্ ওইথোক্তব নতৌ উৎঙম্ব। সাম্ব কৌব মোইথেম্ হৈব উচেক্কুম্ব। নিংথৌ নঙ্গী নপান্ন মৈতৈন খুল্ কয়া খোম্ঙম্ব। কবোগী নুংশিরব লম্ উপাইকোল্গী লান্দ অথৌব লাকয়াবু ফাব। খাগি মিহোংসাংগি চাউফা সুমলোংবুসু ফাব। লাইরম্ চিঙ্গী ময়াং অকন্নব সুমিৎপু নঙ্ন ফাব। লান্দ*

লাল্থৌয়াঙ্গুপু কাইনা হল্পা। থিংপা লাইফা চিঙ্গুকি হয়েল্ মারম্সাং ফাপা। নুঙ্গুকোল্ নিংথৌ বাংচিঙ্গুতোং আথৌপাপু কাইনা হল্পা। লান্হাং অচৎপুঙ্গুকি হয়েল্ চাঙ্গুপু ফাপা। লোইপী তোল্সেল্ ঙম্পা। হয়েল্ পোংলিৎপু ফাপা। সাইরেম্ য়াক্পীরোল্কি হয়েল্ সাইপুঙ্গুলেঙ্গু ফাবা। মইতেংঙু সেলপী পাইখোম্পা সনা মমিংলেল্পু তাংনা সম্পা। মইতেংঙুতি তাইপঙ্গুসিনে। তাইপঙ্গু মিংপুন্সিনে। লাইচা হল্খিঅ।

হে লিক্লাইঅ ইপুংথৌ তূপী চারাইরোংপা খোইয়াম্ লাইমিংথোংপু সৈরোন্পা। চিঙ্গু মালং তম্থা য়াঙ্গুকুম্পা। ইপুংথৌঅ। কাচেং তিল্কুম্পাপু তিল্লউঙইনে। কাচেং য়োৎথাঙ্গু তিল্কুম্পাপু তিল্লউ ফাপাঅ। তেৎনৌ য়োৎপাল্ থোংকুম্পাপু লপ্লউ ফাপাঅ। ইপুংথৌঅ। তূপী থাবা হউপাঅ। লাইরেল্ তাঙ্গুচা থীকুম্পা। তাঙ্গুচা লিল্লাথী। নুঙ্গুকোল সেরাল মইকুম্পা। সাম্ খৃৎনা থিল্না সোক্ল থীপা। আবাং খাকপা নোংসিঙ্গু-চাং। নোংস্ নহা লীহেপানা লীখি তেল্কুম্পা। নোংপাল্ কানাপা পাল্তম্ তেল্কুম্পা। লাইরেল্ থাঙ্গুলেল্ পুমাপা। লাংকোই সামাপাঅ। য়োয়পু পীমাপী, মাপল্লোন্ মইতাই রইমা নোংয়ায় খুমল্থেম্ চনু। খায়োয়রোন্ ঙাইখোম্পী নোংপোক্ বায়থৌ হিথাপী। পাল্পা কৈফাবী। খারম্ মঙাইতাং। মারেম্ সাইরংসু। লোইপী তাঙ্গুখোঙ্গু লোম্পী তল্লা

---

*আসোং নিংথৌ সোন্নীকুপু হাংপ। থিংবা লাইফা চিঙ্গুগি লান্দ অথৌব মারম্সাংবু ফাব। নুঙ্গুকোল্ নিংথৌ বাংজিংতোং অথৌববু হাংপ। লাল্হাং অচংপুঙগি লান্দ চাংবু ফাব। চিঙ্গুগি তোল্সেল্ খুনবু ঙম্ব। লাম্মি পোংলিংপু ফাব। মৈতৈ নিংথৌ পাইখোম্ব সনা মিংলেনবু কন্দুন লাক্প। মৈতৈ নিংথৌদি মীয়াম্না নুংশিজবা। তাইবংদ মুৎলরোইদবা মিংলেম্নী। লাইগি মচা ওইখিব।*

*হে, নতিক্ নঙাল্ লৈবা ইবুংঙো চরাইরোংব নিথৌরেল্, লাইগী সাইরোন্ ওইবা চীঙ্গুগী নুংশিংকুম য়াঙ্গুবা। ইবুংঙো। অপান্-অরং পূম্বনা তীন্নবা। অথৌব থাঙ্গুনা ইরং লং বগুম নতীক্ অথোইববু শোম্নফম ওইবা নপাঙ্গল নথৌনাদ য়োংন য়োমদুনা শেমগুম্বা। নমিংত তাবদা অতোপ্পনা মিপাইনবা ইবুংঙো। লাইগী মচা, সামন্ মচুবু ঙমজবা নিংথৌও। শাওদোরকপদা তমথিবা শক্তম ওইবা। মহ কন্বা লিলগুম্বা। উৎন খুম্ব মৈগুম্ব,খুৎন লীরুং-তেনসু হৈবনা কাপথোরকপা তেনগুম্না। চুম্ মমৈ ককৃঙম্বগুম্ খুৎচুম্ব। থাংলেন অনী পায়ঙম্বা নিংথৌরেল। লাঙ্গোই সগোনগুম য়াংবা। য়োইবু য়োইহৈকোনগী মমোমলোই, মমা ইবেম্মদি মৈতৈ লৈমা খুমলথেম চনু, খয়োয়রোন ঙাইখোম্বী। নোংপোক মাইকৈগী বাইথৌ পাংতা হিথাবী। কৈ ফাবী। খারমগী মীনা তাংজফম ওইবী। মারেম খুনগী শীন্নং ফম। উয়োক উথা চীং উপান্না শম্ন হৌব। থাং শাবদা মখোন থোককুম্ন, নঙবু নীঙজবশিনে তাজবা পূঙদা (মফমদা) সনা থৌজাল পীবিবা। লানদা লানমী লমচাওববু ফাবী। চীংমীগী নমফাইরোঙ্গু ফাইরোং লমপাককি লানফমদা নাসেললোঙবু ফাবী। সম্পুম্ নাওতেদগী*

উয়োক্‌কোল্। পামেল্ উথা চিঙ্। থাঙ্সা মানিল্ নাই। ঙাইখোং তানাতাপা পুঙ্তা সনা খোম্‌হাল্‌পী। হুয়েল্ লম্‌চাওপা ফাপী। হেম্‌পা নম্‌ফাইরোঙ্ ফাইরোং লম্মা পাক্‌কি হুয়েল্ নাসেল্‌লোঙ্ ফাপী। সম্‌পুম্ নাওতেতাকি মোল্‌সাং নিংথৌ কোঙ্পু লাঙ্‌ঙা লাল্‌থৌ য়াঙ্পু কাইনাহুল্ মারেম্ চংপী লাকোল্ ফাইতা থৌতোংপী। কারিকা তেল্‌য়াল্‌তা সীঙ্পী পায়ান্ খোংফেল্ থৌপী হুয়েল্ মাহুই ফাপী। খায়োয়রোন্ কোংকা লাল্‌থাপী পাফা তীঙ্‌তেল্‌কা লোক্‌পী তীন্‌লী মানিংথৌ হুয়েল ত্রাহুই লাল্‌থৌয়াঙ্পু কাইনা হুল্‌পী। তাখেৎ মাললং মাথোঙ্‌চিন্‌কি চপোল্ লাল্‌মিং নাইপাপু আবাং থাঙ্‌বায় লউহল্ চিঙ্‌তা চিঙ্‌য়া থেল্‌খেৎনাপী। মোংপা লোইকেল্‌লম্। কক্‌লেল্ লাল্‌তারম্‌তা হইরেম্ ঙম্‌থংন খুন্‌চাল্ নাতৈনানা লইরাই মুংপী থক্‌তা কাউরেল্ অনী লীলউকাই। সনথৌ অনী লীথূকাই। থীঙ্‌লউ পল্‌চল্ কাই। বোক্‌লেল্ কোল্‌লোন্ কাই। য়াউরউ চাসু কাই। মোল্‌সাং খুঙম্ কাই। হুয়েল্ সাকাপ্‌পা ফানা কাইপু লম্‌য়ায় কাইখিল্‌পী। য়োয়পু মইতৈ রইমা খায়োয়রোন্ ঙাইখোম্‌পী মারাল্ মোংপা য়ুম্‌কা থই। কংলই লম্মাখা। লাল্‌লোই লম্‌মারুতা পান্‌পা কৈরাং য়ীনপু সনা মেল্‌কোয়রেঙ্ তোপ্পা তাল্‌ফংপী। য়োয়পু কংলই পুঙ্‌ফাপী। সুমায় য়ুখিল্‌পী হুয়েল্ লাল্‌নিকিদি নুঙ্‌খাল্ চিঙ্‌নিংথৌ হুয়েল্ লুম্‌লাং পা মাখঙ্‌ফিমু ফায়েৎনাপা কক্‌চক্ সমখোম্নাপা। সোংপা থাঙ্‌বায় সেৎপা।

---

*মোল্‌সাং নিংথৌ কোঙবু লাঙ্‌ঙা লান্দ থৌববু মাইথিব পিরগা মারেম খুনগী লাকোলফাইদ লান্দাবী। কারিকা তেল্‌য়ান্দা লান্দাদুনা অশোংবা নারক শীংলক য়াম্ৎক্লগা থৌনা ফন্না মাহুইবু ফাবী। খুমন চনু কোংকা লাম্বুবীগী মপা তীঙ্‌তেলবু ফাঙেদা তীন্‌লীগী নিংথৌ ত্রাহুই অথৌববু মাইথিব পীখিবা। নোংচুপ মাইকৈগী তখেল্ লান্দ মমিং লৈরবা চপোন্ অথৌববু অবাংগী লাঙ্গোল চীংয়া য়ৌন তানখৎপী। মোংবা হৃম্ব উমং, কাক্‌য়েন্ মীওম্ববু ফাখিব মফম। হৈরেমগা থংনবা, খুনচানগা তাইনবা। মতাফবা লমদমদা য়ণ অনী মায়োক্লঙে। য়ণ অনীবু পুনখিব মফম। মখোয়বু ফাজিল্লগা থম্নখিবা মফম। রোক্‌কোল লৈব মফম। সজিগীসু লৈফম ওইবা। মোল্‌সাংগী খুন্দাফম্। লান্দ সাকাপ্ন কৌববু ঙমঙৈদা উরোং খিন্‌খিবা মফম। ইবেম্ম মৈতৈ লৈমা খা-ঙানবা চনু ঙাইখোম্বীগী মপাম্‌লম্। কং-লৈগীনা খা থংবা। লাল্‌লোইগী অথোইবা মফমদা লৈদুনা নুমিংকুম্ মশেক-মঙান লোয়ননা লৈজব ফংবী। কংলৈবু মপুঙ্ ফাহনবী। খুল্‌লীংবা, নুঙ্‌খাল চীংগী নিংথৌ লুম্লাংবনা লালহৌরকপদা মখাংদ ফিমু শেৎলগা অসাওবদগী মশম ফাবুম্নবা। নাপী শীংনা সেৎপ, উপালগী উশা কক্লগা উচুক ওইনবা, উপালনা উয়ুং-সদল লাং সেমলগা কবো লাঞ্জাবা ফানবা। কবো লানফাদা নত্তনা কবোগী অথৌব-অরংব থাংসু লোকপা। কবোগী খুজ্জিন্দ লৈপাক তৌথোক্লগা লুখা থা - লৈরোন্ চম্বদা কৈগুম্ন থৌরবা নশাবু য়াইদ চল্, উকরু লৈখা থা, থক্ত থোং, অমুব লৈপাক্ল থক্ত কুপতুনা লৈরোল চম্বদা অহোঙলোন শক্‌খিবী। মমা মৈতৈ লৈম অথামচনু ঙাইখোম্বী। নোংপোক মাইকৈদ লৈবা বাইথৌ পাংত হিথাবীনা*

পামেল্ উসা থাপাপু তল্লা চুপ্বোইনা পামেল্ থাল্বোইনানা সেল্পী লাঙ্সেৎচা কাপোলাঙ্বায় চা। তারংপা তেচা সেল্পী কিয়াংথাঙ্। কাপো চীন্খু মাঙ্পু লাল্লু থরোন্ নিক্না। লৈমু সেংথক্না লইহৌ সেংবোইনানা পামেল্ উখা থানা পান্পা কৈয়েক্লা কৈরেল্ উম্পীচা আচঙ্পাপু য়ায়কা চল্না পামেল্ থক্কা থোল্না আহোঙ্ তাল্ফংপী। মাপল্লোন্ মইতৈরইমা খয়োয়রোন্ হাইখোম্পী। নোংপোক্ বায়থৌ হিথাপীনা নাওনউনাপা মই। য়োয়মায়ায় তাউতল্পা নাঙাইরোয়। তাউরোয়নাই আঙাল্পা নাহীসাং। মাল্লেম্ লাংচাখে আখৈপা। সনা খোম্তোল্ আতোল্পা। থাপী সেল্কোয়রেঙ্ আপান্পা। মাল্লেম্ খোইমীৎ চেল্তাপা। কাচেং থাঙ্হিং কাতাপা নাঙাইরোয় আচাল্পাতি। আসাইঙইকি নাতারে। লাইরেল্ নঙ্কি কংলই পুঙ্মায়োল্ য়াইফাপা। লাংকোই সারোক্পুঙ্ অসিতা। নায়ু মইতেংঙু লোইনাই খুন্মোম্পা। বাকচিঙ্ লউতায়িল্। খান্লৈ লউকোয়য়িল্ কুম্পাপু খাল্ঙইকি। লাবাই কোয়রেল্থক্তা লাংলেল্ সারোক্ পুঙমায় বা কোঙয়াঙ্ খায়চা মীতম্ বাকুমপাপু থাপী লেপ্না য়ুংলিঙইকিপু নৎতারে।

নুমিৎ বোন্লে। য়িম্চি তাল্লই চায়রে। মিরেল্ লেপ্না লইরে। মাল্লেম্ সেল্কোয়রেঙ্ আপান্পাতি থোংনাং নাখিরে। থোংনাং নাতৈনা মায়াং ঙাম্লোন্নাখিরে। য়োয়মায়ায় তাওতাল্পা নাঙায়রোয়তি লাইরেল্ নঙ্কি লাল্লোয়না খোয়লেন্নময়। তুপী কোল্লোয় নমিং থোংনা মই। থাঙ্য়ি নাওচোং মই। পুঙ্পু হারেপ্ মইতি মোংপা য়িম্মিং বোন্লাপাসুঙ্ হায়েং হাউরৈ নোংপোক্লা পাংপারম্তা সীঙ্লেল্ অমারক্ বোনতেরক্ লৈরাং আনৌপা হল্বাই রক্লাপাতা লাংলেল্ চানা লাংকা মোইকুম্পাপু খোয়মা আমারক্

---

*পোকপা। নুমিৎকুম অমকপা লৈতবা অরংব নঙান লোয়নবা। অথোইবা মীংচৎন নহাক্কী ওইবা। মালেম লৈমগী মচা অরোইবা অখৈবা। সনা ঈগীসু অতোনবা। থাজগুম শকহেনবা। মালেমবু খোইরাং খোইশাও পীদবা। নখা থাবা ননাইশিংদ চিংনব লৈতনা চানবীবা। মহৈশানা ঙাকপিহৈব। নিংথৌ নঙ্গী কংলৈ লমদম য়াইফবা। অকোইবা মী লৈব লমসিদা। নপুঁবোক মৈতৈ নিংথৌ লৈবাক্কী মনাই খুমোম্ব। অবাংব চীং, লবুক-লমহাং মফম খুদিং শিনথুংন কোনবী-ঙাকপিবগুম। নুমিৎকি মৈশানা লবাই কোকথক্তা য়ৈথরকপদগী কন্নবা বাগী পজেংনা চগো শারগা হকচাংদ পে (ছাতিন) তুপ্পবা মতমদু নগুরে।*

*নুমিৎ চায়রে। য়ুমজী তল্লে। ইমি পৈন তারে। নুমিৎন নোংচুপ্ পাংখরে। নোংচুপ্ত লৈব ময়াংশিংগ লোয়নখরে। মালেমবু কোয়না সেল্লিব অপাম্বদি ময়াংলম য়ৌখরে। নহাক লোয়নরম্ব নুমিত্তি নিংথৌ নঙগী ননাইনা শিখিবগুমলে। নঙগী মীংচৎ হেল্হল্লম্ব মৈ। থৌদাং চাওহল্লম্ব মৈ। মতম্ খঙনরম্ব মৈদি ময়ুম হোংগ্রবসু হয়েং ইনুং ঙালবগা নোংপোক মাইকৈদ অনৌব হৈরাং-লৈরাংগুম অমুক হল্লকপদা, থবায়গুম*

মায়বোক্নাহৌঅ। লাংচেং থাকংনাহৌঅ। আঙাল্পা বায়রা সাকুমই। ঘয়েল্ লাল্কু মই। লেম্লই পোংফামই। বানচেং হিখল্ মই। য়োয়মায়ায় তাওভল্পাতি মতোম্ লাইচা হল্খিসুনো।

নোংথৌরেল্ পুমাপাঅ। নাতাইরেম্ চিনকোই য়ীবাক্মানা পোইরই লোইতাম্ বোইপাকি হৈয়া রাওনা সৈথীরক্কে। পোইরই লোইতাম্ মানুংবোইতা আনা বোইরক্লে। লোইতাম্ কুম্পা য়েথবোইনারকলে। কোরওনা নাতম্ খোংলক্লে। বাঙ্পল্ নাওরোং খোংলক্লে। লাইচা য়ীনৌ কা। কাউপী সুমকা তাওপা। ককচেং তউতোল্ খোম্। তুরেল্ লাইথাঙ্ ফান্পা। তাঙ্চা যৈন্না লম্। লিল্লী কোন্না তাওনা লোইতাম্ কুম্সারক্লে। লাহাল্ হায়ি চক্ঙইতা নুয়ুবা চিঙ্খোঙ্ পোইরইতোন্। মামা লইনুং পীয়ায়নু চা খোম্ফাং অতোল্পা খুল্পী পোংমাহল্পু নোংতা চিঙ্খান্য়াঙ্। খুল্পী য়াঙ্লী সানা লৈমু তুংহল্না। খুংফাং লাইচেঙ্ ফাম্না হোংনা। কোম্পী খুত্তসু। লৈরি খাঙ্তা য়েংনা সিরাং য়াতা চিক্না। খুনু য়োয়চা খাপু। পাউথেম্কুম্।

লইনুং পোইনাওতানা মাল্লেম্ খুল্ফাওরক্পা কুম্পু ফাওরক্লে। কুম্পা য়েথবোইনারক্লে। লোইতাম্ থাচা পাথংপানা কুম্পী বোইবোইনারক্লে। পোইরই লোইতাম্ মনুং বোইতানা আ বোইরকলে। মাল্লেম্ থীন্খায় হউরে।

---

*নুংশিজবা নচাগুম নতম্বাক্তা মায়োক্নহৌও। থমোয়দা চেংন কোঞ্জহৌও। অদুগুম্ব মঙাল পীব মৈ। গুইজা গুইথক পীব মৈ। ভাখি-পোংখি মৈ। হি থম্না ইচাক-ইরল তাঞ্জব পীনবা মৈ। নুমিং অপানবদি মদোম হঞ্জখিসনু।*

*নিংথৌ অথোইবা পুন্নমক্কী মপু ওইবা। ননাই চীম শক শোঞ্জবনা, লৈবাকসিগী মকুম মথা ওইবগী বাবু ঈশে ওইনা, নাভে খিনা শকচরক্কে। কুম্ মতম্ ওইরদুনা অনৌব চহী হৌরক্রে। অতিয়াদা খোং-লাওদুনা কুমদম্বীরক্রে। নোংহৌ নোংখোং ভম্নক্রে। ঈশিং ঈনৌ কারক্রে। কাউবী শীংনাং তাওরক্রে। ককচেংন তৌ মতোল য়োম্নক্রে। ভুরেলগী চাংজৌ পারক্রে। লিম যৈন্না লাম্নক্রে। লিল্না কোম্ন তাওদুনা কুমগী ঈহৌলাকলে। মমাঙউঙে হয়িচক্তা নপুবোক চীংখোঙ্ পোইরৈতোন। মমা লৈনুং পীয়ায়নুগী মচা অতোনবা, খুল পীরগা অহানবা খুম্দাহনখিবা। মখুংন লৈপাক লৈতেমখিবা। সবীনা মতুংলোমদা লৈত্রেঙ্ খোংলগা লৈখুন তৌখিবগুম। লৈরীনা খাংদ য়েংলগা, য়াদ শীংনাং চীকপা। মমাংঙৈদ লৈনুং য়োয়চাখাবু খোরমজখিব মতম।*

*লৈনুংদ লৈব মীনা (কবোগি মীন) লৈবাকসিদা খুনথোক্লকপা মতমদু য়ৌরক্রে। কুম থা পারকপদা নুমীংন য়েংলোমদগী লৈখংলক্রে (উত্তরায়ন চঙলক্রে)। মথোন কারকপা থাজ (পানখংলকপা থানা) না বোইরোমদা লৈথরক্রে। লমসিগী মীশিংন চহী ওম্লকপগী বারী তৌনরক্রে। লৈপাক তৌখায়-খোয়গাই হৌনরক্রে। লমদমসিগী চীংখোঙ চীংয়া শিম মশক মচু হোংলক্রে। নাপী শীংনা অনৌব য়েঙ্মীং হুন। তিজোইনা*

পোইরই চিঙ্খোঙ্ লাক্লেল্ কিসি তাইরক্লে। সাচিক্ য়েম্নৌকা। তিংকোই পুম্থাঙ্ লোল্লক্লে। য়েন্পীনা খূপোম্ সারে। নেম্পী সোচিন্ লোন্। চিঙয়া উঁরেসং। মাল্লং খেন্তউ হউরক্লে। চেক্লা তোন্তউ য়ুমোইপানা। লইতাঙ্ সেক্না তান্না পামেল্ উঁহয় চানা ঙাউনৈপা কুম্পু ফংলক্লে। পাখং খেক্নিঙ্ মাবাচা। মোম্নু চেঙ্চা মাসাল্ঙম্ সিংনা সম্তুক্ মাল্তোং চাও। চইরই মাকা ফোং। মাল্লউ মীমাঙ্ তাক্নিঙ্পা কুম্পু ফংলক্লে। পাখং মান্পা সম্চিন্ থোং। সম্লাং চাকোরই। মাক্ পারই উল্কোয় তাও। সম্চিন্ নৌরই থোংপু লুক্কোই সল্লাই য়েৎনা হেক্নিঙ্ লম্সং তোংনিঙ্পা কুমপু ফংলে। চিঙ্তা পাংনা য়েংলাপাদি চিঙ্লেল্ আবাংপাপু সানা লাম্কে তৌকুম্ লক্লে। চিঙ্লইপাল্ আপক্কানা তম্তা পাংনা য়েংলাপাতি তম্লই পাল্ আপক্কানা মনুং রোইরক্লে। চানিঙ্ ঙাইপাসুঙ্ কক্লউ মান্পাল্ থল্। য়েংনিঙ্ ঙাইপসুঙ সাপল্ খান্পা মানম্ সিরক্লে। চিঙ্লইপাল আপক্কানা মপাল্ ফারক্লে। হাকুম্ সীঙ্চা আকংপানা মাখোঙ্ উঁরে সংলক্লে। চিঙ্য়া কুম্তম্ লৈ আঙন্পানা মাপাল ঙাঙ্না সারক্লে। আমু লোইতাম্পানা বানা কাতাং লোই। সায়ী থোইপা রোই। পাপা সুঙ্ হোঙ্তৈ রোই। থিঙ্কারুক্ য়াংকরুক্ লোই।

মারাম, খাপুঙ্ লোইপু লোইলী। হাউরা মুয়ুম্ য়াইসংলীনা মুয়ুম্ সন্ঙাক্

---

*পুম্থাঙ্ লোল্লক্লে( তিগোই মপুং ফারক্লে)। নাপীনা খুবোম পক্ল বাং। অনেম্বশিংন অমগা অমগা য়েৎশিন লোনশিন্নরে। চীংয়াগী উঁরেসু সংবান্নরক্লে। নুংশিং মরাঙ্ হৌরক্লে (অশিং অবাম্বা হৌরক্লে)। উশাদ মকোন ওইজবা নীংথিবা উচেকশিং। অমগা অমগা হৌনদুনা উপান্দগী উঁহে চারগা মপুক ইংন পোখাজবা হৌরক্লে। ইরাং পান্ব পাখংশিংনে মনীংতম্না ঙাওজবা। মনীংতম্বী লৈশাবী নিঙোলশিংনে শেংনীংবা ফীজেং শেংলগা মীমাংদ থোক্লিংব মতম্ ওইরক্লে। পাখং ওইবশিংন কেন মশম্ হাংলগা শমগী মওং য়েংন কোক্য়েং য়েংলগা পুক্লিংন খোয়দাবা লৈকায়দ চংপ মতম ওইরে। চীংলোমদ য়েংলবসু অবাংব চীংদোনবু খুংন ফংন লাম্নীংব মতম ওইরে। চীংদ তোংবশিংনসু তম্পাকলমবু উরগা পুক্লিং নুংঙম্ব মতম লাক্লে। অচা-অথক মরাংকাইনা ফংব। য়েংনীংব কয়ানসু মীংমাঙদা পনসানা থম্ন লৈরকলে। চীংদ হৌব পাম্বীশিংন অনৌব য়েম্নীং চোংদুনা মপুং ফারকপনা তদেক্ তদেক্‌প লৈরাংগুম্ নীংথিজরক্লে। হাকুম সীঙজা য়ানখিবগী মখোক্ কংলুরবদা অনৌবা য়েম্নীংন সংলক্লে। চীংয়াগী কুমতম লৈ অঙম্বনা মপাল্ ঙাঙ্না শাংলক্লে। তারমদাই নুনীংন বানা-বাখোঙ লোম্লকপা, সয়ী পাম্বীগ ঙমদাইনরকপ, হাম্ন লৈরম্ব মশক হোংলক্লিব, অনৌব ফীজোল হোংবগুম অনৌব শক্‌ফম লৌরক্লিবশিং।*

সারে। তাইরেল্ নম্পু থোংপানা হাইসিং ফারে। উথুম্ নাচেঙ্ লৈ সংলকলে। পাখং চিঙ্-থউরী। নুরা পাসারী। মোমনু সঙ্তিঙ্ তেমমোই রীনা মপাল্ ঙাঙ্না সারে। লোক্লেল্ মঙাল্ নাইরে। চিঙ্হাউ লম্সংপাল্না লোক্লেল্ মঙাল্ নাইরে। চিঙ্য়া পোম্পী আতাঙ্ চেক্না লম্হাই নাইরে। থাঙ্ঙা উপুল্সি তেরা কাংলাং মইনা থোম্পা তুরই ঙাল্লক্লে। কুরাও কৈয়া সাপানা য়াইখোঙ্ লোম্লক্লে। হয়রাঙ্ তাইপোম্পানা পামেল্ উমিং লোয়রে। আঙৌপা পুরৈরোম্পা পেংবোন্ হয় হয়রাঙ্ নানৌপানা তাওচিঙ্ তোঙ্সঙ ফারে। সিঙ্লেল্ আপক্কানা মায়ায় কা। লৈরাং আপক্কানা মনুং বোইরক্লে। সাম্পানা থাঙ্খোং ফারে। পামেল্ উরৈ সংনা তল্লা মনিঙ্পানা নিঙ্নারক্লে। পামেল্ মাপাম্নাপা মাসেল্না পাম্নারক্লে। তম্তা পাংনা য়েংলাপাতি তম্লইপাল্ আপক্কানা মায়ায় কারে। চানিঙ্ ঙাইপা মসেল্না কক্লউ মাল্পল্ থম্লে। লোক্লৈনা লাইচি থোং। পুম্লৈনা সানা সারে। হয়তৌ তোল্পা সাকপ্ য়েন্না চাম্লউ লাতুং লাপুঙ ফারক্লে। য়েন্পীনা খুপোম্ সারক্লে। চিঙ্য়া লম্সিংসিংনা মহয় ঙাঙ্না য়াল্।· য়াইখুনা ঙাঙ্না বোন্লে। থারাম্ মানা পাক্। মাল্সং মানা রেক্লে। হাউসী মতাং কালে। লউবায় হাপু রোক্না মরীচং। হা তাংসাং মাতা রামলে। য়েন্নান্না কুরাক্ সারে। কৌপা য়েন্তেম্ মাল্না সংলউ মানা রেক্লে। লাবায়

---

*যুম্বুরোই নুপী নুপা অপুম্ব। হরাউ মথোই কাবনা মথুম্ মরাং হৌনরে। তাইরেল পাম্বী পুংকক চাউবসু শারেপ ফারে। উথুম্ পাম্বীগী য়েম্নীংসু লৈ অশংবগুম্রে। পাখংগীদি থৌরিগুম য়েংনবা, নিঙোলশিংন শেমশাবা। নিঙোলগী শিম্বা পীবা লসিংসু মপাল ঙাঙ্না শাংলে। লোকমাইগী নীংথিবা হেনগংহম্লে। লোক্ত হৌব চীংথ্রাওনা মপাল শাংতুনা লোক্কী মগুণ হাপকংলে। চীংগী উচেক অতাঙ্বশিংসু মাইকৈ শম্ম পাইরে। তেরা পাম্বীগী অরিবা মহৈন পোখায়দুনা পাইরক্লে। কুরাও মপাল অপোম্বনা য়াথোংলোম্ব কৈ ময়া শারক্লে। উহৈ অমুম্বসু মখোক লোয়রে। অঙৌব পুরৈরোম্বগা মিংমান্নবা, উহৈগুম পাম্ব উরৈরোমসু হৈজিং ফারে। সীঙেল মমুন ফারে নীংথিরে। লৈরাং মপুংফানা শাংকায়রে। শাম্ব পাম্বীসু কাংদোং ফারে। উদ তাংব লৈশংসু উপাল খুম্ন শম্দোরক্লে। উপালদা নপতুনা হৌব উরৈ কয়াসু অমনা অমগা চাংদম্নরক্লে। তমদা য়েংলবসু তম্পাক্কী লৈপালশিং মপুংফানা শাংনরক্লে। লৈ হেক্কদবশিংন লৈখোঙদা ঙাইদুনা লৈরে। লোকলৈগী খুমু হম্লে (চোংখংলে)। পুম্লৈনা সম্ন হৌরে সনা মচু মাম্লে। লৈপাক থিনগাইরগা চোংখংলকপা তুম্বৌনা মনা পাম্লে। মতোম্পা অঙৌব মপাল শাংলে। নৌন চোংখংলকপা লম্ফুগী শাসু লারাক্ ফারে। নাপীনা খুবোম তম্নক্লে। চীংয়াদ হৌব লম্ সিংজিংনা অঙাঙ্বা মহৈ য়াম্লে। য়াই মপালসু অঙাঙ্বা ওম্লে। অপাকপা থারাম মনানা সংনা লেকথরক্লে। তিংথৌন মতাং কারে। লবুক্কী পোরোংন মরীচংলে। মতাং শাংব হা মরানা হা ওম্লে। হৈকক য়েম্নান মনা কাংখংতুনা কুরাক শারে। কৌব্রুগী য়েন্দেম*

খারাপোল্না সংলউ মতাং কারে। চানিঙ্ ঙাইপা মসেল্না সংলউ মাপাল্ ফা খুৎতাপ্ ঙাইলক্লে।

য়েংনিঙ্ঙাইপা মসেল্না কক্লউ মান্পল্ থম্রে। কোম্পী কাপোম্পানা সোচিন্ লোন্লক্লে। নুরা হীকোক্ কুম্পাল্ থোংকুম্ কুমচেং কোরি কারে। লৈরি মায়াম্পানা থেল্পাল্ কারে। কেকে মোইরাং আথা কোঙয়াম্পা মারই খঙ্। সাপল্ লৈকোঙ্ য়াঙ্ কোঙ্য়াঙ্ আয়াঙ্পানা। মাপল্ লোয়ঙাঙ্ থৌচু নিক্না। চক্পা হাউরা লাল্তা হিপু লাংলেন্ কোঙ্য়াং বাতোন্ কোনকুম্না লোইতাম্ কুম্সারক্লে। লইমা লোইরেম্ ফাপী পাতম্ লৈ। কক্য়ায়মান্ লাংনা মাপাল্ উসোঙ্ লইমল্ লক্লে। লউপুক্ লৈ তোল্লোঙ্পা। চিঙ্চিল্ লৈয়া খোঙ্নেম্পানা খান্লৈ লউপুক্ মানম্সীরে। খোইমোম্ চিল্ফু লম্মাপী সিল্থাম্লৈ। আয়াঙ্ লেম্থোঙ্ পুখাম্ লৈ। বোক্য়া তেম্চিল্ লৈ। পান্পা কৈরাং লৈনা চুপ্পা লৈথেৎ ফারক্লে। মইতেংঙু লোইনাই থবান থাপা সীঙ্কাপ্ লাল্চাইরাং। হাউনু মাহী থুম্পী ফানা রাং। লাংনা কোং তাল্পা। খোয়মা য়াঙ্তকপা। লাংচেং চীফেপান্। মোম্নু লেংনা সম্খোয় ফারে। য়েংনিঙ ঙাইপানা সাপল্ লম্কা থল্লক্লাপাতা তায়ুম্ চিন্কোয় ইৱাক্মানা সীঙ্লেল্ মসিঙ্সু। লৈরাং মপুম্ থীনা সংলউ মামিং থোংপু। য়েন্লাং মাফম্ থিনা হৈয়া রাওনা সৈথিরক্কে।

---

*মাম্বীসু সংন মনা লেকথরে। লবুক্কী থরবোন-সরবোন্ন অসংব পাম্বীদ মতাং কারে। চাগদবগী ঙাইবশিংন অশংব পান্দোং খুদাপ ঙাইরক্রে।*

*য়েংজনিঙ্বশিংন থৌরাংন ঙাইরে। কোমপ্রেক মতাংনোয়বনা সৌ লোম্রে। মথোন কারক্পি নিঙোনগী কুচুগুম লংন অঙাঙ্ব কারে। লৈরী ময়ামসু ময়োনচোংলে। কেগে মোইরাংগী অকম্ব কোঙয়াম্পগী মতীক খঙ্ঙম্ব। অতোঙবা লমদ হৌব কোঙ্য়াঙলৈ অয়াঙবনা, মশাগী লৈচু অঙাঙ্বগা লোয়ননা নিক্ নিক্ লাওরে। লম্মাংদোংগী লাম্প শিঙিন্নখিবা হিগী নৌন বাতোনগুম কোনখিব কুম থাদু লাক্রে। লৈম লোইরেম ফাবীগ পাম্দম্নব লৈ। কক্য়ায় মানব লৈগী মপাল্সু লৈমল চম্লক্রে। লৌবুক্কী লৈ মতোনলোংব, চীংজিন্দ সাংপ মখোঙ্নেম্ব লৈয়াম্ন লৌবুকপু নুংশিব লৈনম চেলহন্নে। চীংঙা লাইরেম্বীদ কৎনবা লৈ। লেমথোঙ্গী অয়াঙ্লৈমদ কৎনব লৈ (খুল্লাওনব লৈ)। ওক্কী ময়া মাম্ব লৈ। কৈগুম লাংব লৈসু নাম্নদ চিম্ব থেংপ য়ারক্রে। মৈতৈ নিংথৌ লৈবাক্কী মনাই থবান থাবনা লালবন্ চাইথাইনব থৌরাংখিব। হাউনু মহীথুম্বীবু ফানবগী লাং ওইখিব। মনা পুংব লৈরাংন। লৈনা থক্ত তোংদুনা। শাগী মচীগুম তোংখৎ-চোংখৎতুনা লৈব। নিঙোলশিংসু কেনা শম্বুল শেম্নরক্রে। য়েংজনিংবশিংন ঙাইদুনা পৈরক্লবদা ননাই চিন্দনা ঈশৈ শকচবনা সীঙেল্ মসিঙসু। লৈরাং মশক খম্ন, মখোয়গী মমিং মথাবু, শাংফম লৈফমগ কোম্নলা লাইগী থৌজাল নীজদুনা শৈথাজরক্রে।*

[১] তাওচিঙ্ নাতা য়েং। হ্য়রাঙ্ মমিংথোংপু তেংথারক্কে। সীঙ্লেল্ লৈচুয়েং। লৈরাং মতম্ খন্না সৈথিরক্কে। তাইয়ম্ ইবাক্মানা সীঙ্লেল্ লৈপুন্সি লৈরাং মসিঙ্ য়াম্পাপু হাল্না তেংথারক্লাকে।

সীঙ্লেল্ লৈপুন্সি। মোংপা সুম্মিং লোন্তাপা। য়াউবা সুম্তাও হাল্তাপা। লৈরাং মাচু থাওতাপা। সীঙ্লেল্ মবাক্ চাম্তাপা লৈনে। মান্নেম্ চিথেক্ মরিমা। মায়কই নিপাল্মাতা। নামু মীরেপ্ হাঙ্তানা চিন্নাপা লৈনে। হায়কোয় সিঙ্রোন্ থোক্ লাইয়েঙ্ নামিপা লৈনে। লৈরাং মাখোক্ তাদি চায়ায় চম্ফেল্ মাল্পা সীঙ্লেল্ মনা তাতি সারোঙ তময়াং খাল্পা লৈনে। লৈরাং মাপাল্ তাতি পান্পা কবোক্ লৈকুম্ সীঙ্লেল্ লৈচু য়াম্পা লৈনে। লৈরাং আঙৌপাতি মোইনু থাপ্লও তাচিন্ লৈ। তারেঙ্ হুঙ্সোন্ খোংফাং লৈনে। সীঙ্লেল্ আঙাঙপাতি উইী নোঙ্চঙ্ লৈনে। লৈরাং আমুপাতি হীকোক্ কুম্পাল্ লৈনে। সীঙ্লেন্ আবাওপতি য়াইঙাঙ্ সংসোঙ্ লৈনে। লৈমু ঙাঙ্নাপাতি। পামেল্ চিঙ্চাকু নাপাক্পা মইখাঙ্ লৈনে। সীঙ্লেল্ ফাসানাপাতি কুহী হিরোন্ লৈনে। সীঙ্লেল্ লৈপান্ মাকিনা লৈরাং মসিঙ্ য়াম্পা লৈনে। নামু মীরোল্ হাঙ্তানা চিল্নাপা লৈনে। পারি তানা নাওথেম্ লৈ। মমোম্ নাওহম্ লৈ। ইঙা লউকুম্ লৈ। লাইচা ঈখাঙ্ লৈ। বায়রাং তারই লাল্তা লৈ। নোয়না ঙম্তম্ লৈনে। মইতেংঙু

---

*[১] হৈরাং মাগী হৈনা য়েং। হৈরাং মমিংবু তমজরক্কে। সীংঙেল্ মাগী লৈচু য়েংজরগা। লৈরাংগী লৈশক লৈওং হায়জরক্কে। ননাই শৈশক্পনা মমাঙঙৈদগী (মহৌশাদগী) লৈজরক্লবা লৈশিং অসিগী লৈরাং মখল কয়াবু সৈথাজরক্কে।*

*মতম কুইরবদগী লৈরক্লব লৈ। য়ুমথোং খুদিং বাক্তবা লৈ। সুম তাও চাদবা। লৈরাং লৈচু মাঙদবা। সীঙেন লৈমল্ চন্দব লৈনে। মান্নেম্ চুথেক মরি, মাইকৈ নিপান্দা লৈরিব মীপুমতিংন চিন্নব লৈনি। ময়েক-মরোল্ য়াম্ব, মঙল লৈব, শীংথাবদা নুংওম্ব লৈনি। লৈরাংগী লৈখোক্তি চায়ায় চমফেল মানবা, সীঙেল লৈনান লৈপাল মশাদ য়েংচ-খঞ্জবা লৈনি। লৈরাংগী লৈপাল্দি ঙৌন শাংপ কবোকলৈগুম্ লৈশক লৈচু য়াম্ব লৈ। লৈরাং অদুমক্তি নুপীশিংন তাশিন্ য়োমশিন্দুনা শেম্ব অঙৌব মোইথাপ্কুম্ব। তরেং মচিন্দ ওংলগ শাংপ লৈনি। সীঙেল্ অঙাঙ্বদি উইীমচু চঙ্বলৈ। লৈরাং অমুবসু হিগোকমচুগুম্ ফজ্জব লৈনি। সীঙেল্ অবাওবনা য়াইঙঙ সংব মচু মাম্বলৈ। লৈন ঙাঙ্লবদি, চীঙ্গু উপালগী মনা অপাক্প মৈথানবা অকংবগী মচুবু ঙমজব লৈনি। সীঙেল্না ফাদোক্ল শাংলবদি কুহী মচুবু ঙমজবা লৈনি। সীঙেল্ লৈপান অমদা লৈরাং মশীং য়াম্ব শাংপ লৈ। মীপুম খুদিংন চিন্নব লৈ। মচা নুপা পোক্লবসু নাওথেম্নব লৈ। মচা নুপী পোকপনসু নাওগুম্নব লৈ। ইঙা লৌকুম্বদ চিন্নব লৈ। লাইজ ঈখাঙ্ লৈ। নোংপোক্ত গুন্দুন শাংপ লৈ। জগোয় হৈবীগুম লৈন-হাইনা শাংপ লৈনি। মৈতৈ নিংথৌ সেল্বী খাগেম্বনা চীংদ লময়েংব চৎপদ লোয়নবা লৈ। লসিংগুম্, কবোকলৈগুম্ ঙৌন ফজ্জব লৈ, হয়েং শিরবদসু লোয়নদুনা চৎমিন্নগদব*

সেল্পী খাকেম্পা চিঙতাই লোইকেল্ লৈ পাখু লময়েং লৈনে। সীনৌ লৈকাপোক আপান্পা হয়েং খমনুং লাংরোন্পাতা সুঙ্ রোন্মানাপা লৈনে। সাব্রা পল্কেল্ পাতা সুঙ্ কেল্মানাপা লৈনে। কোংলউ লময়েং লৈ। সাপাল্ লম্তাক লৈনে। সীনৌ লৈকা পোক্ আপান্পা চিঙ্তাই পাখুল্ লৈনা মাপাল্ ঙৌনা সারক্লে। সীনৌ লৈকাপোক্না লৈরাং মানুং রোইরক্লে। সীঙ্লেল্ মাপাল্ ফারে। লৈরাং আতুসুঙ্ মতোম্দে। (১)

[২] লম্লেল্ মাতাইমা হাউরে খানা পাংপারম্তা লোইরেল খুল্পীরোক। লোই খুরুম্ চিঙ্। খুল্পী নারেঙ হউ। লোইপী-চিঙ্ঙু খাঙ্। হেম্পা চোংতাই[১] য়াল্। তাখেন্ পুরোই মরমখে। লোইপী ফেন্ফৌ চিঙ্। হেম্পা মীসিল্ পুঙ্তা পাল্পা লৈবু লৈয়ে। চিন্পৌ মাপা পামা মচা। পম্রেম্ মামা পীমা চা। পামা মাচা। থীঙ্ঙা তাউপীনা মথীঙ্ লাইরেল্ পাপু য়ুকৌঙইতা রাহম্খিয়ে। তুপী য়োয়নোংতা। নোংতা লাইরেল্ পাখংপানা কুকি আহোঙ্পাপু মাঙ্সোক্ লাই থংপাতা। সল্কোল্ নাইকোল্ সানা লল্কুয়ে। ফম্লেল্ খা থংপাতা সেরি খুচাই চিকা সানা লল্কুপাপু কুকি আহোঙ্পানা রাহমখিয়ে। হে তুপী সাংমাপা। লাইরেল্ য়েক্মাপাঅো তুপী নারাল্ কুতি মাঙ্সোক্ লাইথংপাতা সল্কোল্ নাইকোল্ সা। ফম্লেল্ খা থংপাতা সেরি খুচাই চিকা সানা লল্কুপাসুঙ্ কাতৌনা

---

*লৈনি। শিবদসু শিমিন্নব, তাইবংদগী, কেন্নমিন্নব লৈনি। কোইথোক-চংথোকপদা লোইনব লৈ। সাওং-সাবানবুসু তাকপা লৈনি। নিঙোলশিংগী খোয়দাবশিংদ খুদোম্নব লৈ। নহা পাখংন চিন্নব লৈনি। লশিংগুম্ থোংপ, কবোকলৈগুম ঙৌব, চীং-তম অনীমক্ত হৌব লৈন মপান্ ঙৌন শাংলক্লে। লশিংগুম্ব লৈ কবোক্না লৈরাংগী লৈশাং মতম ওইরক্লে। সীঙেলগী লৈপান্ মপুং ফারে লৈরাং অসিনসু লোইদরি। (১)*

*[২] মখা পাংবরোমদ লৈব লোইরেল খুলবীরোক কৌব অথোইব মফম্। লোইশিংন খুরুম্নবচীং। নাপী-নারাং হৌব, চীংগী চীংখাংদলৈব। চীংমীন খুন্তাব, তখেলগ ঙমখে ওইবা। লোই হাব মীন শন্দোক্ল তাবা চীং। চীংমীশিংন মমাঙঙেদগী লৈরকলব মফম্সিদ শাংপ লৈসু লৈরিয়ে। নুমীংন মপা শক্পা মচা, মমা মালেম লৈগী মচা, মপা মমা অনীগী মচা থীঙ্ঙা তাউবী (পানথোইবী) না মপা লাইগুম্ববু চাক্কৌঙেদ হায়জখিয়ে। নুমিংতগী লাক্পা, নোংদা লাইরেল পাখংবনা কুকি অহোঙ্ববু নোংপোকথংব মাঙ্সোক্তা। সঙ্গোল, নাইকোল্ শাবিরগা লল্-থুম্ পীবিখি। ফমেল্ মখা থংবদা সেন্গী খুজাই মচিন নাইবগা লোয়ননা লন্ পীনবিবু, কুকি অহোঙ্বনা হায়জখিয়ে। হে অপোক্পা। লাই অথোইবও, নঙ্না পীনবিবা মাঙসোকতা সঙ্গোল-নাইকোন শাবিবা, ফমেন্দ খা থংবদা খুজাইনচিংবা কয়া পীনবিবসিনা কদৌনগনি? লাই ওইব নঙ্না পীবিগে হায়রবদি নঙ্গী নকুন হু, লাইগী নতাং সিংন লন্পীবিরমমু হায়না খোরমজখিববু। মপা শক্প লাইওইবনা খুম্নকখি, ঐদি*

---

[১] চোংতাই : অচুম্বদি 'চোংতাল্' ওইগদবনি।

সেপানো। চিঙ্ঙু নারল্কুতি তূপী নাবুল্ হু লাইরেল্ নাতৈ সিংনা লল্কুরম্অো হায়না পুনেম্পাপু। মাথীঙ্ লাইরেল্ পানা বাহম্থিয়ে। অইতি তাঙ্চা নত্তে ইবুন্ হুফরোই। লিপ্লা নত্তে ইতাং সিংফারোইয়ে। তূপী কোয়চা য়েক্। লাইরেল্ য়াঙয়ি সোন্তুম্ লল্কুপীরম্কে হায়না পাওখুম্থিয়ে। মাতাইরেম্ মারোয় ইতাং লাং লাংলাও অয়াঙপান লাইচা ঈরোল্ নুথকি ফক্লোং চারাই চেন্লুয়ে। মারোয় খৌনাইপানা লুঙ্ঙৌ তোংমা চেন্লুয়ে। মারোয় মুন্নাইপানা হামুক্ তোংমা চেন্লুয়ে। মারোয় তোংনাইপানা লয়চেঙ্ তোংমা চেল্লুয়ে। কুকি আহোঙ্পাকি কংলয় মাসুমাঙ্তা ফক্লোং চারাই থানা মারোয় কোন্তে খুংচুম্ মাই সিনাইপা কাসক্পানা তূপীনা ঙৌন বোন্ঙইতা লুঙ্ঙৌ পাক্তই নারউয়ে। লাইরেল্না মুনা বোন্ঙইতা। আমুপানা মুক্মই নারিল্ সোল্লউয়ে। তূপীনা ঙাঙ্না বোল্লাপাগা আঙাঙ্ কোইচা য়েকপু য়েক্তম্ লউয়ে। লাইরেল্ য়াঙয়ি সোল্পু লল্কুপীথিয়ে।

খুন্পী নোংলৈসং আসীতি থাঙ্ঙা য়িম্লাই থিংনারউঅো হায়না লল্কুরম্য়ে। আতু নোংকিপু মাথিঙ্ লাইরেলপা ললুক্ লৈঅ। পামা মাচা থীঙ্ঙা তাওবী মারয়খঙ্অো তৌনা কৌয়ে। খুন্পী নোংলৈসংনা লোইরেল্ খুন্পী রোক্তা লৈরাং মপান্ ফারকুলে। অতুসুঙ্ মাতোম্তে। (৩)

[৩] লাইরেল্ মইতেংঙু তূপী চরাইরোংপা। খোইমোম্ লাইমিং থোংপু সৈবোন্পানা নুঙ্পী মাহিথেল্ তিংতৌ খোঙ্মি তাঙ্তা লেম্লই ঙারা কোল্তৈপা

---

*লীন নত্তে ইবুন হুফরোই। লীপ্লাসু নত্তে ইতাং সমথরোইয়ে। লাইগী ময়েক থোকৃপ, অথোইব লাইগুম্ব সেনবু পীনবিরমগে হায়না পাওখুমথিয়ে। মাগী লোয়নবা মনাই বাখঙবা থৌরাং ফবনা। ঈশিংদগী ফংব কৌনা ফক অরোনববু লৌরুরে। মনাই খৌনাইবনা অঙৌব নুঙপাক্ লৌরুরে। লোয়নবা মনাই অমনা অমুবা মচু লৌরুরে। লোয়নবা মনাই অমনা লৈচ্রেঙ্ (মচু) লৌরুরে। কুকি অহোঙ্বগী অকংব সুমাঙ্দ ফক্লোং পাক্ল থারগা মনাই কোন্দে খুংচুম মাইবনা লাইনা ঙৌন বোল্লীঙৈতা অঙৌব ময়েক য়েকহৌরে। লাইরেননা অমুব মশক বোনবদা, অমুব মচুনা সিলহৌরে। লাইনা ঙাঙ্না বোল্লবদা অঙাঙ্ব ময়েকপু য়েকশিনহৌরে। অসুন্না অথোইব লাইগী মশক নাইবা ললবু পীনবিথিয়ে।*

*নোংলৈসং অসিন খুলগী মরু ওইবা য়ুমলাই থিংনহৌরো হায়না পীবিরমলে। অদু নুমিংতগী লাই ওইবা মপানা পীবিরম্ব লৈ। পাম্থোইবীগী বারী খঙনবা লৈ হায়না কৌই। খুলগী অথোইব নোংলৈসংন লোইরেল্ খুনবী লোক্ত লৈরাং মপুং ফারক্লে। অদুনসু লোইদরি। [২]*

*[৩] লাইরেল্ মৈতৈ নিংথৌ অথোইব চরাইরোংব। অথোইব লাইনা সাইওন্বানা (লাইগুম্লবা মমিংবু শক-শোম্নরবনা) নুঙ্বী হিদেন্ তিংদৌখোঙমিতাঙ্দা ঙারা লৈব হিদেন্দ নিংথৌরেল্না অরোংব চুঙ-তা পায়দনা। খুচুঙ্ চীংমী লৈরিবশিংবু কিরুদনা। চীঙ্সাংদ*

মাহি থেল্‌তা নোংথৌরেল্‌না মারোং চুঙ্‌সাতা। তিল্‌মেল্‌ তাসুতানা। লোইপী খুচুঙ্‌ চাপু তাপাপু সোংকিতানা চিঙ্‌সাং খোক্‌লোই হউপাপু সোংকাঙ্‌তানা লেম্‌লই ঙাতা নোংতা। লেম্‌লই ঙারেল্‌ আচঙ্‌পাতি ৰাক্য়ই হিতুপ্‌ হোল্‌। ঙানাল্‌ হিমা তৈনা। ঙারা পৌতোং য়াল্‌না লাইরেল্‌ মারাল্‌ ৰোন্‌তেরক্‌লে। তুপী মচিঙ্‌ হল্‌ৰাইরক্‌লাপাতা মাতাইরেম্‌ য়োয়পা খুমল্‌পাচা। মায়ু নোংয়ায় হাউরম্‌তোল্‌ আতোল্‌ য়াঙ্‌পা কাইপা মানোংয়ায়। নোংথোল্‌ তেংমায় থীন্‌পা মপারি সানা খাওচৌ পুপা। সামু খোঙ্‌লম্‌ চৎপনা। মাহৌ ফাইপোক্‌ য়ীকা নুঙ্‌কোল্‌ চিঙ্‌চাও য়ীকা সারোল্‌ নাক্‌পক্‌ য়ীকানা। তুরেন্‌ মোংপা য়ীপু ফৈনা তুরে তুপীআে তৌনা কৌয়ে। তুপী মহী থেল্‌তা পাল্‌পা লৈ। সীঙ্‌লেল্‌ মানা তাতি চোয়নৌ সানা লৈখাম্‌ মাল্‌পা। লৈরাং মাপাল্‌ তাতি কাওরেল্‌ সল্‌মিৎ মাল্‌ উসোঙ্‌ লইরা মাল্‌পা লৈ। সীঙ্‌লেল্‌ কুম্‌না মাল্‌না। য়ীরোক্‌ লায়চম্‌ থল্‌না। চিঙ্‌সাং নাক্‌পাক্‌ ঙাল্‌ ঙম্‌পাপু সীঙ্‌লেল্‌ মাপাল্‌ ফুক্‌ লৈরাং খায়োম্‌ সেম্‌। চাম্‌লউ লানা য়াম্‌না লাংলক্‌য়ে। মোংপা তুথুপ্‌মতা সীঙ্‌লেল্‌ খুত্তা সুনা লম্‌ৰোক্‌নাপা লৈনে। নোংথোল্‌ তেংমায় থীন্‌পা। য়োয়পা খুমল্‌ পাচানা খঙ্‌লক্‌পা লৈনে। তুপী চারাইরোংপা মারইখঙ্‌না মাপাল্‌ উসোঙ্‌ লইরা মাল্লক্‌লে। আতুসুঙ্‌ মাতোম্‌নাতে। (৩)

[৪] হাউরে খানা পাংপারম্‌তা থৌতু নুঙ্‌পে নুঙ্‌। খম্‌লাংপারম্‌লাল্‌ য়ীরেং পুরম্‌ লাল্‌ কানা হংপা কোন্‌তা পাল্‌পা লৈপু লৈয়ে। থৌদু নুঙ্‌পে নুঙ্‌ অঙৌপতি কাতৌ নোংকিনো। নায়ুৰা চিঙ্‌খোঙ্‌ পোইরইতোল্‌না চিঙ্‌পুরোয় লাংৰোন্‌পাতা।

---

*লৈরিবশিং লাল্‌ হৌরক্লনি খল্‌লুদনা ঙা ফাঙেদা। অচঙ্‌বা ঙারেল্লনচিংবা ঙা হিতুপ অম থম্ন হোনগৎলক। ঙানাল্‌না হি অমা থম্না ফা। ঙারানা পৌদ য়াল্লগা য়ুমলোমদ হল্লক্লে। নিংথৌন ময়ুম হল্লকপদা মনাই ওইব খুমল্‌মচা। মপুবোক্‌ খুমল্‌ হাউরম্‌তোল্‌গী মগু ওইব য়াঙ্‌ব কাইব নোংথোল্‌ব তেংমায় লেপ্লগী মচা। সনাগী খাওজাও পুবা। মপা মপু কৈরাক থাবনা। নোংমাইজিংগী ঈশিংগ, নুঙ্‌কোন্‌ চিংজাওগী ঈশিংগ, থংনবা নাক্‌পক্কী ঈশিংগা। তুরেল্‌গী ঈশিংবু ফৈন্দ তুনা থিংলে হায়বগী তুবীও হায়না কৌই। তুবী হিদেন্দ পান্‌ব লৈ। সীঙেল্‌ মনা মওংদি সনাগী লৈখাম মাম্বলৈ। লৈরাংগী মপাল্‌না সন্‌গী মমীৎ মাম্ব-উসোঙ্‌ লৈরাং মাম্ব লৈ। সীঙেল্‌ কুম্না মাম্বনা। লোকমায় থম্ন, চীংসাং নাপোম্‌ ঙালহল্লম্ববু, সীঙেল্‌গী লৈপাল্‌ ফুক, লৈরাংবু খয়োম্‌ সেম্লগা, লানা য়োম্লগা কংলক্লে। তোরৈ তুথুপ্‌ অমদ লৈদুবু থেংনরুব্দগী খুত্ত য়ৌরকখিবা লৈনি। নোংথোল তেংমায় থীন্‌বা, খুমল মচা অথোইবনা খঙ্‌লক্‌প লৈনি। তুবী চরাইরোংবগী মতীক খঙনবা উসোঙ্‌ লৈরাং মাল্লক্লে। অসিনসু লোইদরি (৩)*

*[৪] মখা মাইকৈদ লৈবা অপেৎপা (নুঙপে) নুঙ্‌। ঈপা ঈপুশিংন মথং মথং সমথরকপগী বারীগ সাগোম্নরকপা, ঈগী মরিদ কন্নাগুম্বনা হংলেগা পাউখুম্নব শাংপ লৈবু*

লোইপী সিতাপা মারেম্ হেম্পা নাতাপাপু লৈরিকাপারা হায়না চিঙ্পুরোয় তম্পু কোল্না লাংবোল্লক্পাতা চিঙ্খোঙ্ পোইরইতোল্না য়ীসঙ্ লইনা সা। লম্সঙ্ লইনা খল্না। সাতল্পা মকাইফম্। সঙ্লেল্ মাঙ্লম্খল্। উপল্ পোপতেক্ লই। উনা সংসোঙ্য়ান্। চাবা য়াঙ্সঙ্সানা পুইতিং হানা কুপ্না ফায়েঙ্ নোংফাইপা। চিঙ্নুং য়ারেকপাতা খম্লাং আমল্পা য়ীরেংমপু আকেম্পানা লান্নখিয়ে। আতু নোংকিপু খম্লাংপারম্লাল্ য়ীরেং পুরম্লান্-ও তৌনা কৌয়ে। চিঙ্খোঙ্ পোইরইতোল্না খম্লাং মপা আমল্পা য়ীরেং মপু অকেম্পাপু লান্নসুনো হায়না থৌতু নুঙ্পু পৈরম্য়ে। আতু নোংকিপু থৌতু লুঙ্রেং লুঙ্ও কৌপাপু পোইরইতাফাথিপানা বাংঙম্ হায়মন্ তান্পানা থৌতু লুঙ্ পরেংও তৌনা কৌয়ে। লম্লেল্ থৌতু লুঙ্ পরেং খম্লাং পারম্ লান্ য়ীরেংপুরম্ লান্তা পান্পা লৈপু লৈয়ে। সল্থোং মাইপা রৈ। সীলেল্ মানা তাতি লুপা তাঙ্কা মান্পা মাপাল্ তাতি তোন্লোক্ লুফা মাল্পা লৈ। চিঙ্খোঙ্ পোইরইতোল্না সীঙলেল্ মাপাল্ ফুক্না খঙ্লক্পা লৈনে। খাবী চারল্ তাপা। য়োয়রেল্ লাক্লউ সীন্। অসৈ লেংনা তিল্না খোইয়ম্ লাইয়ীম্ চঙ্। খাখায় পোঙ্সিন্ মাথোঙ্ লইনা হাংঙইতা। কংলা পাওতম্ লৈ। সল্থোঙ্ মাইপা লৈনা। সীঙ্লেল্ মানা লেক্লে। লৈরাং মাপান্ ফারে। অতুসুঙ্ মতোম্তে। (৪)

---

*লৈয়ে। থৌদু নুঙ্পে (অপেংপ) নুঙ্ কৌবদি করিদগীনো। নপুবোক চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোল্না চীঙ্ মান্দ চবুনা, চীঙ্গী নাদ-য়েক্তবা মফম লৈবরা হায়না চীঙ্-তম্ তুনা থিরকপা, চীঙ্খোঙ্ পোইরৈতোম্ন ঈনা কুপ্ন সঙ্ শারগা, উনা ফক্লাং খারগা উনা অশংব থেংতুনা নুংশিং-নুংশাদগী ডাকথোক্লবা হোংনজরগ লৈরম্ব মফম্। লমহাংদ শাবা সঙ্। উপল্না খারগা উনা অসংব য়ানবা, চাবোক-বাঙ্গোন সঙ মান্ন, চরোং মনানা কুপ্নগা মতম থরগী লৈব য়ানবা শাবা। চীঙনুং য়ারেক্পদা ইপা ইপু শিবদা খাঙেম্বগুম লেন্খিয়ে। মদুদগী খম্লাংব লম্লাল (শিখি পোকখিবশিংন চৎনরম্ব লম্বী), ঈরেং পুরম লানও (ইপা-ইপুশিংন চৎনখিব লম্বীও) হায়না কৌই। চীঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না মপা মপু শিখিবশিংন লান্নবনি হায়না নুঙ্ পরেং পৈরম্মী। অদু নুমিৎতগী থৌদু লুঙ্লেঙ্ লুঙ্ও কৌববু মৈতৈ লোল্গী অখণ্ডবশিং, নিংথৌগী মনা মথুম ফংব মৱা চৎপাশিংনা থৌদু লুঙ্ (নুঙ্ লোক্য়াতাবা) পরেংবো কৌই। থৌদু নুঙ্ পরেং তাবা অথোইব লম্, খম্লাংব পরম্ লান্ - ঈরেং পুরম লানদা পান্বা (শাংপ) লৈবু লৈয়ে। সনথোঙ্ মাইব লৈ। লৈরাংগী মনানা লুপা তাংগ মান্ব, মপাল্না কোয়েৎ মান্বলৈ। চীঙখোঙ্ পোইরৈতোন্না পাম্বী ফুক্লগা পুরকখিব লৈনি। মাঙ্গৈবীগী লাইপাও পীবা। অঙম্ অথৌ ওইবনসু শিজিন্নব। ঈশৈশকপশিংন লাইসঙ্দ লাইপাও শরুবা। মতম খায়না চঙ্থোক্ চঙ্শিন ওইনবা থোঙ্না হাংবদা। কংলাগী মপাও তম্ব লৈ। সনথোংগী লৈন। সীঙেল্ মনা লেক্থরক্লে। লৈরাং লৈপান্ ফারে। অদুনসু লোইদে। (৪)*

[৫] হাউরৈ খানা পাংপা রম্তা খুন্চান্ নিংথৌ চেংলউ লাম্বাপা মাযুম্ মাঙ্। মারুম্পী বাংনু নোংতম্ চানু খুন্তা পুঙ্। মামাইপা খুন্চান্ আয়াঙ্ হাউপাচানা চইরই চক্ফি চোল্ চোন্খল্। তেক্পী রোক্লম্ য়িল্। কাওরেল্ সল্লম্ য়িল্না খুল্তা পুঙ্। হয়রেম্ মায়ীম্ মাঙ্নিকিতি তাওসুম্ মাঙ্। মায়ীম্ তুংনিকিতি মুংপীতুং খুন্চাল্ চামাঙ্ কৌপাতি কাতৌ নোংকিনো। মাযুম্ হয়রেম্ তেংথানা। খুন্চাল্ আসৈনা লাইচা য়ীরেল্ পুঙ্পুতি য়ীসিং তম্লেল্ চাউপাও কৌয়ে। লাইচা তম্লেল্ চাউরকপাতা হয়রেম্ মচেৎপা মাপু তাওথোক্লে। তাওসুম্ মাঙ্ও তৌনা কৌয়ে। হয়রেম্ মাচেৎ পাংমাপু সেংচারউয়ে। সেংচামাঙ্ও কৌয়ে। মায়ীম্ হয়রেম্ তাওসুম্মাঙ্। মায়ীম্ মুংপীতুং। খুন্চাল্ সেংচো মাঙ্পু নাতৈনানা। মায়ীম্ খোংনিকিতি হয়রেম্ ঙা খোংনে। তেক্পী রোক্না লাল্য়িকিতি রোক্নম্ থুম্তাপা খোংনে। য়াংলৈ তাওপা হুইনা লাল্লপাতি। তাওপা হুইপুক্ চোত্তাপা খোংনে। কাউরেল্ সল্না লাল্লাপাসুঙ্ সল্মই চোত্তপা খোংনে। লাইচা য়ীপাক্ থক্তাতি চোয়নৌ সানা হোইতোম্ মাল্পা পাল্য়ে। সংলউ মায়পোম্পী চাসুঙ্ রোঙয়ে। লাইচা য়ীবাংমা। হয়রেম্ মাপাল্ থোংতা হয়চোই বোৎ হয়ঙাঙ্সং সুঙ্ পাল্য়ে। পামেল্ উনাও রোয় তাইখাম্পা সুঙ্ রোঙ্য়ে। হয়রেম্ পূৎ থক্তা থেল্মা থোন্য়ে। থেল্মাথক্তা পামেল্ উচাও পোক্য়ে। পামেল্ সাপী উফে মাতা হাউরৈ লাইনা পাংপারম্। কাইরই য়েন্সিংনাপা সীঙলেল্ য়েন্রুম্ লৈপু পাল্য়ে। পামেল্ সাপী থেম্চা উফেমা হাউরৈ নোংচুপ্লা পাংপারম্তা সীরাং খোঙ্ তেরা

---

*[৫] মখা মাইকৈদ পাল্লম্ব হৈরেম্ খুন্চালগী নিংথৌ চেংলৌ লাম্বগী ময়ুম্ মমাঙ্দ। মাগী নুপী নোংদম চনু বাংনুনা খুন্দাব মফম। খুন্চাল্গী মাইব অয়াঙ্ হাউবনা চকফি চোম্ন খল্লগা। রোক্কী লম্বী মতুং ইন্। সল্গী সল্লম্দ চৎলগা খুল্ তাব মফম্। হৈরেম্ খুল অমদি তাওসুম্ খুল্গী মমাঙ্। মৌখৎলম্ব ঈশিংনে চেহ্প্রবদ কংথরব মতুং। খুনচান্চামাঙ্ কৌবদি করিদগীনো। হৈরেম্ন হায়নবা। খুন্চাল্না কৌনবদি ঈশিং অচৌববু তম্লেল্ চাউবও কৌই। লাইজ তম্লেল্ চাউরক্পদা হৈরেম্ মচেৎ অমা তাওথোক্লে। অদুদগী তাওসুম্ মাঙ্ও হায়না কৌয়ে। হৈরেম মচেৎ অমদি কল্হৌরে (সেংচারৌএ), সেংচমাঙ্ও কৌরে। হৈরেম্গী তাওসুম্মাঙ্ মখোয়গী মুংবীতুং, খুন্চাল্গী সেংচা মাঙ্বু নাতৈনরগ হৈরেম্গী ঙাফাফম, খোংনি (খোংলৈ)। খোং অদুদি ওক্ল লাল্লগা মনম্ চোংতবা। ময়াই কাব হুইন শাল্লবসু হুইগী মবুক চোত্তবা খোংনি। কাউরেন সল্না লাল্লবসু সল্গী মমৈ চোত্তবা খোংনি। অদুগুম্ব ঈশিং ঈপাক মথক্তদি অরংব সনাগী কোঙ্গোল্ মাম্ব পাল্লী। অসংব মায়পোম্বীসু হৌই। ঈশিং খোংগী বাংমদা। হৈরেম্গী মপান্দা হৈচোইবোৎ হৈঙাঙ্সু পাল্লী। উপান্ মচা তাইখম্বসু হৌই। হৈরেম্গী ঈশিং থোক্ফম্দুগী মথক্তা থেল্ (লম্পাক) অমা থোল্লে। লম্পাক্ মথক্ত উজাউ হৌই। উজাউদুগী উশা অমা লাইজি লোমদা ওল্লী। উশাদুদ য়েরুম্ মাম্ব য়েরুম্লৈবু সাংলী। মনীংলোমগী উশা অচৌবদা তেরা হৌরি। উপালসিগী*

বোঙয়ে। পামেল্ উফেমা নোংনেম্ খানা পাংপারম্ কোক্লেল্ লূসী পাল্‌য়ে। পামেল্ সাপী উফেমা হাউরে নোংপোক্লা পাংপারম্ খায়োয়রোল্ চক্পা ঙম্পী অঙ্চা সম্ফাপীতি ৱারোঙ্র্ন লৈ। মইতেংঙুচা লইসা পাম্পা ৱাচাও লৈ। সীঙ্লেল্ চা-মুৱা লৈপু বোঙ্য়ে। পামেল্ উতোল্ থক্তা কোরউ ঙম্থংনা ৱাঙ্পল্ ঙম্লোন্ নানা লৈ সানা লোঙ্চুম্ পাল্‌য়ে।

মায়ীম্ হয়রেম্ তেংথানানা মেল্লৈপুতি লৈ সানা লোঙ্চুম্ পাল্‌ও কৌয়ে। পামেল্ উতোল্ থক্তা লৈ সানা লোঙ্চুম্পাল্পু খুন্চান্ লইমা খম্লাং ফাপী লিল্সুরোল্ লাক্হি খোম্পী। চইরই লীক্লৌ পাল্পা তুংথাংনাপী। তেরই রোংপা মাচন্। খুন্চাল্ লইমা খম্লাং তাওপীনা য়ীতু খোম্পা নাহা। পামেল্ পম্সিং হৈপাঅ তল্লা খাঙ্ৱায় রাঅ। পামেল্ পমসিংলও! সীঙ্লেল্ আসিপু মাথানা মচু থউ। লৈরাং মাথানানা মাৱাক্ চাম্পানা হাল্লাকানে। পামেল্ উতোল্ থক্কি। সীঙ্লেল্ লৈ হেক্পিঅ হায়না থৌনেক্পাপু। মাতু খোম্পা নাহানা পামেল্ উ কাপাপু তল্লা আঙন্পা পামেল্ অরেম্পা নিকিনা তল্লা উতোল্ লোম্ঙম্তে। পামেল্ খাঙ্তপ্ পায়না হল্ৱাইরক্য়ে। তেরৈ রোংপা মাচন্ লিন্সুরোল্ লাক্হি খোম্পীনা সীঙ্লেল্ অসিনা মাচু থউ। লৈরাং মাখোক্ লোয়খিপানা হাল্কানে হায়না কন্নলক্পা তুকুম্ পাপু তক্লাও সিতং সোল্না কাচেং থাঙখোঙ্ চয়সৌনানা

---

*নোংপোকলোমদা হায়দোকপা মশাদা অখাম্ চনু চকপ ঙৱী শমফৱীগী শমজিদ থেংনব লৈ। মৈতে নিংথৌ মচা লৈসা পাম্বনা ৱাথোক্লখিব লৈ। সীঙেল্চা মুবা লৈবু পাল্লে। উগী উতোল্লোমদনা নুমীৎক মায়োক্ল, নুংশা লাংবদা সনা মাম্ব লৈন চরোং চুন্ন পাল্লী।*

*হৈরেম্নশিংন মৈম্রেবু কৌনবদি লৈসনা লোঙজুমপাল্ও কৌই। উতোন্থক্ত লৈন্না লোঙজুম্বনা পানববু খুন্চাল্গী লৈম খম্লাংফাবী নিঙোল্-লাইতোন চনু লাক্হি খোম্বী। লীক্লৌ ফীনা তুংদ লৈতেংবী। তেরৈ রোংবগী মচন্। খুন্চাল্ লৈম খম্লাং তাওবীনা মৌপ্পা অতোম্বদা। উ কাবা হৈববু উ কারোলাও, উপাল্সিদ কারগা, মথক্তা শাৎলিবা মশক মচু ফজরবা লৈ (সীঙেন) অসিবু। হেকহৌদ্রবদি লৈরাং মথন্ত কম্খিবনা হাল্লগনি। উতোন থক্কী সীঙেন্ লৈ হেকপিয়ু হায়না থৌনেক্পবু। নাহা ওইরিবা মৌপ্পানা উ কাববু তল্লা অচৌব পামেল্ অবাংব ওইবনা উতোল্ লোম্ব ঙম্দ্রে। উগী খাঙ্তপ্ (ময়ায়) দগী হল্লক্লে। তেরৈ রোংবগী মচন্ লিন্সুরোল্ (নিঙোল-লাইতোন্) লাক্হিখোম্বী না লৈরাংন মপুং ফারদুনা মচু মাঙথরক, মখোক্ লোয়দুনা কেনখিবনা হাল্লনি হায়না কল্লক্পদগী তক্সি সোল্লদুনা থাং মখোক্তা সৌরগা নোংথক্লোম্দা য়েংলগা সোঞ্জখিয়ে। হৈরেম্ চনুরাসিংন চিনবীরগনু। খুন্জাল্গী পাখংসিংসু থেংপীরগনু। হৈরেম্গী চনু নিঙোলশিংন চিল্লবদি নুপী ওইবীগী মসম্ কক্লগা খাম্গে। খুন্জাল্গী পাখংসিংন থেংলগাদি নুপা মাগী চুবাগী মশম্ কক্লগা থিংগনি হায়খিয়ে। হৈরেম্গী পাখংশিংসু চিলহন্দবা, খুন্জান্গী নিঙোলশিংসু থেংহন্দনা খাম্খি। নোংমদি চীঙ্য়াগী মবুং তেল্হৈব, ৱাংগোল্চা মথুংচুম্ববু নেক্খিয়ে।*

কোরও থোইনা য়েং বাংপল্ পাংনা য়েংনা সোল্মোইখিয়ে। হয়রেম্ চানুরা সিংঅো চিন্পীকুনো। খুন্চাল্চা পাখংসিংবো। থেৎনা পীকুনো হয়রেম্ চানুরানা চিন্নায়ীকিতি মোম্নু তাঙ্চা সম্চি কক্না থৌখাম্কে। খুন্চান্চা পাখংনা থেৎনায়ীকিতি মান্পা সম্চিন্ কক্না থৌথিংকে হায়খিয়ে। হয়রেম্চা পাখ্সিংসুঙ্ চিল্হল্তা। খুন্চাল্ চানুরা সিংসুঙ্ থেৎহাল্তানা থৌখাম্খিয়ে। কোরউ নুমিৎমাতি মাতু চিঙ্য়াচা তেলহৈপা। বাংকোল্চা খুৎচুম্পাপু থৌনেক্খিয়ে। বায়রা তেল্পুম্ মাকা সীঙ্লেল্ লৈরোং মাকা সিল্নানা লৈ হেকখিয়ে। আতুনোংকিপু চিঙ্য়া চা খুৎচুম্পা। বাংকোল্চা তেল্হৈপানা। বায়রা তেন্পুম্ মানা কাপ্থা লৈনে। তেরৈ রোংপা মাচল্ লিল্সুরোন্ লাক্হি মোম্পী। লৈরাংনা লোঙ্চুম্ পাল্অো তৌনা কৌয়ে।

[৬] মইতেংঙু লোইনাই থাবান্ থাপা। লাইরেল্ আয়াঙ্পা। সারি চোংপানা মাসানৌ মেল্ সানাহা মায়াঙ্ চাউপাপু থারাল্ মপুঙ্ য়ায়দ নোংমল্ বাগি লইকাই পুজরুক্। চেঙ্পুম্ মানাও তোল্কুম্পাপু লল্সিং নোংতা। লাইরেল থিঙ্লউ নিঙ্না তেরক্লাপাতা। নোংপোক্ বায়রাং মাতাইমাতা। মাতাইরেম্ তইতল্ আমেল্ নিংঙোল্সু চানা থৌখাম্ ঙম্য়ে। মইতেংঙু লোইনাই থাবান্ থাপাঅ। লাংকোই সামায় বোল্না লেপ্পীখিঅো। পামেল্ আঙন্পা তল্লা অরেম্পতা পান্পা লৈপু লৈয়ে। সীঙ্লেল্ লৈ হেক্খিগে হায়না থৌখাম্খিয়ে। তাইতল্ আমেল্ নিংঙোল্সু চানা। হে লাইরেল্ মইতেংঙু ইপুংঙু তা আ অ। লৈরাং অসিপু সামু খুত্তা সুনা সীঙ্লেল লৈ থাকে থাফাতে। লৈরাং কোক্তা থেৎলক্সে হায়পাসুঙ্। লৈরাং চিন্নমল্নে হায়রঙইনে। সামু খাঙ্তা য়েপ্সে হায়রপাসুঙ্ হুমাং লয়রিক্ কারঙইনে। মইতেংঙু ইপুংঙু তাআঅো। লৈরাং অসিপু সারেল্ সাতি নত্তে। তরা চাকসুঙ্ নত্তে। য়ারেল্ খোঙ্চি তোনতা চিক্না সীঙ্লেন্ লৈ থারক্কে। তরা নাচা খাক্। সারেল্

---

*মাগী তেন্জৈ অমগা লৈরাং চরোং অমগা শিন্নদুনা লৈ হেক্খি। অদু নুমিত্তগী চীঙ্য়ামচা খুৎচুম্ব, বাঙ্গোল্চা তেল্হৈবনা, মাগী তেল্ অমা কাপ্লগা হেক্খিব লৈ। তেরৈ লোংব মচল্ নিঙোন লাইতোন চনু লাকহি খোম্বীগী লৈরাং লোংজুম্ব হায়না কৌখি।*

*[৬] মৈতৈ নিংথৌ লৈবাক্কী মনাই থবান থাবা। নিংথৌরেল অয়াঙ্বা, সরি চোংবনা। মাগী নুপী নহা ওইরিবী মেল সনা ময়াং চাউবনা থবাল্ থাবগী য়ুম্দ শিবগী বাথোক্তে। লমল্ খুম্লুবগী নিংথৌন ময়ুম হাল্লকপগী লম্বীদ, নোংমাইজিং চীংগী লমদাং অমদা। মনাই নিঙোম্বম মচা তাইতল্ অমেল্না হায়জখি। মৈতৈ নিংথৌ থবান থাবা কৌবও। সগোল্ মমাই বোল্লগা লেপ্পীখো। উপান অচৌবসিদা নীংথিবা লৈরাং শাৎলি। লৈ হেক্চখিগে হায়না খামজখিয়ে। তাইতল্ অমেন্ কৌব নিঙোম্বম চানা। হে লাইগুম্ থোইবা মৈতৈ নিংথৌ ইবুংঙো তাবিয়ু। লৈরাংসিবু ইখুৎনা ফংন হেকচগে হায়ববু খুৎ নাম্মদি থাদোকপা য়াদ্রে। ইকোক্ত থেৎলগা পুজরক্লবসু চিন্নরুরবা লৈমন্নী হায়বিরগনি। ইখ্যাংদ য়েপ্সি*

নাতং খাক্নে! হা হায়পীকুনো হায়না য়ারেন্ খোংখে চিক্না সীঙ্লেল্ লৈ থারকয়ে। মইতেংঙু লোইনাই থাবাল থাপানা মেৈন্নে সননা লোঙ্চুম্ পাল্পু সীঙ্লেল্ কোক্তা থেৎনা লাইরেল্ মরাল্ বোনতেরক্য়ে। আতু নোংকিপু মেৈন্নে লৈসনা লোঙ্চুম্ পাল্আে। তাইতল্ অমেল্ নিঙ্ঙোল্ সুন মারউ পাল্তা পাল্পা লৈ। মইতেংঙু লোইনাই থাবান্ থাপা মাসানৌ মেল্ সানাহা মায়াং চাওপালাল্সিঙ্ লৈ। মারাল্ খুঙ্ম লৈ। ছয়েল্ লাল্নিকিতি মারাল্ লিল্তু মচা কাক্লেল্ থাঙ্সা মচন্ থারাল্ মেলতে কৌপী। মানিঙ কোংতিংহান্পী। ককচাক্ সম্খোম্নপী। তাচেপ্ খাঙ্বায়নাবী। য়ীয়োং কোংতি থক্কি ফানা লৈনে। থারল্ খুন্ঙম্ লৈনে। মইতেংঙু লোইনাই থাবান্ থাপা মৈরইখঙ্অ তৌনা কৌয়ে। মেৈন্নে লৈসনা লোঙ্চুম্ পাল্না পামেল্ থেম্চা উফৈথক্ত সীঙ্লেল্ মাপাল্ ফা। লৈরাং ময়ায় কারকলে। (৯) লৈরাং আতুসুঙ্ মাতোম্তে।

[৭] হাউরৈ নোংচুপ্লা পাংবরম্তা। পাসা মপুঙ্ য়ায়তাকি। বুল্লক্পা লৈ। সীঙ্লেল্ পুখিল্ লৈন মাপাল্ বোরোঙ্ য়াথিল্ মাল্লক্লে। লৈরাং মানা লেক্লে। (১০) অতুসুঙ্ মতোমতে।

[৮] খোইয়ম লাইয়িংথৌ। নোংপোক্ মান্লং হুম্মোইবা। তমান্ খাকোয় সেৎপা। কোরও নোংকা কোয়পা। লয়চিন্ খোঙ্কাউনাবা। খম্কোল্ খুনেৎনাবা।

---

*হায়রবসু হুমাংনা চোৎলগনি। মৈতৈ নিংথৌ ইবুংঙো তাবীয়ু। লৈনি সাদি নত্তে। ঙাসু নত্তে। অদুবু য়ানা চিক্লগা লৈ হেকচরক্কে। নঙগী অরেম্ব চাক্লী, ঙা অরেম্বনি হায়না খনবীগনু হায়না য়ানা চিক্লগা লৈ পুথরক্কে। মৈতৈ নিংথৌ লোইনাই থবান্ থাবনা নীংথিজরবা মেৈন্নে লৈস্না লোঙ্জুম্ পাল্বু কোক্ত থেৎলগা নিংথৌগী য়ুমদ হল্লক্কে। অদুদগী মেৈন্নে লৈস্না লোঙ্জুম্ব, তাইতল্ অমেল্ নিঙোম্বমচাগী মরৌশিংন ফংবলে, মৈতৈ নিংথৌ থবান থাবগী মসানৌ মেল্ সনা ময়াংচাউবগী লাল্শিংননবা লৈ। লাল্ ঙম্ব লৈ। লান্ফম্দুদগী লানমী লিনদুগী মচা, ককলেল্ থাঙ্সাবগি মচল্, থাবাল্ মেল্তে কৌবী ফিসাবী, শাওরংননা মশম পুনবী খ্বাংজেংবীগী য়ীয়োং ফীসাং থক্ত ফাজিন্দুন থম্ব লৈ। থারল খুনবু ঙম্ব-লৈনি। মৈতৈ নিংথৌ থবান থাবনা সক্ খঙলব লৈ কৌই। মেৈন্নে লৈসনা লোঙ্জুম্পাল্না উফৈ থক্ত লৈরাং লৈপান্ ফা, লৈরাংনা ময়ায় কারকলে। (৯) লৈরাং অসিনসু মরোইদে।*

*[৭] নোংচুপ্ মাইকৈরোম্দ। ময়াং লৈবাক্তগী পিরক্প লৈ। সীঙেল্ পুল্ মাম্ব লৈগী মপাল্না য়াথিল্ পোরোঙ্ মাল্লক্কে। লৈরাংগী মনা লেক্থরক্কে। (১০) অদুনসু মরোইদে।*

*[৮] লাইগী নিংথৌ, মীওইবদা লৌশিং জ্ঞান পীবিরিবা (লৈরোন, নোংলোন অমসুং ঈরোল অহুমগী মপু ওইবা)। ফৈজোম্ তোমান্ শেৎপা। নোংখোঙ্ কোয়বা, লৈচিল্ খোঙ্নেৎনবা। নুংশিৎ খোঙগাওনবা। মাক্লেম চিথেক্ মরিদ। মাইকৈ নিপাল্, সুঙ্দাই তরাতরুক্কী। মফম পুম্ব শিন্থুংন, থক্-খা তুনা, তাইবংবু নোংমগী মনুংদ*

মাল্লেম্ চিথেক্ মরিমা। মায়কই নিপাল্‌মা সুঙ্তাই তরাতরুক্মা। মাল্লেম্ মাখৈ ফং। কোরউ মতোল্ লোম্না চিঙ্ঙু নোংখোঙ্মাদা তরেৎলক্ কোইববু আনা হুইরাং সোন্দপা। খোইয়ম্ লাইনিংথৌনা কোরও নোংলাং পান্দগি লৈরাং মাপান্ ফুক্‌ন সম্‌লাং জোতা নুংতা পুরক্‌পা লৈ। সীঙ্লেল্ মনা তাতি খৈমোম্ লাইচু মান্‌ব। লৈরাং মাপাল্ তাতি তোন্‌লোক্ লুফা মান্‌বা লৈ। সীঙ্লেল্ মনম্ চাওবা লৈ। মাল্লং থিবা তমান্ খাকোয় সেৎবা। চইরই ফিঙৌ সেৎবানা খোম্‌লেল্ মঙ্খৈনানা, অযুক্ তামায় ৱাংনা কোরি তাম্মীসু। লায়চা খিক্‌ফেন্‌নানা খোইয়ম্ ফইরম্ সিন্‌না লোইতাম থাম চাওচিল্‌নাবা য়ীরেঙ্ মালয় কোল্‌চিল্‌নাপা। চীল্য়া মাপাল্। ৱাক্‌মা লৈতোল্ থোংনা সোল্‌চিন্ লৈ। সীঙ্লেল্ খুত্তা সুনা সংকাই য়াকারই বন মাল্লা থিবন। লিক্‌লাই নোংথৌরেল্‌তা। সামু খুৎসিন্নব লৈনে। সীঙ্লেল্ তলুবী। মাল্‌লং হুম্‌মোইব মারৈখঙ্ সীঙ্লেল্ লৈপুন্ সীনা। লয়ঙোই চিপুঙ্ থক্তা লৈরাং মনম্ চাওরে। (১১) অদুসুঙ্ মতোম্‌তে।

[৯] বাংঙন্ কুসু খুল্‌লেল্ লয়। থারক্ মান্‌কং লইতা পান্‌বা লৈ। সীঙ্লেল্ মানা তাতি পান্‌বা কৈয়া মাল্‌বা। লৈরাং মাবাল্ তাতি। চোইনৌ সানা লৈতারেঙ্ মাল্‌বা। বাঙল্ কুসু খুল্লেন্ লইতা বাল্‌বা লৈ। সীঙ্লেল্ কুসুম্ লৈ। মইতেংঙু মোইরই খুন্‌চাওবা থংতা খোইনাই সেল্‌হোঙ্পম সুনা থাঙ্খা হিবোন্ লৈ।

লাইরেল্ পোইরই খুন্‌চাওবা। মরৈ খঙন চইরই লাক্‌মা তোম্বা। পাখং নম্ সম্বাল্ থোংতা চেল্‌চিল্ লৈ। বাঙল্ বীসুম্ লৈনা সীঙ্লেল্ মাবাল্ ফা লৈরাং মায়ায় কারে। (১২) অতুসুঙ্ মাতোম্‌তে।

---

*তরেৎলক্ হন্ন কোইববু ৱায় হায়না সোন্দবা (ৱারে কৌদ হায়দবা)। লাইগী নিংথৌ নঙনা নোংদোল্ অৱাংবদগী লৈরাংগী লৈপান্ ফুক্লগা শম্বুল্ মনুংদ য়েপ্পগা পুরক্‌প লৈ। লৈগী মনা মওংদি লাইগী মচু মান্ন। লৈগী মপাল্ মওংনা কোক্‌য়েৎ মতৌ মান্ন লৈ। সীঙেল মনম্ চাউব লৈ। অঙাওবা নুংশিৎপু ফীজেৎ ওইনবা। অঙৌব ফীজোল শেৎতুনা য়াহিপ্ মঙ্দাবা। অযুক্ অওম্বদা কোরি তাম্মী লোয়ননা অশেংবা ঈশিং খিক্লুনা লাইগী মথৌদ থাবুম্ অমা চৎনবা, ঈপা ইপূদসু কৎনবা। চিল্-লৈগী মতেংন ৱাহৈগী থোংদ শক-শোম্বদা য়াওব লৈ। লৈরাং খুত্ত পায়রগা য়ুম্ চংনব লৈ। লৈলেংবীশিংগী মঙাল্ চাউবা ইবুংঙোদা কৎনবা লৈনি। তরু তঙান্‌বী লৈ, নুংশিত্ত ময়ুম্ ওইব, (লাইগী লৈ ওইন খঙনবা) লৈন। লৈপুঙ্ মথক্তগি লৈরাংগী লৈনম্ শন্দোরক্লে। (১১) অদুনসু লোইদরি।*

*[৯] বঙ্গাল্‌গী কুসুম্ লৈ। লৈবাক অকংবদা হৌব লৈ। লৈগী মনাদি কৈগী ময়া মান্ন। লৈরাংগী মপাল্‌না সনাগী লৈতেং মান্ন ফজব। বঙ্গাল্‌গী কুসু কৌব খুন্দ হৌব লৈ। সীঙেল্ কুসুম্ লৈ। মৈতৈ নিংথৌ খুন্‌জাওবগী মনাই খোইনাইজম্ সেল্‌হোঙ্বনা থাঙ্গদা হি হোম্বদ চিন্ন লৈ।*

*অথোইব মৈতৈ নিংথৌ খুন্‌জাওবগী খোয়দাবা ফীজোল্ শেৎলগা। পাখংগী শম্‌দ*

[১০] হাউরে নোংচুপ্‌লা পাংবারম্‌তা থারু নুহি রই। নোংচুপ্‌ খিং খিং নারেঙ্‌ চিঙ্‌। থোংনা খাকা রাচা। উতোং নেন্‌ত্রাংব খোল্‌বোল্‌ চিঙ্‌। থোংনাং আংমুবা মাল্‌চেং সুনা চিঙ্‌য়া নক্‌বক্‌ য়িল্‌না লম্‌ থীবাতি পাঙ্‌কাবরা পাঙ্‌তা বাই। ঙাল্‌পা অতোম্‌ পাম্‌পা। হাউরা লোইলেম্‌পা মাখুরোল্‌। পাঙল্‌ মাতম্‌পাক্‌। থারুক্‌ নুহি লইতা বোঙ্‌পা লৈপূ লৈয়ে। লৈরাং মানা তাতি য়াংলৈ তাওপা হুইরে মাল্‌পা। মাবাল্‌ তাতি পারোং য়াথিল্‌ মান্‌বা লৈনে। হুইরে মাল্‌পা। মাবাল্‌ তাতি পারোং য়াথিল্‌ মাল্‌বা লৈনে। মোমনু চইরই তুংথাংলৈ। পাখং মাল্‌লউরেপ্‌। সিল্‌ ফি তাইখোম্‌ লৈ। কাইনৌ পেতুরুক্‌ লৈনা পাংঙল্‌ থারুক্‌ নুহি লইতা লৈরাং মাবাল্‌ ফারক্‌লে। অতুসুঙ্‌ (১৩) মতোম্‌তে।

[১১] হাউলৈ নোংচুপ্‌লা পাংবারম্‌তা। লম্‌লেল্‌ মাতাইমা জথে নুঙ্‌সুক্‌ চিঙ্‌। তাঙ্‌খোং তাংলাই চিঙ্‌। মাকোন্‌ তোল্‌লু চিঙ্‌। পান্‌বী নাওথেম্‌ চিঙ্‌তা বাল্‌বা লৈপূ লৈয়ে জথে নুঙ্‌সুক্‌ চিঙ্‌, বান্‌বী নাওথেম্‌ চিঙ্‌বো কৌবতি কতৌনোংকিনো। জথে নুরাবী। হাউনু তোন্‌তাংনু লৌথিবী মাবারি সাংতাপী। মমোম্‌ ফুইতাবীনা। থাওতু নিঙ্‌তম্‌বাপূ নম্‌দ পো। পান্‌পী নিঙ্‌পাক্‌ পাপূ থাতা পম্‌ন। য়িতু চতে থাঙ্‌ময় পাখংপা আে অইনা সে নেম্‌সে হায়ঙইতি। সে নেম্‌লক্‌অ। অইন সে বাংসে হায়ঙইদি সে বাংলক্‌আে হায়ন মদু চোথে পাখংববু

---

*চিন্নব লৈ। বঙ্গাল্‌গী কুসুম লৈন সীঙেল্‌ মপূং ফারে। লৈরাংগী মগুণ লৈরে। (১২) অদুনসু মরোইদে।*

*[১০] মনিং মাইকৈ পাংবরোম্‌দা, থারু নুহি লৈ, নোংচুপ্ত লৈব, নাপীন লেং লেং চংন হৌব চীঙ্‌। ময়াং নিংথৌ খাগা রাজা, উতোং নেন্‌ত্রাংব কৌব চীঙ্‌। ময়াং অমুবা থবক্‌ শুবনা চীঙ্‌গী চিঙমায় মতুং ইন্ন লম্বী থীবদা ফংগদবরা ফংদব। লাপ্‌থিবনা য়ৌনিংব মফম্‌বু য়ৌবঙম্‌দবা। লমাংদোংগী লোইরোই তাবা খুনয়াগী তম্পাক্‌ মান্‌বা। বঙ্গাল্‌গী তম্পাক্‌ লম্‌; থারুক নুহি লম্‌দম্‌দা শাৎপ লৈবু লৈয়ে। লৈগী মনানা হুইগী মরৈ মান্‌ব, মপান্দি য়াথিল্‌ পোরোং মান্ব লৈ। নুপীগী ফীদ লৈরোং ওইনসু থোক্‌প লৈ। পাখংন উরগা পাম্‌জবনা (খোয়রাংবনা) লৈগী ফীদুবু লৌজনীংব। নৌন ফজব পেত্রুক্‌ লৈন বঙ্গাল্‌গী থারুক্‌ নুহি কৌব মফম্‌দা লৈরাং মপূং ফারকলে। (১০) অদুনসু মরোইদে।*

*[১১] মনিং মাইকৈ পাংবরোমদ, থোইদোক্‌প মফম্‌ ওইব চোথেগী নুঙসুক চীং কৌব। তাঙখোং তাংলাই চীং। মাকান্‌ তোল্লু চীং। হিংজরিব কায়া কোনবীরিব চীংদ পান্‌ব (শাৎপ) লৈবু লৈয়ে। চোথে নুঙ্‌সুক্‌ চীং, পানবী নাওথেম্‌ চীংও কৌবদি করিদগীনো, নিঙোল্‌ ওইবী। হাউনু তোন্‌তাংনু লৌশিংবী, মচা নুপা পোক্তবী, মচা নিঙোলসু পোক্তবীনা। য়োংপাক্‌ নম্বো পো, থাঙ্‌জৌ মাঙ্‌দ পুনা, মবুং চোথে থাঙ্‌বায় পাখংবদা ঐন নেম্নসি (ফম্নসি) হায়রগা নেম্‌থবা (ফম্‌থবা)। ঐনা বাংলসি (লেপ্‌খংলসি) হায়রগা বাংলকউ (লেপ্‌খংলকউ) হায়না চোথেগী পাখং মবুং-মৌপ্‌াসিংদ হায়খি। সম্‌বুম্‌গী*

লাল্ কৌয়ে। সমপুম্ মতৈ ঙাইবুদি হন্নানুয়ে। অতু নোংকিপু চোথে নুঙ্সুক্ চিঙ্। পান্পী নাওথেম্ চিঙ্তা হোইয়া হো নেনে নাওথেম্ চিঙ্নে।

সম্পুম্ মতৈ ঙাইপু হন্নাল্ চিঙ্। মাতু চোথে পাখংবব্ লাল্কৌ চিঙ্অো তৌনা কৌয়ে। হেম্পা ঈশিং খোং অমতি তুই খারেকঅো কৌয়ে। মারেম ঈশিং খোং অমতি তুইসা রেংঅো কৌয়ে। লোইপী ঈশিংখোং অমদি অয়উপা তুইঅো কৌয়ে। হেম্ব ঈসিং খোং অমতি চঙ্বী য়ীমম্ থোইবো কৌয়ে। লোইবী লম্তাং আমাতি নুঙ্সিতাংঅো কৌএ। হেম্বা লমতাং আমাতি লুৱাংতাঙ্অো কৌএ। লোইবী লমতাং আমাতি কাসাল্ তাঙ্অো কৌএ। চোথে লম্তাং আমাতি থোংনাং লক্অো কৌএ। হেম্বা লম্তাং আমতি লাল্লুম্ সাকোন্তাক্। থোংনাং কৌপা আথৌবা ফানা রম্অো তৌনা কৌএ। চোথে খাংসেল্ অমাতি তাংখোংঅ কৌএ। হেম্ব খাংসেল্ আমাতি তাংলয়অ কৌএ। লোইবী খাংসেল্ আমাতি মাকল্অ কৌএ। হেম্ব খাংসেল্ আমাতি তোন্লুঅ কৌএ। লোইবী খাংসেল্ আমাতি চোথে নুঙ্কাং চিঙ্অ তৌন কৌএ। হেম্বা ঈসিং খোং মঙা ফাংপা। লোইপী লম্তাং মঙা তিন্পা। চোথে খাংসেল্ মাঙা সাপা চিঙ্। চোথে নুঙ্সুক্ জিঙ্। তাংখোং তাংলা চিঙ্। মাকল তোল্লু জিঙ্। পাপী নাওথেম্ চিঙ্। লাল্লুম্ সাকোন্তাক্। মইনুং খুৎপী চিঙ্। নাতেবা লওসল্ কোল্। চোথে নুঙ্সুক্ চিঙ্দ পান্ব লৈপু লৈয়ে। সীঙ্লেল্ নানা য়োম্না পান্বা লৈনে। খাপা উল্না থেংলপাসুঙ্ উন্চঙ্তে। লাইচা ঈচঙ্তানা ৱোঙ্পা লৈনে। পালেম্ মামা চাখা খোংমা রেংপা চানু। লিন্কোয়কি কেকে মোইরাং চোথে থাঙ্বায় পাখংবন কোরও নোংলেল্ থক্কি ঙান্খম্ ময়ায় খায়ন

---

*মপুরোইববুদি খাইনৈয়ে। অদুগীদমক্ চোথে নুঙ্সুক্ চীং। লোইনবীশিং (লৈমিন্নবী) দ থেম্জখিব চীংদ হোই হায়না য়ারো হায়না হন্ন হন্ন থেমখিব চীংনে।*

*সম্বুম মপুরোইববু ঈঙোক্খিবা (খায়নখিবা) চীঙ্। মৌপ্পা চোথে পাখংবু থেম্জখিব চীঙ্ হায়না কৌই। চীঙগী ঈসিং খোং অমবু, তুইসাম্ ফাই কৌই। চীঙ্মীগী ঈসিংখোং অমনা তুইখারেক্ কৌই। মরেম্গী ঈশিংখোং অমদি তুইসারেং কৌই। চীংগী ঈশিংখোং অমবু অয়ৌব তুইও কৌই। চীংমীগী ঈশিংখোং অমদি চঙ্বী ইমম্ থোইও কৌএ। চীংগী লম্বী অমবু নুংসিতাং কৌই। চীংমীগী লম্বী অমদি লুৱাংতাঙ্ও কৌই। চীংগী লম্বী অমদা কসাল্তাঙ্ কৌএ। চোথে লম্বী অমদা থোংনাংলোক্ কৌএ। চীংমীগী লম্বী অমদা লাল্লুম্ সগোন্তাক্, ময়াং অথৌব ফানবা লম্বী হায়না কৌএ। চোথেগী পোখাফম্ লম্পাক্ অমবু তাংখোং কৌরে। চীংমীগী পোখাফম্ অমদি তাংলয় কৌএ। চীংগী পোখাফম্ অমদা মকল্ কৌই। চীংমীগী পোখাসঙ্ অমদনা তোন্লু কৌএ। চীংগী পোখাফম অমদি চোথে নুঙ্কাং চীং হায়ন কৌই। চীংমীগী ঈশিংখোং মঙা ফাংবা। চীংগী লম্বী মঙা পুনুব, চোথেগী পোখাফম্সঙ্ মঙা সাবা চীং। চোথেনা পোখাব চীঙ্। লৈফম্-তাংজফম্ ওইবা চীং। মশা কঞ্জফম্, মীওইববু থেম্নব চীং। ইসা কম্নবা মফম্। চোথে*

চাওনা সাংনারক্‌এ। অতুনোংকিপু থিংক্রি নাচাওপাঅ তৌন কৌয়ে। কেকে মোইরাং থিংক্রি নাচাওপানা লোইপী চিঙ্‌তা কাঙই। পামেল্ উথিঙইতা খঙ্‌লক্‌পা লৈনে। খারম্ লৈসোক্ আঙাঙ্‌পাপু চাম্‌লউ লানা য়োম্। লৈরাং খায়োম্ সানা মোমনু তান্‌লোই মরুম্‌পী। লয়ম সুনু রেম্‌পীতা লম্‌রোক্লখিয়ে। কেকে মোইরাং লয়ম সুনুরেম্‌পীন কেকেচা পাখংন থেংনপীকুনো। ঙাংঙোই চানুরাতা খাইথপীকনো। সীঙ্‌লেল্ ঈতোম্ থেংনকে। লৈরাং ঈতোম্ চিল্‌নকে হায়না থৌখাম্‌পা লৈনে।

খারম্ লৈসোক্ অঙাঙ্‌পা চাম্‌লউ লানা য়োম্না পাল্‌পা লৈনে। কেকে লয়ম অঙন্‌পী তরেংমাতা সেংথাতাপা লৈনে। ঙাঙ্‌ঙোই সন্‌কল্ অরেম্পীতা খাইথাতাপা লৈন চোথে নুঙ্‌সুক্ চিঙ্‌তা সীঙ্‌লেল্ ময়ায় কা লৈরাং মপাল্ ফারে। (১৪) অতুসুঙ্ মতোম্নাতে।

[১২] হাউরৈ খানা পাংপারম্ লাংথা খুল্‌লেল্ লয়। হেম্বা কাচক্ মারেম্ অঙ্গোতাংতা। তাখেন্‌চা অতেংব। তরেৎ সেল্‌তম্ রোই। লাংথাচা অতেংপা বাংলেল্ পুঙ্‌তম্ বায়তা লাংথা খুল্‌লেল্ লয়তা পান্‌পা লৈ। সীঙ্‌লেল্ মানা তাতি বোকয়া তামই মাল্‌পা। লৈরাং মাপাল্ তাতি পারোঙ্ য়াথিল্ মাল্‌পা। লবায় লাংথারৈ। চুপ্পা লৈনুংসি। হুয়েল্ লাল্‌নিকিতি। মালা মিংনাইপা ফান লৈনে।

---

*নুঙ্‌সুক্ চীংদ শাংপ লৈবু লৈয়ে। সীঙেল্ লৈনান য়োম্ন শাংপ লৈনি। অখাবা উল্ তারবসু শোক্‌প ঙমদব লৈ। ঈশিংনসু চঙ্‌ব ঙম্‌দনা শাংপ লৈনি। মমা ওইবী চাখা থোংমে রেংবগী মচা। মবুক্‌থোক্কী কেগে মোইরাং চোথে থাঙ্‌বায় পাখংবন নোংথক্তগী ঙান্‌খা ময়ায় থায়ন চাওনা থুন্‌তারক্‌এ। অদুদগী থিংক্রি নাচাওবা হায়না কৌই। মোইরাংগী থিংক্রি নাচাওবনা চীংদ কাঙে। উ থিঙেদা খঙ্‌লক্‌প লৈনি। খারম্ লৈসোক্ অঙাঙ্‌ববু লানা য়োম্; লৈদবু খয়োম (নাচোম) শেম্নগ মাগী মশানৌ লৈম সুনু রেম্বীদা পীখিয়ে। কেগে মোইরাংগী লৈম সুনুরেম্বীনা কেগে মচা পাখংশিংন থেংপিগনু। ঙাংঙোইগী চনু নিঙোনশিংদসু পীবিগনু। সীঙেল ইদোম থেংনগে, লৈরাং ইদোম্ চিম্নগে হায়না ময়াম্‌দা খঙহন্‌খিব লৈনি।*

*খারম্ লৈসোক্ অঙাঙ্‌ব, মনান য়োম্ন শাংপ লৈনি। কেগেগী মগুণ্ চাউরবী লৈম তরেংত পীখিদবা লৈনে। ঙাঙ্‌ঙোইগী মতীক্‌লৈবী ঈবেম্মশিংদ পীখিদবা লৈন চোথেগী নুঙ্‌সুক্‌চীংদ সীঙেল্ ময়ায় কানা লৈরাং মপুং ফারে। (১৪) অদুনসু মরোইদে।*

*[১২] মথা মাইকৈগী লাংথা কৌব অথোইব লমদা, চীংমী য়াম্ন লৈব মরেম্‌গী অঙ্গোতাংদা। তখেল মচা লোইপোং কাব (তম্ব)। লাংথা মচানা পুঙ্ তম্ব মফম্, লাংথ খুল্লেন্দ পাম্বলৈ। সীঙেল মনানা ওক্‌ময়া, তাগী তানীং মাম্ব। লৈরাংগী মপাল্‌না য়াথিল্ পোরোঙ্ মাম্ব। লাংথ্রেগুম্ মনম্ নুংশিব। লান্‌ফমদ মালা কৌব মমিং নাইববু ফানব লৈনি। লৈকাইগী ঈংখোন্‌নুংদ লৈরাংন পুমশং শংলক্লে। লৈরাং অদুনসু মরোইদে। (১৫)*

লইকাই য়িংখোল্ ফৈরোয় নুংতা লৈরাং সংনা ফারক্লে। সিঙ্লেল্ অতুসুঙ্ মতোমনাতে। (১৫)

[১৩] হাউরৈ খানা পাংপারম্। মাল্লং মাথোঙ্চিন্। খম্কোল মারাক্চিন্তা তাখেন্ পূঙকাও-লয়তা পানপা লৈপু লৈয়ে। লম্লেল্ মাতাইমা তাখেন্ পূঙ্কাও লয়। কৌপতি কতৌনোংকিনো। নায়ুরা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্কা মারেম্ হেম্পা নাতা পাপু লৈরিকাপারা হায়ন পল্লেম্ মমা লইকোয়থোং খুয়া থাওপী মাঙল্ নোং য়োৎপী চয়সু মারুংকুম্ন খুল্থিঙইতা। বাংলেল্ মাপুঙ্চাপু কাওরম্য়ে। অদুনোংকিপু তাখেন্ পূঙ্কাও লয়রো তৌনা কৌয়ে। থোংনাং তাখেন্ পূঙ্কাও লয়তা পান্পা লৈ। সীঙ্লেল্ মানা তাতি। য়েপ্পু তেম্চিন্ মাল্পা। লৈরাং মাপাল্ তাতি চোয়নৌ সানা লৈতারেং মাল্পা লৈ। থোংনাং তাখেন্ লৈ। হুয়েল্ লাল্নিকিতি। নাকা চোল্ মিংনাইপা ফানা রৈনা। লইকাই য়িংখোল্ ফৈরোয় নুংতা সীঙ্লেল্ মানা রেক্। লৈরাং মপাল্ ফারকলে। (১৬)

[১৪] হাউরৈ নোংচুপ্লা খানা পাংপারম্তা লোইপী তাঙ্খুরোন্. তল্লা উয়োক্কোল্ পামেন্ উথা চিঙ্তা বোঙ্পা লৈ। কেকে হেনু চাম্পানা। আথাপ্ চিঙ্পু কা। আথাপ্ চিঙমই কোয়। পামেল্ উয়া হেপ্। ঙারাং পোৎতম্ সেম্। তেৎনৌ য়োৎপুল্ সা। কাচেং থাঙ্পুল্ সেম্না খান্লক্পা লৈনে। সীঙ্লেন্ ঙৌনা য়েকপা লৈ। মাপাল্ তাতি। য়াংলয় তাওপা হুইমই মাল্পা। লৈরাং চিল্নাফাতাপা লৈনে। কে কে হেনুচম্পানা লয়ম নিঙথি তারেংপীতা সীঙলেল্ খায়োম্ সা। লৈরাং লৈপুল্ সেম্না লম্রোক্লাপা লৈনে হায়তাপারা। খাওরেল্ নিংথৌ চনু লোক্লৌ মায়চুম্ সাফাবী ফাবী। লয়মা নিঙ্থী তারেংবীনা। কে কে লয়মা

---

*[১৩] মখা মাইকৈ পাংবরোম্দ। নুংশিৎকি লম্বী ওইব, অতিয়ানা পাক-শম্ন কোম্ব তখেন্গী পূঙ্কাও কৌব মফমদ শাৎপ লৈসু লৈরি। তখেনগী অথোইব মফম পূঙ্কাও কৌবদি করিদগীনো? নপুবোক্ চীঙখোঙ্ পোইরৈতোন্না মরেম্গী নাদবা মফম্, চীংমীগী সিদবা মফম্ লৈবরা হায়না মমান পোক্পদগী লোয়নরক্লব, ময়া থৌব-মচিন তুম্ব, য়োৎকি চৈসু তুম্বমথৈ থিরকপদা। মাগী য়ৈনব পূঙ্বু কাওরম্লে।*

*অদুদগী মফম্সিবু তখেন্ পূঙ্কাও লম্ও হায়না কৌই। তখেল্ ময়াংগী পূঙ্কাও লম্দ শাৎপ লৈ। সীঙেন্ মনাদি, তেম্গী মচিন্ মাম্ব। লৈরাং মপাল্না সনাগী লৈতেং মাম্ব লৈ, থোংনাং তখেল্ লৈ। লান্ফম্দা মমিং লৈরবা নাকাচোন্ অথৌববু ফানব লৈনি। লৈরাংসিনা লৈকাইগী ইংখোল্নুংদ মনা লেক্লে, লৈপান্ ফারে। (১৬)*

*[১৪] হাউরৈ খা-নোংচুপ্ পাংবদ লৈব তাঙ্খুরোন্ কৌব চীং। উয়োক্প উ থাবা চীংদ শাৎপ লৈ। কেগেগী হেনু চাম্বনা, অরাংব চীংদ কা, থাপ্ন চীংমৈ কোয়, উপান্ উথাদ হিপ্ন, ঙরাং শেম্খিব চয়োম্ পোৎ, য়োৎপাক্ অরংব থাংজৌগী মতেংন ফুক্রুক্ খাংলকপ*

অঙন্পী। ঙাল্খা লয়মা য়োইরেল্পী। চোথে নিংথৌ। চারেংপা ফাপী। খাম্‌রইম কোঙ্‌য়াম্বী। লওবায় হাউসল্ পাং। হুয়েল্ ঙাঙ্চাপা ফাবী। সামন্ লয়ম নামোইনু। লোল্ফু লয়ম ময়তৈনু। মাতু নিংথৌ খাকা রাচা। চোয়নৌ সানা তেম্খাঙ্নাপা। কয়াং লিক্ফাং সিপাকা ফুইমা। লোইবী পান্পোং ঙম্পী। হুয়েল্ ময়সল্ তাঙ্ফাবী। উরা লোক্নুসু। সাচুঙ্ ঙম্পী। লেংকা তাংফাপী লাইচিঙ্ তোল্নু-সু। মাহৌ ঙম্পী। অরুরেঙ্ ফাপী। নিংথৌ উমাইচনু। লয়মা হাম্চাওবী। হুয়েল্ চিঙ্ময়পী ফাপীসুঙ্। মোইরাং লয়ম তরেংমন সীঙ্লেল্ হান্ন থেংনকানে। থেংনহন্তা। লৈরাং চিন্নকনে চিন্নহনতানা থৌখাম্ লৈনে। লয়ম নিঙ্থী তারেংপীন। লোক্তাক্ ঙাতাপাতা সীঙ্লেল্ মতোম্ থেংনপা লৈনে। লৈরাং মতোম্ চিপা লৈনেঃ লোক্তাক্ ঙাতারৈ কারাং পান্তম্ লৈ। সীলেল্ ঙৌয়েক্ লৈনা। লোইপী তাঙ্খুরোনতা সীঙ্লেল্ মপান্ ফা লৈরাং মরিক্ চেন্লে। অদুসুঙ্ মতোম্তে। (১৬)

[১৫] হাউরৈ নোংচুপ্ খানা পাংপারম্। মাল্লং মাথোঙ্চীন। খম্কোল্ মায়োক্ চীন্। খোইয়ম্ লায়য়িংথৌ। চিঙ্ঙু লাংপুম্ নিংথৌ মচিঙ্চিন্। ময়ু নিংথৌ মচিঙ্লেল্। চিঙ্লেল্ পালংনা। খোইয়ুম্ লাইপুঙ্ থোল্ অবাংপাতা পান্পা লৈ সীঙ্লেল্ লাংপোম্ লৈ। খম্কোল্ হুম্ হুম্লক্পতা মান্লং চইরোয়নানা

---

*লৈনি। সীঙেল্ ঙৌন য়েক্প লৈ। মপালদি হুইগী মমৈ মাম্ব। লৈ ওইজরবসু চিন্নহৈদব লৈনি। কেগে হেনুজাম্বন লৈম নীংথি তরেংবীদ সীঙেল্ খয়োম্ শেম্। লৈরাং লৈপুন্ শারগা খুদোল্ তমখিব লৈনি হায়দবরা? খাওরেন্ নিংথৌগী মচানুপী লোক্লৌ মায়চুম সাফবী, লৈম নীংথি তারেংবীন, কেগেগী লৈম মতীক্ মগুণ্ লৈবী, ভাঙ্খ লৈম অচৌকোন্দ পোক্পী, চোথেগী নিংথৌ চারেংব ফাবী, খাম্বৈম কোঙ্য়াম্বী। অথাম্ন-অরাম্নদ লাল্ ঙাক্চববু ফাবী। সমন্ লৈম নামোইনু। লোল্ফু লৈম মৈতৈ নুপী। মৌপ্পা খাগরাজ, সনা লুপা মোন্খাংনবা, ক্যাং লিক্ফাং সিবগা পোক্মিন্নবী, পান্পোং চীংবু ঙম্বী। লান্দ থৌবী, উরা লোক্নুসু - সাচুঙ্ ঙম্বী। লেংকা তাংফবী লাইচীঙ্ তোম্নুগী মসু। মহৌঙম্বী, অরুরেঙ্ ফাবী, নিংথৌ উমাইগী মচা, লৈম হাম্চাওবী। লান্দ চীঙমৈবী ফাবীসু। মোইরাং লৈম তরেংমক্ল সীঙেল্ হান্ন থেংনগে থেংহন্দ, লৈরাং চিন্নগে চিন্নহন্দবা লৈনে। লৈম নীংথিতরেংবীন, লোক্তাক ঙাথিবদ মতোমদ থেংপ-চিন্বলৈ। লোক্তাক ঙাতারৈ, করাং মপাতম্ব লৈ। সীঙেল্ ঙৌয়েক্ লৈন। তাঙ্খুরোন্ চীংদ সীঙেল্ মপান্ ফা, লৈরাং লৈরিক্ চেন্নে। অদুনসু মরোইদে। (১৬)*

*[১৫] হাউরৈ খা-নোংচুপ পাংব লম্, নুংশিং মাইকৈ-শাম্বোং পাংবদ। অতিয়ানা পাক-শান্না কোম্ব। লাইগী নিংথৌ চিঙ্ঙু লাংবুম্ নিংথৌগী চীংজিন্। নিংথৌ মাগী অথোইব চীং। চীংদুগী নম্লোন্দ। লাইগী লাইবুঙ্ অবাংবদ শাংপ লৈ; সীঙেল্ লাংপোম্ লৈ। নুংশিংন হু হু হুম্নক্পদ, নুংশিংকি মাইরমদ সীঙেল্ লাংপোম্ লৈন*

সীঙ্লেল্ লাংপোম্ লৈনা পাখঙ্ নাপ্পা লুরোয় থক্ত মাল্লং চয়রোয়নানা লেংলেঙ্ লক্লে। (১৮) অতুসুঙ্ মতোমতে।

[১৬] লম্লেল্ মাতাইমা কেকে থাংচিঙ্ লীবা মই। সল্থোঙ্ য়োয়থা পুঙ্। ঙাংঙোই হাউতম্ খোং। কেকে থেৎলউপুঙ্তা বোঙ্পা লৈ। খোইয়ম্ লাইয়িং-থৌ। থংজিঙ্ কোইরেল্ নিংথৌ। য়াংলউ লাইপাক্ মাপা থোংনাং মায়াম্পা লাকা সল্সেল্পা ফাপা। খোইয়ম্ সানা নাখোঙ্ খাতা পাল্পা লৈপু লৈয়ে। কেকে মোইরাং বাংখু চুনাপা বাংহল্ নিঙ্থীপানা মারাল্ য়ীম্কা সা। মারোল্ লোল্কা সেম্কে য়ীম্পী চাওরা হোঙ্কে হায়পাকি চিঙ্লেল্ নাপোম্ সম্ য়ীরোক্ লায়চম্ লান্না। পামেল্ উথীপাতা। খঙ্লক্পা লৈনে। বাংখু চুনাপানা লৈরাং অসিপু কারম্ চুনাপানো। সীঙ্লেল্ অসিপু কারম্ নিঙথীপানো লৈরাং লৈকা খুদিঙপু। সীঙ্লেল্ মায়েক্ থোক্য়ে। য়োয়পু খেইমোম্ লাইরৈমা। লাইরিক্ লয়মা। সীঙ্চা খোল্পী। মুক্মই নারিল্ নারিল্ সোল্কুম্য়ে। থংপা নোং নিংথৌ কোন্খে আতাম্পা। সীঙ্তুম্ নীঙ্থউ য়েক্কুম্য়ে। সীঙ্লেল্ লৈয়েক্লৈ অসিপু য়ীমোম্ হয়কোই মসিঙ্সু। লাইয়েঙ্ ফীম্ ফাপী য়িমোম্ কোইরেম্পীতা লম্বোক্নাকে। সীঙ্লেল্ মাপান্ ফুক্। চাম্লউ লানা য়োম্না. লম্বোক্নখিয়ে। মামোম্ কোইরেম্পীনা। মোইনু সম্তুক্ মালতেং চাও। চুপ্লেল্ নাপা ঙাল্না মাতোম্ থেৎনাখিয়ে। আতু নোংকিপু কে কে মোইরোং বাংখু চুনাপা মারই খঙ্। মামোম্ কোইরেম্পীনা। মোইনু সম্তুক্ মালতেং চাও। চুপ্লেল্ নাপা ঙাল্না মাতোম্ থেৎনাখিয়ে। আতু নোংকিপু কে কে মোইরাং বাংখু চুনাপা মরই খঙ্।

---

*পাখঙ্গী নাপ্পদ লেং লেং চৎলক্লে। (১৮) অদুসু মরোইদে।*

*[১৬] অথোইব লম্ কেগে থাংজিঙ্ চীংগী চীংমৈ, সম্থোঙ্ নিংথৌন লোংফম্ পুঙ্। ঙাঙোইগী ঈশিং খোং মরু। কেগেগী লবুক্ লম্হাংদ শাংপ লৈ। লাই ওইব লাইনিংথৌ, থাংজিং তাইবঙ্ মপু। লৈবাক্ মীয়াম্গী মপী-মপা ওইব, ময়াং ঙম্ব, নোংচুপ্ ঙম্দাইনবা ঙাক্পি-সেনবীব। ইবুংঙো নগুগী সনা নখোঙ্খাদ শাংপ লৈবু লৈয়ে। কেগে মোইরাংগী বাংখু-বাংহল কৌবনা নীংথিব ময়ুম শাজগে, মরোল্ মরোল্ সেম্গে, অচৌব য়ুম্বী য়ুংগে হায়বগি চীংগী নাপোম্ সম্, ঈশিং থোক্পা লোক্ কায়া লান্ন উ থীবদা। খঙ্লক্প লৈনি। বাংখুগী মিংগ লৈরাংগী মমিংগ কম্দৌন চাশিন্নরিবনো? সীঙেল্ অসিগী নীংথিবদি, লৈরাং লৈকো খুদিং ফজবা ময়েক্ থোক্ই। লাইরেম্বী লাইরিক লৈম সীঙ্জাথোম্বীন, অমুব মুক্ত লাইরিক্ ইগুম্ই। অতাম্ব নোংদোন্দ নোংগী নিংথৌ লৈচিন্ন ময়েক মচু নাইন থোক্লম্মী। সীঙেল্ ময়েক্ নাইব লৈসিবু মপুং মরৈ ফারবী ইচানুপী, পোক্পদগী মপোপ্ মতাং ফবী ইচা কোইরেম্বীদ পীরগে। সীঙেল্ লৈপাল্ ফুক্লগা, চাম্লৌ লানা য়োম্দুনা পীথিয়ে। মচা ইবেম্ম কোইরেম্বীন, সম্জিরৈ চাওন সেম্, চুবা-নাপ্প ঙাল্না মতোম্ত থেৎথি। অদুগীদমক্ কেগে মোইরাং বাংখুগী মিংগ পক্লনা খঙ্নবা। মচা ইবেম্ম কোইরেম্বীগী লৈরাং ময়েক্*

মামোম্ কোইরেম্‌পী। সীঙ্‌লেল্ লৈয়েক্ লৈঅ। তৌনা কৌয়ে। সীঙ্‌লেল্ লৈয়েক্ লৈনা। লম্‌লেল্ থংচিঙ্ লীবা মইতা। লৈরাং মানা রেক্‌লে। খোয়মা তুম্‌পউরক্তা সীঙ্‌লেল্ মাতা লাম্‌লে। অতুসুঙ্ মাতোম্‌তে। (১৯)

[১৭] লম্‌লেল্ মাতাইমা কে কে ঙাইতই লউকোল্ নুং। কোল্‌নুং আচল্‌পা ঙাইতই পল্ মরু। চেকায় লইয়ানৌ। থম্‌পাল্ নোংসারউ। ৰোয়নম্ খুৎপী পোক্। কেকে হাউকুরইমা লোইনাই তাপী। লংসুং খোঙ্‌কা তিংনা খারম্ লোইচল্ লম্। মাতু হাউমুপানা লোইহায়রম্। হাউতোল্‌পানা লোইকেল্ লম্। কে হে খুনুং লাইহল্ নিংথৌ। হাউৰা লোইরেল্ চাম্‌পা। চাপা আহোঙ্‌পা মাচিঙ্ চিন্। ৰাংলই থইচম্ পাল্। খোক্‌ঙা তাংঙা পুঙ্। খুয়োল্ থাঙ্‌লউ লম্‌নুংসি। থম্‌পাল্ নোংসা রউ। চোয়নৌ সানা পুল্‌তোংপা লইমায়ায়। নিংথৌ মায়াঙ্ চাওপাকা কোরউ আখোঙ্ নিংথৌ চনু। ৰাঙ্‌পল্ আরাই লয়মাকা। লম্‌চিল্ মারইমাপী। হাউনু লায়াননুকা। ৰাংলেল্ মাপুঙচা য়াইৰোইপাকা। মাসল্ মাল্‌পী চিঙলোইপাকা। ৰাংলেল্ মারাঙ্ হউ। তরেৎ সেল্‌ফাং য়য়না তোয়ৰাংপা চিঙ্। তোঙ্‌তোয় লম্‌নুংসি। কেকে মোইরাং লইমা। চেংখু অম্‌পী। থোংঙাই ফাপী। লম্‌লোই তাইতা পান্‌পা লৈ। কে কে সীঙ্‌চারোৎ মোইরাং সীঙ্‌চা ফাই। পুইতিং মানা তাতি লুপা পাতাঙ্ মান্‌পা। চারোৎ মাপাল্ তাতি তোল্‌লোক্ লুফা নিক্‌ফা নিক্‌পা লৈনে।

---

*থোকপী হায়না কৌখি। লৈরাং লৈয়েক্ লৈন অথোইব লম্ থাংজিঙ্ চীংগী চীংমাইদ। লৈরাং লৈনা লেক্‌থরক্রে (লৈকা ফম্ন শাৎলে)। নারক্-তুম্বৌলক্ত সীঙেল্ মকা লাম্লে। অদুনসু মরোইদে। (১৯)*

*[১৭] কেগেগী অথোইব লম্, ঙা থোক্‌প লৌকোন্। লৌকোল্‌নুংদ লৈব ঙাকোম্‌গী মরু ওইব পল্। ময়া থৌব চেগাই শাব লম্। নুংশা শাবা লৌফম্। ৰোয়নম্ পোক্‌প (হৌব) মফম্। কেগেগী হাউরোক্-কোম্ৌ লৈম লোইনাই তাবীন। খোঙ্‌দ লং তিংলগা খারম্ লোইচন্‌ব লম্। মখা থাব হাউমুবনা লোই হাব লম্। হাউতোল্‌বনা লোই কন্‌ব লম্। মমাং ঙৈগী কেহে কৌব লাইহল্ নিংথৌ। হাউৰা লাইরেনজাম্ব। অহোঙ্‌জাম্বগী চীংজিন্। য়ু থোক্‌প ঙা থোক্‌প মফম্। খুয়োলগী নুংশিব লম্। নুংশা লাংব অহাংব লৌফম্। অরংব সনান থক্ত তোংবগুম্ মঙাল্ লৈব লৈমায়। নিংথৌ মুংয়াঙ্ চাউবগা অঙোম্ নিংথৌগী মচানিঙোল্ অরাই লৈমগা। লম্‌চিল্ নিঙোল্ হাউনু লায়ান্‌নুগগি পুঙ্ য়াইওইবগা। মনা মশীং হৌব চীংদুদা। পুঙ্ য়ৈ, সেন্ য়ৈদুনা হরাউন কাম্মিম্বিব চীং। তোংদোইগী নুংশিব লম্। কেগে মোইরাং লৈম চেংখু ঙম্বী, থোঙাইব ফাবীগী লম্‌খৈ মতাইদ শাৎপ লৈ। কেগেনা শীঙ্ ওইনব চরোৎ মোইরাংনা সীঙ্‌জাফাই কৌব। পুইদিং (চরোৎ) মনাদি লুপাগী থাংশাং মাম্ব। চরোৎ মপাল্‌না কোকয়েৎত থেংপদ নীক্ নীক্ লাওব লৈনি। নিংথৌ মুংয়াং চাউবগী নাপ্নদ থেংপ লৈগুম্ব। মমোম্ চরোৎ লৈম থেল্‌মোই রাংবীবু। খুমনগী নিংথৌ অতোল্ চীংখোঙ্ থোঙ্গাইবদ থাজঙৈদ। লৈম থেল্‌মোইরাংবীনা মমা অপোক্‌পী কেগেগী*

নিংথৌ মায়াঙ্ (মুংয়াং) চাউপা য়ুপা বোইথাঙ্ লেন্পা। মামোম্ চারোৎ লয়মা থেল্মোই রাংপীপু। নোংয়াই খুমন্ নিংথৌ, আতোল্ চিঙ্খোঙ্ থোঙ্কারাইপাতা কাউচা নাঙইতা। লয়মা থেল্মোই রাংপীনা পল্লেম্ ইমা পোক্মাপী কেকে উতোয় কাউচা হোঙ্পা চানু। পুবাং লয়মা। ইবাংলোন্বো। নামোম্ অয়পু। তাইয়ম্ নাইসম্ সাং। কাউরেল্ সল্চিবাক্পু লল্উন্ পীকুনো। কেকে সীঙ্চারোৎ। মোইরাং সীঙ্চা ফাইপু। অয়েম্ নোংয়ায় তেংথানা। চারোৎপুতি পুইতিংবো কৌয়ে। পুইতিং মাপান্ ফুক্না লল্উন্ পীবো। হয়েং নোংয়ায় মাপুঙ্য়ায়তা ইপারী খাইনারা। ইমোম্ নুংচাল্পীপু তোক্না নোংতা। ইঙা তোন্পল্ লাল্। কোরউ সেন্থীরাল্। বাঙ্পাল্ পাইথি লাল্তা থাঙ্ঙা থাল্তম্পা। মাথাল্ তম্। কম্পোং থাল্সেন্পা। মাথাল্ খঙ্। লইকাই পাকঙ্ থৌ। আরেম্পানা সাপা থাল্। সাসঙ্ য়ুঙাই লাল্তা। চানা সংসোঙ্ য়ান্ পুইতিং হানা কুপ্না। খোয়পুঙ্ ইহ্ম্ সেম্নারুকে। সাসঙ্ য়ুংঙাই সানা রুকে। হায়না বাবোইখিয়ে। আতু নোংকিপু। পুবাং লয়মা ইবাংলোল্ মারল্উন্। চাপারোল্ লয়মা থেল্মোই রাংপী। মবা বোইবো তৌনা কৌএ।

কেকে সীঙ্চারোৎ। মোইরাং সীঙ্লেল্ ফাইতা। লম্লেল্ মাতাইমা ঙাইতই লউকোল্নুং। থম্পাল নোংসা লউতা। পুইতিং মাপাল্ ফারক্লে। লৈরাং তোন্লোক্ লুফা নিক্লক্লে। (২০) অদুসুঙ্ মাতোম্তে।

[১৮] কেকে লউবায় লউতাও থোং। তাওথোং লউরেল্পা। বাঙ্থা লম্নুংসিতা। পাল্পা লৈপু লৈয়ে। তারা চাঙাল্পী। বাংলই য়ুরুম্পী। বাঙ্থা লম্নুংসিবো কৌপাতি কাতৌ নোংকিনো। লাবাং (লুবাং) লোইনাই য়াওসা তাল্পানা। লাপা খুমল্পু। য়াংতৌ সারম্ লীঙইতা। তারা চাক্য়োম্পু। চক্পা

---

*উতোয় কাউচা হোঙ্বগী মচানুপী পুবাং লৈমদ হায়জে, মোইরাং নিংথৌগী মচা ওইবী নমোম ঐবু। থাজবদা নাই-সল্, লল্নচিংব উনবীগনু। কেগেগী সীঙ্ চরোৎ, মোইরাংগী সীঙ্জাফাইবু। ময়ুম্ খুমন্ন চরোৎপু পুইদিং কৌই। পুইদিং পাম্বী ফুক্লগা লল্গুম্ উনবীয়ু। হয়েং খুমল্ লৈবাক্তা ইচা নুপা নুপী শিরক্পা মতম্দ। ইঙা-ইঙেলগী খুদোংচাদব নোংজু মতম্ থোক্পদ। অথাক্-অরাউগী তেন্ন পান্দুন শিরবদ। কম্বোংন সঙ্ শেন্নগ মংকুম্বা, খাংপোক্ সঙ শেম্বদা, লৈকাইগী পাখং থবক্ হৈত্রিবনা শাগদবা শঙদু। মতম্ ঙাইবগীদমক্ ওইরবসু। মওংচানা সঙ্ শেন্নগ চরোৎ পুইদিং হানা কুপ্নগে। খোয়দৌতাব ইয়ুম শেন্নরুগে। সা সল্ থন্নব সানরুগে হায়না হায়জখিয়ে। অদুদগী পুবাং লৈম মোইরাং নিংথৌ চনুগী অউন্পোৎ। খুমল্ লৈম থেল্মোই রাংবীগী বাহৈন ওইব লৈ কৌনখি।*

*কেগেগী সীঙ্ চরোৎ। মোইরাংগী সীঙ্লেল্ফাই; অথোইব লম্ ঙাইতই লৌকোল্নুং, থম্বাল্ নোংসা লৌদ। পুইদিং (চরোৎ) মপাল্ শাৎলক্রে। শাৎকায়রব লৈরাংন নীক নীক ফম্লক্রে। (২০) অদুনসু মরোইদে।*

*[১৮] কেগেগী লৌফম্ তাওথোং, লৌফম্শিংদগী অথোইব তাওথোং লৌ। নুংশিব*

হাউরা ঙাল্তম্ কোক্তা ঙাল্লম্‌য়ে। আতু নোংকিপু। ৱাঙ্‌থা লম্‌নুংসি। ৱাংলই রুম্‌পীরো তৌনা কৌয়ে। লউৱায় লউতাওথোং। তাওথোং লউরেল্‌পা। ৱাঙ্‌থা লম্‌নুংসি। ৱাংলয় য়ুরুম্বী। লৈরাং চাহুই পোপ্। কক্‌লেল্ নোংতংলও। মাকু হঙ্‌সোল্ লউ। থ্রঙ্ নেম্‌পাই লউ। সাঙাই হাথা রউতা পান্‌পা লৈ। লাইয়েঙ্ খুপী নোংমল্ লাই লাইয়েঙ্ হল্‌পী পাওথিল্ লৈ। লাৱায় হাউতা রৈ। নোংয়ায় থিঙ্‌কোল্ খুপা ৱাকয়ই হিথা রৈ। লইতাঙ্ হাউরোঙ্ লৈ। কৌপাতি কতৌনোংকিনো। খুয়োল্ খম্‌পা লায়রাপাকা। মারুম্ লাইয়েঙ্ হল্‌পীকা লউৱাই লউতাওথোংতা। কইরা থোংতেক্কে চংপী পান্‌ফোইকে। হায়পাকি পানম্ চৎথোক্‌লক্‌পাতা। তান্‌লোয় অখুপী। লুম্‌লেল্ মাকি আতোল্‌পী লাইয়েঙ্ খুপীনা। লউৱায় হাউতারেপু। মোম্‌নু চুপ্‌পা লৈথেং লম্‌তা। সীঙ্‌লেল্ লৈরোংমা তা আপু থেংলাপাপু। মারুম্ লাইয়েঙ্ হল্‌পীনা। হাউমল্ তুকুম্‌পাপু মারই লউ। ঙাইরোং তুকুম্‌পাপু মাপান্ থেক্‌না ৱাহম্‌লক্‌য়ে। থংলেল্ খম্‌পা লাইরাপারো। নারুম্ লাইয়েঙ্ খুপীনা। মোম্‌নু চুপ্‌পা ঙইথিং থল্‌নাপা লৈ অসিপু পাখং চেঙ্‌চা মাসাল্ ঙম্। মাল্‌চা মানিঙ্‌নাপানা সীঙ্‌লেল্ লোল্‌নাপীনা পীপা লৈনে হায়না পাওথীল্‌খিয়ে। মাথংলেল্ খুয়োল্ খম্‌পা লাইরাবানা লাপা কন্‌হউ নিক্‌না ৱারোইখিয়ে।

---

*মফম্ ৱাঙ্‌থাদ শাংপ লৈসু লৈরি। চাক্ ঙম্ন পীবিব, য়ু অশাবসু পীবিব, ৱাঙ্‌থ লম্‌নুংশি কৌবদি করিদগীনো। লুবাং মচা সা তাম্বনা লম্‌জিংদুন সারম্ লীরক্‌পদ, পুনরক্‌প চাক্‌য়োম্‌বু লম্মাংদোংগী ঙাল্‌তম্ কোক্তা ঙাম্রে (শাহম্রে)। অদুদগী ৱাঙ্‌থ লম্‌নুংশি-ৱাংলৈ য়ুরুম্বী কৌনৈ। তাওথোংগী লৌরেল্ ৱাঙ্‌থগী লম্‌নুংশি-ৱাংলৈ য়ুরুম্বীগী চহুই লৈ শাংপ। কক্‌লেল্ নোংলৌ, মকু হঙ্‌সোল্ লৌ, থ্রঙ্ নেম্‌পাই লৌ (খুনুথ্রঙনা নেম্ন পাইব লৌফম্), সঙাইনসু চাকতারব (কুমথরকপ) লৌফম্‌সিদ পাম্ব লৈ। লাইয়েঙ্ খুবীন শিথিব মফম্। লাইয়েঙ্ হনবীনা ৱাহং-পাওহংখিব লৈ। লৌবুক্ত শাংপ হাউরৈ। খুমন্ থিঙ্গোল্ খুবনা হি তোংবদা লম্ থাখিব লৈ। লৈতাঙ্‌দ (লৈতাম্দ) ওংব হাউরৈ কৌবদি করিদগীনো? খুয়োন্‌গি লাইরব খম্বগ মাগী নুপী লাইয়েঙ্‌হন্‌বীগ তাওথোংদ লৌ উগে। ওইজ ওইথক্ থিগে হায়বগী মফমদুদ লাক্‌পদা. মাগী নুপী লোম্নবী, অতোম্বী লাইয়েঙ্ খুবীনা। লৌবুক্ত শাংলম্ব হাউরৈবু। মাগী চুবা নাম্নদ লৈরাং অমথক্ থেংচববু। মাগী লোম্নবী নুপী অহন্ লাইয়েঙ্ হন্‌বীনা। মমাঙ্‌ঙৈগী মাম্রোম্ কিশিবু, লৈদুদগী খুদোংচাবা লৌদুনা ফোঙ্‌দোক্লবা পাম্নাও-শিংনাও মচা থেক্‌পগুম্ লৈগী মরি-মথোঙ্ খঙ্‌নবা ৱা হংলক্‌লে। ঐগী ইপুরোইব খম্ব লাইরবও। নশানৌ লাইয়েঙ্ খুবীনা। নুপী মাগি চুবা থম্ন থেংচরিব লৈ অসি। নুপাবু শুম্‌হৎপ ঙম্ব। নহাক্‌পু শীংনদুন কনাগুম্বনা লোম্ন পীরকপ লৈনী হায়না হায়জিন্‌খিয়ে। (ৱাহৈদুদগী) মাগী নুপা খুয়োল্ খম্ব লাইরবনা নুপা ওইবগী অশাওবদগী কম্থি থোক্ল থক্ থক্ নীক্ল ৱারৌখি।*

মারুম্ লাইয়েং খুপীপু লীরুং মাখুৎসুনা চয়পীরে। তাল্লোয় মারুম্পী। লাইয়েং খুপীতি। মোম্নু হুয়রাঙ্ মাচা য়াল্। লোইতাম্ থাপু ফা। য়াওবা মাসিং সুরাপীতি লউরী সেল্তোয় নমঙানানা। তল্লা তুকুম্পা খাক্তেক্না। বামেল্ তুগুম্বা লোয়খোয় নানা নোংমল্লে। মারুম্ লাইয়েংখুপীতি। সোয়খোঙ্ তাইথেৎতা থোংখা পারইতাপী নীকিন্না। মাথংলেল্ খুয়োল্ খম্পা লাইরাপাপু কোরও নোংনা য়েং। মাল্লেম্ লয়নাসুং চুম্লক্লে। মথংলেল্ খম্পা লাইরপানা য়াউরউ সানাপাতা মল্লক্পাকি কোক্থোক্ ফি। চইরই লম্ ফাংতাপা ফিপু। মান্লং মথি নাই। খম্কোল্ নোংলই হউপানা হুম্থোক্খিয়ে। খুয়োল্ খম্পা লাইরপাসুঙ্। মান্লং চয়রোয়নানা। চইরই ফিরম্ ইনখিপাপু। নোংয়ায় থীঙ্কোল্ খুবনা লইতাঙ্ ঙাতাবাতা লম্বোক্নরে। খুয়োল্ খম্বা লাইরাপাপু নোংয়ায় তীঙ্কোল্ খুবানা। লুরক্ কাঙ্তই থি। খাওনাও লেল্থোঙ্ লেল্খিরে। আতু নোংকিপু নোংয়ায় থিঙ্কোল্ খুপাতি বাকয়য় হিথারৈ। লইতাঙ্ হাওরোক্ লৈ। খুয়োল্ খম্বা লাইরবা ফানা লৈ। মারুম্ লাইয়েং খুপীতি নোংমল্ লৈ। লাইয়েঙ্ হল্পীতি পাওথিল্ লৈরো তৌনা কৌয়ে। লায়তাঙ্ হাওরোক্ লৈ। লউবায় হাওতা রৈ। কেকে লউবায় লউতাও থোংতা সীঙ্লেল্ মানা রেক্লে। মোম্নু খুচীন্ লৈপাল্ থোংকুম্না মাপাল্ ঙাঙ্না সারে। সোয়রেল্ ফুম্পী ঙাম্লে। (২১) আতুসুঙ্ মাতোম্তে।

[১৯] কেকে খুমু মাইরেল্পা মায়ুম্ মাঙ্। হুয়েল্ লাল্নিকিতি চানা কোংতিং

---

*মাগী নুপী লাইয়েং খুবীবু মখুত্ত পায়ব লীরুংন ফুবীরে। মতু অতোনবী লাইয়েং খুবীদি, মীরোম্লবগী মশা লুম্লরুব, থাশিং শুরক্লবী ওইবনা লৌরী মশোং নাইবদ থেঙ্ঙাননা, উপাল্ তেক্কুনা তাবগুম্, উ তুবগুম্ লৈমায়দ তুদুনা শিরে। মাগী নুপী লাইয়েং খুবীদি, অরোম্ব নুপা লৈতব, মরম্চৎ চুম্দবা চৎলুদ্দবনা। মপুরোইব খুয়োল্ খম্ব লাইরববু নোংমদোন্দগী বায়েন্বীরক্লে। লৈপাক্ লৈমনসু চুম্থোক্পিরক্লে। মাগী নুপা খম্ব লাইরবনা সা তান্বগী অবামন্ ওইন ফংলক্প ফী। অচম্ব অরাইব নত্তব ফীবু। খঙ্হৌদন হৌরক্প অকন্ব নোংলৈ নুংশিংন হুম্দোক্খরে। খুয়োল্ খম্ব লাইরবসু নুংশিৎকি মতুং ইন্ন ফিগী মতুং ইন্নখিববু। খুমনগী থীঙ্গোল্ খুবনা লৈতাংদ ঙা ফারিঙৈদ থেংনরে। খুয়োল্ খম্ব লাইরববু থীঙ্গোল্ খুবনা মঙক্ কক্কুনা হাৎখরে। অদুগীদমক্ খুমলগী থীঙ্গোল্ খুবগী হিথাখিব তোরৈ, লৈতাঙ্দ হৌব লৈ। খুয়োল্গী খম্ব লাইরব ফানবা লৈ। মাগী নুপী লাইয়েং খুবীন লৈদুগী মরিদগী শিখিব। লাইয়েং হন্বীন ওইদবা থোন্ফম্ ওইখিব লৈও হায়ন কৌই। লৈতাংদ হৌব লৈ। লৌবুক্তা তাংব লৈ। কেগেগী তাওথোং লৌবুক্তা সীঙেল্গী মনা লেক্খরে। নিঙোল্গী খুজিল্ অঙাঙ্বগুম লৈরাংগী মপাল্ ঙাঙ্না শাৎলে। সোয়ফম্ লমদম্বু মগুণ হেন্গৎহল্লে। (২১) অদুনসু মরোইদে।*

*[১৯] কেগেগী খুমু মাইরেম্বগী য়ুম্ মমাঙ্দ লাম্মী ওইবগী মচানা ইয়োং ফীশারীবী।*

মারই মাপী। মোইপুঙ্ পোৎতম্ সিপী। তাইতল্ মারই মাপী। লিক্কোল্ চাতা রইপীপু লৈমু সেংথক্না লইহৌ সেংবোই পুঙ্তা পাল্পা লৈ। লৈরাং মানা তাতি কাউরেল্ সল্খোঙ্ মাল্পা পামেল্ বাকুরে। লইয়ী ফাল্তোংরেক্। নাম্তু পুঙ্তম্ লৈ। কাঙ্চীন্ লম্তা রৈ। য়োয়মায়ায় তাওতল্পা লুথোক্ লৈ। সীল্নৌ লৈকাপোক্ তুরোল্ তুংথাং লৈ। পামা মাচন্ থিংঙা তাওপীনা মাথিঙ্ লাইরেল্ পাতা লল্কুলৈ।

চিল্ফু লম্মাপী লল্সা রৈ। হয়না য়াংনু চিঙ্লোক্পা লৈনে। মইতেংঙু নাওথিঙ্খোং মাঙাং ঙমবা মারৈখঙ্। লম্ফেল্ সেসেল থোইখুৎ। মইতেংঙু চিঙ্খোঙ্ লম্কাই ঙম্বা। নুঙ্কায় ফাল্তোং লৈনে। লাইরেল্ কাইনৌ চারাম্বা স্না নামা য়াংনু মারৈখঙ্নে। থাঙ্বায় নোংথৌ মুংয়াম্পা থিংবা খুল্ঙম্ লৈ। থীকাপোং মিংনাইপা ফানা লৈ। মইতেংঙু সেল্পী খাগেম্পা ফুম্তন্ খুল্ঙম্ লৈ। হুয়েল্ সেল্লিক্পু লম্কাংপু ফানা লৈনে। ম্ইতেংঙু সেল্পী পাইখোম্পা নুঙ্পী পান্লোই রৈ। চারা মিংনাইবা ফানা লৈনে। নোংথৌরেল্ তুবী চারাইরোংপা খোইয়ম্ লাইমিং থোংপু সৈবোল্পা। মাসেম্ য়ীম্চঙ্ য়াল্পা। হুয়েল্ সেল্লিংপা ফাপা মারৈখঙ্। কাইনা লাল্তা রৈ। আয়াঙ্ লাংথাবাল্। তেৎনৌ লম্তাই থেৎতা থৌতোং লৈ। আওরি সামই থাং।

---

*মোইবুংগী পরেং শিবী। তাইতল্গী লৈম ওইবী। লিক্কোল্ন শেম্ব লৈগুম্বীন অমুব লৈমায়থক্ত, লৈহৌফম্ব লৈগুম্ তোম্থিন্ শাৎপ লৈ। লৈগী মনাদি কাউরেল সল্গী মখোঙ্ মাম্ব, মরোল্ থোক্প পাম্বীগী লৈ। ফম্বান্ লৈন লৈমায়দ লেক্থরে। মীপোক্-থুন্দাবদ চঙ্ব লৈ। অবাংব চীংদ কাবদসু চঙ্ব লৈ। নুমীৎ কৌব লাইদসু কৎনব লৈ। লশিং অঙৌবগুম শক্ওং য়াম্ব মচু মথন্ মথা থোক্প লৈ। মচল্ ওইবীশিংন মথক্ থোংব মবুং ওইবশিংদ কৎনব লৈ। (পামগী মচল্ থিংঙা তাওবী "পাম্থোইবী" না মবুং লাইগুম্বদ কৎথিব লৈ)। মমা ওইবীশিংন চিম্নরগ অশেংব লল্বুফংজব লৈ।*

*চিন্ফুগী লম্লৈমদ কৎনব লৈ। য়াংনু লৈগ চাংদম্নব লৈনি। মৈতৈ নিংথৌ নাওথিং-খোং মঙাং ঙম্বগী লম্দ হৌব। লম্ফেল্ সোয়না পীব। মৈতৈ নিংথৌ চীংখোঙ্ লম্কাইঙম্বগী ফম্বাল্ তোংবগী লৈনি। লাইগুম্ থোইব কাইনৌ চলাম্বগী য়াংনু লৈনি। থাঙবায় (থাংমৈবন্দ) গী নিংথৌ মুংয়াম্বন থিংবা খুন্বু ঙম্বদ চিম্ব লৈ। থীকা কৌব কবোগী মমিং লৈববু ফানব লৈ। মৈতৈ নিংথৌ সেন্বী খাগেম্বনা ফুম্তল্ খুন্বু ঙম্ব লৈ। লান্দ সেল্লিক্ কৌব লম্কাংচাবু ফান লৈনি। মৈতৈ নিংথৌ সেন্বী পাইখোম্বন নুঙ্বী চৎপদ লোইনব লৈ। চারা কৌব মমিংচৎপবু ফান লৈনি। নিংথৌরেল্ তুবী চরাইরোংব লাইন সাইওন্বগী য়ুম্লেপ্ চার ওইব। লান্দ সেল্লিংববু ফাথিব মফম্ লোয়ননা অকম্ব লান্দাথিব লৈমায়। খুদক্তা খুদুম চনখিব লান্ফম্। য়োৎ-থাং পুম্ব লৈমায়দ থম্লগ লম্তাইথিব লৈ কৎথিব মফম্। য়েক্লবা কয়াবু মখ্বাং থৌরি থাংলগ লোইচনখিব।*

লম্লেল্ কোম্পীরাতা তেল্সীঙ্ লৈ। সাইবা পাল্লোয় লৈ। য়াংলউ লম্কুম্ লৈ। তাল্থোঙ্ লম্কোল্ লৈ। য়াংনু চিন্রোংবা। উসোং লইরাথিল্ ফানা লৈনে। য়োয়মায়ায় তাওতল্পা লুথোক্লৈ। পামাচা থিংঙা তাওপীনা মাথীঙ্ লাইরেল্পাতা লল্কু লৈ। পামেল্ ৱাকুরৈ। সাচি ফাল্ তোংয়েক্। সীল্নৌ লৈকাপোক্না মানা কাউরেল্ সল্ খোঙ্লক্লে। হে লিক্লাইৱো। ইপুংথৌ নোংথৌরেল্ পুমাবাবো। নাতাইরেম্ কে কে চাওপা পূঙ্তা পাল্পা লৈতি অতুসুঙ্ মাতোম্তে। (২২)

[২০] কে কে মোইরাং মারোং কাইমুৎ মায়ুম্ নাক্। থাঙ্ঙা লইকাইফৌ। হুয়েল্ লাল্নিকিতি। লংমাই লম্পুপা। আয়াঙ্ ফাল্চা মনাউ। মাখুৎ মোইখুৎ তানাবা। মামায় মোইমায় য়িপাপু। লৈমু সেংথক্না। লয়হাও সেংৱোই পূঙ্তা পাল্বা লৈবু লৈয়ে। পাংঙল্ মাতম্পাক্ থারুক্নুহিলৈ। থোংনাং খাকারা ৱাতোং নেন্তাংপা খোন্ৱোন্ চিঙ্। বাঙল্ তম্পাক্ থোক্লক্পা লৈৱো। কাল্লা লাচা লম্চিংপা মাপারি। মোসোম্ ৱায়বানা য়াউৱা পুখা থা। চক্মোম্ পুরিতুনা চইরই ফিনা য়োম্না পুরক্পাপু। কেকে মারোঙ্ কাইমুনা চেংলউ মিৎথিৎলপতা। পাথৌৱো কাল্লা লাচা লম্চিংপা মাপারি মসোম্ ৱা হায়পাৱো। অইপু সীলেল্ লৈপাল্'মা খাইরম্ও। লৈরাং মাপান্ 'মাতা আ পু খাইরম্ও হায়না পাওথেম্পাপু।

---

*অথোইব লমহাংসিদ শাংপ লৈ। তিংথংন পল্থাবগুম্ ঈকোই কোইন ঙাক্লিব মফম্। লম্বী চৎপশিংন হেক্রগ চিম্নবা লৈ। তান্থোঙ্ লম্বু কোম্লিব লৈ। য়াংনু লৈ চরোংনা। উসোংগী লৈরাথিল্বু ফানবা লৈনি। নুমিৎ অঙাম্বদ কৎনবা লৈ। পান্থোইবী থিংঙা তাওবীনা মবুং লাইরেল্বদ কৎথিব লৈ। উ মকুন ওইব লৈ। সজিগী মচু ময়েক্ মাম্ব, লশিংগুম্ ঙৌব কবোক্লৈন লৈগী লৈনা সল্গী মখোঙ্ মাম্লক্লে। হে মঙাল্ চাওব ইবুংঙো! ইনিংথৌ, নিংথৌ পুম্নমক্তগী অথোইবও। ননাইন কেগে মোইরাং লৈপাক্ত শাংপ লৈবু শীংথাবদি অদুনসু লোইদে। (২২)*

*[২০] কেগে মোইরাংগী লাম্মী কাইমুৎকি ময়ুম্ মনাক্। থাঙ্গদ পাক্-শম্ন হৌব। লংমাইগী লম্বু অয়াঙ্ ফাল্চাগী মনাউ। মখুৎ নান্ব, মশক্ ফজবনা লৈপাক্ লৈহাও কানবা শেম্মগা থাব লৈবু লৈয়ে। বাঙ্গাল্ লৈপাক্তগী নুহী লৈ, ময়াং থাগরাজ মরোল্ লোন্বগী চীং, বঙ্গালদগী পুরকপ লৈ। কালা রাজ (কালিসা) লমচিংবগী মচানুপা। মোসোম্ পাউ পুবনা বানা নুংসা লাংহন্দনা ফীন য়োম্নগা পুরক্প। কেগে মোইরাংগী কাইমুনা উরম্বদ পাম্জমম্বদগী। মরুপ্, কালিসা লমজিংবগি মচা ইবুংঙো মসোম্ পাউ পুবও। ঐঙোন্দ লৈপাল্ অমত থাইরম্মো। লৈরাং লৈপাল্ অমতা পিরম্মু হায়না থেমজববু। মসোম্ পাউ পুবনা লৈরাং মপান অমবু থাইবীরবদা। কেগে লাম্মী কাইমুনা ইংখোল্ সম্বল খা। নাপী নারাংন নুংসা থল্। লৈঙোই লৈপাক্ হাপ্তুনা সেম্নগা চেকশিম্ন থাখিয়ে। মচা নুপী আথম্ তোল্না মোইরাং লাইখুৎলোংবীদগী ঈশিংগ। মোইরাং লাইহলিগী ঈশিং শোক্লগ, ঈশিং*

মসোম্ বা হায়পানা। লৈরাং মাপান্ 'মাপু খাইপীরপাতা। কে কে মারোঙ্ কাইমুনা য়িংখোল্ ফৈরোয় খা। নেম্পী হুম্তাং খল্। লয়ঙোই খোঙ্কা সেম্না নাওয়োক্খিয়ে। মামোম্ আখম্ তোল্না কে কে লাই খুরোংপীতি লোংলউ য়ী। মোইরাং লাইহল্বীবু লাইচা য়ীপাল্ বায়। পুল্লাং লুরোয় থোং। লাইচা খিক্ফেল্ চাইনা। নাওয়োক্খিয়ে। সীঙ্লেল্ আতুনা মাপাল্ ফারক্পাকা মামোম্ আখম্তোল্না চুপ্পা ঙইতংথল্না মতোম্ থেৎনাখিয়ে। আতু নোংকিপু কে কে মরোং কাইমু মারইখঙ্। মমোম্ আখম্ তোল্নু সানা লৈবো তৌনা কৌএ। আখম্ তোল্নু সানা লৈনা কে কে থাঙ্ঙা লয়কোয় ফম্তা লৈরাং মাপান্ ফারক্লে। (২৩) আতুসুঙ্ মাতোম্তে।

[২১] লম্লেল্ মাতাইমা কেকে থাঙ্ঙা লিংপী চিঙ্। মাল্চা লইরা লইমাচাও চানু। কেকে লাংহই থোইপী। কারাং মাপীথেল্। হুয়েল্ লাল্নিকিতি। কেকে মোইরাং হাউবা থেল্নুসু। নম্পোক্ চইথংকি। কম্পোং মইরা চাওকুম্বা ফানা থেল্তা পান্পা লৈপু লৈয়ে। কেকে য়োয়বা ফাৎলউ চাম্বা। মামোম্ মোইপী আখৈপী। চিঙ্ঙাঙ্বম্ নিংঙোল্পীনা মাপাম্ থাঙ্ঙা খুল্কুম্ঙইতা। কারাং খুল্তাঙইতা। সীঙ্লেল্ খুৎতাসু। লৈরাং থাতা থেৎনা। থাঙ্ঙা খুল্কুম্না। কারাং খুল্তানাখিয়ে। আতুনোংকিপু নুরা খুন্খুম্ লৈবো কৌপাবু। পোইরই তাফা থীবানা।

---

*পুন মকোক্তা থোংন পুরক্লগ লৈপান্দ খিক্ল চাইদুনা য়োক্চখিয়ে। সীঙেল্ অদুগী লৈপাল্ মপুং ফারক্লুনা লৈশাৎ তন্নকপদ মচা নিঙোল্ আখম্তোল্না চুব, নাপ্পা থম্না মতোম্ত থেৎচখিয়ে। অদুদগী কেগে মোইরাং কাইমুগী মপান্দগী মচানুপী আখম্তোল্নু সনালৈ হায়না কৌন-খঙ্নখি। অখম্ তোননু সনারৈনা কেগে থাঙ্ঙা-মোইরাংদ মপান্ ফারক্লে। (২৩) অদুনসু লোইদরি।*

*[২১] থাঙ্ঙা লিংবীচীংগী অথোইব লম্দম্দ। লাইররবী লৈমচাওগী মচা নুপী নুংশিরবী। কেগে মোইরাংগী লাংহৈ অথোইবী। করাংগী থেল্ অচৌব লান্ফম্দ কেগে মোইরাং হৌদুনা শোক্লখিব মফম্। চৈ চানখিব নম্ পোক্লখিব। কম্বোং মনাগী মৈরা অচৌবগুম্ব অচৌব কয়া ফানখিব থেল মফম্সিদ শাৎপ লৈসু লৈরিয়ে। কেগে য়ায়তোবে (ফম্নাইব) ফাৎলৌচাম্ব। মচানুপী শক্হেম্বী ঈশৈ শক্পি। চিঙ্গাংবম্ নিঙোল্না মপাম্ থাঙ্গা খুন্ কুম্ঙৈদ। করাংদ চৎঙৈদ। সীঙেল্ খুত্ত পায়রগা, লৈরাংবু থবাক্ত থেৎতুন থাঙ্গদ লাক্খিয়ে। কারাং খুন্দ য়ৌখিয়ে। অদু নুমিৎত্তগী নুরা খুন্কুম্ লৈও কৌববু মৈতৈ লোন্দ নুরা খুদোংলৈ (খুৎদোংলৈ) হায়না কৌনৈয়ে। সীঙেল্ মাগী মনাদি খম্গোল্ লাইচম্ মাম্ব। লৈরাংগী মপাল্দি য়েরুম্লৈ মাম্ব। সীঙেল্গী মহৈন চাইরেল্গী চক্ল ফজবগী মওং মাম্ব। হাউখগী মোইবুং পরেং মাম্ব লৈ, নুরা খুৎদোং লৈনা থাঙ্গ কৌব চীংদ সীঙেল্ মপান্ ফারক্লে। লৈরাং মনা চুম্লক্লে। (২৪) অদুনসু মরোইদে।*

নুরা খুৎতোং লৈ বো তৌনা কৌয়ে। সীঙ্লেল্ মানা তাতি খম্কোল্ লাইচুম্ মান্বা। লৈরাং মাবাল্ তাতি কাইরই য়েল্লুম্ লৈ মান্বা। সীঙ্লেল্ মাহই তাতি চায়রেল্ লি নুংচঙ্কুম্বা। হাউখা মোইতা রী মাল্বা লৈ। নুরা খুৎতোং লৈনা থাঙ্ঙা লিংপী চিঙ্তা সীঙ্লেল্ মাবান্ ফারক্লে। লৈরাং মানা লেক্লে। (২৪) আতুসুঙ্ মাতোম্তে।

[২২] লমলেল্ মাতাইমা খোইয়ম্ থোইবরেল্ মাচিঙ্চিন্তা বাম্বা লৈপু লৈয়ে। মইতেংঙু লোইনাই খুমোম্পা চানু। ৱাংঙম্লোল্ কইথেল্ থালবীনা থাঙ্কা ফিসুঙই। কারাং ফি ফৌঙইতা। সীঙ্লেল্ হল্নুবা লৈবু লৈরাং খুৎতা সূনা সীঙ্লেল্ মাচু য়েংনো ৱাহম্খিয়ে। ইতাইরেম্ কে কে থাঙ্ঙা নিঙোল্বী সিংঅ। সীঙ্লেল্ মানা অসংবা অসিতি থংলেল্ ইনেম্ মাচা কেকে মোইরাং আতুরক্কি লোইজারম্বা। হল্নু মাল্লইকা। মাল্লৈ ঈরেং চল্লাবা লৈরাং মাসুং মাল্য়ে। লৈরাং মানা অঙৌবা আসিতি ইমাল মাচা মালচা ইৱা ৱোই। আঙৌবা নিংথৌতোরা। খুরায় পনম্ নুমিৎ থোঙ্বু চুনাবা। লিক্থা মোইকায় সাফাবা। লৈরাং মসুং মালএ। লৈরাং মপাল্ অঙাঙ্বা। চোইনৌ স্না লৈতারেঙ্ মাল্বা আসিতি। ৱাংঙম্ অইকি সীঙ্লেল্ ইজু মাল্এ। সীঙ্লেল্ খূৎতা সূনা। লৈরাং মাচু য়েংনা সোল্মোইখিয়ে। আতুনোংকিপু সীঙ্লেল্ হল্নুবা লৈ আ তৌনা কৌএ। সীঙ্লেল্ হল্নুবা লৈনা। য়োইয়ম্ থোইবারেল্ মাচিঙ্ চিন্তা। সীঙ্লেল্ লৈপান্ মানা। লৈরাং লৈচু অহুম্ থোক্না সীঙ্লেল্ মায়ায় কারে। লৈরাং মাপাল্ ফারে। আতুসুঙ্ মাতোম্তে। (২৫)

---

*[২২] থোইবরেল্ লাই[১] গী চীংজিন্ কৌব লম্দম্ অমদ শাৎপ লৈসু লৈরিয়ে। মৈতৈ নিংথৌ লোইনাই খুমোম্বগী মচানুপী। ৱাঙমলোল্ কৈথেল্ থাম্বীন থাঙ্গদ ফী সুঙৈ কারাংদ ফী ফৌঙৈদ সীঙেল্ হনু লৈবু লৈরাং খুত্ত পায়রগা, লৈরাংগী মচু য়েংলগ হায়খিয়ে। চান্নরবী থাঙ্গগী নিঙোল্ ওইবীশিং। লৈ মনা অসংবসিদি ঐগী ইপুরোইবগ তিম্নজরম্ব মোইরাংগী অতুরক্ন (লুন তৌজরম্বনি)। মহাক্না অহন্ ওইখিবদগী মউন খুইথরক্পবু লৈরাংসিনা লৈমন্ চল্লক্পগা মান্নরে। লৈরাং মনা অঙৌবসিদি ঐগী ইপুরোইব ওইবা অঙোম নিংথৌ তোরা, থোক্লকপদ ঙাইরিব নুমিৎক চাংদম্নব য়াবা। নীংথিজব থবান্মিচাক্ লিক্থা সাফবগা মান্নবগ। লৈরাংসিগ মান্নরে। লৈগী মপাল্ অঙাংব, সনাগী লৈতেং মান্বসিদি, নিংথৌগী মচানুপী ঐগী ইচুগ মান্নরে। (অসুম্না) লৈদুবু খুত্ত পায়রগা, লৈরাংগী মচু য়েংদুনা সোল্লখিয়ে। অদুনুমিত্তগী লৈরাং মাবু হন্নুলৈ (হন্নুব লৈ) হায়না কৌখি। সীঙেল্ হন্নুলৈন লাই থোইবরেলগী চীংজিন্দ, লৈগী লৈপাল্ অমনা, লৈগী মচু অহুম্থোক্ল শাৎতুন নীংথিজরে। লৈরাং মপূং ফারে। অদুনসু মরোইদে। (২৫)*

[১] লাই থোইবরেল — থাংজিং।

[২৩] লম্লেল্ মাতাইমা। কেকে সমুক্ কোল্তা পান্ব লৈপু লৈয়ে। কেকে সমুক্ কোল্, কাম্ব ঔরিখোং। পুয়াঙ্পা য়ইনা কোল্। কেকে খোংতোল্ মাল্। মোইরাং খোংফে নাও। কেকে মাল্লইতাক্ খুরোইবা ঈয়া ফক্। খুয়োল্ তেনা রম্। কেকে খন্পল্ পাৎ। মোইরাং থম্নোং খোংতা পান্বা লৈপু লৈয়ে। কেকে সামুক্ কোল্রো কৌপাতি কাতৌ নোংকিনো। মপা ৱাংঙম্লোন্ নাওরেম্তোল্ ৱাংকোল্ লইকারামবী। য়োয়রেল্ সংনামুংপু। ললউন্ তাল্পী ৱাংঙম্লোন্ মুৱাও ফাবী লিল্কোয়কি। কেকে মোইরাং নিংথৌ উরা খুন্তাবকি। কাউরেল্ মাসল্জাপু। মাল্বী কোল্পু খানা সাল্লম্এ। আতু নোংকিপু কেকে সামুক্ কোল্ও তৌনা কৌএ। ঙাংঙোই সামুক্কোল্। কাম্বা ঔরি খোংতা বাল্বা লৈ। সামন্ লয়ম নামোইনু। লোলফু লয়মা মইতইনু। লোইপী পাল্পোং ঙম্পী। হুয়েল্ মইসল্ তাঙ্ফাবী মরৈখঙ্নে। সঙ্লেল্ মানা তাতি মোম্নু সাংতিং মাইতৈ তেম্ মান্বা লৈ। লৈরাং কুনা য়োম্বাতি। মাতু নিংথৌ খাকা রাচা। চোইনৌ সানা তেম্খঙ্নাবা। কিয়াং লিক্ফাং মান্বা লৈ। সীঙ্লেল্ মাপাল্ তাতি নুরা লংথোক্ তরেঙ্ মান্বা লৈ। লৈরাং মাচু তাতি। নুরা হিকোক্ কুম্বাল্ থোংচুম্। কুম্চিং কোরি কাবা লৈনে। কোম্পী মুচুক্বন কেকে সামুক্ কোল্তা। লৈরাং মাপাল্ ফারক্লে। মোংপা

---

*[২৩] অথোইব লম্দম, কেগেগী সামুকোন্দ শাৎপ লৈসু লৈয়ে। কেগে সামুকোল্, কাম্বগী মরক্ খম্ব লৈব খোং, খোম্বাং য়েব মফম্। কেগেগী খোং মচা অমম্ব। মোইরাংদ ফৈন লৈব খোংমচা। কেগেগী লোক্তাক্, খুরোই লমাংদোংগী (থোংজাওলোক্) লোক্কী নুঙ্ন ঈথকপু ফক্কুম্ থিংবা। খুয়োল্গী লম্বী ওইনবা, কেগোনা পন্গুম্ কোইন খম্ব পাৎ। মোইরাংগী থম্নোং (থমং) খোংদ শাৎপ লৈসু লৈরি। কেগে সামুকোল্ কৌবদি করিদগীনো? মপা মৈতৈ নিংথৌগী মচানুপী অতোন্বী ৱাঙ্গোল্সঙ্দ পোক্পী। লৈবাক্কী পণ্ডিত লোয়সঙ্বু, অবুন্পোং ওইজনীংবী, নিথেম্নুবী মুৱাওফম্বীগী মবুক্থোক্কী মচা। মোইরাং নিংথৌ উরা খুন্দাবগী সলবু। কোল্ খারগা থম্নম্মে (সেম্নম্মে)। অদুদগী কেগে সামুক্ (সল্গী) কোল্ হায়ন কৌনখি। ঙাংঙোই সামুক্কোল্। কাম্ব ঔরীখোংদ শাৎপ লৈ। সমন্গী লৈম (মবেম্ম) নামোইনু, লোন্ফুগী লৈম মৈতৈনু, পাল্পোং চীংবু ঙম্বী। লান্দ থৌবীগী মরম্দনি। লৈগী মনাদি নিঙোন্গী খুৎশু ফীশাতেম্ মাম্ব লৈ। মকুন য়োম্ব লৈদি। মনাও ইবুংঙো খাগরাজ সনা ফীগে থোন্বগী। কিয়াং লিক্ফাং মাম্ব লৈ। সীঙেল্গী মপাল্না নিঙোন্গী লংনাই তরেং মাম্ব লৈ। লৈরাংগী মচুনা নিঙোল্গী হী-য়াই পোক্প মতম্ নাইব মচুন লৈতেংলবদ ফজ্জবগুম্, মতম্ তাক্প কোরি মচু মাম্ব মচু থোক্পা লৈনি। কোম্বীরৈ মুনরং তৌবন কেগেগী সামুক্ কোল্ (সঞ্জাবুং) দা, লৈগী মপুং ফারক্রে। কম্বোং পুং কৌব পাংতসু, কোম্বীরৈ অপোম্বনা কুক কুক ইম্বনা থিন্গংলক্রে। (২৬) অদুনসু মরোইদে।*

কম্‌পোংপুৎতা। কোম্‌বী কাপোম্‌বানা সোচিন্‌ লোন্‌লক্‌লে। (২৬) আতুসুঙ্‌ মাতোমতে।

[২৪] হাওরৈ নোংচুপ্‌ খানা পাংবারম্‌। মেন্‌তে লিসীঙ্‌খা। মেন্‌তং নুঙ্‌কায় চিঙ্‌তা পান্‌বা লৈ। থৌতু নুঙ্‌কারৈ। সীঙ্‌লেল্‌ সংনা ফাবা লৈ। লৈরাং লৈকা য়াম্‌বা লৈ। সীঙ্‌লেল্‌ মারোং চুম্‌বা লৈ। থৌতু নুঙ্‌কা রৈনা লৈরাং সংনা ফারকলে। (২৭) আতুসুঙ্‌ মাতোম্‌তে।

[২৫] লম্‌লেল্‌ মাতাইমা হাউরৈ নোংচুপ্‌লা পাংবরম্‌। লোইচিঙ্‌ সারোন্‌য়া। নোংচুপ্‌ তাফুরোন্‌। আতে সামুক্‌ তাও। উয়ুঙ্‌ পাম্‌সংয়াল্‌। থংচি নারোং পোক্‌। কেকে য়োক্‌নারেল্‌। ঙাঙ্‌ঙোই থংনারেল্‌। খুয়োল্‌ মোল্‌তাক্‌। খোইনাই তাইপীরউ। খোইনাই উয়ুঙ্‌ পোক্‌। কাইরই য়েল্‌লু রউ। পুক্‌ফাৎ সাপয় রউ। কেকে নিংথৌখোং। লোক্‌লাও হিথাখোং। পান্‌বা কইরাং খোং। কেকে মোইরাং খোয়বা লাংমইরেম্‌ব। চয়থা পাল্‌। নোংয়ায় হয়য়োন্‌বতি লুতুবাই। লোক্‌লাও হয়য়েন্‌ তু। খাম্‌পী লয়মা কোঙ্‌য়াম্‌বী। পোয়তু খোংতও রম্‌। মেন্‌তাক্‌ লম্‌ থোন্‌বাল্‌। ঙাংখা লম্‌সেম্‌ লম্‌তা। পান্‌পা লৈপু। কেকে খাম্‌বা পুরেল্‌ আহোঙ্‌বা মাপারী মোইরাং খাম্বা লাইরবনা। সীঙ্‌লেল্‌ লৈপুল্‌সা লৈরাং পাপোৎ লাক্‌না। লাংলক্‌পা লৈনে। কেকেচো পাখং। ঙাংঙোই সাবল্‌ লৌবা। পূম্‌না হৌনা সীঙ্‌লেল্‌ লৈজেন্‌ লৈ। কেকে খাম্বা লাইরাবা মারৈখঙ্‌। পাখং হাউকা লৈ। চিঙ্‌য়া উয়ুঙ্‌ পাম্‌সং লৈনা। লোইচিঙ্‌

---

*[২৪] খা-নোংচুপ্‌ পাংব মোইরাং লাইজিদ। মেন্দেগী চীংখাং ঈশিংখোংগী নুঙ্‌গায় মরক্ত শাৎপ লৈ। থৌদু নুঙ্গারৈ। সীঙেল্‌ শংন ফজব লৈ। লৈগী লৈকা য়াম্ব লৈ। সীঙেল্‌ মরোং চুম্ব লৈ। থৌদু নুঙ্গারৈনা লৈগী অশংব লৈনাগ লোয়ননা ফজরক্রে-মপুংফারক্রে। (২৭) অদুসু লোইদরি।*

*[২৫] নোংচুপ্‌ মাইকৈরোম্‌দ লৈব অখোইব লম্‌দম্‌। লোইজীং চীংগী নম্‌লোন্দ। নোংচুপ্‌ থংবদ মরোল্‌ নাইন লৈব। অতেম্ব লম্‌ সা-সলন চাক্‌তাব মফম্‌। অশংব উয়ুং পাম্বীন পাক্‌-শন্না হৌব। থংজি কৌব মশা লোংব উসু হৌব। কেগেগী ওক্লরেল্‌। ঙাঙ্‌ঙোইগ থংনব লম্‌। খুয়োল্‌গী মান্‌তক্‌, খোইনাইবু য়োক্‌পিরিব মফম্‌। খোইনাইগী উয়ুঙ্‌ য়োক্‌প, য়েল্‌ য়োক্লফম্‌ ওইব মফম্‌। মবুক্‌ হোগায়রব সাশিং (চানবা) পৈফম্‌ ওইব মফম্‌। কেগেগী লোক্‌লাও খোং হি থানব। কৈ অরাংবনসু চাক্‌তাব খোং। মোইরাংগী অথৌব লাংমৈরেম্বন চৈ (খুৎলাই) থাম্বিব পল্‌ মফম্‌। খুমলগী হৈ-য়োন্‌বন শিম্বিব মফম্‌। হৈ-য়োম্ব তুম্বিব লোক্‌। খাম্বীগী লৈম কোঙ্‌য়াম্বীন তু-খোং তৌরগ লৈরম্ব মফম্‌। মেন্‌তক্ল পল্‌ থোন্নম্ব লম্‌। ঙাংখনা শেম্‌জরম্ব লমদ। শাৎপ লৈবু। পুরেল্‌ অহোঙ্‌বগী মচা কেগেগী খম্ব লাইরবন সীঙেল্‌ লৈপুন্‌ শা, লৈরাং পাবোৎ লাক্ল পুরক্লগ কৎলব লৈনি। কেগে মচা পাখংশিং, ঙাঙোই পুম্বদ খঙ্‌ন-লৌনবা, পুন্নমক্ল চিন্নব লৈ। কেগেগী খম্ব*

সায়াতা মাপাল্ ঙৌনা সারক্লে। (২৮) আতুসুঙ্ মাতোম্তে।

[২৬] লম্লেল্ মাতাইমা। খুরোই হাউরা লম্লাং তোঙ্। কেকে খুপুন্ তউ। তউৱাং লা। তউরেল্ য়াঙ্নম্ পাক্। ফুল্ফৈ লম্ নামুংতা পান্বা সীঙ্। পামেল্ উয়ুঙ্ খাঙ্চেংবা। নোংপাল্ কানাবা চুম্মই সাংনা। চিঙ্ঙু নোংথৌ সোরারেল্। পাখং য়োয়রেল্ববু। সীঙ্পী উকা থক্তা কানাবানা মইনা হোৎনা তেল্সিঙ্ উ। কোরও চয়খাক্পানা। পান্দম্ উপু। লাৱাং হাইনু নম্বা চানুকা। খোয়নৌ মতা হাইনু থুম্বা চানুকা মামাল্ মাচা। নোংয়ায় হাউকোক্থোঙ্, তাহুই য়াঙ্কা। পামেল্ তল্খায় রও। সীঙ্পী লুতা থোংনা। সীঙ্চল্নাঙইতা। পামেল্ উরু তউ। উয়ুঙ্ সোইনৌ ফুক্। লিংলুম্এ। আতু নোংকিপু। হাইনু থুম্বা চনু সীঙ্চেল্। হাইনু থুম্বা চানু। সীঙ্থা পাল্বো তৌনা কৌএ। নোংয়ায় হাইকোক্থোং। তাওহুই য়াঙ্না। সীঙ্চেল্ উনে। পামেল্ উয়ুঙ্ খাংচেঙ্ আনা। লম্লেল্ মাতাইমা। আৱাং কাইনৌ লওচিঙ্খৈ। চিঙ্খৈ লম্নুংসিদ পান্বা সীঙ্। সীঙ্পী লইরেল্ খৈ। পান্পা কইরোল্ সীঙ্। সীঙ্লেল্ ঙাম্চৌপী। সীঙ্পী থরো ঈক্ন খোইমোম লাইক্ন্ সীঙ্। উয়ুঙ্ খাঙ্চেং আনা। খুরোই হাউরা লম্লাং তোং। হাইনু থুম্বা চনু। সীঙ্থা পাল্তা। পামেল্ উরৈ সংলক্লে। সঙেলেল্ লৈথেৎ ফারে। (২৯) আতুসুঙ্ মাতোম্তে।

---

*লাইরবনা খঙ্জরক্প, পাখং মাগী ওইব লৈ। চীংয়াগী উয়ুঙ্ পাম্বী অশংব হৌব পাম্দ শাৎপ লৈন। নোক্চুপ্কি চীংয়াদ মপাল্ ঙৌন শাৎলক্রে। (২৮) অদুনসু মরোইদে।*

*[২৬] অথোইব লম্, খুরোইগী হাউরা লম্মাংদোংদ, কেগে খুন্ পুম্নমক্কী ওইব তৌ। অৱাংব তৌ পাম্বী। তৌন পাক্শন্ন হৌব লম্পাক। ফুল্ফৈ হায়ন কৌন শোন্নব লম্দ হৌব সীঙ্। উয়ুঙ্ পাম্বী খাংজেংব। লুৱাংগী কুইন পুন্সিরক্লব মীন, লাইগুম্ব অঙোম্ নিংথৌ, নুপালক্তগী অথোইববু। উথক্ত কারগা খুৎলৈ য়াংন তেল্ সীঙ্নখিব উ। নোংমৈ শীংজ্বং (ব্রজ) না পান্ফম্ ওইব উবু। লুৱাংগী নিঙোল্ হাইনু নম্বগ। চান্নবী মতা হাইনু থুম্ব চনুগ। মখোয়গী চান্নবা নুপা, খুমন্ মচা হাউকোক্থোঙ্ তাহুই য়াঙ্গ, উগী তল্খায় অমা কক্লগ, সীঙ্ ওইনব কোক্ত থোংদুন সীঙ্চল্ঙৈদ। উরু ফুক্। অনৌব পাম্বী ফুক্লগ অমুক্ থারম্মী। অদুদগীবু হাইনু নম্ব চনু-সীঙেল্ হাইনু থুম্ব চনুন সীঙ্ থাখিব পল্ হায়ন কৌই। খুমল্গী হাউকোক্থোং তাওহুই য়াঙ্না সীঙ্ চন্খিব উনি। পামেল্ উয়ুঙ্ খাংজেঙ্বনা, অথোইব লম্দম্ অৱাং চীংখৈ লোন্নব। চীংখৈগী লম্ নুংশিবদ হৌব সীঙ্। সীঙ্ উপান্ অচৌবন ঙম্খৈ থুংন হৌব লম্। অথৌব কৈন্নসু উরক্ত মকোল্ শারিব। অচৌব সীঙ্না পৈথ-ঙাম্থ হৌরিব। সীঙ্ অচৌবন মৈ থারগ মৈতান্ ঈক্কুন লাইগী মথৌদসু শিজিন্নব সীঙ্। উয়ুঙ্ খাঙজেংবন খুরোইগী হাউরা লম্মাংদোংদ। হাইনু থুম্ব চনুনা সীঙ্ থাখিব পন্দ। উগী উরৈন সংলক্লে। সীঙেল্ উয়ুঙ্ লৈন মপূঙ্ ফারে। (২৯) অদুনসু লোইদ্রি।*

[২৭] ময়তেংঙ্ লোইনাই খুমোম্বা মারে খঙ্। য়ুম্‌লক্ লাল্‌চল্ লৈ। থোংখোঙ্ লাল্‌হা রৈ। পাল্‌পী লোক্‌লই খোং। লয়তাঙ্ সেকুরেক্ অঙৌব। খম্‌লেল্‌পা উরুম্ কোল্‌তা। হুপ্‌নৌ খাঙ্‌তপ্ বায়না। চাক্‌তাবা চেক্। নোংপাল্ নাওখোং চাম্‌পা। চাল্‌কোল্ চেক্। কোরউ নোংলোল্ ঙান্‌বা চেক্কি। সাবা নম্‌তা পান্‌বা লৈ। লাইচা ঈয়ায় তাউনা ৰোঙ্‌বা লৈপু। মইতেংঙ্ লোইনাই খুমোম্‌পানা। ঈকোপ্ খোংফেল্ থৌউই। সেল্‌পী চানা তেংকোল্ তরেৎ চাইঙইতা মমোম্ তম্‌বা ৰাংঙম্‌লোল্। লময়ায় কোয়রেল্ লাথাপী। লাংকোই মারাম্‌বা ফাবীনা। লয়তাঙ্ সেঙ্‌কুরেক্ অঙৌপাপু। সীঙ্‌লেল্ লৈপুল্‌সা। কোঙ্‌য়াঙ্ পীসিল্‌তাংমা কক্‌না। লাংয়েল্ কোঙ্‌য়াঙ্ ৰাতং নুংতা ৰারী লৈ। লয়তাঙ্ সেকুরেক্ অঙৌপাপু। মাপল্ পলথৌ নিংথৌ। লোইনাই খুমোম্‌পাতা থোল্‌রোঙ্ লৈনে। ইম্‌লক্ লাল্‌চল্ লৈ। থোংখোঙ্ লাল্‌হা রৈ। কংলা লাল্‌চল্ লৈ। কুম্‌চিং লোন্‌নিং থক্তা। হেম্‌মোম্ লৈনে। লয়তাঙ্ সেকুরেক্ অঙৌবা। মোংবা সুম্‌মিৎ ৰোন্‌তাবা। য়াউৰা সুম্ তাও হাল্‌তাবা লৈনে। সীঙ্‌লেল্ লৈপুল্‌সীনা। সাৰা তুখোঙ্ লোয়না। সীঙ্‌লেল্ মারিক্ চোন্‌লক্‌লে। কুমচিং লোন্‌মায় ঙাল্‌লক্‌লে। (৩০) আতুসুঙ্ মাতোম্‌তে।

[২৮] লম্‌লেল্ মাতাইমা। নোংয়ায় লয়সাং খোং। হাউনু খুচিন্ নুংৰোল্‌পা

---

*[২৭] মৈতৈ নিংথৌ লৈবাক্কী মনাই খুমোম্বগী মতীক্ খঙ্‌নব। য়ুম্নক্ত লাম্দবগুম্ য়ুম্‌থোং খুদিং শাৎপ লৈ। থোংখোঙ্‌দসু হাব (ফংব) লৈ। পোম্‌বী-চেক্লান লৈবা, লোক্কী খোং। লৈতাংগী উরেক্‌সেক্ (উরোক্) অঙৌবন, অশুক্‌প লোক্‌নুংদ (অমম্ব মকোল্ মনুংদ)। হুপ্ অনৌব হৌব থিরগ চাক্‌তাবা উচেক্। নোংদোন্ অতিয়া ঙাম্ব উচেক্কী মনমদ হৌব লৈ (উরেক্‌সেক্)[১]। ঈশিং ঈমায়দসু তাউদুন লৌব লৈবু। মৈতৈ নিংথৌ লোইনাই খুমোম্বন। ঈকোপ্‌ত লাল্ তাদুনা কবোগী তেঙ্গোল্ তরেৎপু চাইখাইঙে। মচা ইবেম্ম, মৈতৈ নিংথৌন ফম্বাল্ তোংলগ পোক্‌পী তম্ফ। লময়ায় কোয়রেল্ লাথাবী, মরাম্ব কৌব সগোলবু ফাবীন। লৈতাঙ্‌গী উরোক্ অঙৌবগী উরেক্‌সেক্। লৈ নাচোম্‌গুম্ শেম্ বা মতাং কক্লগ, বা মতাং মনুংদ হাপ্লগ থম্ব লৈ। লৈতাঙ্‌গী উরেক্‌সেক্ অঙৌববু। অপোক্‌প মপা নিংথৌ খুমোম্বদ কৎথিব লৈনি। লান্ ঙম্বগী মনা ওইনবা লৈ। থোংখোঙ্‌দ ফংব-লান্‌ঙম্বসিংদ হারব লৈ। কংলাবু খুদুম্‌চম্ব নত্রগা ঙাক্‌পগী লৈ। কোক্কী লৈতেং ওইনব লৈনি। লৈতাঙ্‌গী উরেক্‌সেক্ অঙৌব। শুম্-তাও চাদবা লৈনি। মতম্ কুইন পুন্সিব লৈন। মতু তুখোং লোয়রক্লে। লৈগুম্ লৈরিক্ চেন্‌গুম্লে। মশক্ মচু হেল্লক্লে। (৩০) অদুসু লোইদে।*

*[২৮] অথোইব লম্, খুমন্‌গী লৈসাংখোং। হাউনুগী খুঞ্জিল্ পুক্লিং হুন ফজব মফম্‌দ*

---

[১] উরেকসেক ঃ অখন্নব উরোক্ মখল্ অমগী মন্‌মদ হৌব মতু। লৈগুম্ চিন্ন-থেৎনবা।

মারম্খেতা পাল্বা লৈ। মানা কাইরই য়েল্লৈ মাল্বা। মাপাল্ লোংনা পাল্বা লৈ। সীলেল্ তোক্পা লৈনা। নোংয়ায় লয়সাংখোং। হাউনু খুজিন্ নুংবোন্বা মারম্খেতা সীঙ্লেল্ তোক্পা লৈনা মানা কাইরই য়েল্লৈ থোংলক্লে। (৩১) আতুসুঙ্ মাতোম্তে।

[২৯] লমলেল্ মাতাইমাতা পাল্বা খোই। খোইথেক্চা। খোইরাচা। কক্বা তীন্পল্ খোই। থোঙ্লেল্ তিল্পাল্ খোই। হাউরা মেল্তাং খোই। মেল্তে মেল্নাং খোই। মোইরী খুল্তা খোই। মইতেংঙু সেল্পী মুংয়াম্পা। মাখান্ খুল্ঙম্ খোই। হুয়েল্চা মায়ঙাঙ্ ফানা খোই। মারাম্ খুল্ঙম্ খোই। খৎচারাং মিংনাইবা ফানা খোই। খোইচু তোল্লোংবাবো কৌবাতি কাতৌ নোংকিনো। কে কে উরা থাংপী হন্কা। নোংপাল্ থেক্লউ ঙাক্পাকা। খ্রঙ্ খোইনু চাগা ঙাইতে লউসং থক্ত। কোঙ্য়াঙ্ ব্বারী তারী খোংব মাব্বাক্ খঙ্। হতা পাইবা ব্বাক্ ব্বোই। চিল্পাল্ তারি খোংনা। খোল্বোন্ ব্বাক্পু। তউরেল্ খাঙ্তা পোপ্তাবা। ব্বাক্মা খৌসেল্ নাইতাবানে। পাথৌবো কোঙ্য়াঙ্ ব্বাতা রি। তারি রেংবা মব্বাক্ খাঙ্ অসিপু। অয়িম্ নোংপাল্ ইপুঙ্ য়ায়তাসুঙ্ তোয়না রোই। বাথৌ নঙ্সুঙ্ কে কে নাপুঙ্য়ায়তা তোইকুনো। বাথৌ ইপিংঙা থাঙ্লেল্ লিহই ঙাক্। লোইমোম্ লীসঙ্পাতা ঙাইতে লউসঙ্ থক্ত কোরও

---

*হৌব লৈ। লৈগী মনাদি লৈ মাম্ব য়েন্গী মতোক মাম্বন। খুমন্গী লৈসাং খোংদ। হাউনু খুজ্জিন্ উবদ পুক্লিং হুব লম্দম্দ শাৎপ সীঙেল্ তোক্প্রেগী য়েত্তোক্ মাম্ব লৈনা শাৎকাইরক্লে। (৩১) অদুনসু লোইদে।*

*[২৯] অথোইব লম্দম্দ হৌব খোইজু (নাপী)। থেক্খোইব খোইজুমনা। কক্বাগী তীন্বান্দ হৌব খোইজু। থোঙ্লেল্গী লম্দ হৌব খোইজু। হাউরা মেল্তাংগী খোইজু। মেন্দে মেল্নাংগী খোইজু। মোরীন খুন্দাবদ পায়ব খোইজু। মৈতে নিংথৌ সেন্বী মুংয়াম্বন। মখাল্ খুল্ ঙম্বদ শিজিন্নবা খোইজু। লাম্মী মায়ঙাঙ্বব্ু ফানব খোইজু। খোইজু মতোল্লোংব কৌবদি করিদগীনো? কেগেগী উরা থংবীহন্গ, অঙোম্গি থেক্লৌ ঙাক্পগা। মখোঙ্ য়াঙ্ব খোইনুগ লৌতাংসং মথক্তা ব্বাগী বাসী খোংবেদ, খোঞ্জেল্ থোক্ল খোংব হৈব, চিন্ন হুই খোংবগুম্। খোঞ্জেল্ থোক্হল্লক্পবু। তৌদ্রিদি ময়েং তাদব, অখোংবগী খোঞ্জেল্ শিবসু নাইদবনে। মরূপ্, ব্বাগী বাসী খোংব। বাসীগী মথুল্ পরেংন খোঞ্জেল্ মথল্ মখা থোক্পসিবু। ইয়ুম্ লম্দম্ অঙোম্ লৈবাক্তসু খোঙ্নরোই। মরূপ্ নঙ্সু নহাক্কী কেগে লম্দুদ খোংগনু। মরূপ্ ঐথোয়নী য়েরুব ফত্তবশিং ঙাক্প। ফৌ শঙ্ব-ঙাক্পদ লৌতাংসং মথক্ত, নুমিৎচুপ্প পেন্ন খোঙ্নসে। হায়ন হায়নখিববু। কেগেগী থাংজিঙ্ হন্না মরুপতু খঙহন্দন। ঙাঙ্ঙোই মরম্দমদ খোংখিয়ে। অদু নুমিৎতগী তৌদ্রি ময়াইদ কায়ব। মখোল্ থোক্উ য়াদবগী (খোংব য়াদবগী)। ব্বারৌনখিয়ে। মরূপ্ও, খোংবদ খোঞ্জেল্ থোক্উ য়াদরে। তৌদ্রি ময়াইদ কাইরে। কেগে নরৈকাইদ*

নোংতাম্ তানা তোইনাসে। হায়ন পাওমেল্নববু। কে কে থাংচিঙ্ হল্না বাথৌ সাল্ফোঙ্তানা। ঙাঙ্ঙোই মাপুঙ্ য়ায়তা তোয়নখিএ। আতু নোংকি তওরেল্ খাঙ্তা পোপ্। ৰাক্মা খৌসেল্ নাইবা ৰাকি। ৰারোঙ্নখিয়ে। পাথৌৰো। ৰাক্মা মাসেল্ নাইরে। তউরেল্ খাঙ্তা পোপ্লে। কে কে নাপুঙ্ য়ায়তা তোইনারিঙৈনে। হায়না ৰাৰোইখিয়ে। পাথৌ নোংবাল্ থাঙ্। লউঙাক্পা শ্রঙ্ খোইনুচা নঙ্নতুম্ নোংপাল্ নপুঙ্য়ায়দ। তোয়নবনরিঙইনে হায়না পাও-খুম্লপাতা। তৌয়িকিতি কে কে নাপারম্ন চুম্সুনো। নোংপাল্ ইপুরম্ন খঙ্সুনো হায়ন খোইচু তোল্লোঙ্ ইক্। খাম্পী মইখুখুনা। চক্মোম্ খাম্পী মইতা ইক্ন চুম্নখিয়ে। ময়পী তান্কোই পাইবা মইখু নোংলোল্ কাবানা কে কে নাপারম্তা হুম্লবাসুঙ্ পাথৌ নঙ্না তোইনরে। নোংপাল্ ইয়ুম্ নাক্পু তম্না হুম্লপাসুঙ্ পাথৌ অয়পু সমু তুংতা লইৰো। পরই লাল্কা সাৰো হায়না চুম্নাখিয়ে। মইপী তান্কোই পাইবা। মইখু নোংলোল্ কাবনা কে কে মপাল্ লম্পু তম্না হুম্লাবাকিনা পাথৌৰো। খোইমোম্ লাইনা চুম্লে হায়না কে কে উরা থংপীহনবু তউরেল্ খায়পক্ লউনা সামুতুংতা লইন পুল্লম্এ তৌপুন্ৰো কৌএ। আতু নোংকিপু থাঙ্তেক্ খোইনুবা ৰাচুম্ খোই খোইচু তোল্লোংবাৰো তৌনা কৌএ। চক্মোম্ খাম্পী মইকা খুনা কাসা পাওতাক্ খোই খোইচু তোল্লোংবনা লম্লেল্ ঈথোঙ্ লেল্ থোঙ্লেল্ তাইপী লাংথা পল্তা। থোঙ্লেল্ মনম্ সীনা খোইচু মাপাল্ ফারক্লে। (৩২) আতুসুঙ্ মাতোম্তে।

---

*খোঙনরুরে হায়ন শাওনখিয়ে। মরূপ্ অঙোম্গী থাঙ্লৌঙাক্পা শ্রঙ্ খোইনুচা নঙ্নদুম্ নয়ুম্ অঙোম্ লম্দম্দ খোংনব ওইরিনি হায়ন পাওখুম্লক্পদ। অদুওইরবদি কেগেগী নপা নপূ ওইব লাইদুন ৰায়েন্বিসনু। অঙোম্গী ইপা ইপূ শকপ লাইদুন খঙ্সনু হায়ন খোইজু মতোল্ লোংববু মৈ থারগ মৈগী মৈখু য়েংনদুন, অশেংব মৈবু শাখি ওইরগ অচুম্ব খঙনখিয়ে। মৈগী তাঙ্গোই পাইব, মৈখুন কেগেগী অতিয়া অহাংবরোম্দ পাইরবদি (হুম্নবদি) মরূপ্ নঙুন খোংনরে হায়ব খঙ্নসি। ইয়ুম্ অঙোম্ মাইকৈদ হুম্নগনা মরূপ্ ঐবু ইখুৎ তুংবুন্নৌ। মরাল্ লৈব অমগী তৌফম থোক্পদু তৌ হায়না ৰারেপ্নখিয়ে। মৈগী তাঙ্গোই পাইব, মৈখুন নোংদোল্দ পাইবদু কেগে মপা মপূগী লম্তম্ন হুম্নবনিনা মরূপ্। লাইন অচুম্ অরান্ খাইবিরে হায়ন কেগেগী উরা থংবীহন্বু তৌদ্রি তংখায় অমগ মখুৎ তুংবুম্নখি অদুদগী তৌবুন্ কৌনৈ। অদু নুমিৎতগী পুক্চেল শেংদব, নুপা ওইবগী ৰাশক্ ঙাক্তবগী লৌনম্ ৰাহৈবু অচুম্ অরাল্ খাইখিব খোইজু মতোল্ লোংবৰো হায়ন কৌই। অশেংব মৈগী মৈখুন অশি লৈবাক্কী নোংদোল্ লাইদ পাউতাক্খিব খোইজু মতোল্ লোংবন অথোইব লম্ ঈথোঙ্ থোঙ্লেল্ তাইনব লংথবান্দ। মনম্ নুংশিব খোইজুন মপুং ফারক্রে। (৩২) অদুসু মরোইদে।*

[৩০] লম্লেল্ কাচিং কায়াংলয় হাউকুয়াঙ্ নম্পুসু মায়িম্ নাক্। নুংমোইনু সরাতোন্ ময়িম্ফম্। কম্পোং ৱাথাঙ্ কোক্ ৱায়াবা। থাঙ্ঙা আপুকোই কম্পোং আঙৌ কোইনা পান্বা পুঙ্তা থাঙ্ঙা লাল্লৈ তাববু লাল্চেল্ উ। কম্পোং মইরৈ তাপাপু মইচেল্ উ। মানা তাতি সারোঙ্ তময়াৎনাবা। মপাল্ তাতি থোম্বা ঈরেল্ মাল্বা লৈনা। কম্পোং মাপুঙ্য়ায়। ৱারে খারম্ লাল্তা। থাঙ্ঙা উপুন্সী। তেরা কাঙ্লাং মইনা মপাল্ ঙাঙ্না সা। থোম্বা তুরই ঙাল্লক্লে। (৩৩) আতুসুঙ্ মাতোম্তে।

[৩১] হোঙ্নেম্ লাৱাং নিংথৌ পুল্সিবা ৱাক্য়ই হিতোংলৈ। নেম্পী ফিঙৌ ফৌ। মোইকাই হাপ্সা সীঙ্। কোইরেল্ লম্চাও সিঙ্পু নোংপাল্ হোঙ্নেম্ লাৱাং নিংথৌ পুলসিবা। তান্লোয় মরুম্ মল্। মারুম্ নুফা মল্বো কৌবতি কাতৌনোংকিনো। নোংপাল্ হোঙ্নেম্ লাৱাং নিংথৌ পুল্সিবনা। তান্লোয় মরুম্পী। নোংপাল্ লাৱাং লয়ম। সারম্চা মোইবানা পোক্পী। লেম্লই ঙামোইবান য়েন্পী। ঈরেম্ তাইতল্ লয়ম মোইনু চানুপু হোইথিঙইতা। মাতাইরেম্ নোংপাল্ মল্তং খুনা মাচৎএ। লাৱাং মাল্তং হল্না মাল্হোল্ঙইতা ৱাক্য়ই তেংমাই থক্ত। লাইচা পুরাল্য়াংন কাউ কৌএ। ঈরেম্ তাইতল্ লয়মা মোইনু চনুনা। মাতু কোয়রেল্ হাপ্সা সীঙ্। কোয়রেল্ লম্চাও সীঙ্পু নেম্পী অরাইবতি নুংতা

---

*[৩০] কচিং কয়াং লম্দম্গী হাউকুয়াঙ্ নম্বুসুগী য়ুম্ মনাক্। নোংমোইনু সরাতোন্গী য়ুম্ফম্। কম্বোং[১] গী য়েংনরম্ব ৱাফম্ কোক্লগ য়ানখিব। থাঙ্গী অপুকোই, কম্বোংগী অঙৌ কোইন খুন্দাব মফম্। থাঙ্ লাল্ লৈতব (লাল্ তৌদব) বু লাল্ নংহন্খিব উ। কম্বোংগী মৈ লৈরম্দববু মৈ লৈহন্খিব উ। উগী মনাদি সারোঙ্ মাম্ন য়াংপ। লৈমপাল্গী মশক্ মচুন অচৌব ঈশিং ঈরেল্গী মচু মাম্ব। কম্বোংগী মরম্দম্, খারম্গী ৱারে লান্দ অমসুং থাঙ্গী ওইনা পুন্সিরব উ। তেরাগী শাৎকাইরক্প মপাল্ন মৈরিগুম্ ঙাঙ্লক্লে। মতুচোম্ব লৈসি মপুং ফারক্পন য়েংবদ নীংথিরক্লে। (৩৩) অদুনসু লোইদে।*

*[৩১] হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী হি তোংনব লৈ। তুম্নৌ নাপীগী মপাল্ অঙৌবন ফীঙৌ ফৌবগুম্ শাথলি। ফজরব সীঙ্নাংপান্। পাক্ শন্ন হৌরি লম্হাং-লম্জাও শিন্থুংন। হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুনসিবগী নুপীদ অউন্পোং ওইন উনখিব সীঙ্উৎ-সীঙ্নাং পাম্বী। থাজঙবী নিঙোল্গী অউন্লল্ কৌবদি করিদগীনো? নোংবাল্ হোঙ্নে্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবন। মাগী নুপী লুৱাংগী লৈম, সা মখাল্ চাম লোইবন পোক্পী, ঙারম্ শুন য়োক্পন কোন্বী, ঈরেম্ তাইতল্[২] গী লৈম মোইনু চনুবু থিজঙৈদ। মনাই ওইব লুৱাংগী মন্তংখু, লুৱাংগী মন্তং হন্ন হায়জব চৎঙৈদ হি তোংলগ চৎখি। ঈশিং লান্নগ ঈৱাংমদ*

---

[১] কম্বোং — থাঙ কম্বোং - মণিপুরগী অঙম্ব মতম্দ লৈরম্ব মী কাংলুপ্ অমা।

[২] ঈরেম্ তাইতল — ঈশিং মপাল্ (পাৎপাল্) তাবা মী কাংলুপ অমা (মতম্ অমগী)।

চল্। থাম্লৌ অচল্বতি পাল্তা থোংনা লল্ উল্লক্এ। নোংপাল্ হোঙ্নেম্ লাৱাং পুন্সিবনা তান্লোয় মারুম্মল্। মারুম্ নুফামল্। মোইকাই হাপ্সা সীঙ্পু লম্লেল্ লোল্লোই সীঙ্মিৎ থা। সীঙ্থা খল্তোম্ পোক্তা। সীঙ্ লিংখিয়ে। নেম্পীনা পান্ফারক্লাপাতা। সীঙ্লেল্ অনৌবা পোম্হৌরক্লাপাতা। লাংলেল্ অনৌবা মানাও সাংহৌরক্লবতা খোইয়ম্ খাবী লেংনাও মোম্বী। চইরই ফিঙৌ ফৌকুম্ সাংথোক্লক্লবাতা হোঙ্নেম্ লাৱাং নিংথৌ পুন্সিপানা তান্লোয় মারুম্ মল্। ঈরুম্ নুফামল্। মোইকাই হাপ্সা সীঙ্ আসিপু নেম্পী সীঙ্তোল্ ৱায়না কাতৌবা কেম্লাকাপনো। লাংতোল্ তোল্কা পায়না। করম্না মল্লকাবানো। লম্লেল্ চেংলই ঈতা কুম্সাগে। চেংলই লাৱাং ঈতা। লোইতাম্ কুম্সাকে হায়খিয়ে। লাৱাং ৱাংমা নাহা খানাম্ পাম্বানা ৱাক্যই হিয়াম্লে। লাংপল্ কৌচেঙ্ চোংবি চানা খোইমা লাংতোল্ থংন, লাংনা ফাম্না সম্না। লাইচা ঈরান্ববু লইনা ৱাক্যই হিতম্খিয়ে। হোঙ্নেম্ লাৱাং নিংথৌ পুন্সিবানা ৱাক্যই হি তোংববু। তোংচেংপাক্না হোল্বা নিকিনা লইকু খম্য়াম্। লইরাই চুপ্থই হক্য়ে। লাইচা ঈনা ঙম্এ। কাতৌনাকে ৱাক্নখিয়ে। হোঙ্নেম্ লাৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা। লাৱাং ৱাংমিৎনাও চুনাবা। ৱাং মনাও সিল্হৈববু সাংলাবাতা। মপারি ৱাং মনাও সিল্হৈবনা ৱাক্যই হি য়ান্বতি। লউৱায় য়ুপুঙ্কোই য়ুনারেক্ চিবা মইসাংবানা। খিক্লোয় তাংমা চিক্না চিবা মইনা হোৎনা লাইচা ঈরান্ববু।

---

*হায়জরুবনি। ঈশিং মপান্ তাইতল্গী নিঙোল্মোইনু লৈমদ সীঙ্ ওইনব উম্লক্প। লম্হাং অকোয়বদ হৌব সীঙ্উৎ, অচম্ব নাপীগী মনুং চম্ববু। মমল্ চম্ব ওইন খন্দুন লল্ অমগুম্ উম্লক্ই। নোংবাল্ হোঙ্লেম্ লুৱাং পুন্সিবগী নুপীগী অউন্পোৎ, মাগী নুপী ওইরুবদ ফংব; ফজ্জব মপাল্ শাংপ সীঙ্বু লোম্নোইগী অফব মফম্দ থাখি। সীঙ্দাগী অথম্বা চীংদোম্পোক্ত লীংখি। সীঙ্উৎ-সীঙ্নাং পাম্বীন মপুং ফারক্রবদ। অনৌব মপান্ পোম্ব হৌরক্রবদ। অনৌব লাং মপাল্ শাংপ হৌরক্রবদ, ওইথোক্তব লাইগী খুৎশেম্গুম্, অঙৌব ফীঙৌ পাক্-শন্ন ফৌবগুম্ পুম্ঙৌ ঙৌন শাংকাইরক্পদু উরগ, হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবন শোঞ্জখি, নুপীগী অউন্পোৎ। ঐনা মাবু লৌরুবদ ফংব অসিবু অফব সীঙ্নী হায়রগ কম্দৌন মপাল্-মতোন্শিং অসি কেম্লিবনো হায়ন। লাং মতোল্ পায়দুন, করম্না কংলিবনো, চেংলৈগী ভুরেন্দ কুম্ হৌগে। চেংলৈগী লুৱাংঙী ভুরেন্দ চহী হৌগে হায়খিয়ে। লুৱাং সলাইগী নহা খানম্ পাম্বন হি শানব উ য়াম্লে। লাংবন্গী কৌজেং মচান লাংনা (ঈমনা) থংলগ, লাংগী ইকাদ ভোংলগ ঈশিং ঈমায় ফৈন সম্নগ লাম্নক্পাগি মতৌ ভম্দুন, হি শাখিয়ে। হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবন হি তোংববু হি হোন্বদ লৈতোংদ পম্ব, লৈরাইদ থেংব য়াম্মে। ঈশিং ঈচেম্ন ঙম্মে। করিদগীনো হায়ন ৱাখল্ তৌখিয়ে। হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবন। লুৱাংগী ৱাংমিৎনাও ৱাখল্লৈব থবক্তা হৈশিংব। মনাও খুৎহৈব শিল্হৈববু ফংজরবদ। মচা নুপা ৱাং মনাও শিল্হৈবন হি শাবদি।*

তম্না ৱাক্য়ই হিতম্খিয়ে। লাৱাং ৱাংমিৎ মনাও চুনাবা। ৱাং মনাও সিল্হৈবানা। ৱাক্য়ই ফাল্পাক্লউ। খম্নৌ ঙারেল্ চিল্থোং তোংচেং নৌখক্ লও। ৱাক্য়ই সল্চি চঙ্। মারাং ৱাকু হাল্। হিয়াঙ্ নাপল্ থোংপু তাওখঙ্লবাতা নোংপাল্ হোঙ্নেম্ লাৱাং নিংথৌ পুন্সিবানা ৱাক্য়ই মখোঙ্নেৎতা লোক্লৌ তুংতোয় থাংনা। খম্নৌ য়াইসি রোন্। তোংচেং মোইকাই তোপ্ন। থৌপোম্ মায়রোয় খল্না। য়াঙ্লা সিঙ্ৱোন্ থোক্পু লিক্থা মোইকাই সানা। নেম্বী অরাইবতি নুংতা চল্। থাপ্লৌ অচাল্বতি পান্দ থোংনা চেংলই লাৱাং পুংতাংতোই খুৎখোইবা পাখং সংকায় য়াঙ্নম্ হইতাবা। য়েল্লুম্ সোক্তোঙ্ আপু সাচা হৈতবকি পাখং সংকায় লুরোয় থেৎ। লাংকোল্ নম্তা থোং। লোংখুম্ নামই য়েপ্না লোইরেল্ খুল্পী রোক্তা ঈৱাল্কে হায়বকি। মারাল্ থৌচংলক্পতি। কোরও চীল্তুম্ চিল্। ৱাংপল্ মঙ্তুম্ মংপা। নোংথি চিঙ্লুম্ হৌ। লোইচি ফিমু লয়রুম্ সি। হিকোক্ পৌতোং য়াল্পাপু লাল্ নংলে। সাতু মতে ফোয়না. কোরও নোংখাঙ্ নাপাপু ৱাংপল্ অচু লাংঙম্লোই। লাৱাং পুতাংতোয়না মীকপ্খিয়ে। অয়তি কোরও অচু খাঙ্পাপু ঙম্তারক্লে। অয়তি য়াউরও সাপু ৱোইরকে। য়াউরউ সা সংঙায় সাঙাই তুঙাঙ্ আপু সাল্ৱোন্লাকে। আৱাং কোরও নোংনা পাম্পা সা। চিরেল্ নোংয়ৌনানা নোংমল্ সা। মাল্লেম্

---

*লৌরক্-নারক্, য়ুম্লক্ থুংন লৈগম্ব চুম্ মমৈশাংবন। খিক্লোই মনা চিক্লগ মমৈন হোংতুন ঈশিং লাম্ববু। মতৌ তম্লগ হি শাব তমখিয়ে। লুৱাংগী ৱাংমিৎ মনাও হৈশিংব। ৱাং মনাও খুৎহৈ-শিল্হৈবন হিগী ফম্পাক্ সেম্লগ। ঙারেল্ মচিন্ মাম্ব হিনাও শেম্লগ, সল্ মচিগী মশক মাম্ব শেম্লগ। হিবান্দ ময়েক্ মশোন্ হক্, অয়াংব হি সেম-শারগ ঈশিংদ তাওহল্লবদ হোঙনেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা হি তোংলগ হিগী মমৈদা য়েংবদ ফজরব কয়া য়াল্লগ পুন্সিল-কিশিল্লব। অরং অরাক য়েংবদ ফজব কয়া তোপ্শিল্লগ। থৌরাং মখল্ মখা তৌদুনা। সীঙ্উৎ-সীঙ্নাং অকংব ফওবন মনুংদ থংলগ অফবন মপান্দ হাপ্তুন চেং লৈগী লুৱাং ঈ (তুরেন্দ) দ কুম্লগ কুমহৈ তৌগে হায়খিয়ে। হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা ৱাখল্ তৌখিয়ে। মমাঙ্ঙৈগী ৱারী লৈবনি। ইয়াম্ব লুৱাং পুতাংতোই খুৎ খোইব, নুপা ওইরগ য়ুম্ কুম্ব হৈতব। য়েম্পাক্ য়েংশ্রং শাব হৈতবগী। পাখং ওইবগী মখুৎশু সংগাইন মকোক্ত থেৎলগ। লাংগোন্ মনম্গন্দা পোদুন। লোংখুম্ব নামৈ ওইদুন লোইরেল্ খুন্বী লোক্ত ঈশিং শোক্কে হায়বগী ময়ুম্দগী থোক্লকপদ। অতিয়াদ নোংন মচিন্ তুম্বা হৌরক্প। পাক্-শম্বা মংলক্প। অমুব ফীন খম্বগুম্ চীংমায় কুপ্পা হৌরক্লগ কম্ব চুথরক্পবু লাল্ নংবগুম্ নংলে। মদুদ সদু নাপী ফোয়দুনা খল্লগ নোং খাঙ্ববু অকম্ব নোংজু ওইবন খাঙ্ঙম্লোই হায়ন লুৱাং পুতাংতোইন কপ্খরে। ঐদি নোং চুথরক্প অসিবু খাঙ্ব ঙম্লক্তরে। ঐদি মীন চিঙ্গাক্ ওইব সজি ওন্থ্রগে। য়ারৌ সা সংঙাই। সঙাই মতু অঙাঙ্ববু ওল্লগে। অচৌব লাইন পাম্ব সা। নোংদোন্ তম্ব মচি উবদ অকিবগী মশক্ ওইব*

লইন পাম্‌পা সা। য়ারেন্‌ থারুক্‌নানা নোংহল্‌বা সাপু বোন্‌লাকে হায়না ইসাপী মাথনানা লেংখন্‌বা সা। য়াউরউ সা সংঙাই। সাঙাই তুঙাঙ্‌ আপু তন্‌না বোইখিব সাপু লৈয়ে। পাখং সংকাই থেংপা। লোংকোল্‌ লেংতা থোংপানা চীরেল্‌ লাংয়া বোইখিয়ে। লোঙ্‌খুম্‌ নামই য়েপ্‌না সারেল্‌ মোইমিং বোইখিয়ে। সাতু মাল্‌তে মানম্‌ খাঙ্‌না য়াউরউ পোংসীং তুহাও লইনা লিংনা বোইখি সা। পুচেং লইমা কাউ। লাংচেং লইমা সল্‌। খোয়মা তম্‌থা সা। নোংবাল্‌ পুচঙ্‌ মাল্‌। য়াউরউ সা সংঙাই। সংঙাই লাম্‌পীসা। য়াউরউ চীরুকংবু লৈয়ে। নোংপাল্‌ ইপাচা সিংবো। লাবাং পুতাংতোয় খুং পোইপাতি নুমিং হাল্‌না খায়হাল্‌বানে। থাপী হাল্‌না উইল্‌বানে। লোক্‌লৌ ফৈনা রাম্‌না খুল্‌তোপ্‌ ঙইচা য়েংপীবো। নোংপাল্‌ ইপা চা। লাবাং ইয়েন্‌লু সিংবো নঙ্‌খোয়তি লয়কু য়ুসিল্‌পী। লইরাই খম্‌খাঙ্‌ পীবো। তুরেল্‌ লাতাউপীবো হায়খিয়ে। নোংপাল্‌ হোঙ্‌নেম্‌ লাবাং নিংথৌ পুন্‌সিবানা বাক্‌য়ই হিতোং ফি। হয়কোয় নামীবা। লাইয়েঙ্‌ সীঙ্‌মীং য়েক্‌। চইরই থাপ্‌লউ আচল্‌বাতি পান্‌তা থোং নেম্‌পী অরাইপতি নুংতা চল্‌। লম্‌লেল্‌ চেংলই ঈতা কুম্‌চাখিয়ে। হোঙ্‌নেম্‌ লাবাং নিংথৌ পুন্‌সিবনা বাক্‌য়ই খোঙ্‌বোইননা। আতোল্‌ হাউচেং মোইবা চানু লল্‌উল্‌ খোক্‌। খম্‌নৌ ঙক্‌নিলোঙ্‌বা। পাখং খুংফাং চাংচউ তরামনা লয়কু সেঙ্‌সৌ চইপু সামু পাল্‌বোইনা। থৌপোম্‌ মায়রয় খল্‌।

---

*সা। লৈপাক্ল পাম্ব সা। মচিন্‌ লুরুক্লব সাবুং ওল্লগে হায়ন ইয়াম্ব মথন্তন লেপ্‌চরগ ওইখিব সা। মীন চানব সঙাইসা। সঙাই মতু অঙাঙ্‌ববু খুদক্ত ওইখি সাবু লৈয়ে। নুপাগী সংগাইবু কোক্ত থেংপ। লাংগোল্‌ লেংদ থোংবনা লাংলক্ত লৈব মচী হৌব ওইখিয়ে। লোঙ্‌খুম্না নামৈ ওইবন সা মহাক্কী ফজব মীংফম ওইখিয়ে। নোং খাবেদ শিজিন্নখিব সদু নাপীন শাগী মশাশিনথুংন হৌব মতু-মমান ওইখিব সা। পুচেং লৈমগী সা। নারক্‌ লৈমগী সা। লাইন তম্ব সা। লুবাংগী মরল্‌ ওইব, লম্‌লক্কী সা সংঙাই। সঙাই কৌবী সাগী মচী পাম্ব মকোক্‌ অকংববু লৈয়ে। লুবাংগী ইপা-ইচাশিং। লুবাং পুদাংতোয় খুংপোইবদি নুমীং-থা হান্না উব অহম্নী। নখোয়ন লৈকু লৈরাই খুন্দোন্দ উসিল্‌ তৌবিয়ু, লৈকাইদ খয়োম্‌ চবান্‌ থাবিয়ু, লুবাংগী ইপাচা পুন্নমক্‌ তুরেন্দ লা তাওহন্‌বীয়ু হায়খিয়ে। হোঙ্‌নেম্‌ লুবাং নিংথৌ পুন্সিবন হি তোংবদ শেংনব ফী। হৈকোয় ময়েক্‌ ফজব। লাই ময়েক্‌ তরু তহেম্ব। ফী মমল্‌ নাইব অফম্বন মপান্দ কুপ্নগ, ফত্তব নাপী শীংনাগুম্বন মনুংদ থংলগ চেংলৈ ঈগী লম্‌দম্‌দ কুম্‌থজখিয়ে। লুবাং নিংথৌ পুন্সিবনা হি তোংদুন, খুম্নগী মোইব চনুদ উম্নক্‌খিব চৈ। নৌ মচিন্‌ অনী লোবে, পাখংগী খুংচা তরানা পায়রগ লৈরাইদ সৌ-ঙাক্লগ নৌচৈদুগী মতেংন, ঈথক্‌ ঈপোম্‌ য়েংলগ, ইগী মপাল্‌ চিন্দুন হরাও তয়াম্‌খিয়ে হায়দবরা? অদুদগী হোঙ্‌নেম্‌ লুবাং নিংথৌ পুন্সিবগী নুপীগী অউন্‌পোং। নুপী লৌবদগী ফংজমল্‌। ফজব মপাল্‌ শাংপ সীঙ্‌ হায়ন কৌই। লৈনুংগী থারু ইসৈ সক্‌পগী বাহৈন ঈশৈ বারী ওইন শক্‌পদ য়াওব সীঙ্‌। অশিবন নিংথৌ লৈবাক্‌ লাইরম্‌লেল্‌ তাম্বদ পন্দনব পাম্বৈ ওইব সীঙ্‌। বাহী নচিংব*

নেম্পী পাল্তা থোংনা কুম্সাখিয়ে। হায়তাপারা। আতু নোংকিপু হোঙনেম্ লাব্বাং নিংথৌ পুন্সিপা তাল্লোয় মরুম্ মল্। মারুম্ নুফা মল্। মোইকাই হাপ্সা সিঙ্অ তৌনা কৌএ। লয়নুং থারু আসৈবা। ব্বাহি কোক্সং সীঙ্। কোরও নোংকাদা। চিঙ্ঙুপল্তল্তানা ব্বোইখি সীঙ্। ব্বাহী কোক্সং সীঙ্। নেম্পী তাংতল্পা। মোইকাই হাপ্সা সীঙ্না লম্লেল্ লোল্লোই সীঙ্মীৎ থা। সীঙ্থা খল্তোম্য়াদা। মানা লাংপল্ ফৌতু মাল্বা সীঙ্। সীলেল্ মাপাল্ তাতি। খাবী চেংনোও মোম্বী চইরই ফিঙৌ ফৌ। কুম্বা লৈনা নেম্পী সৌচিন্ লোল্লক্লে। সীঙ্লেল্ মাপান্ ফারে। (৩৪) আতুসুঙ্ মাতোম্তে।

[৩২] য়াঙ্লউ মাতাইমা মইতেংঙু কাইনৌ চালামুবা। থোংনোং খুন্ঙম্ লম্। লম্কোল্ আকল্বা ফানা রম্। লিল্থোই ঙম্বা য়াংলউ লম্তাং সাং। হাউমুরাপা ফানারম্। সানারেম্পী নোয়খৎ লম্। য়াঙ্লৈ ঙম্পী নোয়খৎলম্। লেম্লই ঙামিং নাবা। ঙারোইরাং সাফাবা ফানারম্। থাঙ্বায় নিংথৌ কিয়াম্বা। ঙায়খোং খুল্ঙম্ লম্। সানারিক্ খোইরেং সিবী। চিঙ্লাই মাচন্ কাপু খোম্পী ফানারম্। মইতেংঙু পোইরই খুন্চাউবানা। তাংখুল্ লইচুম্ খুল্ঙম্ লম্। খাঙ্চুম্ মিংনাইবা ফানা লম্তা য়াংলউ লম্সাং থল্না পাল্বা লৈ। য়োয়মায়ায় তাওতল্বানা মোংপা য়ীম্মী বোল্লাবাতা মীরেল্ চেপ্না লই। খুপী লুম্লায় চায়রাবাকা সীঙ্লেল্ মাথনানা

---

*তীনগী লৈফম্ মকোন্ ওইবা সীঙ্। মতাং তেম্ব নাপী লক্ত চম্ব। ফজব মপাল্ শাব সীঙ্ন লোললোই[১] গী লম্দ সীঙ্বু থাখিব। সীঙ্দাগী খুনুয়াদ। মনানা লাংবনগী ফৌনা মাম্ব সীঙ্। সীঙেল্গী মপাল্ মওংদি। অপিক্প চীংগী চীংমাই থেন্দ অঙৌব ফীশাং ফৌবগুম পুম্ঙৌ ঙৌন শাংপ। মকুম্ মথা নাইব লৈন নেম্ন-কুংন শাংকংলক্লে। সীঙেল্গী লৈপান্ মপুং ফারে। (৩৪) অদুসু মরোইদে।*

*[৩২] লম্বী লম্দাং অমদ মৈতৈ নিংথৌ অথৌব চালাম্ব। ময়াং লৈবাক্কী খুন্ ঙম্খিব। (লসমোন্) কৌব অকন্ববু ফাখিব লম্। লিল্থোইঙম্বীন লৈব (ওংখিব) । অশাংব লম্বী চংপগুম্ তাম্ন লৈব। কুচুমুব লাম্মীশিংবু ফাখিব লম্। সনরেম্বী (সনা লীক্কোন সীবী নুপীশিং) ন জগোই সারগ কারক্-ওক্রুম্ব লম্। য়াঙ্লৈ[২] হায়রগ খঙ্নব লৈবু ঙম্জবীন জগোই শারগ থোক্রুক্প মফম্। ঙাগ মমিং মাম্নব ঙারোইলাং মশাফববু ফাখিব মফম। অবাং মাইগৈগী নিংথৌ কিয়াম্বন, ঙায়খোংবু ঙম্বদ মরি লৈনেব লম্। সনাগী লিক্ খোইমাম্বগী লিক্ পরেং সিবী। চিঙ্লাইগী মচন্ কাবু খোম্বীবু ফানব লম্। মৈতৈ নিংথৌ পোইরৈ খুন্জাওবন। তাংখুল্গী লৈচুম্ কৌব খুন্বু ঙম্বদ। খাঙ্চুম্ কৌব মমিংচংপবু*

১ লোল্লোই — নোংচুপ্কি লম্।

২ য়াঙ্লৈ — লৈ মখল্ অমা। অয়াঙ্ব লৈ = লৈশাবী/মীওবগী লৈ।

মাপাল ফা। লৈরাং মাথানানা মানা লেক্পা লৈনে। সীঙ্লেল্ য়ীতুং লৈনা য়াংলউ লম্পাল্ সীনা। লৈরাং মাপান্ ফারে। (৩৫) আতুসুঙ্ মাতোম্তে।

[৩৩] মইতেংঙু পোইরই নিংথৌহল্বা। পোইরই লাল্তা রৈ। চয়ক্ তাঙ্তল্বা লম্পাল্ হিথা চয়, অয়াঙ্কি মনাও। নোংপাল্ লাক্চম্ পাম্ব পায়ম লিল্ন বাংব। অনম্ কন্ব লাক্ঙম্দব। সায়েং পাল্ন চাওব, পাথৌ লন্থোই চয়। চয়ক্ তাংতল্ব সীঙ্লেল্ লম্পাল্ হিথা চয়ন মানা লুবা তাংকা মাল্না লৈরাং মপান্ ফারে। মপাল্ চয়রই ফিরাল্ সারক্লে। (৩৬) অদুসুঙ্ মতোম্তে।

[৩৪] লউবায় য়ুপুঙ্ কোই, য়ুনারেক্, চিবা পাউনাইতাপা। ফক্লাং থেংকোইবন, য়ারেন্ খোঙ্খৈ চিক্ন, বাক্য়য় হিতম্ চয়, চিব মৈন হোংনা লাইচা য়িরান্ চয়। খিক্লোয় তাংচৌবানা মাপাল্ চয়রয় ফিরাল্ সারক্লে। (৩৭) অদুসুঙ্ মতোম্তে।

[৩৫] নোংয়ায় সম্য়োক্ ফাব চিবা য়োংতাল্ লৈ। পামেল্ উয়ুম্ লৈ। মাল্লং য়েত্তরই হুম্লবদি মনা সংনা রোন্ব লৈ, খম্কোন্ বোয়তা রই হুম্লবদি মনা ঙৌনা রোন্ব লৈ। মাপাল্ তাদি হুইরোং চুফা মাল্বা, লেম্লই ঙানা নিঙ্বা লৈ। চেংলই লাবাং ঈ, তাক্ন লুম্লাং ঈ, থৌবা খুতম্ ঈ, থৌহন্বা খায়থা ঈ, কোরও মচি সোয়সেল্ ঈ, বাংপল্ মনাও ঙারেং বায়, লাইরেল্ লাইপাও তাওপী, থীক্লেল্

---

*ফাবদ লম্বী লম্শাংদ থম্ন শাংলম্ব লৈ। অরংব নুমীৎন ময়ুম্ মায়কৈ ওল্লবদ (নুমীৎ চাইরবদ) মীরুম্ন পৈন লৈ (নুমীৎ চাইথরক্লগ খুইথরক্প লৈ)। মম্থরক্লব, মঙাল্ শাম্প্লগ সীঙেল্ মতোম্ত মপুং ফাজরক্প, লৈরাং মতোম্ত মনা লেক্থজরক্প লৈনি। সীঙেল্ য়ীতুং লৈন লম্বী মপান্ থম্ন, লৈরাং মপান্ ফারে। (৩৫) অদুনসু লোইদে।*

*[৩৩] মৈতৈ নিথৌ নিংথৌহম্বন পোইবৈ লানতারক্পগী লৈ, চৈ মতাং পান্দব অতেন্ অশাং নাইব লম্বাল্ হিথাবগী চৈ (লাম্দাবতদ শিজিন্নব চৈ)। পুক্লিংগী মখা পোম্ব। নুং-পাল্ অনীবু লাক্শিন্ব (খুদুম্চন্ব)পাম্ব,পুক্লিং-থমোয় বাংব। মনুং কম্ব, লাক্ঙম্ ফাওম্দব। সয়েং পাম্বোম্ চাওব, নুপা ওইবগী অথোইব লল্ ওইব চৈ। শাংদোক্-শাংজিন্ য়াব চৈ মতাং নাইদব, সীঙ্লক্তগী অথোইব, লম্বাল্ (লম্দ পাম্ব-হিংব) চৈন, মনা লুপা তাংগ মাম্ন লৈরাং মপান্ ফারে। মপাম্ন ফীগী ফিরাল্ সারক্লে। (৩৬) অদুনসু মরোইদে।*

*[৩৪] বায়ফম্ থেংফম্ য়ুপুঙ্ অকোয়ব (তাইবং য়োক্প পুঙ্), য়ু থোক্লগ লেক-থরক্প। চুম্ নাপংব ফক্লাং থুংন কাবন, ময়ানচিক্লগ হি হোম্ব তম্ব চৈ। চুম্গী মমৈন ঈশিংদ হোংলগ ঈরাম্নব চৈ। খিক্লোয় মতাং চাউবন ফিরাল্ শারক্লে। (৩৭) অদুনসু লোইদরি।*

*[৩৫] খুমন্গী সম্য়োক্ ফাব, চুম্, য়োং মমৈ পাম্ববু তাম্নব লৈ। পামেল্ উয়ুম্ লৈন, নুংশিংন য়েংলোম্দ হুম্লগ লৈনা অশংব ওম্ব লৈ, নুংশিংন ওইরোম্দ লৈন হুম্লবদি মনা অঙৌব ওম্ব লৈ। মপালদি মনিঙ্তুম্ব চাক্থোং চফু মাম্ব। ঙানা পাম্ব লৈ, লুবাংগী অরুব তুরেল্, তারুগী ঈশিং। তাক্নগী অশৌব ঈশিং, লাইগী খুদম্ ওইব ঈশিং, লাইগী মথৌ-*

খোম্পূম্ হাঙ্বী, মাপারী নম্পোম্[1] ঙাথীবা য়িনফুই তোল্লাংবা, থাঙ্কারী ঈবান্বাবু লাক্তরে হায়ন পিরেম্ থারুক্নন নুংসি খোং। চেংলই লাবাং ঈদ পান্বা লৈ, পামেল্ উয়ুম্ লৈ নারেংবা লৈবু য়ীরেম্ তোইবী লয়মা লুবাং খুবা চনু, লুবাং সেল্হোঙ্ব বামং হয়রেম্বন য়েল্পীবু মাপাম্ লুবাং লাই, খোয়মা লায়েক্ লাই, লাপৌসা, মোম্নু খুচিল্ সোন্চিল্ লাই, চইরই ঈবাং তুপোন্ লাইবু লাকাওইতা, মাপাম্ চেংলই লুবাং ঈতা পান্প লৈ, পামেল্ উয়ুম্ লৈপু থৌতু নুঙ্বু বোইন সান্দেংলবদ মপাম্ লুবাং লাই, খোয়ম লাইয়েক্ লাই, লাইপাও সাপু লাইকোক্খিয়ে। অদুনোংগি ইরেম্ তোইবী লয়ম, পামেল্ থৌতু নুঙবোই লৈবো তৌন কৌএ। পামেল্ উয়ুম্ লৈন চেংলই লাবাং ঈতা সীঙ্লেল্ মনা রেক্। লৈরাং মঙান্ নাইরক্লে। (৩৮) অদুসুঙ্ মতোম্তে।

[৩৬] লম্লেল্ মাতাইমা হাউরে নোংচুপ্লা পাংবরম্দ ঙাঙ্ঙোই য়োয়মোং পানা মোংবা হিয়াঙ্ য়ান্বাতা ঔরী লীয়ায় নোপ্বতা য়োয়ময়ায় তাওতল্বনা, মতাং তেন্লে, হয়েং কৌবা নোংকাসোয়। সরা তৈন মবোল্লবদ। অনৌব হল্বাইখিপপু। থৌতু নুঙ্বু বোন্ঙম্মে। আতুনোংকিপু মোংব হিয়াংলম্বো তৌন কৌএ। মোংব হিয়াং লম্দ পান্ব লৈ, সীঙ্লেল্ মানা তাতি কাউরেল্ সল্না মাল্বা,

---

*মঙম্দ শিজিন্নব ঈশিং। অবাংব অতিয়াদগী চুথরক্প ঈশিং। অবাংব চীংদগী চেম্থরক্প ঈশিং। লাইগী লাইবাও তাক্পী, থবাক্ হাইথোং হাঙ্বী, মচা নুপা-নুপী ওইবন ঙাইজব-থিজব (অঙান্ন) ফংজরবদ মপুক্ ইংন পোথাজব। থক্চনীংবন থৌরাংন ঙাইজব ঈশিংবু (লাক্লব) ফংদ্রগ খোয়রাংন কপ্চবশিংগী নুংশিজব খোং। চেংলৈগী লুবাং ঈদ শাংপ লৈ। পামেল্ উয়ুম্ লৈ মনা লেংব লৈবু লুবাংগী নিঙোল্ তোইবী লৈম, লুবাংগী সেল্হোংব মপা ওইব হৈরেম্বন পোক্পীবু, মপাম্ লুবাংগী লাই, সলাইগী ওইব লাইন, লাইথুং ওইন নিঙোল্গী খুজিল্ লাইপুম্ তৌরব, ফীন খুম্দুন থম্ব লাইনান নাদুন লৈরিঙেদ। মপাম্ লুবাং ঈদ শাংপ লৈন, পামেল্ উয়ুম্ লৈন, নুঙ্গুম্ন তাদুন লৈরবদ, লুবাং ঈগী ঈশিংদ ঈরুজবদ মপাম্ লুবাংগী লাইনা, লাইগী ময়েক্লুম্ব লায়না, লাইথুংবু কোক্চখিয়ে। অদুদগী ইরেম্ তোইবী লৈমগী মশান থৌদু নুংঙ্গুম্ লৈরুরব লৈও হায়ন কৌই। উয়ুম্ লৈ পাম্বীগী লৈন চেংলৈগী লুবাং ঈদ (ময়ুম্দ) সীঙেল্গী মনা ফম্লে, লৈরাংগী মশক্ মচু থোক্লক্লে। (৩৮) অদুসু মরোইদে।*

*[৩৬] নোংচুপ্ মাইকৈ পাংবরোম্দ লৈব অথোইব মফম্ অমা, ঙাঙ্ঙোইগী য়োয়মোংবন মাগী হি শারগ হি চিংবদ মতম্নদি লেপ্তবন লম্খাংদ নুমীৎ তাখরে। মথংগী নুমিৎ নোংঙাল্লগ অমুক্ নুমীৎ থোক্লকপদদি হিদু নুঙ্ ওল্লম্মে। অদু নুমীৎতগী মফম্দুবু হিয়াংলম্ও হায়ন কৌখি। হিয়াংলম্দ হৌব লৈ, সীঙেল্গী মনাদি সল্গী মনা মাম্ব,*

[1] নম্পোম - নম্মোম্ ওইফম্ থোক্ই।

লৈরাং মাপাল্ তাতি থার সারীক্ মাল্বা, ঙাঙ্ন ফাবা লৈ, সীঙ্লেল্ লৈমা-হিন মাপাল্ ঙাঙ্ন সারকলে। লোক্লেল্ মাঙান্ নাইরে। (৩৯) আতুসুঙ্ মাতোম্তে।

[৩৭] সীঙ্লেল্ লৈপুন্সি, লৈরাং মচু থউতাবা, আওপী মাবাক্ চাম্তাবা, মোংবা সুম্ লোন্তাবা, য়াওবা সুম্ তাও হান্তাবা লৈপু, হয়িঙই য়োয়মায়ায় তাওতল্বান তাওরোয়নাই অঙৌবা বল্লেম্ মমা থৌপী লয়মাজা, কোরও নোংপু পীখোল্পী মাল্লেম্ লয়পু লুম্বী চানুনা মাপারী মঙাপু কোরও নুমিৎমাতা সাৎমানায়ে। মাপারী অমা হান্না সাংবাতি থাঙ্য়িকুম্ চিসাৎনারে। লোইমোম্ তুকুম্পাপু পোম্কংনারে। মাবারী অমতি মান্নেম্ লইতা হন্থখিয়ে। লইসৌ খোইমিৎ বোইখিয়ে। লোইমোম্ ফউরোইপীকি হয়না মাতুং ইল্, সানা মামই বায়খিয়ে। থাঙ্য়ি মোরসি, লোইমোম্ মাঙুতপীপু সাল্বোন্খিয়ে। মবারী অমাতি কাইরই য়েল্লুম্কুম্বৰু পোম্কংনরে। মাবারী অমাতি কোরও নোংতা কানা কোরও চুপ্মিতাং, বাপল্ নুমিতাংপু সাল্বোন্খিয়ে। য়াউরউ সা সংঙাই, সংঙাই লাম্পীচাকি, য়াওরও সাতুং ইল্, সাঙাই মামই বায়না, য়াউরও অহিং মিৎপু বোইখিয়ে। মাবারী তাওহুইরেং আহল্বতি খ্বায় নোংচেল্পম্ পিপা, য়েক্ম হাউতংলা, নামু পোংঙা রাচা তন্বানা লাংয়েল্ কোঙ্য়াঙ্ বাসারী, য়াংলই কুমতম্ লি, হঙোই তৌকাপলি, নাওবা খোইচু তেল্, কাসাল্ য়োংকাপ্ তেলন চয়পীরে। মরিং খুন্পী রোক্ চাখা য়াপী রোক্। খুল্পী মায়েং চিঙ্ হাউপা পুতাংবা চাংকোয় লোক্ত লুতুরে।

---

*লৈরাংগী মপাল্না থরো লৈরিক্ মান্ব। ঙাঙ্ন ফজব লৈ। সীঙেল্ লৈম-হিন অঙাঙ্ব মপাল্ শাৎলক্রে। লোক্মাই মাঙান্ নাইরে। (৩৯) অদুনসু লোইদ্রি।*

*[৩৭] মতম্ কুইন-শাংন শাৎপ লৈ (পুন্সিব লৈ), মতম্ শাংন শাৎলবসু লৈগী মচু শিথদব (কম্দব), শুম্-তাও, তীন্ চাদব লৈবু, মমাঙ্উৈদগী অথোইব মঙাল্ পীরিব নুমীৎন, অঙান্ব মঙানবু তাইবং য়োক্পী মমা ওইবী মালেম্দ পীরবদ; নোংদোলগী ঈশিংবু ওক্চবী, মালেম্ লৈমগী মপ্ ওইবী লুম্বী চনুন মচানুপা মঙাবু নোংমগী নুমীৎত পোক্মিন্নরে। মচা নুপা অহন্দি ফৌহাম্গুম্ পোক্পগ শিখরে। মরু চঙ্দব ফৌ অদুগুম্ পোম্লিঙৈদ কংখ্রে। মচা নুপা অমদি লৈনুংদ ফুমখ্রে, লৈসৌ ওইখরে। লোইমোম্ ফৌওইবীগী মতুং ইল্ মাগী খোংগুল্ লীখরে। ফৌ মোরসি, মাঙ্ব লৈতববু ওইখরে। মচা নুপা অমদি য়েন্গী য়েক্লম্গুম্ন হাম্লে। মচা নুপা অমনা নোংথক্ত কাদুন চুম্থাং অমংব নোংগী নুমীৎপু ওন্খরে। চানব সা সঙাই, সঙাই লম্হাংদ চাউবগী সা মতুং ইল্, সঙাইগী মমৈ পায়ন, সাগী অহিংদ ঙান্ব মমীৎপু ওইখিয়ে। মচা নুপা তাওহুইরেং অহন্দি, খ্বাই নোংজেবম্ পিবা, য়েক্লব অমগী মহাও তংহন্খিব, নুপা মরক্তগী অথোইবন বাচেৎনে লীগুম্ কোন্দুনা শাব, শান্ন কাপতুন মপা তম্নবা লীরুং, খুৎকি হংন কাপ্নবা লীরুং, অপিক্প তেনজৈগী অথৌব মচিন পান্ব, লম্হেন্ব য়োংদ কাপ্নব তেন্ন কাপখরে। মরিং খুন্গী লোক্,*

মাপারী য়োয়বা তাওতল্‌বা, তাওরোয়নাই অহল্‌বদি মালেম্ চিথেক্ মরিম, মাইকই নিপাল্‌ম, সুংতাই তরাতরুক্‌মতা, সন্‌থোঙ্ ময়ায় খায়, কংলই পুম্ন ঙাম্লে। লোইনাই খুন্‌মোম্‌পা বাক্‌চিঙ্ লউতা ঈন, খান্‌লে লউকোয় ইন্‌কুম্‌ন লাবায় কোইরেল্ থক্ত থপী লেপ্‌ন খলুন মইনে হায়তাপ্রা। পারি অতোন্‌বতি নুমিৎ মনাও ঙাইতি ঙম্ব কৌএ। মাপল্ থৌপী লয়মাচা ঙাইত ঙম্বতি মানা হুক্‌মন্ হাম্‌লপাকি, য়াঙ্‌মন্ কাইমল্‌পাকি থোংনাং মায়াং য়োৎলু কাও সৌ সারারুতা নোংহাম্‌লে। য়ারেন্ খোংচি তোল্‌না লিক্কোল্ সল্‌য়া মাল্‌পাপু বোইখিয়ে। থীক্‌লেল্ মাথা নুংনা মোইপুং ঙানোয় মান্‌বাপু বোইখিয়ে। নাক্‌লু মোইফাং তোল্‌না থাঙ্‌সিং মাচি নাইবাপু বোইখিয়ে। তাঙ্‌চা মামম্ তোল্‌না লাইসম্ তোল্‌লোঙ্‌পা বোইখিয়ে। থৌপী লয়মা মাজা ঙায়তে ঙম্‌পা তাঙ্‌চা মাসম্ তোল্‌না বোইখি লৈ, লাইসম্ তোল্‌লোঙ্‌বা, চিঙ্‌নুং চেংঙা চানুনা হুম্‌াল্ লৈ, কাঙ্‌বা লাংতোং খুন্‌ঙম্ লৈ, লম্বু খাঙ্‌বা পুরুম্ লৈ, য়োয়পু বাক্‌চিঙ্ লয়মা সংসা ঙম্বী খাম্লে, লওকোয় লৈ। মাতু অঙৌবা নিংথৌ তোরানা থোঙ্‌লেল্ নিংথৌ কোল্‌সা ফাবা রম্‌তা লাংকোই সেল্‌কোয় নাক্‌থং তাইখোম্ লৈ, মামোম্ নোংপাল্ লোল্ খম্বা ফাবী, খোক্‌তোল্ পুঙ্ লৈ, সাবা চুম্বুল্ লৈ, বাংলই অয়াক্‌পবু য়ারেন্ খোংফাং খল্‌না য়াহৌরবতা সীঙ্‌লেল্ মসিঙ্ থীঙম্‌দ, লৈরাং মাপুম্ কয়া সুবকে পাঙম্‌দব লৈনে। থউবী

---

*চাখাবীগী লোক্, খুন্‌গী মীন য়েংনব চীং হাউবা পুদাংবগী লোক্ত (তেম্ন পাম্দুন) তুখরে।*

*মচানুপা অহল্ তাওরোয়নাইদি (নুমীৎতি) মালেম্‌গী চুথেক্ মরিদ, মাইকৈ নিপাল্, তাইনব মফম্ তরাতরকৃত নোংচুপ্ নোংপোক্ মতুং ইম্না কংলৈ পুম্ব ঙাম্লে। লৈবাক্‌কী মনাই খুমোম্ব, বাকচিংদ লৌবুক্ত তুংব ঈশিংগুম্বন, লৌবুক্ লম্‌হাংগী মতুং ইন্‌বগুম্। মফম্ খুদিং শিনথুংব নুংশান কোক্‌থক্ত খম্দুনা মৈশা ওইবনি হায়দবরা। মচা অতোন্‌ব নুমীৎকি মনাও ঙাইতে ঙম্বদি, মান অফিং-অফাই ওইবদগী, হাথু হাথুবদগী, ময়াংল শেম্ব য়োৎকি লু সৌপাম্ব কাও, সোরারুদ চংন শিরে। মাগী ময়ান লিক্কোল্ সল্‌গী ময়া মান্‌ববু ওইখিয়ে। মথীক্ মথান্ ঙানোয় মাম্ব মোইবুংবু ওইখিয়ে। নাক্‌লগী সরু অনীন থাংজিং মচি (তিম্বং) পাম্ববু ওইখিয়ে। মাগী মশম্ন লৈসং তোম্লোঙ্ব ওইখিয়ে। থৌপী লৈম (তাইবং শিম্বা পাঙ্‌লিবী মমা, পাম্বোইবী) গী মচা ঙায়তে ঙম্বগী মশম্ন ওইখিব লৈ, লৈসং তোম্লোঙ্ব, চীংগী নুপী মচান থওইবিদব লৈ। কাঙ্‌বনা লাংতোং (লাংদোং) খুল্‌বু ঙম্ব লৈ, লম্ কোম্ব লাইবু খুরুম্বব লৈ। ইবেম্ম বাক্‌চিঙ লৈম সংসা ঙম্বীন লৌ কোয়বদ চিম্ব লৈ। মবুং অঙোম নিংথৌ তোরানা থোঙ্‌লেল্‌গী নিংথৌ কোল্‌সাবু ফাখিব মফম্‌দ সগোল্‌গী নাকথং তায়বোংত লৈতেংখিব লৈ। মমোম্ অঙোম্ চনু খম্ব ফাবী, খোঙদগী তোন্ ফাওবা মপুং ফান ফজব লৈ, লোয়নবী নুপীগী ওইব লৈ, ময়াক্ কম্ব যুবু থৌবুম্ থম্ন থরুগ লৈসিঙ্ থীব ঙম্‌দব, লৈরাংগী মপুম্ কয়া সুবগে পাঙম্‌দবা লৈনি। থৌবী লৈমগী মচা ঙাইতে ঙম্‌বগী মশম্না ওন্‌খিব লৈ, কাউরেল্ সল্ লৈনব লৈ, অচাম্ব ইনাই লৈনব লৈ, কাঙ্‌বন*

লয়মাচা গুইতে গুম্পা তাঙ্জ মাসম্ তোল্না বোইখি লৈ। কাউরেল্ সল্বান্নাপা লৈ, তায়ম্ নাইবান্নাব লৈ, কাঙ্পা লাংতোল্ খুল্গুম্ লৈ, লম্পু খাঙ্ব পুরুম্ লৈ, সাবা চুম্পুল্ লৈনে। সীঙ্লেল্ লৈপুন্সিনে। (৪০) আতুসুঙ্ মতোম্তে।

[৩৮] হাউরৈ নোংচুপ্লা পাংবা রম্তা, থোংনাং খেপু চিঙ্তা পান্পা লৈপু লৈয়ে। থোংনাং খেপু চিঙ্বো কৌবতি কতৌনোংকিনো। থোংনাং কাঙ্ফাই ৱা, লওনাইতাবানা ৱাক্ময় হিয়ান্বতা।

খম্নউ গুারেল্ চীথোং গুইতা, ৱাক্ময় সল্চি চঙ্, তোংচেং নৌমই খপ্, মারাং উকু হাল্ হিয়াঙ্ নাপল্ থোংপু তৌজা হৈতবাকি খোংচি নারেং লোন্জা হৈতবাকি, উনও খোংজা সম্তা ঔরি লিয়ায় নোপ্তাবা, ৱাক্ময় মথোঙ্ নেৎপু সমু নম্তা থোংনা পুরক্এ। আতু নোংকিপু হিপু চিঙ্অ কৌববু পোইরই হায়মল্ তান্বানা, ৱাংগুম্ আথা কাইবানা থোংনাং খেপু চিঙ্বো তৌনা কৌরে। থোংনাং খেবু চিঙ্তা পান্ব লৈবু লৈয়ে। থোংনাং নম্কু পাসা কৌবতি কাতৌ নোংকিনো। লোইপী আখুই খুল্লাল্পানা থোংনাং নম্কু কৌপাতা পলথৌ মপা সানা কুবত্রান্না নোইনু তম্না য়েন্পৎনয়ে। আতু নোংকিপু আখুই খুল্লাল্ লৈ, থোংনাং নম্কুবচা পাসা লৈবো কৌএ। নম্কু পাসা লৈনা থোংনাং খেবু চিঙ্তা সীঙ্লেল্ মপান্ চাওরক্লে। লৈরাং মরীক্ চুম্লক্লে। (৪১) আতুসুঙ্ মাতোম্দে।

[৩৯] লম্লেল্ মাতাইমা লোল্লোই য়ীয়ায়বী, অমম্ নুঙ্লাইকোল্ তাংখুল্ লইহৌপোক্ত পান্ব লৈ, পামেল্ উথাও লৈ, সীলেল্ মানা তাতি লাংলেল্

---

*লাংতোল্ খুনবু গুম্খিব লৈ, লম্ কোম্ব লাই খুরম্নব লৈ, লোয়নবী নুপীন·ওইব লৈনে। পুন্সি শাবে সীঙেল্ লৈরাংনে। (৪০) অদুনসু লোইদরি।*

*[৩৮] নোংচুপ্ মাইকৈরোম্দ, ময়াংগী খেবু চীংদ শাৎপ লৈসু লৈরি। ময়াং খেবু চীং কৌবদি করিদগীনো? ময়াং বাখল্ থেম্ব, খছুহৌদন বাক্ময়ৈ হি য়ান্বদ। হিগী হিনাউবু গুারেল্গী মচিন্ মান্ন শাঙেদ, হিগী মকোক্ত সল্গী মচীগুম চী পান্বদ, হিদ উশি চঙ্ব, হিগী হিরু-হিনাও ময়াঙ্ পরিং চুম্দবন হাইব-নিক্প, উকু-উরাং য়াউব, তোংনে হি অয়াঙ্ববু মওং চুম্না শাব হৈতবগী, খোংজি নারেং হাপ্না হৈতবগী, শিজিন্নব য়াদব হোম্ব য়াদব তোংব য়াদব হিবু লেংবান্দ থাঙ্গৎলগ পুরক্এ। অদুদগী হিবু চিঙ্ও কৌববু মৈতৈগী মতৌ তম্ব, বাঙাঙ্বদ খোম্লোক্ চুম্দব ময়াংনে খেবু চিঙ্ হায়ন কৌই। ময়াংগী খেবু চীঙ্দ শাৎপ লৈসু লৈরি। ময়াং নম্কু পাসা কৌবদি করিদগীনো। চীঙ্গী (চীংমী) অখুই খুন্দ লাক্প মী, ময়াংন নম্কু কৌবদ (হায়বদ) মপা শক্প সনা কুবত্রান্ন অতাংবে থুম্ য়েন্বীয়ে। অদু নুমিত্তগী অখুই খুন্নাল্ লৈ (অখুই খুন্দ লাক্পগি লৈ), ময়াংগী নম্কু পাসা লৈও কৌই। নম্কু পাসা লৈনা ময়াং খেবু চীঙ্দা সীঙেল্ মপান্ চাওরক্লে। লৈরাং লৈরিক্ চুম্লক্লে। (৪১) অদুসু লোইদ্রি।*

*[৩৯] অথোইব লম্ লোল্লোইগী মফম্ য়ীয়েবী, অমম্ নুঙ্লাইকোল্ লৈহৌ*

কোঙ্য়াঙ্ বানা মান্বা নম্না ফাবা লৈনে। লৈরাং মাপাল্ তাতি পাৎয়ায় থরো মান্বা লৈনা সীঙ্লেল্ ময়ায় কা, লৈরাং মপান্ ফারক্লে। চিঙ্সাং নাক্পাক্ ঙাল্লে (৪২) অতুসুঙ্ মতোম্তে।

[৪০] মইতেংঙু লোইনাই থাবান্ থাবানা মারোং মীকোন্চা সীল্হৈপা কাইপুরম্, থোংথোক্ ঙাপুরম্। থংচি নারেঙ্ থক্ত পামেল্ উফে ঙান্না মতোম্ বোঙ্বা লৈ। সীঙ্লেল্ মঙাইরোয়তা সাৎমানাতা, লৈরাং মহি সাংতা, পোম্মানাতাপা, লোইতাই য়ীঙা চাপী থাতা মতোম্ কোন্ন পান্ব লৈ, লৈরাং মতোম্মা খম্না বোঙ্বা লৈ, লাখম্ লোক্চুম্বনা থোংথোক্ ঙাপুরম্দা লৈরাং ময়ায় কারে। (৪৩) অতুসুঙ্ মাতোম্তে।

[৪১] লম্লেল্ ফেন্তাক্লেল্, ঈৰাংখা, তাক্লেল্ নোংথিল্ য়ায়, লাইজ ঈপাক্ থক্তা বোঙ্পা লৈ, খোইমোম্ চিন্ফু লম্মাপী, তান্থোঙ্ চানম্পম্ চন্, থোংনাং ময়াম্বী তেক্কারাচা ফাপী, সানতেং লৈ, সীঙ্লেল্ মানা তাতি লোইমোম্ ফৌনা মান্বা, লৈরাং মাপাল্ তাতি সনা চীরোঙ্ মাল্পা লৈ, কোরও নুমিৎ চুপ্, মালেম্ মানারোয়না সীঙ্লেল্ কোক্তা চিল্লপাসুঙ্ লৈরাং মখোক্ লোয়তপা লৈন, লাইজ ঈপাক্ থক্ত লৈরাং তোক্সং নাইরক্লে। (৪৪) অদুসুঙ্ মতোম্তে।

[৪২] অয়াঙ্ চারা রোয়, লেম্থোঙ্ পাথংপানা তেংমাইফু লৈ, য়োয়রেল্

---

*তাংখুল্গী লম্দ পান্ন লৈ (শাৎপ লৈ), উথাও পান্বীগী লৈ (নাগেশ্বর), সীঙেল্গী লৈনা মঙংদি অশাংব বাগী মনা মান্ন, মনম্ন মীবু ফাব (মনম্ নুংশিব) লৈনি। লৈরাংগী মপান্দি পাৎয়ায়দ শাৎপ থরো মান্ন লৈনা সীঙেল্ ময়ায়কা, লৈরাং মপুঙ্ ফারক্লে। চীঙ্সাং নাপোম্ ঙাক্লে (৪২) অদুনসু লোইদ্রি।*

*[৪০] মৈতৈ নিংথৌ লোইনাই থবান থাবগী লান্সি (লাপ্দ ফাব মী) মীরম্ মচা মসীল্ হৈববু মরম্দম্দগী পুরক্খিব লম্বী, অচঙ্ অথোক্পী থোং ওইব ঙাপ্রম্ চীং, থাংজি উগী উশাথক্ত উশাগী মশুণ্ হেন্গৎহন্দুন তোম্থিন্ শাৎপ লৈ। লোইনব লৈ লক্ত শাৎমিন্নদ, লৈরাং মাগী কাংলুপ্ত পোম্মিন্দব, লোইদাং ইঙা থাদ মতোম্দ কোম্ন শাৎপ লৈ, লৈরাং মতোম্ত কম্জনবা শাৎপ লৈ। লাখম্ চরোং চুম্বন ঙাপ্রম্ চীংগী লম্বীদ লৈরাং লৈকাফন্ন শাৎলে। (৪৩) অদুসু মরোইদে।*

*[৪১] মমুং মফৈ নাইব ঈপাক্ পুম্বদগী অথোইব, মোইরাংগী অকুৎপ লোক্তাক্, লোক্তাক্ ঈপাকী ময়ায়, লাইজ ঈপাক্ থক্ত শাৎপ লৈ। চিনফু লম্মাবী লাইরেম্বী, তাম্হোংগী চনম্বম নিঙোল্ ময়াং ঙম্বী, তেক্করাজা ফাবীগী মশাগী লৈতেং ওইনব লৈ। সীঙেল্গী লৈনাদি ফৌগী মনা মান্ন, লৈরাং লৈপালন সনাগী চিরোঙ্ (সনাগী লৈতেং) মান্ন লৈ, নোংঙাম্বদগী নুমীৎ তাবফাও নুমীৎ চুপ্প অমা কোক্ত থেৎলবসু লৈরাং মখোক্ লোয়দব লৈন ঈশিং ঈপাক্থক্ত লৈরাং পোম্শাৎনরক্লে। (৪৪) অদুনসু লোইদরি।*

*[৪২] মথোক্ কারকুপ ইন্খৎলক্পগী চাংদম্নিঙাই লৈত্রব পাখংশিংন লৈ*

আতোন্ লউখাম্পানা মামা পীতিংকোই লাম্পীচা, তন্লা উয়োক্ কোল্, নিংথৌ সপাইবা উরিং কোন্গি সীঙ্লেল্ মরী থি, লৈরাং মাপান্ থব্না লাংলীক্পা লৈ, সীঙ্লেল্ মানা তাতি চোয়নৌসনা লুপ্পা মান্পা লৈ, লৈরাং লীচৎপা লৈনা লাংলেল্ কোঙ্য়াঙ্ বাখোঙ্য়েৎ, পামেল্ উফে লাম্না হেন্নৌ লৈন, লেম্থোঙ্ অয়াঙ্ লৈনা সীঙ্লেল্ মাতারাম্, লৈরাং সংনা ফারক্লে (৪৫) অতুসুঙ্ মতোম্তে।

[৪৩] খোইমোম্ লাইয়িংথৌ খম্লাংব য়াঙ্লও খন্ব মায়াম্ব নিংথৌ ফাবা য়াংলও মাসুমাঙ্, খম্য়েং ঙাখঙ্য়েং উরিপোক্ খোংসাং য়ান্তা পান্পা লৈ, সাইবা উরী লৈ, তাইয়ম্ লউরম্চা, লউরম্ সীঙ্মারেন্, বাঙান্ লইতীঙ্ চানা খোন্ কন্বা, বাংলয় খারী থক্না খোন্ নৌবা, সম্লাং তাপুন্ চিল্, ঙপোং ফৈয়েৎনাপা, লউরম্ অতোল্পা সীঙ্লেল্ লৈরাং লীলোয়না সীঙ্লেল্ লৈপুন্সা, লৈরাং মতোল্ তৎন লাংলক্পা লৈ। তাইয়ম্ লউরম্চা লাংকোল্ খূৎসু মিতম্ পায়না কাউরেল্ সল্তুং ইল্, মান্পী মাময় বায়, কাউরেল্ মিংথা রাওনা খান্লৈ মঙম্ তান্পাতা বাংলয় চেপ্না য়েংনা হেন্মোই লৈনে। তাইয়ম্ লউরম্চানা খান্লৈ ঙম্ফং লৈ, সাইবা উরী লৈনা সীঙ্লেল্ মাপাল্ চাউরক্লে, মপাল্ ঙৌনা সারে। (৪৬) আতুসুঙ্ মাতোম্তে।

[৪৪] সীঙ্লেল্ মহীসাং লৈরাং মঙাইরোইবু লোইরেম্ ইবাক্মানা

---

*শিগীদমক্ (লৈশিবু ফংনবগীদমক) লৈতম্না চেন্শিন্নব লৈ (পাউজেল্লোয় পাখংগী লম্বী লমজিং-লম্তাক্প লৈ)। ফম্নাইব অচৌ অশাংগী মচা অদোন্ লৌখাম্বন মমা পীতিংকোই লম্বীচাগী উয়োক্কোন্, নিংথৌ সপাইব উলিংকোন্গি সিঙেল্ মরি থি, লৈরাংগী মপান্ (পাম্বী) থৎলগ কৎলক্প ফুক্লগ লীংলক্প লৈ; সীঙেল্গী মনান সনা লুপা মাম্ব লৈ। মরী চৎপ লৈন বাখোঙ্দ য়েৎ, উপাল্ উশা লাম্ নৌন ফজ্জব লৈন, লেম্থোঙ্ (লৈবাক্টী) অয়াঙ্ লৈন, সীঙেল্ মতা লাম্, লৈরাং পোম্শাৎনরক্লে (৪৫)-অদুসু মরোইদে।*

*[৪৩] লাইরেম্ব লাইয়িংথৌ খম্নাংব, মাইকৈ ঙাক্প, ময়াম্ব নিংথৌ ফাব (গরিবনিৱাজ) গী সুমাং, নোংগা লম্বী উরিপোক্ লম্শাংদ হৌব লৈ, মরী চৎপ উরী লৈ। মনাই লৌরেম্বম্চা, লৌরেম্বম্চাশিংগী লক্তগী অথোইব, বাঙাঙ্বদ অকিব লৈতনা শেংন হায়গম্ব, য়ু অখাব থক্লগ খোন্ নৌব। সম্ পুম্ব, ঙবোং ফৈয়েৎ য়েংপ, লৌরেম্বম্ অতোল্বন সীঙেল্ লৈরাংবু হেক্চরগ লৈরাং লৈপুন্ সেম্, লৈরাং মতোল্ থৎলগ কৎলক্প লৈ। মনাই লৌউব লৌমীন লাংগোল্ খুত্ত পায় কাউরেল্ সন্দুং ইল, সল্গী মমৈ পায়ন, সল্গী মমিং কৌদুন লৌখোইবদ, অবাংব থক্টী লৈ নুমীৎপু চেপ্ন য়েংলগ চিম্ব লৈনী। মনাই লৌমীন ঙম্ তাম্বদ থৌপাংব লৈ। মরী চৎপ উরী লৈন লৈরাং মপান্ চাউরক্লে, অঙৌব মপাল্ শাৎলে। (৪৬) অদুনসু লোইদরি।*

*[৪৪] সীঙেল্ লৈশক্ মাম্নন শাৎমিন্নব লৈরাংশিংবু, হৈত-শিংদ শৈরেংবন শৈথাজরক্লে। অথোইব লম্দম্ অমা ওইরিব অবাং কৌব্রু চীঙ্গোল্, চীংগোল্গী চীংমৈ*

তেংথাজরক্কে। লম্লেল্ মাতাইমা অরাং কৌব লউচিঙ্ কোল্, চিঙ্কোল্ লাংমই, অরাং হইনা য়াংনু ঙম্তা পান্ব লৈ, পামেল্ উতোন্ থক্তা সীঙ্লেল্ মতোম্ ঙান্না ফবা লৈনে। চিঙ্হাও সনা লৈ, চিঙ্কোল্ সনা লৈনা[1] সীলেল্ মপান্ ফারক্লে। (৪৭) অদুসুঙ্ মাতোম্তে।

[৪৫] মইতেংঙু থাঙ্বায় নিংথৌ মুংয়াম্বানা আনান্ মপুঙ্য়ায়, মারইপুঙ্ খুল্তোল্ চিঙ্। লোইপী থারুপ্ মাপুঙ্ য়ায়তা আনান্ থুম্বী মইমাঙ্ চল্না পল্থেং নোংতা হম্চেং চক্পা ঈ, খোইয়ম্ লাইচৎ কোল্, হেম্বা বাঙ্তোল্ চিঙ্তাকি সীঙ্লেল্ মাপান্ ফুক্, মালেম্ লয়গা য়োম্না বুল্লক্পা লৈ, হেম্ব লওচিঙ্ কোল্, চিঙ্কোল্ লাংমই, হায়না য়াংনু খাম্তা লৈথায়ে। কাচেং য়োৎহক্ চন্, থাঙ্লেল্ নাপল্ হাই, হেম্ব লাংখোং তওনা নাওয়োক লৈনে। সীঙ্লেল্ মানা তাতি সাবা চুম্ পুন্ মান্বা লৈ, লৈরাং মপান্ তাতি কোঙ্য়াঙ্ লাইবা মান্বা, তাংনা নক্পা লৈপু মইতেংঙু সেম্বী মুংয়াম্ব, মাসানৌ নোংচুপ লাল্লুম্ ঙম্বীনা সুনা হাউতই কাঙ্, লংচাক্ মারেন্ থী, নাম্বা তেম্চিল্ লোন্না, হয়কোয় সাসা য়েক্, লাইতেং সীঙ্মি য়েক্পু চইরই ফি সিংনাবাতা চইরই ফিতোল্ লোম্তা য়িয়োং লাইচি কক্তারিঙই, য়োয়মা য়ায় তাওতল্পানা মাভাং তেন্পানা হাল্লে। ঈনুং সোয়য়াই মাতা মীয়েং নাওসুম্তা, খোম্লেল্ তুম্কন্তানা নোংয়ায় উচান্ মইরা থাল্না চইরই ফিতোল্

---

*হাইথরক্প, অবাংবদগী অঙম্ব চীয়োং হাইথরক্পদ হৌব লৈ, পাম্বী উতোন্ থক্ত সীঙেল্ মদোম্ ঙান্ন ফজন শাৎপ লৈনি। চীংগী হাওসনারৈ[1], সীঙেল্ মপান্ ফারক্লে। (৪৭) অদুসু মরোইদে।*

*[৪৫] মৈতৈ নিংথৌ থাংমৈবন্গী মুংয়াম্বন অনানশিংন খুন্দাব চীঙ্ অনান্গী লৈফম্ লম্গী, লোইবী থারুপ্কি খুনয়ায়দা অনান্ খুদুম্ চন্নব লান্দাব মতম্দ, হম্চেং কৌব চক্পশিংগী তুরেল্, লাইগী লাইকোল্, চীংমীগী অবাংব চীংদগী সীঙেল্ মপান্ ফুক্ লৈপাক্ল য়োম্লগ পীরক্প লৈ। হাওগী চীং লৌকোল্, চীংগোল্গী চীংমৈ হাইথরক্প থেন্থাঙ্দ লৈ থাখিয়ে। অরংব য়োৎপাক্ল তৌ, থাঙুন নাপী হাইদোক্ চীংগী মীন কোম্ তৌরগ ভাক-শেন্দুন য়োক্লক্খিব লৈনি। সীঙেল্গী মনাদি উচেক্ মতোক্ মাম্ব লৈ। লৈরাংগী পাম্বীন লাইবা কৌবা বাদু মাম্ব, তাংন ফংব লৈবু মৈতৈ নিংথৌ কবো ঙম্ব মুংয়াম্বগী মনাও ইবেম্ম নোংচুপ্কি লান্লোং ঙম্বীন সুনা থরাক্ থন্, লংচাক্ লংদুম্ থী, অনাম্ব তেম্ন থেংলগ, হৈকোয় ময়েক্ শাব (থোক্প), লৈতেং ময়েক্শিং ফীশাবদ থোক্হন্দুন, ফীশাব শীংনবদা ফীশাব লোইদ্রিঙৈ, য়িয়োং লাইজি কক্ত্রিঙৈ নুমীৎ তাখিবন হাল্লে। অহিং নোংশোইব মীৎ কল্লাম উইরুদ, তুম্দ-হিপ্ত নোংয়ায় ফাওব উচান্*

[1] চীংগোল সনা রৈ, হাওসনারৈ— চীংথ্রাও লৈ ওইন লৌনে।

লোম্, ঈয়োং লাইচি কক্নাখিয়ে। আতু নোংকিপু মইতেংঙু সেল্পী মুংয়াম্পা মারৈখঙ্, লাল্লুম্ ঙম্পী উচাল্ মইরা লৈবো তৌনা কৌরে। পামেল্ মইসল্ তাঙু। উচান্ মইরা লৈনা কৌপা লউচিঙ্ কোন্তা সীঙ্লেল্ মাহুম্ নাইরে। (৪৮)

[৪৬] মাতাইরেম্ কাপুই নুংনাং চা, লোইপী চারেং আথৌপানা থোংনাং নাতইনা মায়াং ঙম্লোন্নানা হুয়েল্ লাল্তা নোংতা থোংনাং ময়াং কাক্লামা অথৌববু কাইনা হুন্ঙইতা পোল্পী বোন্থোক্পা চেক্লা সোঙ্তাপা মায়াং কুবাক্ চেক্পু নাওবা কোঙ্কোই লাংনা হায়রকএ। মইতেংঙু কোরও নোংথিল্ চাইপা হুয়েল্ কাপু ফাপাতা সীঙ্লেল্ লৈপুল্সা লাল্লু খুত্তা সুনা পাওতম্ লৈনে। কৌপুই নুংনাংচা, লোইপী চারা রেংনো থোংনোং মায়াং কাক্লামা অথৌপা ফানা লৈপু মইতেংঙু কাইনউ চালাম্পানা সীঙ্লেল্ মানা সেং, লৈরাং চুম্না পুল্না সীঙ্লেল্ কোক্ত চিল্, লৈরাং লুতা থেংনা ইনুং সোয়য়ায় মাতা নুঙ্কা লাল্তা লৈ। হুয়েল্ লাল্নিকিতি লোইপী নুঙ্কা মানিংথৌ তরেং সেল্ফাং য়ইনা চক্মোম্ খাম্পী মইকা রিংনা, হেম্পা কারাওপা হুয়েল্ সেল্লিংপা অথৌবাপু ফানা লৈনে। মইতেংঙু কাইনউ চালাম্পা মারই খঙ্। নুঙ্কাই লালাতা লৈনে। হুয়েল্ সেল্লিংপা ফানা লৈনে। কৌপা চিঙ্লেল্ নোংকা ঙাল্তারিঙইতা হুয়েল্ লাল্সোক্ লৈ, থোংনাং মায়াং কাক্লৈ, মোংপা সুম্মিং লোন্তাপা, য়ৌবা সুম্ তাও হাল্তাপা লৈ, সীঙ্লেল্ লৈপুনসীনে। (৪৯) লৈরাং আতুসুঙ্ মাতোম্তে।

---

*মৈরা থাল্লগ ফী শাব লোইশিন্দুন ঈয়োংদগী ফী কক্খিয়ে। অদুদগী মৈতৈ নিংথৌ কবো ঙম্ব মুংয়াম্ব মপান্দগী, লাল্লুম্ ঙম্বীগী উচাল্ মৈরা লৈও হায়ন কৌই। মমৈ মাম্ব মশান শন্দোক্ল পাম্ব উপাল্ অতাঙ্ব, উচাল্ মৈরা লৈন কৌব্রগী চীংগোন্দ সীঙেল্ মপুঙ্ ফারে-মনা পুঙ্লে। (৪৮)*

*[৪৬] মনাই অচাম্ব নুংনাং কবুইচা, চীংমী লম্ভগী অথৌবন ময়াং লৈপাক্ত ময়াংগী খুল্ মথং মথং লান্দাবদ, থোংনাং ময়াং কাক্লা কৌব অথৌববু হাংঙৈদ। ওম্বোক্প উচেক্ ময়াং কাক্ কৌব উচেক্পু অপিক্প কোঙ্গোই লাংন ফারকএ। মৈতৈ নিংথৌ নোংথিল্ চাইব লান্দ কাক্লা ফাবদ সীঙেল্ নাচোম্ সেম্বগুম্ মকোক্-অকক্পশিং মখুৎন পায়রগা পাওতম্ব লৈনি। কবুই নুংনাং চা লোইবী চারারেংন ময়াং কাক্লা অথৌব ফানব লৈবু মৈতৈ নিংথৌ কাইনৌ চালাম্বন সীঙেল্গী মনা সেং, লৈরাং নাচোম্ শারগ লৈবু নাপদ চিল্, লৈরাং কোক্ত থেংলগ অহিং নোংয়ায়দ লান্দাব লৈ, লান্দাবদদি নুঙ্কাং নিংথৌন চীংগী পুঙ-সেল্ য়ৈদুন, মৈ থান্দুন, চীংমীশিং ঈরাং হৌন লান্দাবদ সেল্লিংব অথৌববু ফানবা লৈনি। মৈতৈ নিংথৌ কাইনৌ চলাম্বগী মতীক্ খঙ্, নুঙ্গায়দ লান্দা লৈনি। লান্দ সেল্লিংব কৌব ফানব লৈনি। নোংঙানুম্রিঙৈ অহিংদ লান্শোক্লব লৈ, নোংচুপ্কি ময়াং কাক্লৈ, মশাদ শুম্-তাও চাদব লৈ, সীঙেল্ পুল্লিবনে*

[৪৭] কে কে মোইরাং আতা কোঙ্য়াম্পা মারই খঙ্, সাপল্ লৈ কোঙ্য়াঙ্, কোঙ্য়াঙ্ আয়াঙ্পা মইতেংঙু নোংপোক্ সনা হোঙ্পা, নোংচুপ্ কোঙ্য়াম্ব, ইঙেল্ লাল্তা লৈনে। থোংনাং খুল্ঙম্ লৈ, মায়াং লাল্চাই লৈ, হুয়েল্ পুতাপ্ তাও ফানা লৈনে। মানা তাতি য়াংলয় তাওবা হুইরে মান্পা, মাখোক্ চায়ায় চম্ফেল্ মাল্পা, সীঙ্লেল্ মাপালতি চক্পা হাউরা লোয়ঙাঙ্ থৌচু নিক্পা লৈনে। সাপল্ মান্পল্ থক্তা চক্পা হাউরা লাতা হুই, লাংলেল্ কোঙ্য়াঙ্ বাতোল্ কোল্না লৈরাং মাপান্ ফাঙম্পাপু মইতেংঙু নোংচুপ্ কোঙ্য়াম্বানা লাংকোই সায়াঙ্ থক্ত সমু খুৎনা রাম্না সীঙ্লেল্ লুরোয় থেৎনা হেন্মোই লৈ। মইতেংঙু নোংপোক্ সনা হোঙ্পা নোংচুপ্ কোঙ্য়াম্পা মারে খঙ্। সাপল্ লৈ কোঙ্য়াঙ্ অয়াঙ্পনা নোংপাল্ লম্য়েং চিঙ্তা য়িংলেল্ চাখুল্ লোক্তা, সাপল্ খন্বা মনম্ সীনা চক্পা হাওরা লাল্তা হুই, লাংলেল্ কোঙ্য়াঙ্ বাতোল্ কোন্না মাপল্ লোয়ঙাঙ্ থৌচু নিক্না সীঙ্লেল্ লম্হাই নাইরক্লে। (৫০) অতুসুঙ্ মতোমতে।

[৪৮] নোংপাল্ চাহুই লৈরোং পাম্বনা চিঙ্সোঙ্ মপুঙ্ য়ায়, লয়তাও মসাইকোন্তা মাম্রোয় ফান্থৌ লৈ, চিঙ্ বারোঙ্ লৈনে। সীঙ্লেল্ মনা তাতি

---

*(মতম্ কুইন শাৎপনে)। (৪৯) লৈরাং অসিনসু লোইদরি।*

*[৪৭] কেগে মোইরাং অথা (ফম্নাইব) কোঙ্য়াম্বগী মরম্ খঙ্নব, সাবন্দ হৌব কোঙ্য়াংলৈ, কোঙ্য়াঙ্ অয়াঙ্ব, মৈতৈ নিংথৌ নোংপোক্ সানা হোঙ্ব[১], নোংচুপ্ কোঙ্য়াম্বগী ইঙেল্দ লাম্দাব লৈনি। ময়াং খুল্ঙম্ লৈ লাম্দ ময়াং চাইখাইব লৈ; লাম্নী পুতাপ্ তাওবু ফান লৈনে। মনা মওংদি তাওব হুইগী মরৈ মাম্ব, লৈখোক্ চায়ায় চম্ফেল্ মাম্ব, সীঙেল্গী মপান্দি চকপ লমাংদোংগী চফু কুহি মচু তৈব মাম্ব লৈনি। লমাংদোংগী সাবন্ অতোংব পল্ মথক্ত চকপ লমাংদোংদ লাম্দাব, অথৌবনা, বাগী বাতোম্ন কোম্বদুন হৌবগুম্, লৈরাং মপুং ফান লুম্ন য়াম্বদুন শাৎপবু মৈতৈ নিংথৌ নোংচুপ্ কোঙ্য়াম্বন সগোল্ সয়াঙ থক্তগী মখুৎমক্ল ফংন হেক্রগ কোক্রী লৈতেং ওইন থেৎনবা লৈ। মৈতৈ নিংথৌ নোংপোক্ সনা হোঙ্ব নোংচুপ্ কোঙ্য়াম্বগী মতিক্ খঙ্ব, সাবন্ লৈ কোঙ্য়াঙ্ অয়াঙ্বন অঙোমগী লম্য়েংফম্ চীংদ, য়িঙেল্ খুঙ্গাশিংগী লোক্ত, সাবন্ খম্ব (লম্বী থম্ন হৌব) মনম্ নুংশিব, চকপ লমাংদোংদ লাম্ভাব হুই, বাপান্ অবাংবন মতোল্ কোম্ন লৈভাঙ্ লৈপলবু নিক্হন্দুন সীঙেল্ লম্ঙাম্ন শাৎলক্লে। (৫০) অদুনসু মরোইদে।*

*[৪৮] অঙোম্চা চহুই লৈরোং পাম্বন চীংসোঙ্ মরম্দম্, লৈভাও মরৈকাইদ মহৌশাদগী লৈরক্লব লৈ, চীংসোঙ্দ বাথোক্ চাওব লৈনে। সীঙেল্ মনাদি অকোয়ব সেল্ মাম্ব, লৈরাংগী মপাল্না কৈগী ময়া মাম্ব লৈন অবাংগী অথোইব বায়খুলোক্ অঙোম্গী*

[১] নোংপোক্ সনা হোঙ্ব — নিংথৌ খোম্ব।

তরেৎ সেল্‌কোয় মাল্‌, লৈরাং মপাল্‌ তাতি পান্‌বা কৈয়া মান্‌পা লৈন অৱাং লোক্‌লেল্‌ ৱায়খু রোক্‌ নোংপাল্‌ কুরাও থোংতা মাপাল্‌ ঙাঙ্‌না সারক্‌লে। কুরাও য়ায়খোঙ্‌ লোল্‌লে। অতুসুঙ্‌ মতোম্‌তে। (৫১)

[৪৯] লমলেল্‌ মতাইম সিরোই কৌপা ঈ মরু, চিঙ্‌পল্‌ ৱাইরু অকোঙ্‌ খাঙ্‌চু রাক্‌পম্‌ নিঙোল্‌পী, কৌপা লাঙ্‌লোই ঙম্বী, হুইয়েল্‌ চাকাবা ফাবী লম্‌লোই তাই, লোইবা লম্‌থোল্‌ পাল্‌, চুম্‌লাং খোক্‌লোই পোক্ত অৱাং কৌব ময়েঙ্‌বীদ পান্‌ব লৈ, কৌব চেঙ্‌লৈ-সং লৈসং তোম্লোংব, মনা কাইরই য়েল্‌লৈ মান্‌ব লৈ, মরী লিকি চিল্‌পুল্‌ মান্‌ব লৈনে। লৱাং-সিমরী নোংকাবীবু মথংলেল্‌ লুৱাং সীঙ্‌চা লুম্‌লেল্‌ হন্‌ব পোন্‌পী হুইকৌ নিক্‌প, সৱা সীকাই হউব, লইরাই খুয়ৌ নিক্‌প, ৱান্‌চেং লেল্‌লোঙ্‌ ফাম্‌য়োংনবন খন্‌মন্‌ চেংমন্‌ পাক্‌পকিদমক্‌ মোম্‌নু তান্‌লোই মরুম্‌পীন কোরও নোংকাকে, চিঙ্‌ঙু পল্‌তান্‌কে হায়খিয়ে। কৌণ লোক্‌নুং চঙ্‌ন উচেক্‌ লাংমৈ ৱোইখিয়ে। সিমরী নোংকাপীন মোম্‌নু তাঙ্‌চা মসম্‌সিপু পামেল্‌ উ কারোংত য়েপ্‌লম্‌পন কৌপ চেঙ্‌লৈসং লৈসং তোম্লোংবপু সাল্‌ৱোন্‌খিয়ে। অতুসুঙ্‌ মতোম্‌তে।

[৫০] হাউরৈ নোংচুপ্‌লা পাংপালম্‌তা কৌপুই মাল্‌থক মচন্‌ নুংনাং তাওপী, হাউনু লাসংনু সাফপীন তরা চাৱান্‌পাতা, হাম্‌সি নুঙ্‌লাইকোল্‌ তাংখু

---

*কুরাও থোংদ মপাল্‌ ঙাঙ্‌না শাংলক্রে। কুরাও মপাল্‌ন শল্‌লে। অদুনসু ময়োইদে। (৫১)*

*[৪৯] অথোইব লম্‌দম্‌ সিরোই (সিরোই চীং) কৌব ঈশিং হৌরক্‌ফম্‌, পল্‌ ওইব চীং থেংফম্‌। খাঙ্‌জরাক্‌পম্‌ অকোঙ্‌গী মচানুপী কৌব লাঙ্‌লোই ঙম্বী, লান্দ চাকাব ফাবী, খুন্দোন্দ লৈবী, পম্ন কোইব লম্‌ অতোংব, চুম্লাং পাম্বী হৌব মফম্‌, অৱাং কৌব্রুগী ময়েঙ্‌বীদ শাংপ (পাম্ব) লৈ, কৌব্রু চীংগী লৈসং, লৈসং মতোল্‌লোংব, মনান য়েন্‌গী মরৈ মাম্ব লৈ, মরীন চিন্‌বুম্নী মাম্ব লৈনি। লুৱাং সীমরী নোংগাবীবু মপুরোইব লুৱাং সীঙ্‌জা লুম্‌লেল্‌ হন্‌ব উচেক্‌কুম্‌ অমোম্‌ (নুপী) থাদোক্লদব, উচেক্‌কুম্‌ তুনগম্ব (চিক্রগম্ব), লৈরাই কাবদ খুরৌ চেন্‌গুম্ব, য়েন্‌সাং মথেল্‌ চাগন্‌বন, হাকুমম্ন খম্বল্‌ চাউবগীদমক্‌, মাগী লোইনবী নুপীন শিজ্জরগে হায়খিয়ে। কৌব্রুগী লোক্‌নুংদ চঙ্‌লগ উচেক্‌ লাংমৈ ওইখিয়ে। সি মরী নোংকাবীন মকোক্কী মশম্‌বু উ কারোংদ য়েপ্‌লম্বন কৌব্রু চীংগী লৈ অশাংব লৈসং মতোল্‌ লোংববু সাইওন্‌খিয়ে। অদুনসু লোইদরি।*

*[৫০] নোংচুপ্‌ মাইকৈ পাংবলম্‌দ, কবুই মান্‌থক্কী মচন্‌ নুংনাং তাওবী হাউনু লৈসংনু সাফবীন চেং ৱাম্ব চংপদ, হাম্‌সিগী নুঙ্‌ য়াম্না লৈব তাংখুল্‌গী লম্‌ লোম্লোইগী (নোংপোক্কী) য়ীয়েবীন ঈহৌরকপগী, অনৈব ঈশিংন ঈথক্‌-ঈরৈগ লোয়নন চেনবদ, ঈরৈন হন্‌গৎন লৈরক্‌প, নুঙ্‌ অচৌব তাওথরকপন ঈরাম্ব ঙম্‌দরে। ঈশিং অচৌববু লান্‌ঙম্‌দবগী, চরা হেল্লগ অহিং লেক্‌খিবী, মাগী মশম্ন ওইখিব লৈ, লৈরাং মতোল্‌ লোংব, মৈতৈ নিংথৌ উরা কোন্‌থৌবন হৈগী মহাও খঙ্‌ লৈগী লৈহী চুপ্‌ঙেদ,*

লইয়ৌপোক্, লোন্লোই য়ীয়য়পীন লাইচ মথি নাই, য়ীমু মরাঙ্ হউ, মেনাং তন্প খুয়উ ঙম্নৌ হল্, নুঙ্পী ফৈতোয়ববু লান্ঙম্তরে। লাইচ ঈরেল্ পুঙ্পু লান্ঙম্তপগি তরা চাথংতন নোংহাম্পীকি, মোম্নু তাঙ্চ মসম্ সীন বোইখি লৈ। লৈরাং তোন্লোংপা মইতেংঙু উরা কোন্থৌপনা হায়য়ৌ য়ুতুংঙই, লাংচেং থেন্কাঙৈত, কুম্চিং লোল্নিঙ্ থক্ত হেন্মোই লৈনে। মইতেংঙ্ পনম্ নুমিৎ থোক্পু চুনপ মরে খঙ্নে। লাংচেং থেন্কা লৈনে। কৌপ চেংলৈ-সং লৈসং তোম্লোংবন সীঙ্লেল্ সংন ফা, লৈরাং মরিক্ থোম্লে। অদুসুঙ্ মতোম্তে। (৫২)

[৫১] কৌপা মাতাইমা চাক্লিক্ নোংথ্রে পোক্প, লিক্লাং উচাও পোক্পা চিঙ্, কৌপা চিঙ্থাং লাং, চিঙ্লোল্ পালংলা, খোইমোম্ লাইপুঙ্ থোল্ অৱাংপতা হাথা রাং, তল্লা ৱাংলেল্ থক্, ৱাংনু নম্তা উমা রিংতইপাতি পাল্-ৱোইনা সিমারিং নাল্তইপতি থোংথিংনানা হাথা নৌনউ লাংনে। লুসি-মারিং নোংকাপীপু মথংলেল্ লুৱাং সীঙ্চা লুম্লেল্ হল্পানা খন্মল্ চেংমপাকিতমক্ কৌপা লোক্নুং চঙ্না উচেক্ লাংমই ৱোইনা সাল্ৱোন্খিয়ে। চেক্লা মথংলেন্তি লাংচেং পাখংপাৱো[1] কৌৱে। পোন্পী মরুম্পীতি সৱা সোক্তোঙ্নু কৌৱে। চেক্লা মরুম্পী সৱা সোক্তোঙ্নুনা হয়রাঙ্ মচা য়ান্, তাওচিঙ্ মরুপল্, য়াওৱা মসিঙ্ সুঙ্, চক্মোম্

---

*ঈনখংলক্পগী ময়াই কানা কুমজিং-লোল্নিঙ্ ফীজোল্থক্ত থেংলগ লৈতেংখিব লৈনে। মৈতৈ নিংথৌদি নুমিৎ থোরক্পগুমন চাংদম্নবনি (খঙ্নবনি)। মথৌ হেন্গংহন্ব লৈনি। কৌব্রু চীংগী লৈ অশংব, লৈশং তোম্লোংবন সীঙেল্ মপুং ফা, লৈরাং লৈরিক থোম্লে। অদুনসু মরোইদে। (৫২)*

*[৫১] কৌব্রুগী মফম্ অমদ চারিক্, নোংথ্রে ফংব, লিক্লাং থোক্প উজাও হৌব চীঙ্। কৌব্রু চীঙ্গী চীঙ্ মথাং মরোল নাইন পল্গুম্ লৈরিব, লাইগী লাইবুঙ্ অৱাংব চীঙ্দোল্দ লৈরিব, উপাল্ অৱাংবন থক্ত, অৱাংব চীঙ্থক্ত উন হৌবদি পল্ ওইন লৈরিব চীঙ্মায়ৱু উপাম্ন থোংথিংগুম্ই। অনৌব য়েন্নীংগ লোয়ননা চীঙ্মায় ভাক্প লাং ওইরি। সীম্নরী নোংগাবীবু মাগী নুপা লুৱাং সীঙ্জা লুম্লেল্ হন্বন খন্বন্ চাউবগীদমক্ কৌব্রু লোক্নুং চঙ্লগ উচেক্ লাংমই ওইনা সাইওন্খি। উচেক্তুগী মপুৱোইবদি লাংজেং পাখংব কৌই। মাগী লোইনবী উচেক্ অমোম্দুন সোক্তোঙ্নু কৌই। উচেক্ অমোম্ সৱা সোক্তোঙ্নুন কুম্-থা লেপ্খিব থাশিং গুরবদ, মশা লুম্ব চোক্থবন হেন্দোক্তব থাবুম্ ফারক্রবদ মপুৱোইব লাংজেং পাখংবদ[1] হায়জরকই। ইপুৱোইব উচেক্ ইবুংঙো নঙ্গী নুপী ওইবী ঐদি ইচানুপা পোক্কে, ইমোম্ য়োক্কে, লোক্-ভাই কুম্বীরগনু, মহৌশাগুম্ চংথোক্ পাইথোক্পিরগনু, ইপুৱোইব নঙ্দি কৌব্রুগী ঈশিং লোক্ লানবীগনু, চীঙ্সাং নাপোম্*

[1] লাংচেং পাখংব — মথোক্ ফারক্প পাখং।

তেম্থাঙ্ লোন্, লোইতাম্ থাপু ফারক্লপাতা মথংলেল্ লাংচেং পাখংপাতা বাহম্লক্য়ে। চেক্লা ইথংলেল্বো নরুম্পী অয়তি ইপারি নাওপেংকে, ইমোম্ নাওনউ হাথাকে, লোক্লৌ কাইকুম্ফাররোই, সবা কাইতা ফররোই থংলেল্ নঙ্সুঙ্ কৌপা ঈরোক্ লান্পীকুনো, চিঙ্সাং নাপা কেন্পীকুনো। লাংপল্ কৌচেঙ্ চোংপীসা, খোয়মা লাংতোল্ থক্ত হাথা নাওনউ চা, কাউরেল্ সল্সি সাপু সামং পীকুনো। কৌপা লোক্ঈ থক্কুনো। পামেল্ উহয় মাপু নতোম্ তংপীকুনো। পাংঙা য়েন্সোইপীকুনো, কোন্ঙা য়েন্মাংপীকুনো নপারি অমু য়েক্পু য়েক্সোয়রকানে। নমোম্ অঙৌ য়েক্পু য়েক্মাংলাকানে, য়েংতা হৈপা য়েক্কারাংপু বোইরক্লকানে। তোল্তা হৈপা পীসিল্ লাংপু বোন্লাকানে। লাংমই য়ায়তা হাল্লাকানে। লাংচেং তোল্না লাংতাকানে হায়না লোক্লউ সানাকোল্, সাবা চিন্বোক্না, পোল্পী খঙ্তিল্নানা বাহম্নাখিয়ে। মথংলেল্ লাংচেং পাখংপান সংলউ য়েন্মাংতা, মরিং কোন্তে সল্লাং মাইপা বাচুম্পা নাউকল্ লাং, উমরিং লান্তইপা পাল্ বোই রাং, সিমরিং নান্তইপা থোঙ্থিং রাং, লাংমই য়ায়তা হাল্ফাপা চেক্লা লাংসম্ ফাপা, মইপা য়েংতা কাফাপা সমল্ খোক্না চুফাপা, লাংচেং তোল্না লাংপা সীঙ্লেল্ লৈপুন্সিনে।

---

*কোয়বীগনু। লাংবল্গী কৌজেংন নাপী লাংদোন্ থক্ত মচা কোক্পগুম্ থোক্তনব অশিব সল্, অমাংব সা চাবিগনু। কৌব্রুগী ঈশিং থক্পিগনু। উপাল্গী উহৈ অমতবু নতোম্ত চাবিগনু। পাংত ঙা থিবিগনু, কোম্গী ঙা চাবিগনু, নচা নুপাগী ঈ মরিদ সোয়গনি। নচা নিঙোল্গী অশেংব ঈ মরিদ অমাঙ্ব থোক্কনি, য়েংহৈদব ঈ মরীবু ওইরক্কনি। তোঙাম্ব ওইহৈদব ঈ মশক্ ওইরক্কনি। উচেক্ লাংমৈ ওইন হল্লক্কনি। মতু-মমৈ পাম্ব ওইরক্কনি হায়ন মসা কোম্দুন উচেক্কুম্ চিঙ্গোক্ক, পোম্বীগুম্ চিপক্কন পাওমেঞ্জখিয়ে। মপুরোইব লাংজেং পাখংবন অমাং-অশোয় চাদ (চাক্হেন-ঙাহেম্দুন), মরিং মীপোক্ মীহিং ঙম্ব সল্লাং মাইব অচুম্বদ ঙাঙ্ব কন্বিহৈব, উপাল্ লিংন পল্ওই-লাংওইব, (উ মরিং নাল্তইপা পাল্ বোইরাং), (সি মরীং নান্তইপা থোংথিংরাং[২]) সীমরীন থোংথিংনবা। উচেক্ লাংমৈগী মরক্ত অথোইব ওইব, চেক্লা মনীংতম্ববু ফাওম্ব, উচেক্লক্তগী তোম্থিন্ ঙাম্ব, সমল্[৩] গুম্ অথম্নব ওইব, মথোক্ কারক্ঙৈগী লম্য়ৌন নীংথিব লৈনি।*

[২] উ মরিং নান্তইবা পল্ ওইরাং, সি মরীং নান্তৈব থোংথিংরোং ঃ- উপালনা পরেংশোনা পল্ ওইনবা, ঈশিংনা কোয়শিন্দুনা থাঙ্গপাং ওইনা থোঙ্ থিঙ্বা। (নুপা-নুপীগী চাদা-নাওদান মুংপ নাইদবা পল ওইনবা থোং ওইনবা)।

[৩] সমল্ - কোক্ত থেংনব লৈতেং মনা ওইব পোংশক্ অমনি। মসি লৈবাক্ নিংথৌবু কনখিব মীশক্ অমদি খাইগী মকোক্ থোংব মী নিংথৌ, মহারাণী, পণ্ডিত অচৌব অমসুং লাঞ্জিংপুরলে ৫ সি নম্ভনা অতৈন থেংপ য়াদে।

ময়ুম্ কেকেনা তেংথান, লাংপুতি তোম্‌সোল্‌বো কৌরে। তোম্‌সোল্ লম্‌তা লৈনে। নোংয়াইনা তেংথান খুমল্‌ন মিংগৌন খোইনৌবো কৌরে। চেপ্‌থেৎ লৈনে। মইতেংঙু উরা কোনথৌপা হয়য়ৌ য়ুতং লৈ, লাংচেং থেল্‌কা লৈনে। মইতেংঙু হোঙ্‌নেম্‌য়োই খুল্‌চাও, নোংচুপ্ মঙাং ঙম্‌পা বাক্‌য়ই পাওতা লাং কাম্ আত্রা সল্‌ঙৌপা চুঙ্‌সাপা ফানা লাংনে। মইতেংঙু চিঙ্‌খোঙ্ লম্‌কাই ঙম্‌পা থংতা খুমল্ থেম্‌সু নোংপোক্ সবা তাওপা মরৈ খঙ্, তাংখুল্ লইতাঙ্ খুল্‌ঙম্ লাং নুমি থারা ফাননে। মইতেংঙু কৌব চলাম্ব খোইমোম্ লাইমিংনব করও নোংথিল্ চাইপানা চিঙসোং খুন্‌ঙম্ লাং, অবোন্‌লোং ফান লাংনে। মইতেংঙু থাঙ্‌বায় নিংথৌ মুংয়াম্ব খোইমোম্ লাইমিং চিঙ্‌কি সেল্‌পী নিংথৌ ১০০ ফাব মরৈ খঙ্। লাখাই খুল্‌ঙম্ লৈ, মোইবা চিঙ্ নিংথৌ অথিং লাল্‌কাইব ফান লৈনে। মইতেংঙু সনা হিহোন্‌হল্ থোংনাং ময়াম্ব তাঙ্‌খোঙ্ সাফাব মরৈখঙ্, মরিং খুন্‌পী রোক্কি অম্‌চঙ্ লয়মচা মথিল্ থৌয়াঙ্ ফান লৈনে। থংতা খোয়নাই সেল্‌হোঙ্‌পা মইতেংঙু পোইরই খুন্‌চাওপা মারৈখঙ্ চাখা ঈতোক্ খুঙম্ লৈনে। মইতেংঙু পোইরৈ খুমোম্ব হয়েল্ লক্‌য়া ফাবা মারৈখঙ্ ময়োল্ খুল্‌ঙম্ লাং, কোল্‌তে সল্‌লাং মাইপা ফানা লাংনে। মইতেংঙু তুপী চরাইরোংপা খোইমোম্ লাইমিংনপা, সেল্‌পী তাইচিঙ্ লেল্‌কি হয়েল্ নোল্‌লোই থাফব মারৈখঙ্, উম্‌পী তুচোং খুল্‌ঙম্ লাং,

---

*কেগেদ লৈবশিংন লাংবু কৌনবদি তোম্‌সোল্[১] কৌই। তোম্‌সোল্ কৌব লম্‌গী লৈনি। খুমম্ন কৌন হায়নবন লৈরাংবু খোইনৌ-ও কৌই। চেপ্প থেৎনব লৈনি। মৈতৈ নিংথৌ উরা কোম্বৌবগী হৈগী মহাওখঙ্ লৈহী চুপ্পব লৈ, মথোক্ কারক্‌পগী ফুদোংন শাংপ লৈনি। মৈতৈ নিংথৌ হোঙ্‌নেম্ য়োই খুঞ্জাও (নাওথিংখোং) নোংচুপ্‌কি মঙাঙ্ ঙম্বগী অপাম্ নৌন হোম্নক্‌প পুন্সিগী হিরোয় লৈ, অবাংব বাখল্-ফাঙম্ব থমোয় হব লৈনি। নহা ওইবগী অঙাওব পুক্লিং ফানবা চুংওইব লৈ। মৈতৈ নিংথৌ চিঙ্‌খোঙ্ লম্‌কাইঙম্ব খুমল্‌থেম্ চনুন পোক্‌প, নোংপোক্ মাইকৈদ মতীক্ খঙ্‌নব, লৈতাঙ্ খুল্‌গী তাংখুলগী লাং ওইবা নুমীৎকি থারাবু ফানবনে। মৈতৈ নিংথৌ চলাম্ব লাইগী মশক্ ওইব নুমিৎকুম্ মঙাল্ চাওবন চীঙ্‌সোং খুনবু ঙম্ব লৈ, অবোন্‌লোং ফানব লাংনি। মৈতৈ নিংথৌ থাঙ্‌বায় (থাংমৈবন্দ) গী মবুংঙো মুংয়াম্ব লাইরক্ত চিংনব, কবোগী নিংথৌ ১০০ ফাবগী মতীক্ খঙ্। লাখাই খুনবু ঙম্ব লৈ, মোইব কৌব চীংগী নিংথৌ লান্দ মথৌনা লৈববু ফানব লৈনি। মৈতৈ নিংথৌ সনা হিহোন্‌হল্ থোংনাং ময়াম্ব (থাগেম্ব) গী মতীক্ খঙ্ মরিং খুম্বী লোক্কী লৈগী মচা লক্তগী অথোইব মথৌনা লৈববু ফানব লৈনি। মথংদ খোয়নাই সেল্‌হোঙ্‌ব, মৈতৈ নিংথৌ পোইরৈ খুঞ্জাওবগী মতীক্ খঙ্, চাখা ঈতোক্ খুনবু ঙম্ব লৈনি। মৈতৈ নিংথৌ পোইরৈ খুমোম্ব, লান্দ লক্‌য়া ফাবদ মতীক্ খঙ্‌নব, ময়োন্ খুনবু*

[১] তোম্‌সোল্— লম, ইন্‌খংলক্লিবী লৈশাবীগী থা। নীপাগীনা ফীগী নামৈবু খঙ্‌নৈ।

কোঙ্পু লাংঅা নোংয়ীন্ ফানা লাংনে। চাংয়েং লাংকা ফাপা, খোইমা তোল্না লাংপা সানা য়েক্মা তইপা লাংনে। লাবাংসি মরিং নোংকাপী কৌপা লোক্নুং চঙ্পীন বোইখি লৈনে। মোংপা সুম্মিৎ লোন্তাপা লৈনে। সীঙ্লেল্ লৈপুন্সিন সাবা বোক্য়া থোংলক্লে। চেক্লা মইপুঙ্ ফারে আতুসুঙ্ মতোম্তে। (৫৩)

[৫২] হাউরে লাইনা পাংবরম্, খোইমোম্ লাইয়িথৌ চিঙ্চেং নারল্ পাঙ্গন্পানা চিঙ্পল্ পল্সারম্, অকোং খংচুরাক্পম্ নিঙ্ঙোল্পী, কৌপা লাঙ্লোই ঙম্বী হয়েল্ লাকা ফাবী লম্লোই তাই চিঙ্পল্ পল্বাইরুতা পান্পা লৈ, চিঙ্পল্ খোম্লু অঙল্বা, সীঙ্লেল্ মনা তাতি কাইরই য়েল্খোঙ্ মান্ব লৈন লৈরাং মপাল ফারক্লে। অদুসু মতোম্তে। (৫৪)

[৫৩] লম্লেল্ মাতাইমা, হাউরয় খান পাংপারম্, হেম্পা তারাউ চিঙ্, সামা খুল্ মাপুঙ্ য়ায়তা পান্পা লৈ, হাউরা ময়ুম্ য়াইসং লী, মানা তাওপা হুইরে মান্পা, মপাল্ পুথাপ্ লম্সল্ মাল্পা লৈ, মাম্রেম্ লিচং লি, মুয়ুম্ য়াইসং লি, অমু লোইতাম্পানা বানা লোই, বাবাসুঙ্ হোংতাই লোই, থিংক্রুপ্ য়াঙ্ক্রুপ্ লোই, মারাম্ খাপুঙ্ লোইপু লোইচল্ লী, হাউরা মুয়ম্

---

*ঙম্ব লৈ। মহে হৈব সম্লাং মাইববু ফানা লাংনি। মৈতে নিংথৌ তুবী চরাইরোংব লাইগুম্ শীংথানব (লাইগী মচা ওইব), কবোগ তাইনব চীঙ্ লৈবাক্কী লাম্মী অথোইব ওইবগী মতীক্ খঙ্, মরৌশিংন তুচোং খুল্বু ঙম্ব, লাং লোয়নব খোঙ্বু য়াওদন নোংয়ীন্ (চেক্লা) ফানব লাংনি। মগুণ্ খঙ্লগ ফব, পুক্লিংন পাম্ন কৎপ সনা ময়েক থোক্প লাংনি। লুবাংসি মরিং নোংগাবী, কৌব্রুগী লোক্নুং চঙ্বীন ওন্খিব লৈনে। মশাদ সুম্ চাদব লৈনে। সীঙেল্ মতম্ কুইন পুন্সিব (শাৎপ) লৈন ওক্ ময়া থোংবগুম্ থোক্লক্লে। চেক্লাগী মমৈ মপুঙ্ ফারে, অদুনসু লোইদে। (৫৩)*

*[৫২] হাউরে নোংচুপ্ পাংবদ লাইনিংথৌ চীঙ্জেং নারল্ পাঙ্গম্বন পল্ থোন্খিব মফম্। খাংচুরাক্পম্ নিঙোল্ অকোং লাংলোই ঙম্বী কৌব শাবান্ ফম্বীগী লম্গ তাইনব চীঙ্গী অতোংব পল্, পল্বাইফম্দ শাৎপ লৈ, অতোংব পল্বু ঙম্ন খোল্লিব, সীঙেল্গী মনাদি য়েন্গী মখোঙ্ মাম্ব লৈন লৈরাং লৈপাল্ ফারক্লে। (৫৪) অদুসু মরোইদে।*

*[৫৩] অথোইব লম্দম্ অম ওইব খা মাইকৈগী তরাউ চীঙ্, তরাউ খুন্দ শাৎপ লৈ, অতোংবদ হৌব ময়াই চেম্ব লৈ, মনান হুই মরৈগুম্ লেক্ লেক্ লাউব, মপাল্ন পাক্শন্ন হৌব কুথাপ্ লৈগুম্ব। মাম্রেম্দ তাইবং সম্পোক্সব লৈ। চেংগুম্ মতোন্ মাম্ব য়াইপুব লৈন, অহল্ ওইদুন মথৌ ঙম্দ্রবসু পুক্লিং বাখল্দি লোমব নাইদব লৈ, মীপুম তিংন ফংনব লৈ, ফংলরোইদ্র হায়ন লাংতক্লন থিনব লৈ। মাবু থিজবন ফংজরগ মাবুসু খুদুম্চন্খিব লৈ। অতোংবদ হৌব ময়াই চেম্ব লৈন, তুম্খৎলক্প পুক্লিং বাখল্ খুদুম্ চম্নবগীদমক্ লৈন পুম্শাৎ শাৎকাইরে। অদুনসু মরোইদে (৫৫)*

য়াইসং লীপু মুয়ুম্ খোইপাক্ সানা লোইচল্ লীনা মুয়ুম্ সল্লাক্ সারে। আতুসুঙ্ মতোম্তে।(৫৫)

[৫৪] অবাং নাহা লাইকোক্পা, খোইয়া সিঙ্কাঙ্ সুম্পা, উসোং লৈতাল্ থৌবানা উসোঙ্ লৈতান্ বাকি নুঙ্পী খুনান্না, থৌতু খুরৌনানা নোংমল্ লৈ, কোয়রেংপ উসোং চায়াম্ লৈ, থৌতু নুঙ্মায় খুম্ন পান্পা লৈ, পামেল্ উরু কুপ্না বোঙ্পা লৈ, হাউবোক্পা লীসী লৈ, সীঙ্লেল্ লৈপুন্সিপু কৌপুই লোইরেম্পা থারীক্ লম্ কাম্পানা উসোঙ্ লইরা থীনা সীঙ্লেল্ লৈপুল্ সানা কংলা পাওতম্ লৈনে। সীঙ্লেল্ লৈপুন্সিনে। আতুসুঙ্ মতোম্তে।(৫৬)

[৫৫] লম্লেল্ মাতাইমা, হাউরৈ লাইনা পাংপা লম্তা মকু আইপি লই, থইচেপ্ মপুঙ্য়ায়, থাপ্লা মচিঙ্ লেল্তা পান্পা লৈনে। হয়িঙইতা হাউবা লাংপাখোই চইরই কাসাল্ ফিথম্বা, সীঙ্লেল্ য়াইপল্ য়াইচিল্বনা মকু থাপ্লা থেংঙইতা কুরাও পলতাই সঙ্, সাইবা পল্লিংপতা সীঙ্লেল্ কোক্তা চিন্পাপু মাল্লেম্ লয়তা তারৌরে। মকু মনিল্ নাইপনা চেংলউ মিথথিংলবকি লুরক্ কাঙ্তয় থিরে। তাঙ্চা লুরেল্ তোল্তি মালেম্ লয়তা তারে। সমু লেংলোই তোল্তি কোরও নোংতা কারে। য়াওবা খুরোম্ বোইখিয়ে। মহী মাঙ্না তাপা পামেল্ উ তন্লউপানা লৈসোক্ থোন্খম্ বোইখিয়ে। মহী মাঙ্না তাপা পামেল্ উ তন্লউপানা লৈসোক্ মাল্লেম্ লয়তা তাপানা হাউরৈ ফোল্লাং বোইখিয়ে। হাউবা লাংব খোই চয়রই কাসল্ ফিথম্পানা বোইখিপা লৈনা থোন্খম্ মানা রেক্লে। ফোল্লাং ঙাঙ্না সারক্লে। আতুসুঙ্ মাতোম্তে।(৫৮)

---

*[৫৪] অবাংব নহা লাইকোকপ, খোইজি খাগী শীঙ্ য়াইওইব, মানা কাঙ্লকপদ পুক্লিং হকচাং পূন্নমকপু সুমহৎপ। অসোংব উরক্ত লৈ তান্নব অথৌবন উরক্ত লৈ তান্নবদ নুঙদ খুদিথি, নুঙ্দ থেংজিন্দুন শিজব লৈ, কোয়ন লেংব উ অসোংবদ মচা য়াম্ব লৈন, নুঙগী মমায় খুন্না শাংপ লৈ, উগী উরু কুপ্পা হৌব লৈ, হাউন লিক্কুম্ লীগী থুজী সীবিব লৈ, সীঙেল্ লৈপুন্সিবু কবুই লোইরেম্ব নৌন খুন্দাবন উসোং লৈগী মরী থিরগ সীঙেল্ লৈপুল্ (নাচোম্) সেম্ কংলাদ পাওতম্ব লৈনি। মতম্ কুইন শাংপ লৈনি। অসিনসু লোইদ্রি।(৫৬)*

*[৫৫] অথোইব লম্দম্ ওইব লাইজি মাইকৈরোম্দ মকু আইবিগী লম্দ, থৈচেপ্ত, অথাপ্ন চীঙগী লম্দ পাম্ব লৈনি। মমাঙগৈ হাউ ওইরিঙৈগী বারীদ লাংবখোই অথৌব নিঙথ্রী ফীজেৎনব, য়াইপল্ লৈচিন্বন অথাপ্ন মকুদ লান্দাঙেদ, থোঙ্ নম্থেক্রগ পল্নুং চঙ্বদ মকোক্তা চিন্ব লৈবু লৈমায়দ তাহৌরে। মকু মতীক্ লৈবন উবদগী মঙক্ কক্লে। মাগী মকোক্তি লৈমায় থক্ত তারে। মরেঙ্জুম্দি নোংথক্ত কারে। উচেক্ খুরোম্ ওইখরে। মহী তাখিবন তোল্হাও উপাল্ লৈসোক্ থোন্খম্ ওইখিয়ে। লৈপাক্ত তাবন হাউরৈ ফোল্লাং ওইখিয়ে। লাংবখোই অথৌবন ওইখিব অথোম্ব লৈন মনা*

[৫৬] হয়া হে, হে লিক্লাইবো ইপুংথৌ নোংথৌরেল্ পুমাপাবো নাতাইরেম্ লোইরেম্ চিন্কোই ইবাক্মানা হাউরে খানা পাংপারম্, নোংপোক্ ঈবাংমাতাকি ইমায় হাউরে লাইনা পাংনা সামু য়েৎবোইনানা লম্লেল্ সেরৌ হংমা কেল্কি সীঙ্লেল্ মসীঙ্ থী, লৈরাং মাপুম্ পানা তেংথাখৎলক্কে। হয়া হে, সেরউ হংমকেল্, নুঙ্লেপ্ পোংমাল্ লউ, য়াম্পী নুঙ্তোং বাইতা, তুরেল্ লইরাই মুংপী থক্তা পান্পা লৈনে। লৈরাং মনা তাতি পামেল উয়াঙ্কন মাল্পা লৈ। সীঙ্লেল্ মাপাল্ তাতি মাকোং লৈতরেঙ্ মান্পা লৈনে। সীঙ্লেল্ উয়াঙ্কল্ মাল্পা লৈনা লম্লেল্ সেরৌ হংমা কেন্তা মাপাল্ চোয়নৌ সানা লৈতরেং সারক্লে। আতুসুঙ্ মাতোম্তে। (৫৯)

[৫৭] লম্লেল্ চেপ্পী বায়াখোং চুম্পং লম্মাহল্ হামেঙ্ খোল্চি চিঙ্, তুমিং লম্নামুং, মহা ঈ মরু, তারাও চিঙ্ফেতা পান্পা লৈনে। আসাইঙইকি লম্লেল্ চেপ্পী বায়া খোংবো কৌপতি কৈতৌনোংকিনো। কে কে মোইরাং উতোয়চম্ মাসল্ লাংনুপীপু মাতইরেম্ নাপুপনা কাউরেল্ তুং ইন্নক্পাতা মায়ুম্ কেকে মোইরাংনা য়াম্পীপু বায়াবো কৌএ। চেক্লা য়াম্পী লয়চেঙ্ ঙাঙনা ফিঙাঙ্ কিসিনানা, মাথা মোইকাই তোপ্না খোইমা লাংতোল্ থক্তা চেক্লা মইনা হোৎ খোঙ্ খৈঙম্য়ে। আতুনোংকিপু লম্লেল্

---

*লেক্থরে। মপাল্ ঙাঙন শাৎলক্লে। অদুনসু লোইদে। (৫৮)*

*[৫৬] হয়া হে, হে মণ্ডাল্ লৈব ইবুংঙো নিংথৌরেল্ পুম্নমক্কী মমা মপা ওইববো, ননাই করিসু লৈতব ঈশৈ সক্পন খা মাইকৈ পাংবরোম্গী, নোংপাক্কী তুরনে বাংমদগী ইমাই নোংচুপ্ ওল্লগ য়েৎওইননা লৈদুনা সেরৌ লম্দম্গী লৈকোল্ থি, অশাংপ লৈগী মশীঙ্ থীজরগ মপূং ফানা শৈথাজরক্লে। হয়া হে (হে তাইবংগী মবেম্ম) সেরৌ হংনকোল্, নুঙ্ অয়ুংবন লবুক্ত মীমাম্ন লেপ্ল মফম্, য়াম্বীন নুঙ্দ তোংব মফম্, তুরেল্ লৈরাইথক্ত পাম্ব লৈনি। লৈরাংগী মনাদি উয়াঙ্গল্ উপাল্ মাম্ব লৈ। সীঙেল্ মপাল্দি কোক্কী লৈতেং মাম্ব লৈনি। সীঙেল্ উয়াংগল্ মাম্ব লৈন সেরৌ হংমকেন্ লম্দ সনাগী লৈতেং মাম্ব মপাল্ শাৎলক্লে। অদুসু মরোইদে। (৫৯)*

*[৫৭] অথোইব লম্ চেম্পী বায়া খোং, চুম্বং অহাম্ব লম্ হামেঙ্ খোন্চি চীঙ্, তুমিং লম্নুংশি, মহা ঈ মরু, তরাও চীঙ্থক্ত পাম্ব (শোংপ) লৈনি। মমাঙ্ঙৈ চেম্পী বায়া খোং কৌরম্বদি করিদগীনো। কেগে মোইরাংগী উদোয়জাম্বগী সল্ লাংঙনুবীবু মনাই নাপুবন সল্গী মতুং ইন্নক্পদময়ুম্ মোইরাংন য়াম্বীবু বায়া কৌই। য়াম্বী কৌব উচেক্কী মথা অঙাঙ্বন অঙাঙ্ব ফী পুম্বগুম্, মথা ফজবদুগ লাংদোন্ থক্ত তোং চেক্লাগী মমৈ হায়দুন খোঙ্জরম্মে। অদুগীদমক্পু চেম্পী বায়াখোংগী লম্ হায়ন কৌই। অদুনসু লোইদ্রি। চিক্পী (চক্পী) থেল্ মরক্ত খুমলগী তোঙ্বু খাইনুগী মচাগ কেগে মোইরাংগী খোইরী তোঞাওসুগ (খৎনবদ) লেংমাম্নব অনীমক্ মথৌনা লৈব ঙাক্ ওইবন অমন*

চেপ্পীবায়া খোংবো তৌনা কৌয়ে। আতুসুঙ্ মাতোম্তে। চিক্পী থোল্ মরক্তি নোংয়াই তোঙ্পু খাইনু চাকা কেগে মোইরাং খোইরী তোন্চাওসুকা চায়না খোংফেল্নঙইতা সেম্লোয় মাপাতাও অনীমতী মতোম্ তল্পা মীখল্ খাই মসেল্নিকিন্না সমু খূংনা ফংনারক্লে। কে কে মোইরাং খোইরী তোন্চাওসুপু মরোই লম্সিং অপানা য়াম্মা খোইরী তোম্জাওসুবো আসাই-ঙইকি হায়নাপা বাপু কাওকুনো। চয়রই ফিকোল্নুংকি আচাল্পাপু নিন্কুনো হায়না সমু মায়য়োক্ পেপ্, চেংলউ মিৎন য়েং, সমু খুং থিল্না পাক্ তাক্ খোল্কি নোংয়ায় তোঙ্পু বাইনু চাপু মসা মাহক্ ফংনা য়ারেল্ খোংচি তোল্না তোইনা চিক্খায়রে। আতু নোংকিপু লম্লেল্ পোপ্-সায় চিঙ্, চিঙ্পী লম্মাহল্ তোঙ্তোই লম্নুংসিবো তৌনা কৌয়ে। কেকে খোয়রী তোন্চাওসু মারোই লম্সিং অথৌবাতি থৌতিক্ বাইবো, নোংয়ায় তোঙ্পু খোইনু চাকি মমোম্ চুঙ্হল্ লোয়মাক্পী তেংহাওমি চাতি পিরেম্ থারুক্নানা নুংসি চিঙ্বো কৌয়ে। মাহা ঈ মরুঅ কৌপাতি কতৌ নোংকিনো। খায়োইরোন্ তাওথোং কাইব চনু লিক্লা পিসিল্ মোম্পী নুরা লংমা তোম্পী মমাল্ কাঙ্পী লইরুম্ চেংপীনা মমাল্ মচা চক্প মাহারেংপাপু হুন্নাল্ নোংতা চক্প মাহারেংপানা তাওথোং কাইপা চনুপু য়িল্তাম্লক্পাতা চক্পা মাহারেংপা খুক্লু হংনাইতাপা, পাখং সংকাই য়াঙ্নম্ সোয়পা, সমু পাংসোয় নিক্পানিকিন্না কোঙ্য়াঙ্ বাসারী হতা পাইপা মাবাক্ খঙ্পু চিন্পাল্ তারি খোংপতি হুক্ন হান চেন্লক্য়ে।

---

*অমবু লাক্চনবগীদমক্ মশাদ খুং থানরক্রে। মোইরাংগী খোইরী তোঞ্জাওসুবু মাগী লোইনব লম্জিংবন ইয়াম্ব খোইরী তোঞ্জাওসু, ঙসাই হায়নখিব বাদু কাওগনু। চরৈ ফীনুংগী অরোম্ববু খঙ্হন্গনু হায়ন মায়োক্সন লেপ মমিৎন য়েং, মখুং খিদুনা তাক্খিবদগী খুমল্গী তোঙ্বু বাইনুগী মচাবু মশা হক্চাং শোক্না ময়ান তোইন চীক্খায়রে।*

*অদুদগী লম্লেল্ পোপ্সায় চীঙ্, চীঙ্বী লম্মহল্ (লম্হন্গী মমা ওইবী চীঙ্/চীঙ্ মপী) তোঙ্দোই লম্নুংশি হায়ন কৌই। কেগে খোয়রী তোঞ্জাওসুগী লোয়নব অশিংব থবক ঙম্ব অথৌবগী থৌতাকফম্ও, খুমল্গী তোঙ্বু খোইনু চাগী মচা নুপী চুঙ্হল্ লোয়মাবী তেংহাওমিচাদি মরু লুক্ন নুংশিন কপ্চখিব চীঙ্বো কৌই। মহা ঈ মরু (অথোইব ঈ + ঈশিংগী হৌরক্ফম) কৌবদি করিদগীনো। তাওথোংগী খাব সলাই নিঙোল্ লিক্না পীসিল্ মোম্বী, অতোল্ অতাং ওইবী নুপী, মমা মপান লুন তৌবীন মপুরোইব চক্প মহারেংববু খাইনরম্ব নুমিত্ত, চক্প মহারেংবন তাওথোং কাইবগী মচা নুপীবু তাম্নরক্পদ চক্প মহারেংবদি খুকউ হং য়াওদব, পাখংগী মশা শোয়বদগী চুম্ন লেপ্চব ঙম্দনা নীক্পদগী বাগী বাশান চৈশু-চৈঙাক্ ওইদুনা মচিম হুই খোংবগুম্ অবাবগী সোরদ হু-হা হায়ন চেন্নক্এ। অদুগী মহাবো কৌবে। চক্প মহারেংবদি খুকউ হং পান্দব মশা পাংসোয় নাইবগী হক্ন বাবন চোক্থরবগী ঈশিংদ জম্ লাওন*

মাহাবো কৌরে। চক্পা মাহারেংপতি খুক্লু হংনাইতা সমু পাংসোয় নিক্পনিকিন আবা হক্ন। চোক্লপানিকিনা লাইচা ঈতা চুম্ লাওনা চোংথাখিয়ে। চুম্পাং লম্মাহল্বো তৌনা কৌরে। তুম্মীল্ খাঙ্লে। তুম্মিং লম্নুংসিবো তৌনা কৌরে। মায়িম্ লোইপী মারেম্না হামেঙ্পু খেন্বো কৌরে। থুম্পুতি মাচিবো কৌরে। হমেঙ্ খেন্না থুম্ মচিপু চারে। আতু নোংকিপু হমেঙ্ খেন্চি চিঙ্বো তৌনা কৌরে। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোল্ খুল্পী পোংমাহল্না লোইপী সিতাপা, মরেম্ হেম্বা নাতাপপু খুন্থিরক্পাতা হইকোয় নোংথম্ চল্, চুপা ঙইচা য়েক্লে। মখুক্লুকা মখাতাঙ্কা নম্না তারাও তারাও নিক্না খাঙ্লম্মে। আতু নোংকিপু লোইপী হাউ তারাও, তারাও লউচিঙ্খিবো তৌনা কৌরে। লম্লেল্ চেম্পী বায়া খোং, চুম্পং লম্মাহল্, হামেং খেন্চি চিঙ্বো, মাহা ঈ মরু তুমিং লম্নামুংবো, তারাও লাউচিঙ্খেতা পান্পা লৈনে। মোম্নু সংতিং ঈয়োং লৈবো কৌপাতি কতৌ নোংকিনো। লোইপী তারাও পাংখংপনা সীঙ্লেল্ লৈপুল্ সা, লৈরাং খায়োম্ন, হইরেম্ চি খোম্পা চনু লুক্লাং ফাপী খুল্চাল্ ময়া তাওপা চনু লইফোল্ ঙম্পীতা মমাল্ মচা হইরেম্ ব্রৌআ, খুন্চাল্ নাইফা আনা পানথৌবো ইপিংঙাতি লোইপী হাউ তারাও, তারাও পাখংপানা পুরক্পা লৈ অসিদি খোইনৌ ইপিংঙাকি ইমাল্ মাচা সিংতা লম্রোক্নসে হায়ন সীঙ্লেল্ খুত্ত সুন

*চোংথখিয়ে। চুম্পং (জম্বং) লম্মহল্ হায়ন কৌরে। তুমিন্ন খাঙ্লে। তুম্মিং লম্নুংশি হায়ন কৌই। চীঙ্দ লৈব মরেম্ন[১] হামেংবু খেন্বো কৌরে। থুম্বুদি মচিবো কৌরে। হামেঙ্ খেন্ন থুম্ মচিবু চারে। অদুদগী হামেঙ্ খেন্চি চীঙ্ হায়ন কৌই। চীঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্না খুন্দাখিব, পোং অহান্বন শিদ নাদব চীঙ্গী মফম্ থিরক্পদ মরেম্ হাওখুল য়ৌরক্পদ নিংথম্ চন্ মতু চুং (লাইহৌ তৌব) মকোক্ চিক্লে। মখুক্উদ মখাদাংন শৌরগ থক্ থক্ নিক্ল খাঙ্লম্মে। অদুগীদমক্ চীঙ্গী হাও (চীংমী) তরাও, তরাও লৌচিঙ্খৈ (তরাওচীং) হায়ন কৌই। লম্লেল্ চেম্পী বায়া খোং, চুম্বং লম্মহল্, হামেং খেনচি চীঙ্, মহা ঈ মরু, তুমিং লম্নামুং, তরাও লৌচিঙ্খৈদ পাম্ব লৈনে। নিঙোল্গী ফীশা শঙ্দ ঈয়োং ফীতিং লৈ কৌবদি করিদগীনো। লোইবী তরাও পাখংন সীঙেল্ লৈপুন্ সেম্ (নাচোম্ শেম্ব), লৈরাং খায়োম্ শেম্লগ, হৈরেম্গী মবুক্-মপাও ফবী চনু লুক্লাং ফাবী (পীজ পীথক্ ফবী), খুঞ্জাল্গী মীকৌ মীরম্ ফজব (বাহৈ বাতা হৈব) লৈশাবী লৈফোল্ ঙম্বীদ মাগী নুংশিজব হৈরেম্গী ব্রৌআ, খুঞ্জাল্ নাইফা অনা। মরুপ্ও ইবান্নীগী লোইবী তরাও পাখংন পুরক্প লৈ অসিদি ঐখোয়নিগী চান্নবীশিংদ খুদোল্ তৌনসি হায়ন সীঙেল্ লৈবু মখুৎন পায়রগ পীজববু, ইতা লেংমান্নবী নিঙোল্ ঐখোয়ন চরৈ ফি শাব লোইব, ইয়োং লাইজি কক্ তিংলিব*

[১] মরেম্ — চীংমী কাংলুপ্ অমা (মরিং)

লম্বোক্ল পাপু খোয়নৌ ইতাসিংবো মোম্নু ইখোইনা চইরই ফিতোল্ লোম্ ইয়োং লাইচি কক্, সাংতিং ফিকোয় লোন্বনা হান্ব্রা সীঙ্লেল্ মচু থাও, লৈরাং মখোক্ লোয়বনা হাল্বরা য়েংনাসে হায়ন য়েংনপপু চইরই ফিতোল্ লোম্ ঈয়োং লাইচি কক্পনা হান্নে। সীঙ্লেল্ মচু থাওতে। লৈরাং মখোক্ লোয়তারে আতু নোংকিপু মোম্নু সাংতিং ঈয়োং লৈবো তৌনা কৌবে। মোম্নু সাংতি ঈয়োং লৈনা লম্লেল্ চেপ্পী বায়া খোংতা সীঙ্লেল্ মপান্ ফা, লৈরাং মায়ায় কারে আতুসুঙ্ মাতোম্তে। (৬০)

[৫৮] লম্লেল্ মাতাইমা, লম্লেল্ নউরেঙ্ পায়, লেংপায় লম্নুংসিতা পান্পা লৈ, লম্লেল্ নউরেং পায় লেংপায় লম্নুংসিবো কৌপাতি কতৌনোংকিনো। কে কে কাইমু ইম্কা পাম্পনা সেল্পী উতোয় মপুঙ্ য়ায়তা, কপো তম্তা তানা লাংকোই সাতিক্পাতা, মরাল্ ব্রোল্তেরক্ঙইতা মারোয় ঙান্পা থাঙ্লউকোই উরা চৌসু সা ফাববু কেকে ইম্লক্ চঙ্নাপা মোইরাং পাল্তোল্ লোম্নপা চইরই ফি-চেল্লুবো থৌসিখিয়ে। কে কে মুইম্ পাম্পা তান্লোই মারুম্পী, খানু অকোল্ চনুকা খুয়োল্ সমুনাও সাথীবই তান্লোয় মরুম্পী, খম্কোই শ্রঙ্ চনুকা অনীমানা তরা চাক্বোক্কে লাক্পাতা ঙান্পা থাঙ্লউকোইকা লম্বোক্লরে। ইতুনিংথৌ ঙান্পা থাঙ্লউকোই উরা হাম্চৌসু সাফাপাঅ নঙ্তি নারাল্ বোন্তেরক্লাপরা হায়না পাউহংঙাম্এ. অয়তি কেকে ইম্লক্ চঙ্নপা

*ফীগোন্ লোইবন হান্ব্রা, সীঙেল্ লৈচু কম্ব, লৈখোক্ লোয়বন হাম্বরা য়েংনসি হায়ন য়েংনববু ফীশাব লোইদুন ইয়োংদগী কক্পন হান্নে। সীঙেল্ লৈচু শিথদে (কম্দে)। লৈরাংসু মখোক্তগী কেন্দরে অদুদগী মোম্নু সংদিং ঈয়োং লৈবো কৌবে। নিঙোল্ ঈয়োং ফীশা লৈন চেপ্পী বায়া খোংগী লম্দমদ সীঙেল্ মপান্ ফা, লৈরাং ময়ায় কারে, অদুনসু মরোইদে। (৬০)*

*[৫৮] নীংথিজব লম্দম্ নৌরেঙ্ পায় (ফায়) লেংপাই (লেংফাই) কৌব লম্নুংশিদ পাম্ব লৈ। অথোইব মফম্ নৌরেংপায় লেংপায় লম্নুংশি কৌবদি করিদগীনো। কেগেগী কাইমু ইম্কা পাম্বন কবোগী উদোয় লম্দ, কবো তম্পাক্ত সগোল্ লৈগে চৎলুব, ময়ুম হম্নক্পদ, মাগী মনাই ঙাম্ব থাঙ্লৌকোই উরা চৌসু সাফাবু কেগেগী য়ুম্নক্ চঙ্ননব, মোইরাংগী খুন্দোল্ লোম্ন চৎলগ ফী লৌরু হায়ন শিন্নখিয়ে। কেগেগী মুইম্ পাম্বগী নুপী খানু অকোল্ চনুগ, খুয়োল্গী সমুনাও সাথীবগী নুপী খম্গোই শ্রঙ্ চনুগ অনীমক্লা চাক্ (থিন্ব) পিগে লাক্পদ ঙাম্ব থাঙ্লৌকোইগ লম্খাংদ ওক্লরে। ইবুংঙো ঙাম্ব থাঙ্লৌকোই পাঙ্গলব নঙ্দি নয়ুম্ হম্নক্লবরা হায়ন হংলকএ। ঐদি কেগেগী য়ুম্নক্ চঙ্লগ ফী লৌরুগে হায়ন পাউখুম্থিয়ে। ইচা ইবেম্ম লয়োন্ খম্গোই শ্রঙ্ নিঙোল্ নঙ্দি করিগী চাক্ ওক্লম্বনো (পুরক্পনো)? নবুংঙো খুয়োল্ সমুনাও সাথিবদি কবোগী উদোয় মপুঙ্ য়ায়দ কবো নিঙোল্গী লাইবা (মন্ত্র) না পান্দুন*

চইরই ফি চেল্কে হায়না পাওখুম্খিয়ে। ইমোম্ লায়োন্ খম্কোই খ্রঙ্ চনু নঙ্তি কাতৌপা তরা চাক্বোক্লপনো। নথংলেল্ খুয়োন্ সমুনাও সাথিবতি সেল্পী উতোই মপূঙ্য়ায়তা কাবো নুরায় ঙম্পাল্লৌরে। অমল্ য়াউবাপু বোইরে, অকেম্ চাক্মোম্ লাং বোইরে হায়ন পাওখুম্লাপাতা খম্কোই খ্রঙ্ চনুনা ইতুনিংথৌ ঙান্বা থাঙ্লউ কোইবো থংলেল্ ইনেম্ মচা খুয়োল্ সমুনাও সাথিপপু উতোয় মপূঙ্ য়ায়তা কবো নুরাই তাংন করম্ ঙম্পাল্লপনো। নঙ্খোয়না লাংকোই সাতিক্নারবরা। ঙাপাকুম্ য়েল্পংন নোইনুকুম্ থুম্তাল্নরবরা হায়ন পীরেল্ থারুক্ননা হেঙ্ঙায় মপাও চাও, উল্থম্পীচা ঈরাল্ন খোইচি নুংয়া পাই, তক্লউ সিতং সোন্ন ঙান্বা থাঙ্লউ কোইপু ঙক্থি লুম্লাং কোম্ন সমু মরেংবান্পু পাইন কোন্ন কন্পুক্নুংপুক্ সংন কপ্ঙম্এ। অতুনোংকিপু কেকে তেংথান লেংবান্বুদি নাওবো কৌএ। আতুনোংকিপু লম্লেল্ নাওরেং পায়, লেংপায় লম্মহল্বো, কন্সোয় লউতাই চিংঅ তৌন কৌএ। লম্লেল্ নাওরেংপায়, লেংপায় লম্মহল্, সম্পুম্ লোন্পা চিঙ্, মহুই পোৎপুরম্, হামই তাঙ্কারম্, কন্সোয় লউতাই চিঙ্তা পান্পা লৈনে। মান্বা উরোইরং, কৌব চিঙ্তি চিঙ্তোয়রং, লোয়রং আতোয়বা, লৈরাং মনা তাতি তাওবা হুইরৈ মান্বা, সীঙ্লেল্ মপাল্ তাতি, লৈরাং মখুঙইতি লেম্লই ঙারুম্ মান্বা, সীঙ্লেল্ মাহল্ থংতি হুইরেম্ পুরক্ চাক্, হাকুম্ কক্চাক্ অরিপপু মান্বা লৈনে।, সীঙ্লেল্

---

*অশিব হায়বদু ওইরে। অকংব (অকম্ব) চাক্থোং শীং (মৈ থানবা লাং) ওইরে হায়ন পাওখুম্লক্পদ খম্গোই খ্রঙ্ চনুন ইবুংঙো ঙাম্ব থাঙ্লৌ কোইবো ঐগী ইপুরোইব খুয়োল্ সমুনাও সাথিববু উদোয় লম্গী কবো নুপীগী লাইবান করম্ন পাল্লিবনো। নখোয়বু সগোল্ লৈরবরা? ঙা অনী চিপক্ল, নোংইন্গুম্ন অমন অমবু থাদোক্নদন লৈমিম্নরবরা হায়ন মরু লুক্ল মথাই শোক্প বাহৈগ লোয়নন থক্ থক্ নীক্ল মথমোই ফাজিম্নদুন, তক্সি সোম্ন ঙাম্ব ঙাঙ্লৌকোইগী মঙক্ত কোম্নগ লেংজুম্দ পায়দুন মপুম্লিং নুংশিন কপ্চখি। অদুগীদমক্পু কেগেন কৌনবদি লেংবানবু নাওবো কৌই। অদুদগী লম্দম্সিবু নাওরেং পায়, লেংপায় লম্হল্বো, কন্সোয় লৌতাই চীঙ্ হায়ন কৌই। নাওরেংপাইগী লম্, লেংপায় লম্হল্, সমবুম্ লোম্ব চীঙ্, লোয়ন পোৎপু লম্, হামই তাঙ্গ (অকোইব) কারক্ফম্, কন্নফম্ ওইব সোয় লৌগ তাইনব চীঙ্দ পান্ব লৈনি। মাম্ব উরোইরং (উপাল্ মাম্ব লৈ), কৌব চিঙ্দি চিঙ্দোয়রং (তোইন/তত্তন কৌন-হায়নব চীঙ্গী), লোয়রং অতোয়ব (তত্তন লোয়নরিব), লৈরাংগী মনাদি তাওব হুইগী মরৈ মাম্ব, সীঙেল্গী মপাল্দি, লৈরাংন পোম্লিঙৈ ঙা মরুম্ মাম্ব, সীঙেল্ন নৌরিঙৈদি মচন্ শুদবন অরেম্ব হৈ (চাব য়াদব) দ চম্ব (হৈরেম্গী থবক হৈতবন শাব), খুঞ্জাল্গী ভাঙ্ত্রিব মুম্রিব লীক্ (খুঞ্জান মীংয়েং চঙ্দন চংনবী ভাক্লা থম্নব)। হৈরেম্বু চরা হেল্হম্ব চাক্, হাকুম্গী চজিক্ অরিববু (খোক্মন্), মাম্ব লৈনে। সীহেল্ মপাংলক্তা লোয়নদব, লৈরাং মরক্তসু তিন্দব লৈনে। য়ুম্দ তাংব উ শাইজিন্ নম্ন উপাল্,*

মপীচাপু চইরোয়তাপা, লৈরাং মহীসাংপু লেংত্তিন্‌তাবা লৈনে। পামেল্ ইম্‌নাপবা, তল্লা সাইতাংবা, পামেল্ সাইপক্‌পা, পামেল্ উথম্‌বাল্ লৈবু কৌবা চিঙ্‌তোয়রং লোয়রং অতোয়বা কৌবতি কতৌনোংকিনো। হয়রেম্ থোঙ্‌পু খম্‌পা চনু, অয়াঙ্ থীলাই নাওরেম্ মচন্ সুমাই নুংলাংব কংলয় য়াথোক্‌পাতা খোম্‌বা নহা মুবাও বোন্‌বা, খম্‌লাং কেলবা, চাপাক্ লোঙ্‌চুম্ লোয় থাঙ্‌লেল্ চোম্‌পুন্ লোয়পু লোইকেল্‌বা, অথাপ্ চিঙ্‌পু কা, অথাপ্ চিঙ্‌মই কোই, পামেল্ উয়া হেপ্‌ন মরাল্ বোন্‌তেরক্‌পতা পাওহংঙম্‌এ। ইতুনিংথৌ খোম্‌বাবো মুবৌ বোন্‌বা, খম্‌লাং কোন্‌ববো থংলেল্ নোংয়ায় নহাপু সেল্‌বী উদোয় মপুঙ্ য়ায়দ, য়িংথী খল্‌লোং লোই তরেৎ সেল্‌য়াল্ লোইবু লোইথৌববু উরম্‌বরা পাওহংববু ইমোম্ পেম্মবো অয়সু তাংখুল্ মপাউ মপুঙ্‌য়ায়, খম্‌লাং মসাইকোন্‌তকি লম্‌হউরকএ। সেল্‌পী ঙমথংন কবো নাতইনরুম্‌এ। নথংলেল্ সেল্‌পী লোইহাইবতি লাহাল্ লোইদাম্ থা মপীদ য়িংথি খল্‌লোং লোই, তরেৎ সেল্‌পাল্ লোইপু লোইঙম্‌লে হায়ববু নাতালম্‌এ।

সেল্‌পী চনুরা সম্‌লাং পোপ্‌তেক্ লইপী, লুপা খাওকৌ থেৎন তিংয়ি খারাপান্ থক্তা হে-মোইপিতা তাংথরে হায়ববু নাতারম্‌এ হায়ন পাওখুম্‌খিয়ে। থংলেল্ নোংয়ায় নহাসুঙ্ সেল্‌পী উতোয় মপুঙ্ য়ায়কি মরাল্ বোন্‌তেরক্‌লবতা

---

*উথম্বাল লৈবু কৌরু চীঙ্‌দগী পোক্লকপ লোয়রং অতোয়ব (তোয়ন য়েৎলব তাংলবা) কৌবদি করিদগীনো। হৈরেম্‌গী থোঙ্‌বু খম্বগী মচা নুপী, অয়াঙ্ থীলাই নারেম্‌গী মচন্ সুমাই নুংলাংবন কোইথোক্‌লকপদ খোম্ব নহা মুবাও বোম্ব, খম্লাং কেন্‌ব চিপরুব চরোংগুম্ মতম্ পুম্ব থাদোক্লদব থাঙ্‌শাং মচিন্ পুন্নগ পুবগুম্ লোয়নবন, অবাংব চীঙ্ কাব, অথাপ্প চীঙ্‌মৈ কোইবন, উখা বাখাদ লৈরুরগ ময়ুম হল্লকপদ হংঙম্মী। ইদু নিংথৌ (ইবুং ইক্‌পা শক্‌প) খোম্ব মুবাও বোম্ব, খম্লাং কোম্ববো ঐগী ইবুংঙো (নুপা) খুমল্ পাংখংবু কবো উদোয়গী (মরৈকাইদ) লম্‌দ, লোইখোম্ব চৎখিববু সেল্ খোম্‌গৎতুন লৈহৌব উবিরম্বরা (হায়ন) মপাও হংববু, ইচা ইবেম্ম ঐদি তাংখুল্ মপাউদগী মখোয়গী অরোইব খুন্দগী হল্লক্লে। থংনবা কবো খুল্ চঙ্‌লক্তরে। নঙ্‌গী নবুংঙো কবোদ লোইপোৎ লৌব চৎপদি নহাল্ থা অমগী মমাঙ্‌দ লোইখোম্ব লোইরে, সেল্ খোম্বসু লোইরে হায়নবু তারক্‌ই।*

*কবো নুপী মসম্ ফবী, নুপাগী লৈতেং থেৎলগ খরবান্[১] থক্ত কেন ফম্বীগীদ লৈহৌরে হায়ববু তারম্মী হায়ন খুম্‌খিয়ে। ঐগী ইবুংঙো নোংয়াইসু কবোগী উদোয় লম্‌দগী হল্লকপদ নারেপায় লেংপায় লম্‌দম্‌গী উরোয়রং মাম্ববু সীঙেল্ লৈপুন্ সা, লৈরাং খয়োম্ শেল্লগ মাগী নুংশিজবী নুপী অয়াঙ্ থীংলাই নাওরেম্ মচন্‌দ সীঙেল্ খুৎত পায়ন*

---

[১] খরবান্— উনা শাবা মখোঙ্ ৪ পাম্বা হক্-থাম্বা ফম্নবা ফাল্।

লম্লেল্ নাওরেংপায়, লেংপায় লম্মহল্কি মান্ব উরোয়রংবু সীঙ্লেল্ লৈপুল্ সা, লৈরাং খয়োম্ সেম্ন মোম্নু তান্লোই মরুম্পী অয়াঙ্ থীংলাই নাওরেম্ মচন্তা সীঙ্লেল্ খৃংতা সূন লম্ৱোক্নববু থংলেল্ৱো সীঙ্লেল্ অসীদি লোইতাম্ য়িঙা চাপী হাঙ্ব য়িকুম্ কাওনিক্প লৈনে। সেল্পী চনুরাতা তাংথা লৈপুতি কতৌনসেবানো হায়ন সুমায় ৱাইপুন্ থক্ত ফেন্থোক্খিয়ে। মমোম্ সৱাং কোংতিংনুনা মান্বা উরোয়রংবু সুমাই ৱাইপুল্ থক্কি লংসুং খোঙ্কা তিংন লৈরাং অমুবাতি থবা লিক্লেং অমতৈ, সীঙ্লেল্ অসংবতি থবা লিক্লেং অম তৈ, লৈরাং অমুবনা য়ায়তা লেংলে, সীঙ্লেল্ অসংবনা তাইতা খোম্ন লীক্সং তম্ন মতাই লেংলকা তোয়তু চীচল্না, মোম্নু য়িয়োং কোংতিং থক্ত তোয়নখিয়ে। মপল্লোল্ অয়াঙ্ থিংলাই নাওরেম্ মচল্না ইমোম্ হুইয়াই কোংতিং তিংনুৱো নঙ্ন য়িয়োং কোংতিং থক্ত তোয়নব অসিবু নপুম্ হয়রেম্ সুতারীক্ খুন্চাল্ ঙাঙ্তারীক্পু মাল্এ। হয়রেম্ আপক্কান তোক্তুম্ লীক্, খুন্চাল্ আপক্কান তোক্ঙাঙ্ লীক্, হয়রেম্ পুক্কক্ চাক্ হাকুম্ কক্চাক্ অরিববু করম্ মান্বনো হায়ন সোল্মোইখিয়ে। অদুনোংকিবু হুইয়ায় কোংতিং নুতি পাওতোই লৈৱো তৌন কৌৱে। কৌব চিঙ্তোইরং, রোয়রং অতোইবৱো তৌন কৌরে। কৌব চিঙ্তোইরং মান্ব উরোয়রং, লোইরং অতোইবন লম্লেল্ নৌরেংপায় লোংপায় লম্মহন্তা লৈরাং মপান্ ফারক্লে। আতুসুঙ্ মতোম্তে। (৬১)

---

*খুদোঙ্ত্রববু, ইবুংঙো সীঙেল্ লৈরাং অসিদি ঈপান্থাগী ঙাগুম্ন কাম্নদ্রব লৈনি। কবোগী নিঙোল্শিংদ পিথোক্ত্রব্ লৈবুদি কদৌনরুগদগে হায়ন সুমাংগী ফত্তব ৱাইপুঙ্ থক্ত লংথোক্খিয়ে। মচা ইবেম্ম কবোগী কোংদিংনুন মল্হল্লব উরোয়লৈবু সুমাংগী ৱাই ফত্ত-হৌদি মথক্তগী লৌখৎলগ খোঙ্দ লংগুং তিংলগ লৈরাং অমুবগী পরেং অমা থোক্, সীঙেল্ অসংবগী পরেং অমা থোক্, লৈরাং অমুবন ময়াইদ লেং, সীঙেল্ অসংবন মতাই খোম্নগ লীক্ মাম্ন লেংলগ তোয়ন চিম্নব, নিঙোল্গী ঈয়োং ফীশাবদ চিম্নখিয়ে। মপা মপল্শিংন অয়াঙ্ থিংলাই নাওরেম্ মচল্বু ইচা নুপী হুইয়াই কোংদিংনু নঙ্ন ফিশাবদ চিম্ন লৈ অসিবু নবুং হয়রেম্না শাবলীক্, খুঞ্জালগী ঙাঙ্দব লৈবু মাল্লী। হৈরেম্ অপুম্বন তোক্সরব (চৎনদ্রব) লীক্, খুঞ্জাল্ পুম্নমক্ত তোক্সরসি ঙাঙ্নরব লীক্, হৈরেম্গী চানদ্রব চাক্, হৌত্রব অরিব চৎনবী কক্নত্রবদুবু করিগী তম্বনো (হাকুম্গী চানদ্রব চাক্ (চজিক্) অরিববু করম্ মাম্বনো) হায়ন শোম্নখিয়ে। অদু নুমিৎতগী হুইয়ায় কোংদিংনুগী পাওথোক্ লৈৱো হায়ন কৌই। চীঙ্দোইরং কৌব উরোয়রং মাম্ব, (চিঙ্দগী তোয়ন কৌনব, উপান্দা তাংব লৈ মাম্ব/উতাংবী মাম্ব) (কৌব্রু চীঙ্দ হৌব উ থম্বাল/উরৈ মাম্ব), লোইরং অথোইবৱো হায়ন কৌৱে। কৌব চিঙ্দোইরং মাম্ব উরোয়রং লোইরং অথোইবন লম্দম্ থৌরেংপায় লেংপায় লম্ অহম্বদ লৈরাং মপান্ ফারক্লে (লৈরাং মপুং ফারক্রে)। অদুনসু লোইদে (৬১)*

[৫৯] লম্‌য়ায় কোয়রেল্ লম্‌চাও লৈ, কক্‌য়ায় মানপল্ লৈ, সীঙ্‌লেল্ মাপাল্ তাতি কোম্‌পী সাতা মান্‌ব লৈ, লৈরাং মাপাল্ তাতি উসোঙ্ লৈরাং মান্‌ব লৈবু কক্‌য়ায় পাতম্ লৈবো কৌবতি কতৌনোংকিনো। লয়ম লোইরেম্ ফাবী, খুন্‌চাল্ ঙানু হাইবু অসৈনব চনু, মমাল্ মচা হাউরোক্ পাল্‌পাবসু ৱাব পান্দম্‌ব, কোঙ্‌য়াঙ্ ৱাপুরাল্‌ববু লম্‌ৱোক্লকে হায়ন য়িন্‌তাল্‌লক্‌পতা মান্‌জ মৱাবোই হাওরোক্ পাল্‌বইসুপু সোইনরে। লয়ম লোইরেম্ ফাপীন মনা কোম্‌পী সাতা মান্‌পা লৈ, মাপাল্ উসোঙ্ লইরা মান্‌ব লৈ, কক্‌য়ায় মান্‌পল থক্ত পান্‌ব লৈবু সমু খৃত্ত থুম্ন নাপ তম্‌খিয়ে। য়িমান্ মাচা হাউরোক্ পাল্‌বইসু কোঙ্‌ৱা পুরাল্‌ব ৱাব পাল্‌তম্বৱু মরুম্‌বী খয়োইরোল্ চীঙ্‌হাওনুন থৌখাম্‌লবনিকিতি সীঙ্‌লেল্ নচু থাউকুনো, লৈরাং থাউপী নৱাক্ চাম্‌কুনো, মান্‌চা য়িৱা ৱোই ৱাব পাল্‌তম্‌ববু অমল্ য়াওৱাবু ৱোইরা, অকেম্ চক্‌মোম্‌লাং ৱোইরাব নিকিতি সীঙ্‌লেল্ নচু থাউ লৈরাং নৱাক্ চাম্‌লক্‌অ হায়ন সমু খৃৎ থুম্‌ন বাতম্‌খিয়ে। মমাল্ মচা হাওরোক্ পাল্‌বইসু ৱাব বাল্‌তম্‌বদি কে কে খোইরী তোন্‌জাওসুন পাথৌ খম্বল্ ৱাগি য়াওরও সাবল্ পল্‌তোল্ য়ান্‌ফৎলে। য়াউরউ পল্‌ঙম্‌খরবনিকিন কে কে য়িনিংথৌ থীয়াঙ্ মীচাওববু সোংকি ৱাকি য়াউরও সাবল্ পল্‌তোল্ থক্ত য়ান্ন নোংহাম্‌লে। মসু ফুন নোংমল্লে। মান্‌চ মৱা ৱোই সুঙ্ করম্ সোইন্‌বনো অতু নোংকিপু লম্‌লেল্ লুফু সোয়অ তৌন কৌএ। লয়ম লোইরেম্ ফাবীন সীঙ্‌লেল্ খৃত্ত সূন পাতম্বসুঙ্ মমাল্ মচাপু নোংমল্‌লবনিকিন লৈরাং মচু থউরক্‌লে। অতু নোংকিপু কক্‌য়ায় পাতম্ লৈঅ কৌএ। লয়ম লোইরেম্ ফাপীন সীঙ্‌লেল্ খৃত্ত সূন পাতম্‌বকিপু লম্‌লেল্

---

*[৫৯] অকোয়ব লম্‌হাং ময়ায়গী লৈ, কক্‌য়ায় মান্‌পল্ লৈ (পাল্লী অকায়বগী ময়ায়দ হৌব লৈ), সীঙেল্ পাম্বীদি কোম্বীরে মতৌ মান্ব, লৈরাংগী মপাল্‌ন উসোঙ্ লৈ মান্ব লৈবু কক্‌য়ায় পাদম্ লৈ কৌবদি করিদগীনো। লৈম লোইরেম্ ফাবী, খুঞ্জাম্ন ঙানু হায়ন সৈথানবী চনু, মবুংঙো হাউরোক্ পাল্‌ফাব, অৱাব লৈতন ৱা পুববু উনরুগে হায়না ইম্নরক্‌পদ/ তাম্নরক্‌পদ মাগী মপুরোইব হাওরোক্ পাল্‌বৈসুবু থেংনদরে। লৈম লোইরেম্ ফাবীন মনা কোম্বীরে মাম্ব, মপাল্ উসোঙ্ লৈরাং মাম্ব লৈ, কক্‌য়ায় মান্‌পল্ থক্ত পাম্ব (অকায়ব পন্‌থক্ত শাৎপ) লৈবু মখুৎন থুম্ন হেক্রুগ নাদ চিনখিয়ে। ইপুরোইব হাউরোক পান্‌বৈসু ৱা পুবন ৱানা পাদম্বৱু, মাগী নুপী খুমল্ নিঙোল চীঙ্‌হাওনুন খাম্বদগীদি সীঙেল্ নচু মাংগনু, লৈরাং ময়ায় (লৈহী) চম্‌গনু, ঐগী ইপুরোইব ওইয়ু তম্নম্নববু শিব য়াব অৱাববু ওইরব, অরেম্বদ মাঙলবদি সীঙেল্ নঙগী নচু মাঙউ, লৈরাং ময়ায় চম্‌লো হায়ন মখুৎমরু পাদম্‌খিয়ে। মপুরোইব হাওরোক্ পাল্‌বৈসু ৱানা পাদম্বদি কেগে মোইরাং লিংথৌ থীয়াঙ্ মীচাউববু কিজবদগী অহাংব লম্ অতোংব পন্দোন থক্ত অহিং লেক্রে। মসান ফুদুনা শিরে। ইপুরোইববু করম্না থেংনদবনো হায়বদগী লম্‌লেল্ লুফু সোয়ও হায়ন কৌই। লৈম লোইরেম্ ফাবীন (লৈ পায়রগা মম্বাই নীরবসু) সীঙেল্ (লৈ) বু*

লুফূ সোয়বো লুফু পাতম্ সোয়বো তৌনা কৌবে। লম্লেল্ লফূ পাতম্ সোয়তা কক্‌য়ায় পাতম্ লৈন লৈরাং মপান্ ফারে মপাল্ উসোঙ্ লইরা মাল্লক্লে অতুসুঙ্ মতোম্তে। (৬২)

[৬০] লোইথোঙ্ লয়ম্ কোন্খু নিংথৌ চনুকা লয়রা লয়ম খোংনাং নিংথৌ চনুকা মপল্ ফুংকা নোংলুম্ পাল্ মতু-য়াখোঙ্ চারল্ পাল্পু খুয়া য়ীচোৎত, খুদোল্ নাহাইতন নেম্ন হাইকে মপুক্ তম্, ৱাংন হাইকে মৱা তম্ন পাল্লিঙইত মপল্ মীহইরাং মীসিং তংতা তাওচিঙ্ মীহয় চাতরিপী হায়না মৱুক্‌বতা পামেল্ উরাই হক্তপী, য়ীম্চিন্ কাক্‌ফে থা, সুমাই উরোং খিন্তপী খোয়নৌ মতা ঙায়রোয় নাই, লোয়ন অপাম্পী অনীমন মপল্ সুমাই নুংলাংব, কংলয় য়াথোক্‌পতা ৱাহম্নখিয়ে। লেরা লয়ম খোংনাং নিংথৌ চনুন হে খোয়নৌ য়িতা লোইথোং লয়ম কোন্খু চনুঅ খোইনৌ য়িতা য়িপিংঙা অৱাং নিংথৌ পাখং য়োয়রেল্পকি সনা মখোঙ্ খাতা ৱায়থুংমনসে, কোরও মথোঙ্চিন্ ৱাঙ্পল্ মরাক্‌চিন্তা য়িতা য়িপিংঙাতি উরা য়িতই ঙাইপু খঙ্নরোই, লাইচিঙ্ য়িকু ঙাইপু ঙাকসে, ঙানখ্ য়িনাও ঙাইসুঙ্ ফুইনকুনোসে হায়ন সরী অচেৎপপু মখৈ ফংন নামুং অচল্পপু মতোল্ লোম্ন কোরও নোংসোম্ন, মালেম্ লইসোম্নখিয়ে। খোয়নৌ মতা মপিংঙান অচাও লেপ্‌ফার মনিং সাংলয় লেপ্‌পু লেপ্‌ফারা, মনু সুম্লয় লেপ্‌পু লেপ্‌ফংলবতা চয়রয় নিঙ্তম্ল পাতম্ মাল্লউ থোংতম্লবতা লোইথোং লয়ম কোন্খু নিংথৌ চনুতী মোম্নু সাংতীঙ্ ফিতোল্ লোম্ত য়িয়োং লাইচি কক্ত পল্লেম্

---

*মখুৎন পাদম্বসু মপুরোইবন শিপ্রবনিনা লৈরাংগী মচু শিথরক্লে। অদুগীদমক্ কক্‌য়ায় পাদম্ লৈও কৌই। লৈম লোইরেম্ ফাবীন সীঙেল্ মখুৎন পায়রগ পাদম্বগীদমক্ লম্লেল্ লুফু সোয়, লুফু পাদম্ সোয়বো হায়ন কৌবে। লম্লেল্ লুফু পাদম্ সোয়দ কক্‌য়ায় পাদম্ লৈন লৈরাং মপূং ফারে, মপাল্ উসোঙ্ লৈরাং মাল্লক্লে, অদুনসু মরোইদে। (৬২)*

*[৬০] লোইথোঙ্ লৈম কোন্খু নিংথৌগী মচা নুপীগ লৈরা লৈম খোংনাং নিংথৌগী মচা নুপীগ (অনীন) মপাগী নাক্ত লৈরিঙৈ, অহল্ লমল্-মবুং মৌপ্পাগী মরুম্ থুপ্ন লৈরিঙৈ, চানীংব চা শেংনীংবত শেং, খুয়া চোক্তন — খুদোল্ কাংদন, মনীং তম্ন পাল্লিঙৈদ। মপান থাজ-য়োঙ্গবগী মীগী হৈ-লৈ পুরক্পা চাদ্রিঙৈ, হায়ন-পীনদুনা থাজখিদ্রিঙৈ, চাম্নবী মতা হৌমিম্নবী, নুংশিন তিম্নজবী অনীন মপাগী সুমাংদ হক্চিক্লাং - ৱারী শাব থোক্লক্পদ হায়নখিয়ে। লেরা লৈম খোংনাং নিংথৌগী মচা নুপীন, হে চাম্নবী ইতা লোইথোং লৈম কোন্খু নিঙোল্, চাম্নবী ইতা ইবাম্নী অৱাংগী নিংথৌ পাখং য়োয়রেম্ব (সোরারেল্) গী সনা মখোঙ্ খাদ থুংমিম্নসি (ওংমিম্নসি), অথোইব মাগী মফম্, অৱাংপ মশাইগোন্দ ইতা ঐখোয়নী ওক্লসি হায়ন ৱাসক্লখিয়ে। চাম্নবী ইতা ইবাম্নীদি য়ুম্ পান্দুন ঈতৈ ইকুগী মরি খঙ্নরোই, ইকু ইনেম্গী মরি থম্গনুসি, ইচা-ইনাও মরিসু লৈনগুম্সি হায়ন অচেৎপ*

পীসোল্লে, পন্থৌ পাসোল্লে। কপ্লাক্ তাল্লক্ চোক্ হুইসি থম্সিরে। তিল্কং য়াংকংলে। সাচোক্ লেংচোক্লে। সেতও তওঙা মোইহোই, লিল্বাই সম্লম্ য়িল্লে। খোইনৌ মতা লেরা লয়ম খোংনাং নিংথৌ চনুন বাহম্খিয়ে। হে য়িতা বো, লোইথোংলয়ম কোন্খু নিংথৌ চনুবো নঙ্তি কোরও নোংকাকে, চিঙ্ঙু পল্তান্কে হায়রক্লে। লহাল্ য়িপিংঙান নাওবা য়িখুঙইত য়িপল্ সুমায় নুংনাং ফম্তা বাহম্ নোংকিপু য়িতা নঙ্ন থৌকাওরে। উরা য়িতই খঙ্নকুনোসে হায়ন কোরও নোংসোন্নোং, মাল্লেম্ লয়সোল্নোংকিপু নঙ্ন থৌকাওরে। খোয়নৌ য়িতা য়িপিংঙাপু পল্লেম্ য়িখোইরেন্পু য়ৌতানা অমাল্ য়াওবাপু বোইকে, অকেম্ চাক্-মোম্লাং বোইকে হায়রক্লে। য়িপিংঙান অবাং থংপ নোংনিংথৌ সনা মখোঙ্ খাতা বাইথুংমনসে হায়ন তেল্সিংনপতি সোয়রঙইনে। কোরও মথোঙ্চিন্ বাংপল্ মরাক্চিন্দ য়ৌররোই। হে য়িতা লোইথোং লয়ম কোন্খু নিংথৌ চনু নঙ্তি হাল্ন অমল্ য়াউবাপু বোইকে হায়রে। সাতউবপু বোইঙম্বো। সাতউ তোল্লোঙ্প, তউরেল্ লাংখম্ব খোংপাল্ তউনাও-খু অতোল্ববু বোইঙম্অ হায়ন তিল্মেল্নখিয়ে। খোয়নৌ য়িতাবো অয়তি অকেম্ চাক্মোম্ লাং বোল্লক্কে। বোক্লেল্ লাব খারোন্ব খুরৌ লৈ, লাইরেল্ লাব খাঙ্য়েৎ লৈ সীঙ্উৎ য়েন্কা লৈবু বোইরক্কে। য়িতা য়িপিংঙান তউরেল্ খাঙ্তা য়েৎন লম্রোক্নসে। মোম্নু চয়রয় লোম্তবকি পুনুং লংচাক্ অরেম্ব অসিতি লোইথোং লয়ম লংচাক্ বোইঙম্সুনো হায়নখিয়ে। খোয়নৌ য়িতা লোয়ন অপাম্বী য়িপিংঙাদি তউরেল্

---

*বাসক্বী মখৈ ফংনব নামুং খুদম্ অথম্নববু থমদুনা নুমীৎ থা শোম্নরগ মাল্লেম্ লৈপাক্ শোক্লখিয়ে। চান্নবী মতা মবাম্নীন মপুং মরৈ ফারক্-চাওরক্লবদ খোয়থা শেংলম্ব ফীন ফিদোল্ চিংখৎলক্, নুপী ওইবীগী কায়াৎ শুরবদ লোইথোং লৈম কোন্খু নিংথৌগী মচা নুপীদি নিঙোল্ন সাজরম্ব ঈয়োং ফী লোইশিল্লম্দ লাইজি কক্লম্দন পল্লেম মমা কৌ, পন্থৌ মপা শোল্লে চোক্থরে। স্বর থবেৎ থবেৎ খোঞ্জেল্ ফাইরে, শিরম্দাইগী খদাং ইল্লে। চান্নবী মতা লেরা লৈম খোংনাং নিংথৌ চনুন (মচানুপীন) বা হায়রক্খিয়ে। হে ইতা, লোইথোং লৈম কোন্খু নিংথৌ মমোম্লোই নঙ্দি নোংমদোন থক্ত কারগে, লাইরৈবাক য়ৌরগে হায়রক্লে। নহান ইবান্নিন অঙাং ওইরিঙৈদ ইপাগী সুমাঙ্দ ফম্লগ হায়নখিবদু ইতা নঙ্ন কাওরবরা? নুপা অমদসু য়ুম্ পান্নগুম্সি হায়ন নুমিৎতুদ লৈপাক্ শোক্ল বাশক্লখিববু নঙ্ন কাওরে। চান্নবী ইতা ইবান্নীবু ইমাগী খোয়রেন্ য়ৌদন অশিব হায়বদু ওইরগে, অরেম্ব কান্নদ্রব মপোক্ ওইগ্লগে হায়রবরা? ঐখোয়ননি অবাংব নিংথৌ মাগী সনা মখোঙ্ খাদ থুংমিন্নসি হায়ন তেম্সিংনবদি শোইবতারে। অবাংব মাগী থোঙ্জিন্, অথোইব মফম্দুদু য়ৌররোই। হে ইতা লোইথোং লৈম কোন্খু নিংথৌ চনু নঙ্দি হান্ন নোঙ্গাগে হায়রে। (অদুদি) তৌ ওইরম্মু। তৌ মতোল্লোংব অচৌব তৌ, খোংবান্দ হৌব তৌ মচা ওইরম্মু হায়ন পাওমেন্নখিয়ে। চান্নবী ইতাবো ঐদি লাং ওল্লক্কে। ওক্ লাবগী মখাংদ য়েৎপ*

খাঙ্তা য়েৎন লম্বোক্নঙইনে। হয়েং লোইতাম্না মনুং বোইরক্প, কুম্বা য়েৎবোইনরক্পতা চক্মোম্ খাম্বী মই নোং খোংনে চিঙ্সাঙ্ নাক্পক্ সারোল্ হুন্ পন্থেংনোং খাম্বী মই নোংখোংনে পন্থেংলক্লবদ মইবী তান্কোই বোইন মলন সোয়। মইখু নোংলোল্ কাবসুঙ্ কামন্ সোয়, খোয়নৌ য়িতাবো য়িপিংঙাতি লাহাল্ নাওবা য়িখুঙই পল্লেম্ পীরক্পু বাচানতরে। য়িপল্ চিল্কোয় ময়াথংপু হেপ্থোক্লে। খোয়নৌ য়িতা য়িপিংঙাতি কোরও মখৈমতি ফংলরোই, বাঙ্পল্ মতোল্ মতি লোম্ঙম্লরোই। অবাং কোরও মখন্মতা, বাঙমপল্ মরোল্ মতাকি হল্বাইরক্লবকা মইবী তান্কোই বোইন কাউরেল্ সল্ খোঙ্খুল্তা তুম্মানসে। হয়েং য়াওবা ফাম্মল্ হৌব খুদিঙ্তা য়িতা য়িপিংঙা তউরেল্ খাঙ্তা য়েৎন লম্বোক্লসে হায়ন খোয়নৌ মতা পলেম্ পীসোন্বীবু সম্লাং তোন্কানাল্, খচাই লেংলোয় চুপ্ন বাহম্নখিয়ে। লোইথোঙ্ লয়ম কোন্খু নিংথৌ চনু, লেরা লয়ম খোংনাং নিংথৌ চনুন বোইখি লৈ সীঙ্উৎ য়েনকারৈ, সাতউ তোল্লোংবন লম্লেল্ মতাইমা চিঙ্নীকিতি চিঙ্মইখু, সল্নিকিসুঙ্ সল্মাইখু, কাওরেল্ বোন্থ ময়ুম্ সল্লওব চিঙ্, মনাই নায়পঙ্ চিঙ্, সম্জেৎ তোল্নাল্ চিঙ্, লেরা বোন্লাই চিঙ্বু নাতৈনন লেম্লয় ঙমুরাল্তা বোঙ্ব লৈনে। বোক্লেল্ লাব খারোন্ব খুরৌ লৈ। লাইরেল্ লাব খাঙ্য়েৎ লৈ। সীঙ্উৎ য়েনকা রৈন য়েন্লাং মতারাম্, সীঙ্লেল্

---

*খুরৌ লৈ, লাইরেল্ লবগী মশাদ য়েৎপ লৈ, সীঙ্উৎ অবাংবগী লৈবু ওইরক্কে। ইতা ইবাম্নিন তৌন খাংদ য়েৎপগুম্ য়েৎনন পোক্মিন্নসি। নিঙোল্ন ফিশাব লোইদবগী লংচাক্ অরেম্ব অসিদি লোইথোং লৈম লংচাক্ ওইরসনু (কৌরসনু) হায়নখিয়ে। চান্নবী ইতাবোয় ইবাম্নীন পাম্জব তৌরেল্ খাংদ য়েৎনব ওন্নগ ওক্রুরসি। হয়েং মনুং মতম্ ওইরক্রুব, কুম্-থা হৌরক্রুবদ লম্মেন নোং খোংবগুম্ চীঙ্সাং নাপোম্ মরোল্ হুন (মরু কোক্র) মৈন লাও-খোংন চাক্রুক্রুবদ মৈগী তাঙ্গোই ওইন পাই, মৈথুন নোংদোল্ কাবদসু কমিন্ন, চান্নবী ইতা ইবাম্নিদি নহাল্ অঙাং ওইরিঙৈদগী ইমান হায়বসু ইন্নক্তরে। ইপাগী য়াথংসু ঙাক্রুক্তরে। খোয়নৌ ইতা ইবাম্নীদি লাইরৈবাক্ ফংলরোই, পুম্নি মতোল্ লোম্নরোই। অবাংব নোংদোল্ লাইরৈবাক্ নত্তব মফম্-মরোল্ অমদগী হুন্নক্রুগ মৈথাক্ তাঙ্গোই ওইন সল্ খোঙ্গুম্দ তামিন্নসি। হয়েং কুম্ হৌরক্প খুদিংদ ইতা ইবাম্নী তৌগী মখাংদ য়েৎনব উনরসি হায়ন চান্নজবী মতা মমা কৌরবীবু সন্নাং থক্ত নাল্, খজাই অনী চুপ্নদুন হায়নখিয়ে।*

*লোইথোঙ্ লৈম কোন্খু নিংথৌ চনু, লেরা লৈম খোংনাং নিংথৌ চনুন ওন্খিব লৈ, সীঙ্উৎ য়েন্কা লৈন, তৌ মতোল্ লোংবন, অথোইব লম্দম্ চীঙ্গীদি চীঙ্মৈ অঙম্ব, সল্নসু য়ৌঙম্দব, কাওরেল্ ওম্বব মফম্ সল্লৌব চীঙ্, মনা পঙ্ব মনাই-চীঙ্, কাক্ফৈন লুমদুন য়েৎব চীঙ্, সম্জেৎ হাংপগুম্ শিংনাম্ব চীঙ্, লেরা ওম্ব লাইগী চীঙ্বু নাতৈনরগ ঙমুন লাম্ব মফম্দ শাৎপ লৈনি। ওক্ লাবগী মখাংদ য়েৎপ লৈ। লাইরেল্ লাবগী মখাংদ*

মপান্ ফারক্লে। সাতউ তোন্লোংবন তউরেল্ মতাং কারে। লোইথোঙ্ লয়ম পুনুং মরঙ্চাক্ন সংলউ পোম্সঙ্ ফারে। অদুসুঙ্ মতোমদে। (৬৫)

[৬১] ময়তিংঙু সেন্বী খাগেম্বন চাখা মরিং খুন্ঙল্ লৈ, মরিং অকা খুন্কঙ্ মঙা চায়সিল্ লৈ, অকুম্ খুন্কঙ্ তরুক্ নেথচিল্ লৈ, তাংকা খুল্ঙম্ লৈ, হুয়েল্ মোইতোন্ব ফান লৈ, চাখা মোইতোন্ লৈ, লৈরাং মনা তাদি সঙ্দিং ময়তই তেম্ মান্ব, সীঙ্লেল্ মপাল্ তাদি থম্বাল্ লাঙাং মান্ব লৈন লয়কাই য়িংখোল্ ফৈরোইনুংদ সীঙ্লেল্ মনা লেক্লে, লৈরাং মপাল্ ফারে অদুসুঙ্ মতোম্তে। (৬৬)

[৬২] লম্লেল্ মতাইম হাউরই খান পাংবরম্, বাঙ্ সাংকু খুল্লেল্ লয়দ পান্ব লৈ, সাংকু ঈতম্ লৈ, সীঙ্লেল্ মনা তাতি য়াংলয় তাওব হুইনা মান্ব, লৈরাং মপাল্ তাদি সীনৌ মেল্তাং মান্ব লৈ, লাইরেল্ ময়তেংঙু খোইনাই সেল্হোঙ্বম্ সুন চিঙ্লেল্ নোংতাই নিংথৌ থোংনাং লোইচা খোম্ব, মাইপং চিঙ্ম ঙন্গি হুয়েল্ তেক্মচং ফাবগ মসানৌ চিঙ্লেল্ নোংতাইম ফান লাল্য়াম্ থাবী হুয়েল্ লোক্খা চিংফাবী, খোইয়ম্ লাইকংলা, কোক্মু লাইফম্ লেল্, অবা লাল্লু ফৌ, হুয়েল্ লাল্ তরা হুইফান সঙ্দ, সেল্লোই লংমাই নোং, চাদ য়েন্হেল্ নোংদ অয়ুক্ চামাইরাংন খোম্লেল্ মঙ্খৈনন চয়রই ফিঙৌ হোংন সংকায় য়াকা লৈ, সাংকু ঈতম্ লৈন মনা য়াংলৈ তাওব হুইয়া মাল্লক্লে। মপাল্ সীনৌ মেল্তাং মাল্ন, লৈরাং ময়াই

---

*য়েৎপ লৈ। সীঙ্উৎ য়েন্গা লৈন য়েন্না মতা লাম্ সীঙেল্ মপূঙ্ ফারক্লে। তৌ মতোল্ লোঙ্বন মতাং কারে। লোইথোঙ্ লৈমগী লংচাক্ মাম্ব লৈন পোম্শাংনরক্লে। অদুসু মরোইদে। (৬৫)*

*[৬১] মৈতৈ কবো অনীগী নিংথৌ খাগেম্বন চাখা মরিং খুন্বু ঙম্ব লৈ, মরিংগী অকাবদ তাব খুন্গঙ্ মঙা চাইখাইব লৈ, অকুম্বদ তাব খুন্গঙ্ তরুক্ নেংখাইব লৈ, তাংকাং খুন্ ঙম্ব লৈ, লাম্দ মোইতোম্ব ফান লৈ, চাখাগী মোদোল্লৈ, লৈরাংগী মনাদি ফীশা তেম্ মাম্ব, সীঙেল্ মপাল্ন থম্বাল্ মনা অঙাংব মাম্ব লৈন লৈকাইগী ইংখোল্ সম্বল মনুংদ মনা লেক্ লেক্ লাওরে, লৈরাং মপুং ফারে। অদুসু মরোইদে। (৬৬)*

*[৬২] লম্দম্ মতাই অম খা মাইকৈ পাংবরোম্দ বঙ্গাল্গী সাংকু খুন্জাওগী লমদ পাম্ব লৈ, সাংকু খুদম্ লৈ, সীঙেল্গী মনা মওংদি হুইগী মনা মাম্ব, লৈরাং মপাল্ন লাসিং মথোল্ মাম্ব লৈ, লাইগুম্ব মৈতৈ নিংথৌ সেল্হোঙ্বগী মসু চীঙ্-তম্ খোম্ব নিংথৌ, ময়াং লোইচা খোম্ব, মাইবং চীঙ্ অঙম্বগী লাম্দ তেক্মচং ফাবগ মনাও চিঙ্লেন্ নোংতাইবুসু ফাদুন লান্য়াম্ব ফাবী, লাম্দুদ লোক্খানচিংবসু ফাবী। কংলাগী লাইফম্ অমুব কোক্ কংফম্ লাইফম্ অরুব, কবো অবাগী মকোক্ ফৌফম্, লাম্দ লাম্রোয় তরা ফাওম্ব সঙ্দ, সেম্রোই লংমাইন চরা হেম্ব নুমিৎত, অয়ুক্ চরা হেম্লগ মঙ্ তম্বদ ফি অঙৌব শেৎলগ য়ুম্গী লাই খোরম্বদ কংপ লৈ, সাংকু ইতম্ লৈন মনা তাওব হুইয়া মাল্লক্লে।*

কারক্লে। সীঙ্লেল্ মনম্ চাউরে। অদুসুঙ্ মতোম্তে। (৬৭)

[৬৩] লাইজ সমদ্র ঈয়া চাউ, গঙ্গা ঈরেল্ পুঙ্দ পান্ব লৈনে। পাংঙল্ সাংকু ঈতম্ খাগি মনিক্ লল্বোন্ব তিংকা পোৎতম্ববু তিংকা পোৎলোই হোল্ব, চোইনৌ সনা খল্ বোন্বা সোচাং চিংবন ফায়েং নোংফোইব, তিংকা য়ারেক্পদ, সমুদ্র ঈয়া চাও, লয়রাই মুংবী থক্ত পান্ব লৈ, চাবা চন্দোল্ লৈবু সীঙ্চঙ্ লয়তোই চন্, লৈরাং তাঙ্খায় লওন সীঙ্লেল্ লৈতুপ্ তম্ন লাংলক্প লৈ, অবা লাক্প সনা লিক্বাল্ তরাদ লম্বোক্নব লৈ, অবা লাক্প সনা লিক্পাল্ তরান ময়তেংঙু থাঙ্বায় নিংথৌ মুংয়াম্ব, কাম্বরই লম্নুংসিদ খৌসাব হুয়েল্ কৈতোঙ্ খাম্ফাবদ সীঙ্লেল্ লৈপুন্ সা চইরই ফি খাও, সবা চুম্পুন্ থিল্ন থোল্বোঙ্লক্প লৈনে। ময়তেংঙু থাঙ্বায় নিংথৌ মুংয়াম্বন থৌদু নুঙন খাগ থা, অবা লাক্প মখুৎথোল্। সীঙ্লেল্ য়ায়গ চল্, সমু খুৎতি থক্ক থোল্ন, লাইজ ঙমথং ইমু ঙম্লোল্নন সীঙ্লেল্ নম্ঙাননা লৈরাং চোইনান্নন তৌখঙ্লবদি, সমু খুৎনিংথৌন লৈরাং তোম্থিল্ন, নম্সা পাক্তাইনন লাব সীনৌ কুরাংবদ য়ুচিল্লবদি মান্লং মময় বায়ন নম্লক্প লৈনে। ময়তেংঙু সেল্বী মুংয়াম্বন সীঙ্লেল্ খুত্ত সু, ফইরা তান্দ থোংন লোক্সুম্ হুমমোয়বী মাল্লং হুম্লেল্ লয়ম মরান্বুল্। য়ায়বী লয়ম কাঙ্নৌ তরা মবা বোইবু কৌব চিঙ্ মান্লুং, মান্লং অয়াঙ্ববু খম্গোন্ মথোঙ্চিন্, সন্থোং মোইরিব লম্গি, খম্গোল্ মঙাও হউ, মাল্লং মথি নাইন লয়হউ লক্ও। মাল্লং

---

*মপাল্ন লশিং মফোল্ মাম্বন, লৈরাং ময়াই কারক্লে। সীঙেল্গী লৈনম্ চাউরে। অদুনসু মরোইদে। (৬৭)*

*[৬৩] ঈশিং ইপাক্ অচৌব সমদ্র (সমুদ্র), গঙ্গা তুরেল্ন চেম্ব লম্দ পাম্ব লৈনি। বঙ্গাল্গী সাংকু তোর্বান্, খাগিগী মনি হিদিঙ্গা ললোম্ব পোৎপুব-পোৎহোম্বন, অপাম্ব সনাবু খন্দ ওল্লগ চাংতম্দুন মফম্ মফম্দ য়ারেক্ হিথাংদুন য়োম্ব। সমুদ্র ঈপাক্ অচৌবগী লৈরাই মথক্কী লম্দম্দ পাম্ব লৈ, যাব চন্দোল্ লৈবু (পাম্বীবু) সিঙ্জগনে কক্লগ লৈ তঙ্খায় খায়গুম্ খায় মতুপ্-মকক্ শেম্লক্প লৈ। অবাগী অঙম্ব/ফম্নাইব-লাক্পন সনাগী লীক্ মরিদ হাপ্লগ সিনব লৈ, অবাগী ফম্নাইবন সনাগী মরিদ হাপ্লগ মৈতৈ নিংথৌ থাঙ্বায়গী মুংয়াম্ব, কাম্বরৈ (কম্বীরোল্) লমনুংশিদ খৌশাব, লাম্দ কৈদৌন থৌবদ লৈসিবু লৈপুল্ শেম্। ফিগী খাওদ হাপ্ মচিন্ পুন্সিল্লগ খুদোল্ তম্লক্প লৈনি। মৈতৈ নিংথৌ থাঙ্ পায়বদ পক্চব মুংয়াম্বন নুঙন খাদ থং, অবা ফম্নাইবগী খুদোল্ ওইব লৈ (জা চন্দ্ল্) য়াইদ (ময়াইদ) থম্লগ। মশাগী মখুৎন মথক্ত খল্ (পায়ব), ঈশিংদ লুপ্ ঈশিংগ ঈরোইনন সীঙেন্বু নম্লপ্ তক্পদ লৈরাং চোইন তারক্লবদি (নুঙ্দ ঈশিং হাপ্লগ যাব্চন্দন্ তক্পদ চন্দন্ মহী থোক্লবদি) খুৎনিংথৌন তোম্থিল্ ওইব লৈবু লৌব, লাইবক্ত নম্লগ চন্দোল্ ওইন চিম্লব, নামীব নুংশিংন হুম্লক্পদ মনম লৌজব/নম্জব (নুংশিং লৈমগী মরল্ ওইব), থবায় কয়াগী মবুংঙো ওইব নুংশিং কৌব্রুগী চীঙ্বু খোল্লিব, অয়াঙ্ব*

নঙ্গি নমইৱায় খমগোন্ নতুং ইন্ন নম্লউকে হায়ন মাল্লংববু পাওথেম্ লৈনে। ময়তেংঙু সেল্বী মুংয়াম্ব থোংনাং তখেল্ ঙম্ব নারল ফাব মরই খঙনে। সিঙ্লেল্ লৈপুন্সিনে। য়োয়ময়ায় তাওতল্বন নুমিৎ সিংকাসোন্ থাউবি মৱাক্ চাম্দব লৈরাং মঙম্ হোংদব লৈনে। লোইদাম্ থামাবন তুনুং লংলা মরেল্ থিরবসুঙ্ য়াউআ সুম্ তাও হান্দব, লাঙ্হই কুম্মা ৱোল্লবসু মোংব সুম্মিৎ বোন্দব লৈনে। সীঙ্লেল্ লৈপুন্সিনে। মানলং মমই তায়ন নম্লওব লৈনে। নম্সা তোম্থিল্ লৈ জাৎ চন্দোন্ লৈনুংসিন লাইজ সমুদ্র ঈয়া চাউদ লৈরাং মনম্ চাউরে। অদুসুঙ্ মতোম্তে। (৫৮)

[৬৪] নোংপোক্ মতাইমা সেন্পী পন্মাতোন্, পাংঙল্ সাংকু পল্মরু, মাকক্ খুল্লেল্ লই,চোয়নৌ সনা পুঙ্লেল্ব, লুপা থেল্মায় ৱাংব, লিক্লাং ফাহাপ্নব পুঙ্দ পান্ব লৈ, মাকক্ তনি কৌ মরৈখঙ্, লোইয়ম্ খায়োয় নাহা অতোল্ থিং বাইচাম্বগা অতোল্ লাইরিক্ য়েংবগ সেন্বী মকক্ মপুঙ্ য়ায়দগি সিঙ্লেল্ মাপাল্ ফুক্ন, পুরক্প লৈনে। মনা য়াংলই তাওব হুইনা মাল্ব, মপাল্ সনা পেরে মাল্ব, নুরা লেংখাঙ্ তুংথাং লৈ, কাউরেল্ সল্সেল্বন খোংবাল্ নাওৱা তোংকাইবন খাব উল্সীঙ্ লোইন পুঙ্ফা কিসি লৈ, সেল্বী মকক্ লৈন মপান্ কোরি থৌচু নিক্লে। অদুসুঙ্ মতোম্ নত্তে। (৬৯)

---

*নুংশিৎ-নুংশিৎ মাগী থোক্লকফম, মোইরাং সহ্রোং মাইকৈদগী, অঙাওব-অকম্ব নুংশিৎ হৌরক্প, শাফু কম্ব নুংশিৎ হৌরক্উ। নুংশিৎ নঙ্গী নতুং ইন্ নুংশিৎত য়াওজরগ মনম্ পুব নুংশিৎন পাওজেল্ ওইব লৈনে। মৈতৈ-কবো অনীগী মুংয়াম্ব, তখেন্ ময়াং ঙম্ব, নারল্ ফাবগী মরম্ খঙ্নব। মতম কুইন মনম্ মাঙদব লৈনি। অথোইব মঙান্ পুব নুমিৎন সিংহাসন্দ ফমদুনা নুংতিগী থোক্প-চৎপদ ময়েং তাব লৈতবগুম্ মতম্ কুইরবসু মগুণ্ মাঙ্দব-মনম্ হোংদব লৈনি। চহীনা মরোল্ য়াম্নবসু মশাদ শুম্-তাও চাদব, কুম্ কয়া ওল্লবসু তীন চাদব লৈনি। সীঙেল্ লৈপুন্সি, নুংশিৎকি মতেংন মনম্ ওইব লৈনি। লাইবক্কী চন্দোল্ থিম্নব লৈ, জা চন্দোল্ লৈনুংশিন সমুদ্র ঈপাক্ অচৌবদগী লৈরাং মনম্ শন্দোরক্লে। অদুসু মরোইদে। (৬৮)*

*৬৪ নোংপোক্কী লম্দম্ কবোগী খুন্দোল্দ, বঙ্গাল্গী মরু ওইব লম্ সাংকুদ, মকক্ খুন্দ লেম্নদুন শাৎপ লৈ, অপাম্ব সনা থোক্পা পুঙ্লৈব, লুপান মমায় লৈতেংব, শীক্লাংন থম্ন হাপ্ন পুঙ্দ পাম্ব লৈ (শাৎপ লৈ), মকক্ তনি হায়ন খঙ্নব (শোম্নব), খাব সল্লাইগী নহা থিংবাইজম অতোল্গ লাইরিক য়েংবম্ মচা অতোল্গ কবোগী মকক্ লম্দগী সীঙেল্ মপান্ ফুক্লগ পুরক্প লৈনি। মনান হুইগী মনা মাম্ব, মপাল্ন সনাগী পেরে মাম্ব, নিঙোল্শিং গী তুংয়ান্ লৈতেং ওইব লৈ, সন্সেল্ নহান খোংবাল্ লুক্লাং কোয়বদ অয়িংবগ শীনদুন চিংনব লৈতন কিশি শোৎলগ লোয়নদুন পুব লৈ,কবোগী মুকাক্ লৈন মপাল্ কোরি মচু মাম্নক্লে। অদুনসু লোইব নত্তে। (৬৯)*

[৬৫] সেল্পী পোং নিংথৌ উফে ফানতোং খোই, নোংয়িল্ লৈরিক্চিন্গ ফাব, খোইব লইয়ি চক্হল্ ফাব, পামেল্ উ হারাই তক্ফাব, চেক্লা চেক্ময় সাং, মাল্লং চয়রোয়ন, খম্কোল্ মাইরোক্নন য়াতা লৈ, কাইথোং কাম্ব লয়ম নোংদম্ য়েল্, অবাং কোরও নোংকাবী নোংদম্ য়েল্দ পাল্ব লৈ,বাংঙম্লোল্ চাখা খোংচোম্বী, সেক্মু অরোঙ্ ফাবীবু ময়তেংঙু লোইনাই খুম্মোম্বন সেল্বী মপুঙ্ য়ায়দ ফিগে সাসাববু কাওজনয়ে। তীল্দু তীন্সাব চোম্মং লাইসাব, লিক্লী কম্ সাববু মাল্হোল্ ঙই, তম্ফা বাংঙম্লোন্ মরাল্ লুহোঙ্ খোঙতোঙ্ঙই, অবাং সাচেপ্ লোল্মান্ লং, থুম্বী লইহও চিঙ্দ, মপাম্ পোইরে ময়তে পাংনে লাংগোই সামায় বোন্, হাওনা তোল্গ চিংন, লিল্পোপ্ খঙ্তপ্ পায়ন লাংগোই সায়াঙ্ থক্ত সমু খোঙ্বু থিল্ন মিকপ্খিয়ে। লাইরেল্ য়ীবা মইতেংঙু লোইনাই খুমোম্ববো নমোম্ অয়বু সেল্বী লোল্খঙ্দ, কবো লোল্দিন্নদবদ করম্ য়াংকোইবো হায়বনো। খুরাই লম্থক্ লাল্, বাংখৈ লম্খা কেল্ন, তুরেল্ খম্ব লাল্ন কাউজনগে হায়দে। নমোম্ অয়বু কোরও অসি নুমিৎসিদ বাংঙম্ করম্ন থাবো হায়বনো। ছইচা করম্ লইন চেল্বো হায়বনো, তল্কি য়াম্লাওবীন চোইনৌ সনা সেল্পাক্ করম্ বোল্লো হায়বনো, খোংবাল্ তোরোং খোংচাক্ন চাম্লও করম্ লাতুং ফাবো হায়বনো, লওবুক্ খোঙ্চায়ন সাব লৈরি অয়াঙ্ববু করম

---

*[৬৫] কবোগী নিংথৌ উফে ফম্ব, নোংয়িল্ লৈ-লীক্ চিন্ফম্ব, অখোইব লৈয়িবু চুম্থোক্ ঙম্ব, উপাল্গী উশক্ উরাই খঙ্ব। মমৈ মশা শাংব উচেক্ন নুংশিং লোইনন লৈবগুম, নুংশিং মায়োক য়াব লৈ, পেন্দব অশাওবগ লোয়নন য়ুম্হোংলিব লৈমগী লাইবক্ চাংয়েং লৈ, অবাংব নোংদোল্ তম্ নোংদম্বগী থৌজান্দ হিংব লৈ, নিংথৌগী মচা ইবেম্ম চাখা খোংজোম্বী, অরোঙ্ব সেক্পিন্ অমুব ফাবীবু মৈতৈ নিংথৌ লোইনাই খুমোম্বন কবো লৈবাক্ত সা ময়েক্ থোক্প ফীগে পীবিগে (উন্বীগে)। তীল্ মাম্ন শাব নাচোম্ লৈ চোম্মং লাইসক্ মাম্ব, মঙক্ নাইব লিক্লী ময়েক্ থোক্পবু লৌখিঙে, মচা ইবেম্ম তম্ফাবু লুহোংখৈঙেদ,অবাংগী সাজেপ্ মরোল্ নাইব (অথোইব অবাংব সাগী য়াতাফম্ অশেংব), মথুম্ মরাং হৌব চীঙ্দ, মপাম্ লম্দম্ মৈতৈ লৈপাক্ লোম্দ মমায় ওম্ব সগোল্গ লোয়নন, হাওনা পাম্বীগী মতোন্ চিং, লিল্পোপ ময়ায়দ পায়দুন সগোল্ থক্ত মখোঙ্ থিল্লগ কপখিয়ে। লাইগুম্ব ইপা ইবুংঙো মৈতৈ নিংথৌ লৈবাক্কী মনাই খুমোম্ববো, নমোম্ ঐবু কবো মরোল্ ইরোন্ তীন্নদব-খঙনদবদ করম্ন থাজবিরিবনো? অবাংগী খুরাই বাংম লান্দব, খাদ বাংখৈন কোম্ব লম্; তুরেল্ লুখায় লান্দন থাজবিগে হায়দে। নচা ওইবী ঐবু ঙসি নুমিৎসিদগী করম্ন নিংথৌকোল্ থাদোকউ হায়বিরিবনো? পুক্নিং নুংহিক্নন করম্ চৎলো হায়রিবনো? য়াম্গী তল্না সনাগী সেম্পাক্ করম্ন বোল্লো হায়বনো (য়াম্ন শাব তলবু করম্ন সনাগী পুখম্ ওইয়ু হায়বনো)? খোংবান্গী তোরোং খোংচাক্পু লফুগী লা ওইন শিজিন্নৌ হায়বনো? লবুক্কী খোংজাই নাপীবু অথোইবা লৈ শাও-ওইহন্নু হায়বনো হায়ন*

বোনবো হায়বনো হায়ন খোইমা লাংদোল্ পায় বাকন্খিয়ে। মাতাইরেম্ লইচোল্ অসৈব চাওব হুইরোংসুম্বন তম্ফা বাংঙম্লোল্ চাখা খোংচোম্বী, সেক্মু অরোং ফাবীবো হয়েং সেল্বী মপুঙ্ঘায়দ নপারী সাংনব, নমোম্ ফুইনরবদ চিঙ্লেল্ নোংনাওথী, মোংব খুরুপ্ হউরবদ সেল্বীচা নুরা সম্লাং পোপ্তেক্ লইবী, লুপা খাকৌ থেংন তিঙ্গ খরবাল্ থক্ত হেনমোইবীন লাংগোই সামায় বোন্ হাওনা তোল্কা চিং, লিল্পোপ্ খাঙ্দ পায়ন মীকপ্পী মপারিবো হায়রগনে। তম্ফা বাংঙম্লোল্বো লিল্পোপ্ খাঙ্তপ্ পায় হুম্লগনো, হাওনা তোন্কা চিংলগনো হায়ন বাঙ্লেল্ থৌরইন, অসৈ নম্সক্নন তোয়বাংবী বাংঙম্লোল্ চাখা খোংচোম্বী, সেক্মু অরোং ফাবীদ মন্হোল্ লৈ, অঙৌব হিথা খুল্মোম্ব মালচং লৈ, সেল্বী তাইপোং লৈনে। ময়তেংঙু চজিং খোংতনাবন তুবী য়োয়কোন্নুং কোল্নুং অচল্ব, য়াওরই লয়তাথীদগী মরাল্ য়িমতাগে হায়ঙইদ মপুম্ লেম্থোং লইসাংথেম্ন বাংলয় য়ুকৌঙইদ লাংকোই নাক্থং পাংমদ সনা পুঙ্মায় রেম্, লাংকোই নাক্থং পাংমদ লুপা থেল্মায় রাং, চেক্লা তুফাং চলন য়াওরই লইয়া থিদগি মরাল্ য়িম্দ লৈন, লাইরেল্ চিঙ্খোঙ্ তান্ব মরাল্ য়িম্দ লৈ,

---

*হৌরিব লাংমতোল্ পায়রগ বাকংখিয়ে। মনাই অচাম্ব লৈচোন্ অসৈব চাওব হুইরোং সুম্বন মচা ইবেম্ম চাখা খোংজোম্বীদ হায়খি, মচা ইবেম্ম সেক্মু অরোং ফাবী। হয়েং কবো লৈবাক্ য়ৌরগ নচা নুপা নুপী পোক্নুন অঙাংন কপ্পকপ থেম্নরকপদ, কবোগী নুপী মশম্ ফবী, লুপাগী লৈতেং সিবী, খরবান্ (লৈতেংলব/হংথাম্লব ফাল) মথক্ত ফমদুন কেজ্জরবীন, সগোল্ মথক্তগী মমায় লৈ, হাওনা পাম্বীগী মনা চিং লিল্পোপ,[১] পায়রগ কপ্পীগী মচা হায়নরগনি। মচা ইবেম্ম লিল্পোপ্ খাঙ্তপ্ পায়বিরগনু, হাওনা মতোন্ চিংলগনু হায়ন পুঙ্ য়ৈরগ ঈশৈ নম্শক্ শক্নুন নিঙাই তৌরিবী মচা ইবেম্ম চাখা খোংজোম্বী, সেক্মু অরোং ফাবীদ থেমজিনব লৈ। খুমোম্বানা শেম্জব অঙৌব মরি চৎপ লৈ, কবোদ তাব মীশক্ লৈনি। মৈতৈ নিংথৌ চজিং তাবন, মশাগী কোন্নুং য়াওরৈ লৈতাথীদগী, অনৌব কোনুংদ হোংগে হায়বদগী, লৈশাংথেম্গী মপা-মপল্শিং মরীমতা পুম্নমক্ক চাক্কৌঙেদ, সগোল্গী নাক্ অমদ সনাগী লৈতেং হাপ্, নাকথং অমদনা লুপাগী লৈতেং হাপ্লগ, লৈম-নিংথৌ অনীবু চপ্মান্নন হাম্নলৈরম্ব মফম্ লৈয়াংমথিদগী নৌন য়ুম্হোংলকপ লৈ, নিংথৌ চীঙ্খোঙ্ তাবন ময়ুম্ চঙ্বদ চিম্ব লৈনে। কবোদ ওংগ্রবী উঁফৈ থক্ত তোংগ্রবী, অবাংব থাক্ত কাফব (লৈগী লৈরিক্ অথোইব), (মশাদ অমক্প লৈতব) মসাদ সুম্ চাদব, তাও[২] চেন্দব লৈ, সীঙেল্ পুন্সিব লৈন নোংপোক্ মাইকৈ*

[১] লিল্পোপ্— লীথিৎ পাম্বী। লিল্ চৈঙ পাম্বী।

[২] তাও — তীল্ মখল্ অমা (তা অকংবেদা তাগম্ব)।

সেল্বী নোংনিংখোই ৱাক্লেল্ তাংতল্ নুংদ য়াতা লৈনে। সেল্বী নোংয়িল্ লাংউফে ফাল্তোংখোই, নোংয়িল্ লৈরিক্ কাফৱ, মোংৱ সুম্মিৎ লোল্দৱ, য়াওবা সুম্ তাও কেন্দব লৈ, সীঙেল লৈপুন্সিন হাওরই নোংপোক্লা পাংবরম্দ অৱাং কোরও নোংন ৱাংপরমদ, মাস্লেম্ লইন থোইৱ মদুয়া, লাইচা ঈন পাক্প মরম্ খৈবু ঙম্লোল্নন কাইরই চীঙ্সোঙ্ কাবীন লোইয়া তম্লোল্ ঙান্বরম্, চেক্লা মথোঙ্ হাংবরম্, য়াম্বী কাওরোঙ্ চোংগ্রঙ, পায়বং হউবরম্, লেংলেঙ্ কংলাতোং খুনুং পোক্লই মঙন, মেন্খোম্ব লইময়াই, চোইনৌ সনা মপাল সা, লুপা মহয় য়ান্ন পাল্ব পুঙ্দ কায়থোঙ্ লয়ম নোংদম্ য়েন্, চেক্লা চেক্মই সাং, সেন্বী নোংনিং খোইন চেক্লা মই পুঙ্ফারে। অদুসুঙ্ মদোম্দে। (৭০)

[৬৬] নোংপোক্ ঙম্থংন,অৱা তোংদোই পুঙ্ চেকোং লইময়ায়, সাংকু কয়থেল্ লেল্, খাখি লম্দাং সাং, অৱা থোঙ্লেল্ লয়ম খৈদ, ৱাংম নহা লম্দাং সাং, য়াংলউ লম্দাং সাং ঙাল্ন বোঙ্ব লৈনে। চেকোং লইময়ায়বো কৌবদি কদৌ নোংগিনো। পোং নিংথৌ চাওফা খেখোম্ব মদাই্রেম্ লাসাম্ খম্ঙাল্ ঙাথিব, সেল্বী তেংথান পাংপুদি ঔৱো কৌয়ে। সেল্বী ইল্সুব কবো ঙাথি লেম্লই খুংমাব, ৱাল্চেং বেংবুকন ঔয়ি চিন্লুদ সেল্বী কুঙ্তুম্ কুঙ্ন তারে। অদু নোংগিবু

---

*পাংবদ, অৱাংব নোংনয়ৌদব লম্দ, লৈমাইগী অতোংব মফম্, ঈশিং ঈপাক্ল ঙম্খৈ ওইব লম্দম্গ লোম্লব, চীঙগী লময়েন য়েন্ মতোক্ কাবীন লোয়া তম্য়া ঙাম্ব লম্, উচেক্সিন মরাং কায়ন লৈব লম্, নাপী কাও অৱোংব চোংব, গ্রঙ-পায়বং হৌব লম্, নাপীন লেং লেং চৎপ মনুং হঞ্জিম লৈব মফম্, মেন্খোম্বগী লৈফম্ ময়াই ওইব মফম্, অরংব সনাগী মপান্ শাব, লুপাগী মহৈ য়াম্ব/পাম্ব মফম্দ, নোংঙাল্বগী পাউজেল্ পীব য়েল্ (লাইবক্কী নোংদম য়েংখিব লৈমন),চেক্লাগী মমৈ অশাংব, কবোগী খোইনীং কৌব উচেক্কী মমৈ মপুঙ্ ফারে। অদুসু লোইদ্রি। (৭০)*

*[৬৬] থংনব নোংপোক্ মাইকৈগী, অৱা তোংদোই নিংথৌগী লৈবাক্, চেকোং কৌব মফম্, সাংকু কৌব কৈথেল্ অচৌব, খাগীগি লম্বী অশাংব, অৱাগী ঙম্খৈদ লৈব অচঙ্-অথোক্ লম্বী, অঙোম্গী অশাংব লম্বীগী লম্শাং ঙাম্ন (মতীক্ হেম্ন) শাংপ লৈনে। চেকোং লময়ায় কৌবদি করিদগীনো। অৱাগী পোং নিংথৌ চাও ফা খেখোম্বগী মনাই ঙা ফাব লাসাম্ খম্ঙাল্ন, কবোগী চংনবী ৱাহৈদ পাংপু ঔৱো (আওবা) কৌবে। কবোগী ইল্ খোম্ব/থাব ঙাফাব, ঙা পুবন, ঔয়ি/ঔৱি মরু-মচিন্দ (পাংপান্দ) কবোগী মী কুঙ্ন তায়ে। অদুগীদমক্ চেকুঙ্ হায়ন কৌয়ে। চেকুঙ্গী লম্দ সক্মাম্লব উ য়াম্ন হৌবৱো, অৱা তোংদোই (নিংথৌগী) লম্দ পাম্ব লৈ, সীঙেল্গী মনাদি য়েল্গী মতোক্ (য়েল্লৈ) মাম্ব লৈ। মপাল্ন চোইনৌ সনাগী লৈতেং মাম্ব, সীঙেল্গী মচুদি ফীগে ফনেক্ কুরাও মপাল্গী মচু মাম্ব লৈনে। মৈতৈ পোইরৈ নিংথৌ খুঙ্গাওবগী মমোম্ মচা ইবেম্ম*

চেকুঙ্‌বো তৌন কৌয়ে। চেকুঙ্ লয়ময়ায় চেংলও সামান্ উয়াম্ পোক্‌বো, অবা তোংদোই পুঙ্‌দ পান্‌ব লৈ, সীঙ্‌লেল্ মনা তাদি কাইরই য়েল-লৈ মাল্‌ব, মপাল্ তাদি চোইনৌ সনা লৈতেং মান্‌ব সীঙ্‌লেল্ মচু তাদি ফিগে কুলাওপাল্ মান্‌ব লৈনে। ময়তেংঙু পোইরৈ খুন্‌জাওব মমোম্ তম্‌ফা ৱাংঙম্‌লোল্ নিংথোই ঙম্বী অবা তোঙ্‌দোই পুঙ্‌দ কাউজন্‌বীন লাইরেল্ মপা ময়তেংঙুদ থোল্‌বোঙ্ লৈনে। ময়তেংঙু পোইরৈ খুন্‌জাওব হুইয়ৌ য়ুতংঙই লাংচেং থেল্‌কা ঙইদ, কুমচিং লোল্‌নিং থক্ত, কৌপুই মাল্‌থক্ মচন্ নুংলাং তাওবী তাঙ্‌জ মসম্‌সিন ৱোইখি লৈগ লৈরাং অনীমদি থবা তম্‌ন লিক্‌সিন্‌ন হেমোই লৈ, ময়তেংঙু মদাইয়েম্ লাঙ্‌চঙ্ হুম্‌মাই হুম্‌ব, পোইরৈ চনুরান চিন্ন ইগিদি তাঙ্‌জ সম্‌জি কক্‌ন থৌখাম্ লৈ, ৱাঙম্‌চা পাখংন থেংনইগিদি মান্‌ব সম্‌জিন্ লুরোই কক্‌ন থৌথিং লৈনে। ৱাংঙম্‌লোল্ নিংথোইঙম্বীনে। লাইরেল্ মপা মইতেংঙুদ থোল্‌বোঙ্ লৈ, লাইরেল্ পোইরৈ খুন্‌জাওব মরৈখঙ্ সেল্‌বী অবা লৈন তুবী য়োয়কোন্‌নুং, কোন্‌নুং অচল্‌ব, মোংব য়িম্‌চাও মাঙ্‌দ লৈরাং পুম্‌ন ঙাল্‌ন সীঙ্‌লেল্ মপাল্ ফারকলে। অদুসু মদোমদে। (৭১)

[৬৭] লম্‌লেল্ মাতাইমা সেল্‌বী লাইরু চিঙ্ কবো খোইমোম্ লাইমই চিঙ্। কাম্‌বরই লম্‌নুংসি সেন্‌বী মুংকোম্ লই, কবো মুংয়োং লয়দ পান্‌ব লৈনে। মইতেংঙু সেল্‌বী মুংয়াম্বন কবো মুংয়োং খুন্‌ঙম্ লৈ। হুয়েল্ কৈদোংখম্ ফান লৈনে। সীঙ্‌লেল্ মনা ·তাদি তরেৎ সেল্‌কোয় মান্‌ব লৈ, লৈরাং মপাল্ তাদি কোরি সিঙ্‌কা মাল্‌ব লৈ, লৈরাং মখুঙইদি সীঙ্‌লেল্ মুন য়েনিঙ্ সৌব,

---

*নিংথোই ঙম্বী, অবাগী তোংদোই লৈবাক্ত ওংবীন মপা ইবুংঙো মৈতৈ নিংথৌদ কৎলক্‌প লৈনি। পোইরৈ মৈতৈগী মবুংঙো খুঞ্জাওবন মথোক্ কারক্‌উৈ ইন্‌থংলক্‌পগী মপান্ ফরিঙৈদ, কুচু কুমেল্ থোক্ক (মশক্‌থোক্ক), কবুই মান্‌থক্কী মচল্ নুংনাং তাওবীগী মসম্‌জিন ওইখিব লৈগ, লৈ অনীন শক্তিক্ থাবাগ চাংদম্নদুন লৈতেং ওইন চিন্‌খিব লৈ। মৈতৈনিংথৌগী মনাই অচাম্ব থৌগল্ হুম্মাই হুম্বী মৈতৈ নুপীশিংন চিন্নবদি মথোয়গী মশম্ করুনি হায়ন খঙ্‌হন্‌খিব লৈ, নিংথৌকোন্‌গী পাখংশিংন থেংলবদি মথোয়গী লুমাংগী মশম্ করুনি হায়ন চিন্দনব খঙহন্‌খ্রব লৈনি। মচা ইবেম্ম নিংথোইঙম্বীনে মপা ইবুংঙো মৈতৈ নিংথৌদ থোন্‌খিব লৈ, পোইরৈ মৈতৈগী খুঞ্জাওববু শক্তাক্‌প, অবা-নুংঙাই লোয়নব লৈন, লাইগী লাইফম্ ওইব কোম্নুং, কোম্নুং মমল্ য়াম্ব, ময়ুম্ য়ুমজাও মমাঙ্‌দ লৈরাংন মপুঙ্ মরৈ ফানা শাৎলক্রে। অদুসু লোইদ্রি। (৭১)*

*[৬৭] মরুওইব লম্‌দম্ কবোগী লাইগী চীঙ মফম্ অম কবোগী লাইগী চীঙ্‌মৈ, কাম্বরৈ কৌব লম্‌নুংশি কবোগী মুংকোম্-মুংয়োং লৈবাক্ত পান্ব লৈনি। মৈতৈ নিংথৌ মুংয়াম্বন কবোগী মুংয়োং খুন্ ঙম্বদ ফংব লৈ, লান্দ কৈদোংখম্‌বু ফানব লৈনি।*

লৈরাং মহল্ থংদি সীলেল্ ঙাঙ্ন ৱোন্ব লৈন লৈরাং লম্হাই নাইয়ে। অদুসুঙ্ মতোম্দে। (৭২)

[৬৮] লম্লেল্ মদাইম, হাউরই নোংচুপ্লা পাংবরম্, সেল্বী তম্লওরেল্, তাপোং মপুঙ্ য়ায়দ পান্ব লৈনে। সেল্বী চাক্সা মন্, কবো বোংসা মন্, তাইবোং ময়ায় লৈ, মনা খম্কোল্ ৱাইচু মান্ব, মহয় বুই[1] খাকোই মান্ব, মইতেংঙু লোইনাই খুমোম্বন লয়হৌ কুম্ৱোন্ লৈ, পুনুং হিয়াংকৈ কুম্সা লৈ, খুৎয়ায় চুহল্ লৈ, খুৎনিঙ্থৌ তোম্পোক্প হেন্মোই লৈ, খচাই তোম্থিল্ লৈ, মোম্নু থবাক্ চোইতালে, সিনৌ কুরাংবান্দ চুসিল্ লৈ, মোকা তেল্বাদি কাপ্চিল্ লৈ, মোকা সাংবদি সোল্চিল্ লৈ, অহিং সামন্ চুসিল্ লৈনে। ইনুং হাউবচা লাইরবগ তাম্লোই মরুম্বী হুইচিল্নু তাওথোং কাইবী য়াংলৈ তাওব হুইমিং থোংবু চুনবী,লোইয়ম্ থোংঙাইব চনুন থংলেল্ ইবিংঙান কাওরেল্ ইসল্ তাম্, কতেং থাঙ্ লৈতন, তেংনৌ য়োংলৈত কতেং মীথাঙ্ ৱায়, তেংনৌ মীয়োং ৱায়ন মিংয়েং নাওসুদ, খোম্লেল্ তুম্কন্দন, সীঙ্চেপ্ মৈরা থান খান্লৈ লওতাববু ৱামন্লে। অয়দি কোন্দে মোরি য়োংসুংব, চাখা মোল্য়ুম্ থাঙ্সাব, মইবী

---

*সীঙেল্গী মনাদি সেন্গী মকোয় (অকোয়ব সেন) মাম্ব লৈ, লৈরাংগী মপান্ন কোরিন শাব সিঙ্গা[2] মাম্ব লৈ, লৈরাংন পোম্লিঙৈদদি অমুব য়েনিঙ্ সৌব মাম্ব, লৈরাংন মপুঙ্ ফারবদি অঙাঙ্ব ওম্ব লৈন লৈরাং মঙান্ নাইয়ে। অদুসু মরোইদে। (৭২)*

*৬৮ লম্দম্ মতাই অম, নোংচুপ্ মাইকৈ পাংবরোম্দ, কবোগী তম্পাক্ লৌফম্ অথোইব (মৈতৈন লোইচম্ব লম্), তাবোং লম্দম্দ পাম্ব লৈনি। কবোদ ওইজ-ওইথক্ থিজমল্, তাইবংদ ময়ায় কাব লৈ, মনান লৈচিল্ মচু মাম্ব, মহৈদি শীংনাং মতাং মাম্ব, মৈতৈ নিংথৌ লোইনাই খুমোম্বন ফম্বাল্ তোংবদ চিম্ব লৈ, হিয়াঙ্গৈন হৌদুন কুম্-থা পানব লৈ, খুৎয়াইদ লৈতেংব লৈ (খুদোপ্কুম্ব), খুৎনিঙ্থৌদসু অখম্নন লৈতেং ওইনব লৈ, খজাইদ তোমথিল্ ঙাম্ব লৈ, নিঙোল্শিংগী থবাক্ত চোইন তাব লৈ, লশিংগুম্ (কুরাংবান্দ) চুগম্ব লৈ, মপোক্কী পীক্চ-তেঞ্জরক্পনা তেম্ন-চিম্নব লৈ, মপোক্কী চাওদম্-শাংদম্নগন শাংন চিম্নব লৈ, অহিংদ পাঙ্গল্ ময়েং তাব লৈনে। নোংঙালদ্রিঙৈ হৌবমচা (হাওবম্ মচা) লাইরবগ, মাগী নুপী হুইচিল্নু তাওথোং কাইবী, হুইগী মমিংগ মিংচাম্নবী, লোইনবী থোংঙাম্ নিঙোল্ন মপুরোইবগ মবাম্নীগী মসল লৈজদব, অথৌব থাঙ্ লৈতবন, তৌনব য়োং লৈতবদগী মীগী থাঙ্ ৱায়রগ, তৌনব য়োংপাক্ মীঙোন্দগী ৱায়রগ অহিং তুম্দন মিংশেল্ খাঙ্দুন, মৈরা থাম্নগ লবুক্ লৌতাবদ ৱামম্লে। ঐহাক্*

[1] বুই ঃ শীংনাং।

[2] সিঙ্গা ঃ খোংনব যন্ত্র মখল অম।

তোংহম্চল্ তেৎনৌ নীঙ্কাঙ্ য়য়বদ তেৎনৌ য়োং ঋম্লুগে হায়ন হুইচিননু তাওথোং কাইবীন থৌরই য়োংঋান্বদ সেল্বী পাহাঙ্ ঋোইবদ লম্ঋোক্নরে। পাহাঙ্ নোংচেং ঋোইবদ, খারা থম্নোং ঋোইব, পাখং সঙ্বাই লোল্তাম্ব, লওখুম্ন, পাংসোই নিক্প, নুরা ঙাইখোং লংলুক্কুম্ব, মপা হাঙ্বদ লম্ঋোক্নরে। সেলবী কতেং থাঙ্সাবন পাওথেম্ ঙম্মে। হে য়োয়বুনাই পেম্মবো ইবিঙ্ঙা কোরও ফুইমনখিসে, ঋাংবল্ লেল্নখিসে, ফায়য়েঙ্ নোংফাইখিবো হায়ন থৌখাম্লে। লাম্লোয় হুইকোইবম্ চনুন লোইদাম্ থাসির, নুমিৎ সিঙ্ঋোন্লবনিগিন হয়রাং লোন্চৎন, তাওজিঙ্ লোল্হায়ন, লম্লক্ লুথুম্ন, ফিমু তাইচিঙ্নরে। সোয়খোঙ্ তাইথেৎন, মনুং থোঙ্গ পরৈন, য়াওঋা লাঙ্হে কুম্ঋোল্ল, লোইদাম্ থাসিরব নিগিন হুইচিল্নু তাওথোং কাইবীন মথংলেল্ ইনুং হাওবচা লায়রববু চেংলও সক্উদ, পুনুং লেপ্খঙ্দরবগি হেক্ঙাই মপাও চাও, নুংকোই সিমা ঋোন্, পিরেম্ খাক্মদন মীকপ্খিয়ে।

লাল্লোই হুইকোইবম্ চনুন সেল্বী চাক্সা মল্, কবো বোংসা মন্, তাইবোং ময়ায়লৈবু লাইঋাব মীরও, পোন্চেং লাইচম্ খন্ন থিংবা নিংথৌ লাঙাই লোইবী ক্বাক্ অঙৌবঋো সীঙ্লেল্ বুই খাগোই মান্ব লৈ অসিবু থংলেল্ ইনুং হাওবচা লাইরবদ ঋাইথুংবিঋো হায়ন থোল্ঋোঙ্জববু য়ৌবিদরে। য়াংলও লম্তুপ্ মদ



---

*থাইনগী য়োং শুব-থাঙ্ শাব মোরিগী মচা-মশুগী ময়ুম্ মৈফম্ কোন্শঙ্ নাইদুন য়োং শুরি-শারিবদগী য়োং লৈরুগে হায়ন হুইচিন্নু তাওথোং কাইবীন য়োংলৈব চৎপদ কবো নুপা, নুপী লৈতব অমগ ওক্লরে। পাম্রা ওইবদগী মরাইবক্ থিরব, নাম্ম হাঙব নুপা সঙ্বাই নাম্মত পুবগুম্ পাংসোই নাইরব, নিঙোল্গী মখুম্ য়াওদব শেম্লুক্ লংচাক্ হাপ্পবগুম মপা য়াওদবগ থেংনরুরে। কবো থাঙ্শাবন হায়খিয়ে। হে য়ুম্গী মবেম্ম ওইগদবী ইবেম্ম; ইবাম্মী ঙসিদদি লৈমিন্নখিসি, চামিন্ থক্মিন্নদুন লৈমিন্নসি, অহিংসিমতংদি লেক্প্রো হায়ন খাম্লে। লাল্নংলবী হুইকোইবম্ চনুদি থা খম্খিব নুমিৎ কয়া হৌগ্রবনিন হৈরাং লোম্ন খাই, তাওজিঙ্ লোম্ন চামিন্ন, লম্হাংদ লু থুম্বগুম্, ফী তিন্নয়ে। পুক্লিং হোদোক্ল, থমোয় লায়ুম্ হাংদোক্ল, অমন অমদ নুংশি খুদোল্ তম্নরে। চহী কুম্ওম্রে, থাশিং য়াম্নক্লবনিনা হুইচিল্নু তাওথোং কাইবীন অহাম্ব মপুরোইব ইনুং হাওবচা (খুম্ন্ মচা) লাইরবগী মশক্ উরক্তব, করম্ তৌগ্রবগে হায়ব খঙদবগী মবুক্লীং নুংঙাইতব, খোয়রাং খোয়শাওব- পেন্দবন খম্লুরগ নীংঙম্লক্তদুন পি খক্তন কপ্খরে।*

*লাম্নংলবী হুইকোইবম্ চনু (লাম্লোই-শুগনু রোমগী) নিঙোল্ন কবোগী মচেং চারুবগী, ওইজব পাম্লুবগী মমল্দি, তাইবংগী য়াই ওইব লল্বু/লৈবু অরাইব মীন লৌনব ওইরে, ঋাখম্নফাওব খন্ফম্ থোক্তব অনিংব থবক্পু নিংথৌন লোইব অঙৌব কাক্কুম্ব সীঙ্নাং লৈ-লাঙ্গোম্ মপাম্ মাম্ব অসিবু ইপুরোইব খুমল্ মচা লাইরবগীদ থীন্বীয়ু*

চেক্‌লা অঙৌবন পূম্‌ন মুচুনরে। হুইচিন্‌নু তাওথোং কাইবীন লাল্‌লোই হুইকোইবম্ চনুন ৰাৰোইখিয়ে। থিংবা নিংথৌ লাঙায়ব পাওজেল্ চেক্‌ৰো কৌব নঙ্‌ন পুম্‌ন পুম্‌ন মুচুনরকপ অসিবু অসাইঙইকি মোম্‌নু মেন্‌নোং ইখুদোল্ তাইবোং ময়ায় লৈনে হায়ন সোল্‌মোইখিয়ে। কোরও নুমিৎ মদি সেন্‌বী চাক্‌সা মন্ তাইবোং ময়ায় লৈবু লাইৰা অমরক্ পাসি লও, পোন্‌চেং লাইচম্ খনন ইথংলেল্ ইনুঙ্ হাওবচা লাইরবদ ৰাইথুংবিয়ো হায়ন পোন্‌বী লৌৰায় মুরৌকোই লওকোই হাম্‌লংবীচা হামুন্‌চা তোংবদ থোল্‌ৰোংখিববু চেক্‌লা মান হল্‌নরে। পোম্বী মান তক্‌নরে। সাৰা লুরেল্ পূম্‌ন মুনরে। সমন্ মচেৎমদি ইনুং হাওবচা লাইরবদ ৰাথুংবিরে। হাওব লাইরবন চেক্‌লা খোংখুন্ ইল্, পোম্বী মতুংইন্‌ন কোনদে মোরেয়োংসুংব কিয়াং মোল্‌তুম্ থাঙ্‌সাব মপূঙ্‌য়ায়দ ৰাইথুংলে। মথংলেল্ লোইদাম্ থাসিরবগ মরুম্বী লাঙ্‌হৈ কুম্‌রোন্‌বিগ সেন্‌বী মপূঙ্ য়ায়দ লম্‌ৰোক্সরে। চিঙ্‌নুং হাওবচা লাইরবগ লাল্‌লোই হুইকোইবম্ চনু হুইচিন্‌নু তাওথোং কাইবী সমু খুথোল্ লৈ, চেক্‌লা অঙৌবন মুচুনব লৈ, ইনুং হাওবচা লাইরব মরই খঙ্‌ৰো তৌন কৌয়ে। সেল্‌বী চাক্‌সা মন্, কবো পোংসা মন্, তাইপোং ময়ায় লৈ,মকা তেন্‌ব চেন্‌চিল্ লৈ, মোকা সাংব কাপ্‌চিন্ লৈন লৈরাং ময়ায় কারক্‌লে। অদুসুঙ্ মদোম্‌দে। (৭৩)

---

*হায়জববু য়াবিদরে। (ইপুরোইবগী মনাক্ য়ৌদ্রিঙৈ) লম্‌থাং মতেক্‌সিদ অঙৌব উচেক্‌সে পুম্মু মুশিন্‌খরে। হুইচিম্নু তাওথোং কাইবীন, লাম্লোই হুইকোইবম্ নিঙোল্‌ন ওইখিব অৰাব। অনিংব থুগায়দুন অনীংব থুংননবগীদমক্ ঙাইদুন লৈরম্ব উচেক্ কুম্ব নঙ্‌ন (থিংব নিংথৌগী পাউ পুব উচেক্ কৌব নঙ্‌ন) পুম্ন মুহম্নক্‌পসিবু (পুম্নমক্ মম্‌হম্নক্‌প) অসাইগী (ঐন) নুপী ওইবীগী খুদোল্‌পোৎ,তাইবংগী ময়ায় কারব (পাম্নরব) লৈ ওইবদগীনি হায়ন সোঞ্জখিয়ে। নোংমদি কবোগী চাক্তাফম্ তাইবংন ময়ায় কানব লৈবু লাইগী ৰায়েল্ অমুক্ লাক্‌পদ পোন্‌গী উচেক্ ওইরম্বসিদগী নাম্থোক্লগ লাইগী নোংদম্ন ইপুরোইব ইনুঙ্ হাওবচা (খুমল্ মচা) লাইরবদ থুংহনবীয়ু, হায়ন পোন্‌গী উচেক্‌কুম্ অহাংবদ পাইজনীংব পাইঙম্‌দ, তোংজনীংবদ তোংফংদব উচেক্‌কুম্ নীংব কায়রে। পোম্বীগুম্ অরেম্ব ওইরে। উচেক্কী মকোক্ পুম্নমক্ মুখরে। সমন্ লৈগী মচেৎ অমদি খুমন্ মচা লাইরবদ থুংহন্‌বিরে। খুমন্ লাইরবন চেক্লাগী খোঙগুন্ লী, পোম্বী মতুং ইম্ন মোরেগী য়োংগুংব কিয়াং মোন্‌দুম্‌গী থাঙ্‌সাবগী ময়ুম্‌দ থুংলরে। মপুরোইব থা কয়া কায়নরুরবগ মাগী নুপী উনদব চহী ফারবীগ কবোদ উম্নরে। চীঙ্‌নুংগী হাওবচা লাইরবগ লাল্‌লোইগী হুইকোইবম নিঙোল্‌গ ময়ুম্ হন্‌মিম্নরক্রে। অদু নুমিৎতগী লাল্‌লোই হুইকোইবম্ চনু হুইচিন্‌নু তাওথোং কাইবীগী মশান খুদোল্ ওইব লৈ। উচেক্ অঙৌবন মুচুনব লৈ, ইনুং হাওবচা লাইরবগী ৰারী খঙ্‌নব হায়নকৌই। কবোগী গুজমল্, কবোগী থবক্কী মমল্, তাইবংগী ময়ায় কাব লৈ, মকা তেম্ন চিম্নব লৈ, মকা সাংবসু সাংন চিম্ব লৈন লৈরাং ময়ায়*

৬৯ হাওরৈ নোংপোক্লা পাংবরম্দ, সেন্বী মতম্পাক্ কবো তম্লওরেল্দ, মমা বাঙ্নু খোংচোম্ ফাবীচা, মহৌ বাংব সুম্ব, নোংপোক্চাদ কৈরেল্ হৌব, মখুরোন্দ পান্ব লৈ সীঙ্লেল্ মনা তাদি তরেৎ সেনকোই মান্ব লৈ, লৈরাং মপাল্ তাদি রুপা পেরে মান্ব লৈন সীঙলেল্ মনৌ চোং, কুম্চিং লোল্নিং সারে। লৈরাং ঙৌন বোল্লক্লে অদুসুঙ্ মতোম্তে। (৭৪)

[৭০] লম্লেল্ মদাইম হাওরৈ নোংপোক্লা পাংবরম্ সেন্বী নেম্পাই রও, কবো তম্লও খা, বাইসি লম্তোং পাল্, সেন্বী মীতাকৃপ, কবো কোংয়েংব লও, খারী লওথেং কোইদ পান্ব লৈ, সীঙলেল্ মনা তাদি নাম্ব তেম্চিন্ মান্ব লৈরাং মপাল্ তাদি চোয়নৌ সনা কচেংলৈ মান্ব লৈ, সেন্বী কবো লৈন সীঙ্লেল্ মপাল্ ফারে। নাম্ব তেম্চিন্ মান্ব লৈনা লৈরাং ময়াই কারে। অদুসুঙ্ মতোম্তে। (৭৫)

(৭১) ময়তেংঙু চইক্ন থেক্প, নুয়াম্ ফাবন তুবী খোয়পুঙ্ মরৌ চাওন ময়ুম কেগে মোইরাং সান, খাঙ্লা চয়োম্ন, তাওথোপ্ খন্থাংনন, সেল্বী তম্দ তান তুম্মু য়াগ চায়, খারা খেন্চঙ্ কীল্, থুম্বী মইমাঙ্ চল্, সোয়বু মইতান্ পক্ন পল্থেংববু সেল্বী তানদবন ময়তেংঙু নুয়াম্ ফাব মদাইরেম্ ইরম্বু চক্প রম্বু কোন্খাং লাইচাওববো য়েল্লাং নঙ্গি নথৌরাং সংলও নঙম্তম্বু নয়ুম্

---

*কারক্লে। অদুসু মরোইদে। (৭৩)*

*৬৯ নোংপোক্ মাইকৈ পাংবরোম্দ, কবোগী তম্পাক্, কবোগী তম্পাক্লৌফম্দ, মমা ইবেম্ম বাঙ্নু খোঙ্জোম্বাবীগী মচা, মহৌ বাংব সুম্ব, নোংপোক্লী কৈ লৈব মফম্দ, খারোম্দ ঈশিং চেম্ব্ব মফম্দ পাম্ব লৈ, সীঙেল্ মনা মওংদি সেল্গী মকোই মাম্ব লৈ, লৈরাং মপাল্না লুপাগী পেরে মাম্ব লৈন সীঙেল্ ময়োল্ চোং, কুম্শিং শুরে মপৃঙ্ ফারে। লৈরাং ঙৌন শাংলক্লে (মচু ওল্লক্লে) অদুসু লোইদ্রি। (৭৪)*

*৭০ লম্লেল্ মফম্ অম নোংপোক্ মাইকৈ পাংবরোম্দ কবোগী নেম্পাই কৌবলৌফম্, কবোগী তম্পাক্ লৌগী মখা, বাইসিগী লম্দাং অতোংব, কবোগী মীতাদব, কবোন হুম্ন য়েংনব লৌফম্, লবুক্কী মতাই অকোয়বদ পাম্ব (শাংপ) লৈ, সীঙেল্গী মনাদি ফিশা তেম্গী মচিন্ মাম্ব লৈ, লৈগী মপান্ন অরংব সনাগী কজেংলৈ মাম্ব লৈ, কবোগী কবো লৈন সীঙেল্ মপান্ ফারে। নম্বব তেম্চিন্ মাম্ব লৈন লৈরাং ময়াই কারে। অদুসু মরোইদে। ৭৫*

*৭১ মৈতৈ নিংথৌ অকম্ব চৈ থেক্প, নুয়াম্ (নুপীময়াম্) ফাবন মাগী মপুক্লীং মরৌশিং লৈন (মরৌ তৌন) কেগে মোইরাং শারগ খাম্ব্রাদ চয়োম্শেম্দুন, লান্পোং সেম্লগ, কবোগী তম্পাক য়ৌরগ তুম্মু চায়খায়রে। খা-রাই খঙ্দন চেম্নরে। মৈ থাদুন থৎচিল্লগ মৈতাল্ লোক্পগুম্ লোক্ল লান্দাববু,কবো মীয়াম্ন মৈতৈ নিংথৌ নুয়াম্ ফাবগী মনাই কবো লম্বু চক্প কোন্খাং লাইচাওবদ নঙ্গী নরৌশিং নঙগী থৌরাংন মৈতৈন*

পোইরৈ মইতৈন সেল্বী ইপুঙ্তাক্ কবো ইরৈ কায়রে। নঙ্বু লাংবল্ কারোঙ্ খুংখম্গে হায়ন সম্লাং তারইন পরই লাল্কা সারে। চক্প লম্বু কোন্খাং লাইচৌবন সেল্বী য়াম্ম ঙায়,কবো ইনাও ঙায়ব সিংবো ঙাইরখিবো। অয়ুম্ পোইরৈ ময়তৈদি, কোঙ্য়াঙ্ পোন্চেংসা, পোন্জেং লায়চম্ খল্, লইয়ৌ থাংবরান্ তরা চয়োম্ নঙইনে। নোংয়ায় খুম্লগিদি লায়বা চেপ্সিলও লৌলোক্ মথং খল্ন লায়র চয়োম্ নঙইনে। ময়ুম্ কেগে মোইরাং নিগিদি তওথোক্ খন্থাংন খাঙ্না চয়োম্ নঙইনে। সেল্বীন পল্থোঙ্দ তরা চাথোক্ফম্বু মিথয়েং সান্খৈন য়েংলও মিংথিং নরুসেয়ে। পরই অয়বু লল্সাহিকুনো হায়ন মিথয়েং সান্খৈনরুবদ ময়ুম্ কেগে মোইরাংনে খঙ্ন চয়োম্ন, তওথোপ্ খন্থাং ঙম্লে। ইরম্বু কোন্খাঙ্ লাইচৌব নঙ্বু লৈরাং আতেংঙাবু বা বোইরে। ময়িম্ কেগে মোইরাং ঙম্লে। নয়িম্ পোইরৈ ময়তৈগ অয়িম্ সেল্বী তুম্মুগ কেগে থেংমন্ন, মোইরাং ঙম্মনসে।

হয়েং লোইদাম্ মনুং বোইরক্লবদ সীঙ্লেল্ অসিন মপাল্ ফা,লৈরাং ময়াই কারক্লবগ হুয়েল্ লাল্ হৌরক্বো হায়ন সীঙ্লেল্ লৈপাল্ মবু সেথন খায়নখিয়ে। লৈরাং মপাল্মবু খাইনখিয়ে। মইতেংঙু নুয়াম্ ফাবদ হায়রুবো। লৈরাং অসিবু খুমু হুল্ সীলেল্ মরোং খাইরবগ হুয়েল্ লাল্ হৌরক্কে হায়ন থোল্বোঙ্ লৈ। কেগে ঙাল্খম্ময়ায় খায়ন হুয়েল্ লাল্তা লৈনে। সীঙ্লেল্ কোক্ত চিল্লবসুঙ্

---

*কবোগী তম্পাক্ কবোগী খুন্-লৈকায় কায়রে। নঙোম্দ লমন খুম্গে হায়ন মশম্ পায়দুন চিংলগ ফোইররে। চকপ লম্বু কোন্খাং লাইচৌবন কবো ইয়াম্ব শকপ,কবো ইচিন্ ইনাও পুম্নমক্ ঙাইবিখো। মখোয় মৈতৈদি বানা পোন্চেপ্ শারগ, থুমোক্ শাদুনা লফুগী লানা চাক্পী চয়োম্ শেন্নবনি। খুমল্গীদি লাইবান চেপ্সি ওইন সিব পয়ান শাব লুবাক্ মাম্ব থুমোক্ (হাওরুক্) মচা মচাদ চয়োম্ শেম্বনি। কেগে মোইরাংগীন তৌন খরাই শারগ খাঙ্লা (খঙ্গা মনা থারগ চয়োম্ শেম্বনি। কবোগী পম্লোংদ মখোয়ন চয়োম্ থোক্রুম্বদু য়েংলগ খুদম্ য়েংনরুবদ, চয়োম্দগী কেগে মোইরাংগীনি হায়ব তৌরমল্লিব থবক্ক খঙ্নরে। ঐখোয়গী লম্বু কোন্খাঙ্ লাইচৌব নঙবু অরেম্বদ শাওরুরে। ময়ুম্ কেগে মোইরাং ওইরম্নে। নয়ুম্ পোইরৈ মৈতৈগ তুম্মুগী কবো ঐখোয়গ (পুম্নগ/মীচং ওইরগ) কেগে মোইরাং ঙম্মীম্নসি।*

*হয়েং মতম্ ওইরক্রুবদ সীঙেল্সিন মপুং ফারক্প, লৈরাংসিন শাংকায়রক্রুবদ লাল্ হৌরকউ হায়ন সীঙেল্ লৈপান্ অমবু শেৎলগ খাইরক্খিয়ে। লৈরাং পাম্বী অমমম্বু য়েম্নখিয়ে। মৈতৈ নিংথৌ নুয়াম্ ফাবদ হায়রুরো। লৈরাং অসিন খুমু হুল্ সীঙেল্ য়েম্নরিব অসিন শাংলক্পদ লাল্ হৌরক্কেহায়ন খুদোল্ তমলক্পলৈ। কেগেগী ঙাংখ ময়ায় খায়ন লাল্তানব লৈনি। সীঙেন্ (লৈ) সিবু কোক্ত চিল্লবসু নুমিৎ চুপ্প, নুমিৎন তারম্দাই ফাওবদসু মচু মাঙ্দব লৈনি। লৈরাং খোঙ্গন্ (খোঙ্গন্ মেম্নে)*

কোরও নুমিৎ চুপ্‌ন মাগ্রেম্‌ মনা লোইরবসুঙ্‌ সীঙ্‌লেল্‌ মচু থাউদব লৈনে। লৈরাং খোঙ্‌কন নামিব সীলেল্‌ খুমু হুল্‌, লৈরাং খদাঙ্‌ সা, সীঙ্‌লেল্‌ লৈরাং খাইরক্‌লে। অদুসুঙ্‌ মতোম্‌দে। (৭৬)

[৭২] চক্‌প কইনুংসি, মেল্‌খোম্‌বী লয়ময়ায়, চক্‌প অংগো ঈ ঈংথী ঈয়া চাওগি লয়ঙোই সেক্‌চাই থক্ত হাথ চেক্‌, আরাই সাংখু চনুন বোখিচেক্‌, পোল্‌বী কোয়চা য়েক্‌, সাবা য়েক্‌ম তৈব চেক্‌ বাহোং মইপুঙ্‌বী চাবু লাইরেল্‌ লাই পাখং অতেংব মপারী মইতেংঙু খুয়োয় তোম্‌পোক্‌ন নোংবাল্‌লোল্‌ নোংমোইনু অহোঙ্‌বীবু কোরও নোংথাঙ্‌ কোন্‌ নুংলাং কাওখং কোন্‌দগি হোয়থি নোংদ, সবা তোংহৌব বাহোং মইপুঙ্‌বীচা নুংবা থীয়াম্ব চিঙ্‌য়ায়চা হুইরোং সেল্‌জা হায়হইবগ কোরও কাওজ চৎ, বাংবন, মল্‌চা হোল্‌ঙইদ কোরও নোংনিংথৌ পাখং য়োইরেল্‌বন সেল্‌চা হাইহইববু সঙ্‌দিং লোল্‌ঙাঙ্‌ববু লল্‌কু ঙম্মে। নুংবা থীয়াঙ্‌ববুদি মাল্‌লও কোইসা য়েক্‌, চইরই পারোই থিৎসুঙ্‌ লল্‌কুবিখিয়ে। সীঙ্‌লেল্‌ লৈপুল্‌ সা মাল্‌লা মসিঙ্‌ থীন সবা তাঙ্‌জ লুরেল্‌ তোন্‌দ থেৎপিঙম্মে। অদু নোংগিবু আরাই সাংকুচেক্‌, পোল্‌বিকোইচায়েক্‌, সবা তোংহৌববো তৌন কৌয়ে। বাহোং মইপুঙ্‌বীচান ইংথি ঈয়াচাও লইঙোই সেক্‌চাই থক্ত নোংদম্‌

---

*তনৌবন সীঙেল্‌ খুমু হুল্‌, লৈরাং মশক্‌ তাক্‌, সীঙেল্‌ লৈশাং তম্নক্রে। অদুনসু লোইদ্রি। (৭৬)*

*[৭২] চক্‌পন নুংশিজব কৈ, মেল্‌খোম্বীগী লম্‌, চক্‌প অংগো চীংগী ঈশিং, নিংথি তুরেল্‌ অচৌবগী ঈপাক্‌, লৈঙোই সেক্‌চাই মথক্ত পোক্‌প উচেক্‌, সাংখুগী নিঙোল্‌ অরাই লৈমন ওইথিব উচেক্‌, উচেক্‌ অরাংব (ময়েক্‌ থোকপ), মশক্‌ নাইব-মচুনাইব উচেক্‌, বাহোং মমৈ পুঙ্‌বীবু, লাইগী মচা পাখংবগী মচানুপা মৈতৈ নিংথৌ খুয়োয় তোম্‌পোক্‌ন অঙোম্‌ নিঙোল্‌ নোংমোইনু অহোঙ্‌বীবু অবাংব নোংগ পক্ল লৈব লোংমাইজিং চীঙ্‌দগী থিজরম্ব মতম্‌দ, উচেক মতোক্‌ কাবা বাহোং মৈপুঙ্‌বী, নুংবা থীয়াম্ব চীঙয়ায়চাগ হুইরোং সেন্‌জা হায়হৈবগ পুজরগ হায়ব চৎঙৈদ সোয়ারেল্‌ পাখং য়োইরেল্‌বন সেল্‌চা হাইহৈব (ঙাঙ্‌ব-শক্‌প হৈব) দ লোম্নে অঙাঙ্‌ববু পীনবীরম্মে। নুংবা থীয়াঙ্‌ববুদি অকোইবী ময়েক্‌ থোক্‌প ফি, চরৈফি পরৈ থিৎসু[১] বু পীনবিখিয়ে। সীঙেল্‌ লৈন নাচোম্‌ শেম্‌ লৈশিং থীরগ উচেক্‌ মাগী কোক্ত থেৎপিরম্মে। অদুগীদমক্‌ অরাই সাংকু উচেক্‌, পোম্বী কোইচা য়েক্‌ (উচেক্‌ অকোইব ময়েক থোক্‌প), চেক্লা মতোক্‌ হৌব হায়ন কৌবে। বাংহোং মৈপুঙ্‌বীন নিংথী তুরেন্‌ অচৌবগী তোর্বান্‌ লৈঙোই সেক্তা (সেক্‌চা) মথক্ত পোক্‌প উচেক্‌, মাগী মতুদ লৈ থেৎতুন উচেক্‌ লৈ*

---

[১] পরৈ থিৎসু -- পরৈ-ফি (থাইনগী নিংথৌ-ফি, মনা-ফি মখল্‌ অমা)

চেক্, সাবা তোংহৌব চেক্‌ত পালব লৈ সীঙ্লেল্ কোইজা পোক্‌ন, চেক্‌লা মইপুঙ্ ফারে। লৈরাং তোঙ্সাং নাইরক্‌লে। অদুসুঙ্ মতোম্‌দে। (৭৭)

[৭৩] হাওরই নোংপোক্‌লা পাংবরম্‌দ সেলবী কপুক্ মান্‌খা লই, কবো কনম্‌ব তেংবোন্‌খাদ পান্‌ব লৈ, সেলবী উতোং লৈ, লৈরাং মনা তাদি নাম্‌ব তেম্‌জিন্ মান্‌ব, সীঙ্লেল্ মপাল্ তাদি খাখরা উতোং মান্‌ব লৈন ইংখোল্ হারা নুংদ সীঙ্লেল্ মকা লোঙ্লক্‌লে। অদুসুঙ্ মতোমদে। (৭৮)

[৭৪] মইতেংঙু সেলবী কিয়াম্বন কিয়াং খুন্‌ঙন্ লৈ। হাওরে নোংপোক্‌লা পাংবরম্‌দ সেলবী লওথেংয়া, কিয়াং চাঙৌরোক্, তেক্‌পী খাচম্ চিঙ্, য়াংলৈ তাওব হুইথৌ চিঙ্, লীবা চোমং লয়, মঙ্খাঙ্ মঙ্‌তংলয়, কিয়াঙ্ নিংথৌ মুম্‌সীল্ লোক্, লৌথিব লম্‌লোই তইদ পান্‌ব লৈ, মইতেংঙু সেলবী কিয়াম্ব কিয়াং খুল্‌ঙম্ লৈ, হুয়েল্ লাল্‌নিগিদি চঙ্‌কেল্ মরইমবী চিনফু লোইনাই হাওরোক্‌সু মুতু চনু সনা লাংমই রেম্বী হাখম্ লাল্‌মিংনাই ফাব লৈ, মইতেংঙু সেলবী কিয়াম্ব চঙ্বী মকইরেল্, কইরেল্ মখুৎফা কিয়াং খুল্‌ঙম্ কই, চাউরেংখম্ মিংনাইব ফান কই, চঙ্বী কইকং লাদ মইতেংঙু সেলবী কিয়াম্ব সীঙ্লেল্ মখুৎ থা, থাঙ্বাই নিংথৌ কিয়াম্ব মরই খঙনে। সীঙ্লেল্ কিয়াম্‌লৈন লৈরাং তোংসং ফারে। অদুসুঙ্ মদোম্‌দে। (৭৯)

---

*পাম্ব মাম্বগুম্ মতুদ লৈ মাম্ব অকোইব ময়েক্ থোক্‌পা উচেক্ল মমৈ-মতু মপুঙ্ ফারে। লৈরাং পোম্‌শাৎনরক্রে। অদুনসু মরোইদে। (৭৭)*

*৭৩ নোংপোক্ মাইকৈ পাংবরোম্‌দ কবোগী কপুক্ (কবুক্) মান্‌খাগী লম্, কবো কনম্ব তেংওন্‌গী খা থংবদ পাম্ব লৈ, কবো উতোংলৈ, লৈরাংগী মনা মওংদি ফিশা তেম্‌গী মচিন্ মাম্ব, সীঙেল্ মপালন খাগরা উতোং মাম্ব লৈন (ভাহুক্ মাম্ব লৈন) ইংখোল্ মনুংদ সীঙেল্ লৈকা লোঙ্লক্রে। অদুনসু লোইদ্রি। (৭৮)*

*[৭৪] মৈতৈ-কবোগী নিংথৌ কিয়াম্বন কিয়াং খুন্ ঙম্ব লৈ, নোংপোক্ মাইকৈ পাংবদ কবোগী লৌকোন্‌থেংব পন্‌য়া, কিয়াংগী চঙৌ লোক্ত, ওক্‌পীন চাক্তাব চীঙ্ হুইথৌ লৈব চীঙ্, লী-বা, চোম্লাং হৌব লম্, মঙ্খাঙ্-মঙ্‌তংগী লম্, কিয়াঙ্ নিংথৌ মুম্‌সীলবু ফাব লোক্, মরৌ লৈব লম্‌দ পাম্ব (শাৎপ) লৈ, মৈতৈ নিংথৌ অমদি কবোগীসু নিংথৌ ওইব কিয়াম্বন কিয়াং খুনবু ঙম্ব লৈ, লাম্দ চঙ্‌কেল্‌গী লৈম চিন্‌ফুবু লোইচম্ব, হাওরোক্ নিঙোল্ মুতুগী মচা নুপী সনা লাংমাইরেম্বী অমসুং হাখম্‌গী মমিং লৈবা লাম্মীবু ফাব লৈ, মৈতৈ-কবোগী নিংথৌ কিয়াম্বগী চঙ্বী লফুকোল্, মাগী মখুৎমক্ল শেম্‌জব কৈফম, কিয়াং খুনবু ঙম্ব কৈ, চাউরেংখম্ মমিং চৎপবু ফানব কৈ, চঙ্বী লাকোন্‌গী (কৈগী) লাদ মৈতৈ নিংথৌ কবোগী কিয়াম্বন মখুৎ থাখিব,থাঙ্বাই (থাঙ্মৈবন্দ) গী নিংথৌ কিয়াম্বগী লৈশক্ খঙ্নবনে। সীঙেল্ কিয়াম্ লৈ (ক্যাম্‌লৈ) ন লৈরাং পোমশাৎনরে। অদুনসু মরোইদে। (৭৯)*

[৭৫] লম্লেল্ মদাইম হাওরৈ নোংপোক্লা পাংবরম্দ খোইবু নিংথৌ চেংঙাব চনুগ সাল্ফু নিংথৌ লিলতেংব চনুগ মপাম্ সন্ফু নারুম্ চিঙ্, মরেম্ কাতও য়োংখল্ চিঙ্দ মপাম্ খোইবু বাংলেল্ব তরেং মসেল্ জা, বাংলপ্ খোইদোঙ্ব, খুনং হাউরোন্ থোক্প সেল্বু তরেং সেন্ফাং য়য়ন তোয়বাং চিঙ্, খোইবু চিঙ্লাই পক্ত পান্ব লৈনে। সীঙ্লেল্ মনা তাদি কাইরই য়েন্খোঙ্ মান্ব লৈ, খোইবু তোম্চেংলা, তোম্চেং হয় লৈনে। খোইবু অরিংচা চইরই ফিখাও লৈনে। খোইবু মরেম্বন কংলা পাওদম্ লৈনে। কাওরেল্ মেরা সন্দু লৈ, খোইবু মনিল্ নাইবন সন্দং নারেং চিং, সেল্চাও নম্দ পো,খোইবু তোমচেং লাবু চইরই ফিখাও সা, চাম্লও লান য়োম্ সীঙ্লেল্ খায়োম্ সান লৈরাং থাদ পম্ন লোয়য়া পুরুম্ ফম্, সোম্সোক্ খুল্ঙম্ ফম্, তখেল্মুং ফান্ফম্,থৌকুম্ লোয়য়া ফম্দ চিঙ্খোঙ্ পুথম্ মইসোন্ব হয়েল্ সাকপ্ন ফান লৈনে। খোইবু তোম্চেং লা, মেরা সনতু লৈনে। মদাইরেম্ ইরেম্ তেংমাই থীন্ব মংকন্ খুল্ঙম্ সঙ্দ হয়েল্ হায়চুব, হাইচুবী ফান সঙ্দ বাঙ্নবন পাওথেম্ঙইদ মইতেংঙু চিঙ্খোঙ্ লম্কাম্ব মরইখঙ্, খোইবু তোমচেং লান্ খোইবু চিঙ্লাই পক্ত তোমচেং হাইনাই ফারক্লে। অদুসুঙ্ মদোম্দে। (৭৯)

[৭৬] হাওরই নোংপোক্লা পাংবরম্ লেঙ্ খুল্ লম্মপাক্ নিংলেল্ রাম্মচুম্

---

*[৭৫] নোংপোক্ মাইকৈরোম্গী লম্দম্ অমদ খোইবুগী নিংথৌ চেংঙাবগী মচা নুপীগ, সাল্ফুগী নিংথৌ লিল্তেংগী মচা নুপীগ মপাম্ সল্ফু নারুম্ চীঙ্, মরেম্গী কদৌ য়োংখল্ চীঙ্দ, মপাম্ খোইবুগী মরল্ ওইব শেন্বুং, মখোয় চাওন তোঙ্ব, খুম মরোল্ খঙ্নব সেন্বুংবু য়ৈর য়ৈরগ চীঙ্ন বাংখৎলক্প চীঙ্, খোইবুগী চীঙমাইদ হৌরগ শাংপ লৈনি। সীঙেলগী মনাদি য়েন্গী য়েন্খোঙ্ মাম্ব লৈ। খোইবুগী তোম্থিল্ ওইব লা, তোম্থিল্ ওইব হৈ-লৈনি। খোইবুগী মরিং মচাশিংন ফিগাওদ হাপ্পব লৈনি। খোইবু মরিংন কংলাদা পাও তম্বদা চিম্ব লৈ। মেরা সন্দুবদ চম্নব লৈ, খোইবু মরিংন সন্দং নারেং থাংলগ চিংব, সেনবুং অচৌববু নঙ্গন্দ পো, খোইবুগী তোপ্ তোপ্প লাবু ফিগাওদ হাপ্লগ, লান য়োম্ লৈরাং খয়োম্ শান তম্পাক্ত পম্লগ চীঙ্য়াদ লাইখুরম্ব মফম, সম্সোক্ খুন্বু ঙম্ব মফম্, তখেল্মুংবু ফানফম্, চীঙ্য়াগী থবক্ শুফম্দ চীঙ্খোঙ্দ পুরগ থম্নবদি মগুণ শোম্বব, লান্দ সাকপ্নবু ফানব লৈনি। খোইবুগী তোম্চেংলা, মেরাগী সন্দু লৈনি। ইরেম্গী মনাই তেংমাই থীনবন মংগন্ খুন্বু ঙম্ব সঙ্দ লাম্মী হায়চুব-হাইচুবী ফানব সঙ্দ বাতেম্বন থেম্ঙৈদ মৈতৈ নিংথৌ লম্কাইবন ফীজোল থক্ত-লৈতেংব লৈ, মৈতৈ নিংথৌ লমকাইঙম্ব লৈশক্ খঙ্, খোইবুগী তোম্চেংলান খোইবুগী চীঙ্মাইদ হাইহম্না মপুং ফারক্লে। অদুনসু লোইহ্রি। (৭৯)*

*[৭৬] নোংপোক্ মাইকৈ পাংবরোম্দ লেঙ্ কৌব খুনগী লম্পাক্ নীংশিংদুনত লৈব*

বায়রং তাবং ঈবু নাতইনন পান্ব লৈ, মনা তাদি সরোং তম্য়াং মাল্ব, মপাল্ তাদি সনা লৈতেং মান্ব লৈ, য়োয়ময়ায় তাওদলবন খেন্কারক্লবদ থৌবী লোক্মায় হেল্ কোঙ্য়াঙ্ বাতোল্ লোল্ পামেল্ উতোল্ লোম্গে তৌগুম্লক্লবদ সীঙ্লেল্ মথন্ মপাল্ ফারক্প লৈনে। বায়রং খাল্ব থক্ত সীঙ্লেল্ য়ুমঙ্ লৈন লৈরাং ময়াই কারক্লে। অদুসুঙ্ মদোমদে। (৮০)

[৭৭] নোংপোক্ বায়রং মদাইমদ পানব লৈনে। পুঙ্খুল্ ইম্নব, খারোই চাক্তংব কবো লয়হৌবন খঙ্লক্প লৈনে। তল্লা অঙন্ব পামেল্ অরেম্বদ পান্ব লৈ সিঙ্লেল্ মনা তাদি লুপা লৈখাম্ মান্ব, লৈরাং মপাল্ তাদি সমু খুৎদোল্ মান্ব লৈ, চইরই ফিরোল্ নুংদ য়াতা লৈনে। বাইরং মদাইমদ মান্লং চয়রোয়নন, লৈরাং মনম্ চাওরে। অদুসুঙ্ মদোম্দে। (৮১)

[৭৮] লম্লেল্ মদাইম নোংয়ায় লম্মথৈ, মাক্প কোল্হয় চিঙ্দ পান্ব লৈ, নোংয়ায় মাক্প লাইরবগ মমোম্ খয়োয়রোল্ লাইতোংখু সাফবীগ মাক্প কোল্হয় নোংদ নোংয়ায় মাক্প লাইরবন ইমোম্ খায়োয়রোল্ লাইতোংখু সাফবীবো করম্ চুন থীবনো চোইনৌ খন্রোন্ন সনা চাংচিংনসে। সাইব ফিয়ান্ন, তিংখং খোঙচঙ্নসে পাওমেল্ববু খায়োয়রোন্ লাইতোংখুন পাওখুম্খিয়ে। ইপল্বো অয়দি নমোম্তাআনে। নাক্লু নঙ্ন ফিয়ান্বিবনে। নোংথৌ সোরালেল্

---

*মফম্, অরাম্ খৌরাং কোক্লব মফম্দুগী ঈচুম্তবু ঙাইজব, ঈচুম্ তাফম্ অদুগী নাতৈনন পাম্ব লৈ, মনাগী মওংদি সরোং মাম্ন য়াংপ, মপাল্ন সনাগী লৈতেং মাম্ব লৈ, নুমিৎ অপাম্বন কারক্লবদ লোক্পু মথৌ শঙ্ মগুণ্ হেনগৎহম্ব, বাগী বাতোল্ লোম্ উতোল্ লোম্গে তৌরক্পদ সীঙেল্ মতোম্ত মপূং ফানা শাৎকায়জরক্প লৈনি। নোংপোক্ (মমাঙ্) থংবদ ঙাম্লিব (শাৎলিব) ময়াই লৈব লৈহী চেম্ব লৈন লৈরাং ময়াই কারক্লে (মপূং ফান শাৎলক্লে)। অদুসু লোইদ্রি। (৮০)*

*[৭৭] নোংপোক্ থংবগী মতাই অমদ শাৎপ লৈনি। খুদুং ইম্নব (মতৌ তম্নব) খাদ চাক্তাব কবো মচা লৈথিবন খঙ্লক্প লৈনি। উপাল্ অবাংব ফজন মপূং মরৈ ফারবদ পাম্ব লৈ, সীঙেল্গী মনাদি লুপাগী লৈখাম্ মাম্ব, লৈরাংগী মপাল্ন খুৎ মতোল্ মাম্ব লৈ, চরৈ ফীগী মনুংদ থম্ব লৈনি। নোংপোক্ থংবদ নুংশিৎক লোয়নন লৈরাংগী লৈনম্ শন্দোক্লে। অদুনসু মরোইদে। (৮১)*

*[৭৮] লম্দম্ অম ওইন খুমল্গী লম্খৈদ, মাক্প চীঙ্গী হৈকোল্দ পাম্ব লৈ, খুমল্গী মাক্প লাইরবগ মচা নুপী খুমন্ নিঙোল্ লাইতোংখু ফজবীগ মাক্পগী হৈকোল্ নুংদ নোংম খুমল্ মাক্প লাইরবন ইচা ইবেম্ম খয়োয়রোল্ লাইতোংখু সাফবী করম্ম ওইথোক্তব থবক্লো সনাগী খন্ ওন্বদু চাং ওন্মিম্নসি। ফি পাল্লিব তিংখং, তিংখং অসিবু শৎমিম্নসি (ফিদিম্নসি) হায়জববু, খয়োয়রোন (খুমন নিঙোল) লাইতোং খুন খুম্নক্খিয়ে। ইপল্ ইবুংঙো ঐদি নচানে। নঙ্ন পোক্পিবনে। লাইরৈবাক্কী নিংথৌ সোরারেল্ পাখং*

পাখং য়োয়রেল্বন কাউবীরোই কোরও থারুক্ন বাংবল্ খাথনবন তেল্বায়ববু সোংকিয়ে। নোংকোন্ সার মইবু সোংকাঙয়ে। পান্ব চিনকোয় চল্ কৈরেল্ খুৎন ফংবন হান্গনে হায়ন খুৎন ইল্, থেক্ন কোইন বাকন্ববু বাকন্ ঙম্‌দখিয়ে। মতু মুৎনও ঙাংলও সান কাউবীদে, মরাঙ্ চিঙ্খাঙ্ চাওপোক্ সান নিবীদে। পান্ব মাঙ্থান, কৈরেল্ তুংইল্নরক্লে। নোংয়াই মপা চান খাম্বীগবরা খাম্বীদে, খুমল্ মদুঙইন কোন্বিগবরা কোনবীদে। পা নোংয়াই থংব চা, নিংঙোল্ তেল্‌হৈবন লিরি থমোই তিং লকা তেল্‌মৈ লাক্ন পান্ব মতুং ইন্ন খাঙ্বিখিয়ে। কৈরেল্ মমৈ থৎন কোন্বিখিয়ে। মাক্প লাইরবন নোংয়ায় মপাচা খুমল্ ময়েল্লবু সেল্কোইব বাগিবু য়াওবা পুজরোন্, চক্মোম্ লাংজ নুংদ চঙ্ন ঙাঃ খোংচোম্ মায়থানন কোরও নোংজারেল্ কাওরেল্ সল্লম্ ইন্ন সাল্থুপ্ঙইদ মাক্প লাইরবন সীঙ্লেল্ মানাদি তরা চাগ বোইয়ে। লৈরাং মপাল্ (তাদি) মাল্ব সম্চিল্ লুরোইথক্ত থেৎনখিয়ে। অদু নোংগিবু সল্লম্ মক্প লৈবো তৌন কৌয়ে। সলম্ মাক্প লৈ, সীঙ্লেল্ মনা তাদি পুনুং হবাই থাঙ্পাক্ মান্ব, লৈরাং মপাল্ তাদি সীনৌ মেল্তং মান্ব লৈ, সল্লম্ মক্প লৈন লৈরাং মপাল্ ফারে। অদুসুঙ্ মদোম্দে। (৮২)

[৭৯] লম্লেল্ মদাইম বায়থৌ নারোঙ্ কোল্দ বোঙ্ব লা, তুবী য়োয়নোংদ

---

*য়োয়রেল্বন (নুমিৎন) খঙ্খিগনি য়ারোই, মান অবাংবদগী য়েংথরক্পদ ফংগদব চৈনাবু কীজে। মাগী অশাওবগী মৈবু কীজেয়ে। কৈন য়াথোং লোন্ কৈগী মখুৎত তাবন হান্গনি (কৈন চাগনি) হায়ন মখুৎন ইন্থোক্চববু, কোয়ন মশাবু কপ্পনব হোৎনজববু কপ্পব ঙম্খিদ্রে। মমাঙ্ঙৈদ থোক্খিব মচিন্ মৌপ্গাগী থোক্‌হৈদব থৌদোক মুৎলৌ ঙাংলৌগী বাবু নীংশিংবীদ্রে, কম্ন হায়জবদসু য়াবীদ্রে। হৌজিক্তি মাঙ্দসু কৈন থংলে, তুংদসু কৈন ইম্নরক্লে। খুমল্গী মপা-মচা মরিমতাশিংসিন খাম্বীগদ্র হায়বসু খাম্বীদে, নোংয়াই মচিন মনাওশিংন কোন্বিগদরা কোনবীদে। মপা খুমন্ থংবগী মচা, নিংঙোল্ তেল্‌হৈবন লিরী তেঙ্গা থোং তেনমৈ নাপ্ন চিংন কাপ্নক্প তেম্ন থমোই লকা থুম্ন পাম্বদি খঙ্বিখি। কৈগী মমৈ থদংলগ কনবিখি। মাক্প লাইরবন খুমল্গী মপা-মপু, মচা-মনাওশিংবু ইকাইদব-থওইদবদগী অবা কোকথোং পুজরবনি, অচাক্প মৈদ লংশিন্দুন ইকায়ব ভাপ্পব ইমায় খুম্নগ নুমিৎ চুপ্ন সল্লম্ মতুংইম লোথলিঙৈদ মাক্প লাইরবন সীঙেল্ লৈনাবু চাক্ চাওম্ চাবিখিয়ে। লৈরাং মপাল্বু কোক্ত থেৎনখিয়ে। অদুগীদমক্পু সল্লম্দ মক্পন চিন্খিব লৈ হায়ন কৌই। সল্লম্ মাক্প লৈ, সীঙেল্গী মনাদি নুংদ পুব হবাই থাঙ্পাক্ মাম্ব, লৈরাং মপাল্ন থোৎন মোম্ব লশিং মফোল্ মাম্ব লৈ, সল্লম্গী মক্প লৈন লৈরাং মপুং ফারে। অদুনসু মরোইদে। (৮২)*

*[৭৯] অথোইব লম্দম্ অম বায়থৌগী নারোঙ্ কোল্দ হৌব লা, লাইওইব নোংদা লাইরেল্ পাখংবন খোয়দাব (পাম্জব) লা, পাং-কোল্ থম্ব লা, অমুব ঈশিং (পাংকি ঈশিং)*

নোংদা লাইরেল্ পাখংব খোয়হৌ লা, পাংয়ায় কোল্থল্ লা, ঈমু কোল্মাঙ্ লা, বায়থৌ লম্লক্ লাবু নোংয়ায় থীংবাই সারোন্বন চাম্লও লা ঙাক্য়ে। হাউখোং সীনাইখুন্ চানগবরা চাজ্জদে। পোইরুই ময়তে বাংখে খোইয়া অথৌবন লম্ কন্য়ে। অকোং সীলেঙ্আন হেক্নগবরা হেক্নদে, কম্বোং চোইখু চোইয়াম্বী মপারী ১৫-ম মমোম্ ১৫ মন চাম্লও লাকোং হেক্, থম্লা লাফা থংন লায়রা মহয় হেক্ন চানখিয়ে। খুন্চাল্ লয়রু খোইসিল্ হায়ব চনু লিল্কোয়গি খুমল্ নিংথৌ চেংয়াম্ব লিক্মল্ লাল্থবন কম্বোং চাম্লও চেন্নববু বুং বুং থাতাল্নরে খম্পুংবো থোল্নয়ে। মসা মরেং ফাল্ন চিংখংলে। সাইচিংবো কৌয়ে। লোংন কম্লে নারোঙ্ কোল্বো থোল্নয়ে। তাঙ্জ মরুতোন্বু বায়খোম্ তাওবগুম্ন তাওখংলে। নোংয়ায় তেংথান খোম্বুদি বায়বো কৌয়ে। বায়খোম্ তাওবগুম্ তাওখংলে। বায়থৌ বো তৌন কৌয়ে। কম্বোং চোইয়াম্বী মপারী চিঙ্লৈতোল্ সাফব খম্লইতোল্ চুনববু কোইন কোইন তাল্নরে। কোইচিঙ্ কোইমহৌবো থোল্নয়ে। সুপ্ন কোল্ন খন্ন ফারে, চিঙ্খম্ খম্লেন্ববো তৌন কৌয়ে। মুংন ফারে মুংলওবো থোল্নয়ে। মহী নাইতা সিঙ্তা ঙাঙ্ন কারে। ঙাংলওবো থোল্নয়ে। বায়থৌ নারোঙ্ কোন্দ বোংব লানে। কেগে মোইরাংগী নাইখু লয়ম কোম্ব চনুন মথংলেল্ সাংদোল্ লৈনৌ তাব বাক্য়য় মইরোঙ্ব তোংজেং হইনৌব তোংবন

---

*মপাল্ থন্ন লৈব লা, বায়থৌ লম্হাংগী লাবু খুমন্গী থীংবাই সারোন্বন লাবু ঙাক্এ। হাউখোং সীনাইখুন চানগবরা চানদে। মৈতে পোইরৈগী বাংখে খোইয়া অথৌবন লম্ কন্নে। অকোং সীলেঙ্ আন হেক্কবর হেক্কদে, কম্বোংগী চোইখু চোইয়াম্বীগী মচা নুপা ১৫ মচানুপী ১৫ না লাকোন্দগী লাবু হেক্, থন্না থংকুম্ লাকা থংলগ মহৈ হেক্কুন চানখিয়ে। খুঞ্জাল্গী মকোক্ ওইবী খোইসিল্ হায়বী নুপী খুমন্ নিংথৌগী মচা ওইবী চেংয়াম্ব লিক্মল্ লাম্বুবন কম্বোংদগী লা পুরগ চেন্বদ বুং বুং পুংথন তান্নরে খম্পুং থোল্লে। মসা মরেং ফন্ন চিংখংলে, সাইচিং কৌয়ে। লোংন কম্লে (ময়ায় কম্লে/খম্লে) নারোঙ্ কোল্ থোম্নৈয়ে। মাগী মকোক্ মতোম্ন থবাক্ থাবুং অতোংবগুম্ তোঙ্খংলে। খুমম্ন কৌন-হায়নবদ খোম্বু বায় কৌবে। বায় খোম্ন তাওবগুম্ তাওখংলে (তোঙ্খংলে)। বায়থৌ হায়ন কৌবে। কম্বোং চোইয়াম্বীগী মচানুপা চিঙ্লৈতোল্ সাফব খম্লৈতোল্ চুনবন কোইন তান্নরে। কোইচিঙ্ কোইমহৌ থোম্নে। সুপ্ন কোম্নগ খন্নব ফারে, চিঙ্খম্ খম্লেল্ হায়ন কৌরে। মুংন ফারে, মুংলৌ থোম্নরে। মহী মনাই অঙাঙ্ব কারে (থোক্রে) ঙাংলৌ থোমরে। বায়থৌ নারোঙ্ কোন্দ ওংব লৈনি। কেগে মোইরাংগী নাইখু লৈম কোম নিঙোল্ন মপুরোইব সাংদোল্ লৈনৌতাবগী হি মমৈ লোঙ্ব চিহৈ নাইব তোংবন খুমল্গী মংখু লৌঙাক্পী, কেগেগী য়োংতান্বীবু ফাগে হায়ন লাল্ কারক্পদ খুমল্ নিংথৌ খোংলৈমগী মচা, ঈকোপ লাল্থবন কেগেগী লাম্মী ময়াম্ ফারে। মবুংঙো সাংদোল্ লৈনৌবন শিরবদ নাইখু কোম্ চনুন মপুরোইবগী নীংথম্ শম্জিন্, কুম্জিং*

খুমল্ মংখু লওহাক্পী, কেগে কেল্য়োং হোইবীবু ফাগে হায়ন হুয়েল্ নাল্ কারক্পবু খুমল্ নিংথৌ খোংলয়ম মচা, ঈকোপ্ লাল্থবন কেগে লাল্য়াম্ ফারে। মথংলেল্ সাংদোল্ লৈনৌবন নোংমল্ তাববু করম্ মান্বনো হায়ন মতু নাইখু কোম্ব কোল্, কেগে ঙাংখাচা মোইরাং পোল্বী সোয়, হুইবতাক্ নাওরুম্ কোল্দ চাম্লও লারিংখিয়ে। অদু নোংগিবু নাইখু কোম্ব চনু মরা রিংবো তৌন কৌয়ে। নোংদা লাইরেল্ পাখংবে খোইহৌলা, পাংয়ায় কোল্থল্ লা, ইমু কোল্সাঙ্ লান বায়থৌ নারোঙ্ কোল্দ থম্লা মপাল্ ফারে। নাইখু কোম্ব কোল্দ কুম্চিং লোল্নিঙ্ সারে। ঙাংলও থাম্ব লাঙাঙ্ লৈন সীঙ্লেল্ লৈরোং খাইরে। অদুসুঙ্ মদোমদে। (৮৩)

[৮০] থৌবাল্ মদাইম, মচল্ লয়ম মচিঙ্জিন্, মনিং লয়ম মোইব তাক্বো কৌবদি কদৌনোংগিনো, ময়তেংঙু নাওকন্ চনু, বাংঙম্লোল্ খোংঙাই থোংবু মরাল্ নুহোঙ্ খোঙ্দোংঙইদ মদাইরেম্ খাব লাংথংচা অসৈ ফম্লেল্গি খোল্বায় নোংজেল্ বাক্ বোইনু খোঙ্কন্ বাক্ন সমু মাঙ্দ চং, খোইবু খুল্ঙম্ পুঙ্, সম্য়োক্ ফান পুঙ্বু লেংলোই য়াল্ন পান্ব কৈয়েক্লা ফান চয়বু, পুঙ্চয় ফৈন হাইন তোয়রাংব চিঙ্দ, মদাইরেম্ হুইতু কোম্লাং বাক্ন সমুতুংদ ইম্ন মরিং খুল্ঙম্ নাসেল্বু ফান পুঙ্বু লেংলোয় য়াল্ন থিঙ্লও কোংহাল্ব ফান চয়বু পুঙ্চই ফৈন হাইন তোয়বাংবদ, লোইবী চিঙ্জরোই চনু হাইনু মরইমবীন তম্বা ইনিঙ্ লয়ম বা কৌঙম্য়ে। বাংঙম্লোন্ খোংঙাই থোংন বাবোইখিয়ে। লোইবী অসোয়বী হেম্ব

---

*লোল্নিঙ্ ফীজোল্বু কয়াদ মান্গ্রবনো হায়ন মতু নাইখু কোম্ব কোঞ্জখি। কেগে ঙাংখগী মচা মোইরাংগী পোম্বী সোয়, হুইতোক্ নারুমকোন্দ লফু লাপান্ থাখিয়ে। অদুদগী নাইখু কোম্ব চনুগী লাকোন্ হায়ন কৌখি। নোংদা লাইরেল্ পাখংবগী নুংওল্ লা, পাংয়ায় থম্বলা, ঈপাক্ ঈপাল্ মংহম্ব লান বায়থৌ নারোঙ্ কোন্দ লফু থরো মপুং ফারে। নাইখু কোম্বগী কোন্দ নৌন মথোন্ কারে। ঙাঙ্গানব থম্বাল্ মাম্ব লৈন সীঙেল্ লৈশক্ খাইরে। অদুনসু লোইদ্রি। (৮৩)*

*[৮০] থৌবাল্গী মচি অমদ, মচল্ লৈম চীঙ্জিন্দ, মনম্ম লৈম মোইব তাক্বো কৌবদি করিদগীনো? মৈতৈ নিংথৌ নাওকন্গী মচা ইবেম্ম, বাঙম্লোল্ খোংঙাই থোংবু লুহোং খোঙদোংঙৈদ মনাই নুপা খাব সলাইগী লাইথংচা ঈশৈ শক্প লোয়শঙ্গী শৈশক্পশিংন মাঙ্দ্ চং, খোইবু ঙম্ব পুঙ্, সম্সোক্ ফানব পুঙ্বু লেংদ য়াম্নগ, কৈ ফানব চৈন পুঙ্গী চৈ ওইদুন হাইদুন ফুদুন য়ৈরগ মাঙ্থান লম্জিংব চীঙ্দ, মনাই হুইতু কোম্লাং শৈশক্পন তুংদ ইম্নরগ মরিং খুন্ঙম্বদ নাসেল্বু ফাখিব পুঙ্, পুঙ্দুবু লেংদ য়াম্নগ শা ফাবদ শিজিন্নব চৈবু পুঙ্গী চৈ ওইন যৈন্ন হাইন য়ৈদুন চংপদ, চীঙ্গী নুপী হাইনু লৈমন ইনম্ম তম্মা ইবেম্ম হায়ন কৌজরক্ই। মচা ইবেম্ম খোংঙাই থোংন বারৌখিয়ে। চীঙ্গী নুপী অশোয়বী অমাঙ্বী নঙ্নসু ঐবু করিগী ইনম্ম লৈম কৌরিবনো*

অমাঙ্বী নঙ্নবু অয়বু করিগি ইনিং লয়ম কৌরবনো হায়ন নোংথী মায়রই চল্, তিল্লাং হাইসিংনন সোইমোইক্লময়ে। অদুনোংগিবু মচন্ লয়ম মচিঙ্জিন্ মনিঙ্ লয়ম মোইব তাক্বো তৌন কৌয়ে। লংমাই সীঙ্লী য়াঙ্দ লাল্তা রম্ নোংয়ায় থোংকন্ য়াঙ্দি পুক্তয়েপ্, তরেৎ খুত্ত সূন লিক্চেল্ লম্, খঙ্বুৎ পাৎলেল্ কোন্দ পান্ব লৈন। কেগে মোইরাং নিংথৌ সোংলেল্ লাল্হাবন খুনুং মেল্নোঙ্ব তরেৎ সেল্জা পু ৱাংলেল্ সাসম্ববু, খুনুং হাওরোল্ থোক্প সেলবু তরেৎ সেল্ফাং য়য়ন নোংয়ায় লাল্ লুম্ঙইদ খঙ্লক্প লৈনে। পোইরৈ ময়তৈ তেংথান, পাৎয়ায় কোন্দোল্ লৈবো কৌয়ে। ময়িম্ কেগে মোইরাংন খম্পুৎ নাওসা লৈবো তৌন কৌয়ে। খুম্পুৎ নাওসা লৈবু কেগে সোংলেল্ লাল্হাবন ইদাইরেম্ কেগে থাংগচাম্ব ৱো লোক্তাক্ ঙাতাল্ থৌব, লেম্লই পান্দম্ সোয়দববো সীঙ্লেল্ অসিবু লৈপুল্সা, লৈরাং খয়োম্ সেম্মো, তাম্লোয় অয়গি লম্লেল্তোল্ অপাম্বী, চাওব নোঙ্নম্ব, মমোম্লোল্, মপল্ লেংন তিম্ব মতু য়াম্ল ফাংবন য়োইনবগি য়োইব লয়মা কৌয়ে। খোয়নৌ মতা লেংন তিন্ব লক্তগি চিঙ্হাও সনা লৈগুম্ন মতোম্ নৌন ফবী, য়োয়ব লয়মা য়োয়নৌরোল্ নৌন ফবী, উরা মতৈঙাই, ঙান্খম্ মনাও ঙাইবু খঙ্নদবী লাইচিঙ্ মকু ঙাইবু ঙাক্নবী, সুমায় নুংনাংদ, কংলই য়াথোক্তবী, সঙ্লেল্ অতেংবীদ থৌনিঙ্ ফবীদ লম্বোক্লগে হায়ন খম্বুৎ নাওসা লৈবু ৱাক্য়য় তেংমায়

---

*হায়ন অশাওবগী শক্ফম্ লৌ, মতিল্ শিংতুন চৈরম্মে। অদু নুমিত্তগী মচল্ লৈমগী চীঙ্জিন্ — মনম্ম লৈমন অশাওব ফোঙ্দোক্লম্ব মফম্ হায়ন কৌবে। নোংমাইজিং চীঙ্দগী সীঙ্লিগুম্ শম্নন শম্পোরক্প চীঙ্য়াঙ্ পরেং লাম্পাবদ খুমন্গী থোংগন্ য়াঙ্দি লিক্ পরেং মপুক্ত য়েপ্লগ, মখুত্তন সেন্বুং য়ৈরগ চেন্খিব লম্, খঙ্বুৎ পাংকোম্দ পাম্ব লৈন। কেগে মোইরাং নিংথৌ সোংলেল্ লাল্থাবন খুন্গী সেন্বুং মরক্তগী মখোল্ ফজব খম্লগ পু পূঙ্ সাজম্নববুসু পু, হাওখুল্ন মরোল্ খঙ্নব সেন্গী সেন্বুং য়ৈদুন খুমন্দ লাল্ চংঙৈদ খঙ্লক্প লৈনি। মদুবু পোইরৈ মৈতৈন হায়ন কৌনবদি পাৎয়ায়দ শাংপ কোম্পোল্ লৈ কৌনৈ। কেগে মোইরাংনদি খম্বুৎ নাওসা লৈ হায়ন কৌই। খম্বুৎ নাওসা লৈবু মোইরাংগী সোংলেল্ লাল্হাবন ইনাই কেগে থাঙ্গ চাম্ব বো, লোক্তাক্ত ঙা ফাব হৈব, ঙাগী মপা সোয়দববো সীঙেল্ অসিবু লৈপুল্ সেম্, লৈরাং খয়োম্ সেম্মো, ঐগী নুপী অতোন্বী অপাম্বী, অহল্ ওইরব চাওবগী মচানুপী, মপা মপু হাক্তক্তগী মবুং মৌপ্মা য়াম্বগী য়োয়ব লৈম কৌবে। চাম্নবী মতাশিংগী মরক্তগী চিঙ্গী সনা লৈগুম্ (নিংথৌ মচাগুম্) মতোম্ত কেজ্জ-নৌজ্জ চাওজরক্পী, মচা ইবেম্ম মথোন্ কারক্পগী নৌন-ফজবী, মৈতৈ অমদি মোইরাংগী ঙাইনি খায়দবী, মপা-মপু লাইদ চিংবশিংন হায়ব ইনবী, লৈকাই কোয়দবী, মপান্ থোক্তবী, অথোইব য়ুম্দ চেক্সিম্ন লৈজগে হায়ন খম্বুৎ নাওসা লৈবু হিরুবাক্ত লৈ ময়োম্ সেম্লগ লান য়োম্দুন মচা ইবেম্ম লৈম য়োয়নৌরোল্ নৌন ফজবীদ পীজখিয়ে। অদুদগী কেগেগী সোংলেল্ লাল্হাবগি লৈশক্*

থক্ত লৈরাং ময়োম্ সা, সাম্লও লান য়োম্ন য়োয়ব লয়ম্ য়োয়নৌ রোল্, নৌন ফাবীদ লম্বোক্নখিয়ে। অদু নোংগিবু কেগে সোংলেল্ লাল্হাবদি মরৈ খঙ্, য়োয়ব লয়ম য়োয়নৌ রোল্ নৌন ফাবী লম্বোক্ লৈ খম্পুৎ নাওসা লৈবো তৌন কৌয়ে। খম্পুৎ নাওসা লৈ, লৈরাং মনা তাদি তরেৎ সেল্কোয় মাল্ব, সীঙ্লেল্ মপাল্ তাদি সিনৌ মেল্তং মান্ব লৈ, নোংপোক্ সনা কোন্লাং সান্গুম্ লৈরাং খোক্ন ঙম্ব লৈন খম্পুৎ পাৎলেল্ য়ায়, লাইজ ঈপাক্ থক্ত সীঙ্লেল্ মতা লাম্ন হেল্নৌলক্লে। অদুসুঙ্ মদোম্দে। (৮৪)

[৮১] হয়িঙই য়াওরও সাতোক্প, তোক্মু মইসাংবন য়াম্ব বোইন পাল্লম্ঙই, বাব চেংঙা চাবু বাংলয় য়ুসিল্ন, খুল্বী য়াংলি সা, নোংতা চিঙ্খন্ য়াঙ্বু য়াওরই য়োৎপুনন পাল্লম্ঙই। তোক্মু মইসাংবন বাব চেংঙা চাচু সারেল্ হিংসোং সাইন য়াওচা বাগিবু সোংকিখিয়ে। খুৎফাং লয়চেঙ্ ফাম্ন হোৎ, লয়মু তুংহল্নন লয়নুং থোঙ্ঙারেল্ অহল্বগি সবা কংলয় পুঙ্ফাবগি মথোঙ্ চিল্বু য়িন্তাল্ নোংদ, য়ৌসবী য়াম্ম তোম্বন লৈরি খাঙ্দ য়েৎন চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোনবু পাওথেম্ লৈ, খুল্বী পোংমহল্ন মালেম্ খুন্ফং লৈ, লৈরি খাঙ্য়েৎ লৈনে। লৈরাং মনা তাদি কাইরই য়েল্লৈ মান্ব, সীঙ্লেল্ মপাল্ তাদি হিগোক্ কুম্বাল্ নিক্প লৈন, সীঙ্লেল্ মতা লাম্ লৈরি খাঙ্য়েৎ ফারক্লে, লুকোই সল্লাই থুংলে। অদুসুঙ্ মতোম্দে (৮৫)

---

*খঙ্, মচা ইবেম্ম য়োয়নৌরোল্ নৌন ফজবীগী খুদোল্ লৈ, খম্বুৎ নাওসা লৈ হায়ন কৌই। খম্পুৎ নাওসা লৈ, লৈরাংগী মনা মওংদি অকোয়ব সেল্গী মওং মাম্ব লৈ, সীঙেল্গী মপাল্দি লশিং মপাল্ মাম্ব লৈন নোংপোক্ত নুমিৎন সনা মচু মাম্ন থোক্পগুম্ লৈরাং মথোক্ল ঙম্ব, খম্পুৎ পাৎয়ায়দ, ঈশিং ঈপাক্ থক্ত সীঙেল্ মকা লাম্ন ফজরক্লে। অদুনুসু লোইদরি। (৮৪)*

*[৮১] মমাঙ্ঙৈদ সা তোক্পন, তোক্মু মৈসাংবন অহল্ ওইন লুচিংদুন পাল্লম্ব মতম্দ বাব (সবী) চেংঙাচাবু অসিল্ অরাং তৌহল্লে। য়ুম্লিং খুল্লিংব সা, নোংপোক্কী মীবু থবক্ পুহন্দুনা পাল্লিঙৈদ। তোক্মু মৈসাংবন বাব চেংঙা চাবু হিংন শায়দুন চাবদগী কিনখরে। মখুৎন লৈপাক্ লৈচ্রেং হোৎলগ, লৈপাক্পু মতুংলোম্দ হোৎতোক্লুন লৈনুংদ থোঙ্ঙারেল্গী মফম্, মাগী লৈবাক্ মরাতম্ন পাম্বগী কোনুং থোঙ্জিল্ য়ৌনব চৎগ্রে; সবীন য়ৌরবদ মচিন্ মনাওন লৈরিব অদুদগী চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্বু থেল্লগ মখ্বাংদ য়েৎনব লৈবু, অহাম্ব মীন মালেম্দ খুন্দাব ফংহন্খিব লৈ, লৈরি খ্বাঙ্য়েৎ লৈনি। লৈরাংগী মনা মওংদি য়েন্গী য়েম্রৈ মাম্ব (য়েরুম্ লৈ), সীঙেল্গী মপান্ মওংদি হিগোক্ কুম্বাল্ নিক্প লৈন, সীঙেল্ মরি চৎ-মতালাম্ লৈন খ্বাংদ য়েৎপ থুংলে। কোক্তসু কোকয়েৎ সল্লাই য়েৎপ য়ারে। অদুনসু লোইদ্রি। (৮৫)*

[৮২] লম্লেল্ ফেল্পোই রৌ, পোইরৌ লম্নুংসি, হাম্লও লম্মঙন্, বাইরং কোকি পাত্ত পান্‌ব লৈনে। কক্‌য়ায় হুমতং লৈনে। কেগে হাওরোক্ পান্‌বৈসু, বাব লাল্তম্ব, কোঙ্‌য়াঙ্ বাপা রাল্বন য়াওরও সা নাবদ সীঙ্লেল্ খয়োম্ সা লৈরাং লৈপুল্ সেম্ন মোম্নু তাল্লোই মরুম্বী খায়োয়রোল্ চিঙ্হাওনু সাফবীদ লম্বোক্‌নয়ে। লোক্‌খা নিংথৌ য়েল্বাইবদ হাওরেঙ্ লাল্তা লৈ, হুয়েল্ লাল্‌নিগিদি হাওরেঙ্ কাইব নিংথৌ হুনু মাল্লয় কাব, তাঙ্জ সমদ ফাব লৈ, হাওরেঙ্ সম্সা লৈ, কক্‌য়ায় হুম্তং লৈ, হাওব মল্তিন্ লওকুম্ন সংন ফব লৈন বায়রং কোকি পাত্ত, পোইরও লম্নুংসিদ মপাল্ ঙাঙ্ন সারে। মালং চয়রোয়নন লৈরাং মহম্ নাইরক্‌লে। অদুসুঙ্ মতোম্‌দে। (৮৬)

[৮৩] লম্লেল্ মদাইম সেম্রোই মপীথেল্ নোংবাল্ সন্‌য়াম্ব, কাউরেল্ সল্থি থেল্, কাম্মু কলা লয়মচা পাৎত পান্‌ব লৈ, কাম্মু নুপী মখুৎ থা, সেক্তা নুপী লাল্কাই লৈ, পেঙ্গি লাল্চাই লৈ, অহিং তেক্ তেক্ পুঙ্ফু লৈ, তাওজিঙ্ লোয়য়াল্ লৈ, নুরা চাম্লউ লায়োম্ লৈ, মোমনু পাকোল্ ঙইথোম্ লৈ, খুৎয়ায় হাল্চু লৈ, খুৎনিংথৌ তোম্পোক্‌প হেলমোই লৈ, নুরা খুজিন্ লৈপাল্ থোং, খম্নুং চাথোং লাম্বন য়াইফু চেপ্ন হইন চাবাল্ লৈবো কৌবদি লাইতোংখু মঙ্চুম্বী মপারী, লইয়ান্‌খু নাওসিবন খম্নুং লাংওন্‌ঙই, সবা

---

*[৮২] লম্লেল্ ফেল্পোই রৌ, পোইরৌ লম্নুংশি, হাম্লৌ লম্ঙন, বাইরং কোকি পাৎত পাম্ব লৈনি। কক্‌য়ায় হুম্দং কৌব লৈনি। কেগেগী হাওরোক্ পান্‌বৈসু, সবীগুম্ লান্তম্ব, বাগী চৈ পুবন সা তাম্ব চৎপদ সীঙেল্ লৈবু খয়োম্ শান, লৈরাং লৈপুল্ (নাচোম্) সেম্লগ মাগী নুপী লোয়নবী খুমন্ নিঙোল্ চিঙ্হাওনু সাফবীদ খুদোল্ তম্‌খিয়ে। লোক্‌খাগী নিংথৌ হাওরেঙ্ য়েল্বাইবদ লাল্তানব লৈ, লাল্‌ফম্‌দুদ হাওরেঙ্ কৌব নিংথৌ অহল্ ওইরবগী মসম্দ থেৎপ (ফাব) লৈ, হাওরেঙ্গী সম্ সাব লৈ, কক্‌য়ায় হুম্দং লৈ, হাওবন লৌকুম্বদ চিম্নব সংন ফজ্জব লৈন বায়রং কোকি পাত্ত, পোইরৌ লম্নুং সিদ মপাল্ ঙাঙন শাৎলে। নুংশিংক লোয়নন লৈরাংগী লৈনম্ শন্দোরক্লে। অদুনসু মরোইদে। (৮৬)*

*[৮৩] অথোইব লম্দম্, নোংমাইজিংগী থেল্ অমদ অঙোম্‌গী সল্‌মেয়াম্ লৈব থেন্দ, কলা লৈমগী মচা কাম্মুগী পাৎত শাৎপ লৈ, কামুগী নুপীন থাব লৈ, সেক্তাগী নুপী লান্‌গাইনহন্‌ব লৈ, পেঙ্গি (বেঙ্গী) গী লাল্ কাইনব লৈ, অহিংদ য়োং শুনবগী মতম্ তাক্‌প লৈ, মীগী মপুক্ ফানব লৈ (হে চরোংগুম্ য়াম্বদুন পাম্ব লৈ), নুপীশিংন লান য়োম্‌দুন পুব লৈ (ফীন য়োম্‌দুন), নুপীন নুপা ফানব লৈ, খুৎয়ায়দ হাম্ন চুনব লৈ, খুৎনিংথৌদ তোপ্তুন লৈতেংব লৈ, নিঙোল্‌গী খুৎন লৈবু পায়রগ লাম্লবশিংদ নুংদগী থোক্‌প চাক্‌পু চেপ্ন হৈরগ পীজ্জব লৈ (মমা ওইবীন মচা নবাশিংদ অরাম্ব কোরুব খোম্ পীথক্‌প) কৌবদি লাইতোংখু মঙ্চুম্বীগী মপারি লৈয়ান্‌খু নাওসিবন অশি লৈবাক্ য়ৌঙে,*

লপ্‌কেল্ ঙই, খম্‌লয় মীনুংকোল্, য়াওসু চিঙ্‌লাল্ নাইদ মপারী পাম্মুব খাইনব, মোম্‌নু নুংচাল্‌বী তোক্লব, তাম্লোই তুনুংসি খাইনববু খঙ্‌নদ, থংলেল্ বানুংসিবু তোক্লবসুঙ্ খঙ্‌নদববু উরম্‌মে। ঙাপা বান্‌থোংদ, নোইনু অথাক্ বাংপসুঙ্, তরা চাতংদ, য়াইফু চেপ্‌ন হইবসুঙ্ উরক্‌য়ে। চোইনৌ সনা কোন্‌লাং চাল্, মরোই য়াংলয় থেংবা কোল্‌ন, তরা চাবান্‌বদি য়াইফু চেপ্‌ন হইন তরা চাখঙ্‌ববু উরুম্‌য়ে হায়ন লাইতোংখু মঙ্চুম্বী মপারী লায়াল্ খুনৌসীবদি লয়মু য়েল্‌থী নম্ববু তুংহল্লনন খম্‌লয় মীনুং কোল্‌দগি হল্‌বায়রক্‌ঙইদ লৈয়াল্‌খু নৌসিবন পম্লেম্ ইমা লাইতোংখু মঙ্চুম্বীবো ময়ুম্ খম্‌নুংনে চাথোং লাম্ব পুঙ্‌দ নুরা খুজিন্ লৈপাল্ থোং নুঙ্‌থক্ হিবোন্ লৈন তরা চাবান-বদি ময়িম্ খম্‌নুংনে চফুবু য়াইফুবো কৌয়ে। য়াইফু চেপ্‌ন হইন তরা চাখঙ্‌য়ে হায়ন পাওমেল্‌লয়ে। অদু নোংগিবু মোম্‌নু খুজিল্ লৈপাল্ থোংবু খম্‌নুং চাথোং লাম্বন, তরা চাখঙ্ লৈবো তৌন কৌয়ে। খম্‌নুং চাবান্ লৈ, খুজিল্ লৈপাল্ থোং, মনা তাওব হুইরই মান্‌ব, মোম্‌নু খুংয়ায় হল্‌জু লৈন সেল্‌লোই মপীথেল্‌দ মপাল্ ঙাঙ্‌ন সারে। অদুসুঙ্ মতোম্‌দে।(৮৭)

---

*মতম্‌দুদ অশি লমদম্‌দদি মরি মতা থিদ, মচানুপা পাম্মুব কায়নবা, মমোম্ নুংশিজবী লৈতবগী, তাম্লোই (মতু) নুংশিবী খাইনবসু খঙ্‌নদব, মপুরোইব (মবা) নুংশিব থাদোক্লগ্রবসু খঙ্‌নদন (কৌন-হায়নবা তৌদনা) লৈব উরম্মে। ঙা থোংবদা থুম্ নম্‌দবসু, চাক্ চাদন (চরা হেন্দুনা) য়াই থোক্‌প চফু (অমৃত চফু) চেপ্ন হৈবসু উরক্‌এ। খন্দ ওম্ব সনাগী মচু মাম্ব কোল্ অরংব, থোক্‌উ হায়বদ থোক্‌প ময়াই চেম্ব কোম্লীন, চাক্ বাংপগী (চানব লৈতবগী) অবাব খঙ্‌দে। নিঙোল্‌গী খুজিল্দ পাম্ব শাংপ লৈন (লাইরেম্বী লৈপাক্ত খুন্দাবশিংন), য়াইপুঙ্‌দ তেক্ তেক্ ফু-য়রেগ, চাক্ চরা থিদোক্‌পদি য়াইফু (থোক্‌উ হায়বমখে থোক্‌প চফু) বু চেপ্‌থবদ হৈথরক্‌প চাক্ চাবদ লোইব নাইদববু উরম্মী হায়ন লাইতোংখু মঙ্চুম্বীগী মচা নুপা লায়ান্ খুনৌসিবন য়েন্‌থি মনম্ নম্ব লৈপাক্ (মোংফম্‌গী লৈপাক) হোগায়রগ অমুক্ হম্ন অশি লৈবাক্তগী হল্লকুঙৈদ, লৈয়ান্‌খুনৌসিবন মমাদ ইমা লাইতোংখু মঙ্চুম্বী। অশিবশিংগী লৈবাক্ত শিগ্রবশিংন চাক্ থোংদ্রবসু অরাম্ব কোক্লব পুঙ্‌দ নিঙোল্‌ন মখুত্ত লৈ পায়দুন (নুরা খুজিল্ লৈপাল্ থোং), নুঙ্‌থক্ত (মনুঙ্ ফাওন) হিগুম্ব লৈন (হি-য়াই ওইব লৈন) চাক্ থোংবদি ময়ুম্ অশি লৈবাক্কী চফুবু য়াইফু (কাম্‌দুহা) কৌই। য়াইফুবু চেপ্ন হৈরগ চাক্ পীজৈয়ে হায়ন পাওদম্মে। অদুদগী নিঙোল্‌গী খুজিল্ লৈপাল্ থোংবু চাক্ লাম্বন শিগদৌরব মীদ চাক্ খাঙব লৈ হায়ন কৌরে। অশি লৈপাক্কী চাক্ পীজব লৈ, খুজিল্ লৈপাল্ থোং, মনান হুইগী লৈ মাম্ব, নিঙোল্‌গী খুংয়ায়দ লৈতেংব লৈন সেল্‌লোইগী (নোংমাইজিংদ লৈব মী) মপী থেল্দ মপাল্ ঙাঙ্‌ন শাংলে। অদুসু লোইদ্রি।(৮৭)*

[৮৪] লম্লেল্ মদাইম য়িরেং কোল্সিং ৱায়, সম্লাং কোল্সিল্ ৱায়দ চান খোঙ্তিল্নন নেম্বী তুম্পউরক্ত ৱোঙ্ব লৈনে। লম্লেল্ মদাইম য়িরেং কোন্সিং ৱায়, সম্লাং কোল্সিং ৱায়বো কৌবদি কদৌ নোংগিনো। মমা তম্পাক্ লইহৌনুচা, লংমায় পায়বং লৌথিবগ খোলইম মচা মইতেংঙু কাইনৌ ইরেংবগ লাব খুমল্বু য়াংদৌ সারম্ লিরক্পদ খোইম নারোল্ নুংদ লম্রোক্নরে। পাথৌ লাব খুম্লবব্ নঙ্দি কনানো পাওহংখিয়ে। অয়দি তম্পাক্ লয়হৌনুচা লংমাই পায়বং লৌথিবনে। পাথৌনঙ্দুম্ কনানো পাওখুম্খিয়ে। পাথৌ অয়দি খোংলয়ম মচা কাইনৌ ইরেংবনে। পাথৌ কোল্লোই নমিংথোং, লাইরেল্ কোল্লোয় ইমিংথোংসুঙ্ তাক্নরে। লাব খুমল্পু য়াংদৌ সারম্ লীব মসেল্বু করম্ লম্রোক্নবনো। পাথৌবো সয়াঙ্ নতাল্সিগ লাইরেল্ কোল্লোই ইখুৎসিগ অনীম সিল্নসে হায়ন লংমাই সায়াঙ্ তাল্গ সৎ, লাইরেল্ কোল্লোই খুৎজি ফুক্ন সিলনরুম্য়ে। অদুনোংগিবু ইরেং কোল্সৎ ৱায়, সম্লা কোল্সিল্ ৱায়বো তৌন্ কৌয়ে। লম্লেল্ ইরেং কোলসৎ ৱায়দ সম্লা কোল্সিল্ ৱায়দ ৱোঙ্ব লৈ সীঙ্লেল্ মনা তাদি য়াংলই তাওব হুইরই মাল্ব, লৈরাং মপাল্ তাদি পরোঙ্ য়াথিল্ মান্ব লৈ। কোরও নুমিৎচুপ্, মাঙ্লেম্ মনা রোয়, সীঙ্লেল্ লৈরাংবসুঙ্ খুৎতাক্ ঙাইরল্ ফংদব লৈ, লাংহই কুম্থোল্ লৈন চান খোঙ্তিল্ন, নেম্বী

*[৮৪] অথোইব লম্দম্ মথং মথং শম্থরক্প ঈগী হৌরক্ফম্ ওইব মফম্, সম্নাংন ইকোয় কোয়ব মফম্দ চান্নন উম্নব-তিম্নব, নাপী তুম্বৌ মরক্ত হৌব লৈনি। অথোইব লম্দম্ য়িরেং কোনসিং ৱায়, সম্নাং কোল্সিং ৱায় কৌবদি করিদগীনো। মমা ওইবী তম্পাক্ লৈহৌনুংগি মচা, লংমায় (নোংমাইজিং চীঙ) গী পায়বং লৌথিবগা খোংলৈমগী মচা (লাইরেঙ্গম্ চনুগী মচা) মৈতে নিংথৌ কাইনৌ ইরেংবগ নুপা থৌদাং খুমনুগী লম্দ শারম্ লিরক্পদ নারক্ত ওক্লরে। লেংমাম্নব মরুপ্ (পাথৌ) সারম্ লীরক্প নঙ্দি কনানো হংখিয়ে। ঐদি তম্পাক্ লৈহৌনুংগী মচা লংমাই পায়বং লৌথিবনি। মরুপ নঙবু কনানো হায়ন পাওখুম পিরক্খিয়ে। পাথৌ (মরুপ্) ঐদি খোংলৈম (লাইরেঙ্গম্ চনু) গী মচা কাইনৌ ইরেংবনে। মরুপ্কি নমিংসু, নিংথৌ ঐগী ইমিংসু তাক্লরে। সারম্ লীবা নুপা মসেল্ লম্থাংদ করম্ম থেংনরিবনো? মরুপ্বো নঙন শিরিব তাল্গ[১] নিংথৌ ঐগী খুজিগ অনীসি শিন্নসি হায়ন লংমাইগী পাবং লৌথিবগী তাল্গ নিংথৌ ইরেংবগী খুজিগ সৎতোক্লদুন শিন্নখিয়ে। অদুদগী ইরেংবগী মকোন্ শত্তোক্খিব মফম্ সম্লা শিন্নখিব মফম্ হায়ন কৌই। লম্লেল্ ইরেং কোল্সৎৱায়দ সম্লা কোন্ শিন্নফম্দ শাংপ লৈ সীঙেল্ মনাদি তাওব হুইরৈ মান্ন, লৈরাং মপাল্দি য়াথিন পোরোং মান্ন লৈন। অয়ুক্*

[১] তাল্ — খুজীগুম্ পাম্বোম্দ শিব লৈতেং মখল অমা।

তুম্‌বৌলক্ত মপাল্‌ ঙৌন সারক্‌লে। অদুসুঙ্‌ মদোম্‌দে। (৮৮)

[৮৫] সেম্রোয় চিঙ্‌লাই মই লংমাই চিঙ্‌য়া চাও,মণ্ডল্‌ তরং বাংব চিঙ্‌, লংমাই হাল্‌ন সায়ে। অমম্‌ লয়সা রোক্‌, তেংনৌ য়োংপী হইথা চিঙ্‌, নোংখল্‌ চিঙ্‌ মতোল্‌দ বোঙ্‌ব লৈ, সেম্রোয় লউতা রৈ, লংমাই চিঙ্‌নুং চাদরৈ, মুংবী পাল্‌চঙ্‌ লৈবো কৌবদি কদৌনোংগিনো। খয়োয়রোল্‌ তাওথোং কাইব চনু, লিক্‌লা পীসিল্‌ মোম্বী নুরা লাংম তোম্বী, পন্‌থৌ মপা পোক্‌পু সৈবোন্‌বী মমাল্‌ কাঙ্‌বী লাইরুম্‌ চেংবীবু, মপল্‌ পন্‌থৌ নিংথৌ চিঙ্‌খোঙ্‌ থোঙ্‌করাইবন নিংথৌ ফান্‌তেক্‌ সোঙ্‌লাইবদ কাউজন্‌গে হায়বদি সমু খোঙ্‌বু থিল্‌ন বাকন্‌খিয়ে। চক্‌প মহারেংবে পাখং নোল্‌নী য়াচা শুক্‌লু হংম তোম্ব, পাখং সংকাই য়াংনম্‌ সোয়ব, সমু পাংসোয় নিক্‌পন কোঙ্‌য়াঙ বাতারী তারী রেঙ্‌ব মবাক্‌ খঙ্‌বু চইরই কাঙ্‌খল্‌ নুংদ চিন্‌বাল্‌ তারী খোংন খোন্‌বোন্‌বদ খয়োয়রোল্‌ তাওথোং কাইব চনুন মপল্‌ সাল্‌তাক্ত মদু সাল্‌ফোংদন চক্‌প মহারেংবদ তাংথখিয়ে। লোক্‌সুম্‌ হুম্‌মোইবী মরন্‌ উন্‌, য়াইবী লয়ম কাঙ্‌নৌ তোরা মবা বোই, মাল্লং অয়াঙ্‌বন চইরই কাঙ্‌খল্‌ হুম্‌থোক্‌লে। চক্‌প মহারেংবগি সমু পাংসোয় নিক্‌পবু মিথয়েং সান্‌খেরে। তাওথোং কাইব চনু লিক্‌লা পীসিল্‌ মোম্বীন মপল্‌ ইকাইব, মদু সেল্‌কোয় বাগিবু মোম্‌নু হেংঙাই নুংয়েং চেংন বাবোই খিয়ে। ইপল্‌ পন্থৌ নিংথৌ অতোল্‌ চিঙ্‌খোঙ্‌ থোঙ্‌করাইবন

---

*নুংথিল্দ মনান য়োম্‌দুন লৈব, লৈ থিবনসু ফংদব লৈ, কুম্‌ চুপ্প শাংপ লৈন নাপী তুম্বৌ লক্ত মপাল্‌ ঙৌন শাংলক্লে। অদনুসু লোইদরি। (৮৮)*

*[৮৫] সেম্রোয়গী চীঙ্‌সাংনোংমাইজিং চীঙ্‌জাও, অবাংব মতীক্‌ মণ্ডল্‌ লৈব চীঙ্‌, নোংমাইজিং হান্ন শেম্বী। মম্‌লিঙৈদ (নুমিৎ থোক্লিঙৈদ) সেম্ব লোক্‌, য়োংপী থাব চীঙ্‌, নোং খম্ব চীঙ্‌ মতোম্দ শাংপ লৈ, সেম্রোয়ন লৌতাবদ য়াওব লৈ, নোংমাইজিং চীঙ্‌নুংদ চাক্তাব লৈ,মহৈ-মরু পাম্ব লৈ বো কৌবদি করিদগীনো? খয়োয়রোল্‌ (সাংপম্‌ নিঙোল্‌) তাওথোং কাইবগী মচানুপী, লিক্রো পীসিল্‌ মোম্বী নিঙোল্‌ অতোম্বী,মপা মপুবু সাইওন্‌বী মকু মনেম্‌বু লাইগুম্‌ লোয়ন্‌বীবু মপা ইবুংঙো নিংথৌ চীঙ্‌খোঙ্‌ থোক্লাইবন, নিংথৌ ফান্‌তেক্‌ সোঙ্‌লাইবদ থাজগে হায়ন মখোঙ্‌ থিল্দুন কিহন্‌খি। চক্‌প পাখং মহারেংবে মখোঙ্‌ সোয়ব শুক্‌উ হং নাম্ম তেম্ব, পাংসোই নাইবন মশা সোইবদগী বাগী তৌম্রি (বাসি) খোংবন মথৌ ওইরব মহাক্ল কাংখল্‌ মনুংদ তৌম্রি খোংবদ খয়োয়রোল্‌ তাওথোং কাইবগী মচা নুপীন মপা তাহল্দ, মবুং মৌপবা খণ্ডহল্দন চক্‌প মহারেংবদ ওংখিয়ে। লোক্‌নুং গুম্ব নুংশিৎ হুম্বন মরল্‌ ওইব, য়াইবী থবাইগী মবেম্ম ওইরিব নুংশিংন, কাঙ্‌নৌ তোরাগী মপুরোইব ওইব অকম্ব নুংশিৎ য়াঙ্‌ন হুম্লক্লুন কাংখল্‌ হুম্‌দোক্‌খ্রে। চক্‌প মহারেংবদি মশা শোয়বনিন নিক্‌পদগী মমিৎ ফাওব পাঙ্‌ব গুম্‌খিদ্রে। তাওথোং কাইবগী মচানুপী লিক্রো পীসিন্‌ মোম্বীন মপাবু ইকাইজব, মবুং মৌপবাশিংগী মমাঙ্‌দ ইকায়জবদগী মথক্ত মপুক্লিং নুংশিন কপ্‌চখিয়ে। ইপা ইবুংঙো খুম্‌ল নিংথৌ থোক্লাইবন*

নিংথৌ ফাল্তেক্ সোংঙাইবদ কাউজন্গে হায়বদি অইন ব্বাকন্নয়ে। চক্প মহারেংবে অসিবু সমু পাংসোয় নিক্তব, খুক্লু হংম তোম্বদ খচিক্য়ে। ইপল্বু তাংজ ইকাইয়ে। ছইয়াই সেল্খোয়য়ে। অয়দি তাইবঙ্ নমু পোং বোইররোইয়ে। লাইরেল্ লেম্ব লওদ নোংমল্লগে, তুম্বী ঈব্বাং কোইদ নোংহাম্লগে হায়ন য়াওরও সাম কোই, তুরেল্ মিংথাংকোই তুবাল্ মকোই য়েন্বু ব্বাক্য়য় হিগ বোই, সংলও কউতাং কোন্বু খুমু নউগ বোই, পোল্বী ব্বাইরং চেক্, মক্প পানচুম্বীন তোংচেং হিনাওসা লাইজ ঈরেল্ পৃঙ্দ নোংমল্গে হায়বসুঙ্ নোংমল্ ঙম্দখিয়ে। তাওথোং কাইব চনু লিক্লা পীসিল্ মোম্বীন মপল্ ইকাইব্বা, মদু সেল্কোই ব্বাগিবু চক্প মহারেংববু নম্দ হুল্ন থেংকোইখিয়ে। সেল্লোয় চিঙ্লাংমইদ কান তরা চাতংদন নোংহাম্বীন বোইখি লৈনে। অদু নোংগিবু তাওথোং কাইব চনু লিক্লা পীসিল্ মোম্বীদি তরা চাতংদন নোংমল্বীন বোইখি লৈনে। চিঙ্নুং চাতারেবো তৌন কৌয়ে। লংমাইচা পাখংন লাংসানাবন মুংবী পলচঙ্বদ সীঙলেল্ মতোল্ থৎন,লৈরাং খয়োম্ সান লাংলক্পবু সেল্লোয় চানুরা, নুরা লাংস্নাবীন সমু খুৎন লওন চিন্নখিয়ে। অদুনোংগিবু সেন্নোয় লউতা রৈবো তৌন কৌয়ে। সেন্নোয় লউতা রৈ, চিঙ্নুং চাতা রৈ, লংমাই মুংবী পান্চঙ্লৈবু লব্বাং লংমাইব, অয়াঙ্ চম্ব, লৈখম্ ফাবন অব্বাং কোরও নোংলম্ব, তাংখুম্ ব্বায়চই খুল্ঙম্ সঙ্, হুয়েল্ লেংম তিন্ব ফান সঙ্গি, মানবী পীতাইখোম্ব, সঙ্দিঙ্ লোন্ঙৌ

---

*ফাত্তেক্ নিংথৌ সোংঙাইবদ থাজগে হায়বদদি ঐন য়াখিদে। চক্প মহারেংবদি মশা শোইদব, মখোঙ্ শোইদবনি খল্লুরে। ইপা ইপন্গী মমাঙ্দ ইকাইয়ে। লাইবক্ থিরে। ঐহাক্ তাইবঙ্ মীরক্ত তিল্লদুন কান্নদ্রে। মীওইররোই। লাইগী লৌফম্ লেম্বদ শিজরুরগে, নত্রগ তুরেল্ ঈব্বাংমদ চৎলগ শিরুগে হায়ন য়ারৌ শাগীমকোই, তুরেল্ তোর্বান্গী কোংগ্রেংন হি ওইদুন, অশংব কাও মতাং কোম্বন নৌ ওইরগ উচেক্ খমত্রাংচাক্ মিংয়েং চুম্বীন হিনাও শাদুন ঈশিং অচৌবদ শিরগে হোৎনবসু শিব ঙম্খিদ্রে। তাওথোং কাইবগী মচা ইবেম্ম লিক্রা পীসিন্ মোম্বীন মপাবু ইকাইজব, মবুং মৌপব্বাশিংবু ইকাইবদগী চক্প মহারেংববু হন্দোক্রম্লগ চংখিয়ে। নোংমাইজিংদ কারগা চরা হেন্নগ মতোম্দ শিজখিবীন ওইখিব লৈনি। অদুদগী তাওথোং কাইবগী মচা নুপী লিক্লা পীসিল্ মোম্বীন চরা হেন্নগ শিখিবদগী ওইখিব লৈ। চীঙ্নুংগী চাদরৈ হায়ন কৌই। নোংমাইজিং মচা পাখংশিংন কোইথোক্ চংথোক্পদ লম্বীদ লৈগী মতোল্ থৎলগ (লৈ হেক্রগ) লৈবু লৈয়োম্ শেন্নগ পুরক্পবু সেন্নোইগী চনুরা নিঙোল্ লম্বী চংপীন মখুৎন লৌরগ চিন্নখিয়ে। অদুগীদমক্পু সেন্নোইশিংন লৌতাবদ চিম্ব লৈ হায়ন কৌই। সেন্নোয় লৌতা লৈ, চীঙ্নুং চাদরৈ, নোংমাইজিং চীংগী অপাম্ব লৈবু লুব্বাং লংমাইব, অয়াঙ্ চম্ব, লৈখম্ ফাবন অব্বাংব নোংগী লম্বু, তাংখুল্গী ব্বায়চৈ খুন্বু ঙম্ব সঙ্, লান্য়াম্ ফানব সঙ্গী, ঙাক্*

চিন্বন কোঙ্য়াঙ্ চয়সু পাল্বোইন্নন কোরও নোংলাৎঙইদ নোংখল্ চিঙ্মতোল্গি লাংলক্প লৈনে। তিঙ্ঙি ৰাফোঙ্লক্, লাব নোংলয়ফম্দ লাইরেল, মইতেংঙু নুঙ্চি হিথাবদ কংলা পাওদম্ লৈনে। সেন্নোয় লউতা লৈ, চিঙ্নুং চাতাৱে, লংমাই মুংবী পাল্চঙ্ লৈনে। সীঙ্লেল্ মনা লেক্লক্লে। অদুসুঙ্ মতোম্দে।(৮৯)

[৮৬] সেন্নোই নাক্পাক্ম লংমাই পাইবং লৌথিব মসোয়মাঙ্, ৰাইমই লাল্থাব খম্নিঙ্ কোল্দ পাল্ব লৈনে। খিং খিং কাইনউ সম্জিলৈ। সম্জি পুন্নে তেল্য়েক্ লৈবো কৌবদি কদৌনোংগিনো। লংমাই লাংস্নাবী ১৫ মন লংমাই লাংস্নাব ১৫ মৰো ইপাম্ সেন্নোই চিঙ্লাংমই, পাইবং লৌথিব সবী লারং সোয় ঙাতেক্ ঙানৌ সোয় ইপাম ৰাইমই লাল্থাব খম্নিঙ্ কোন্দ তল্লা অঙনৃব, পামেল্ অরেম্বদ পান্ব লৈ অসিবু পামেল্ উনাম্ তাল্দগি সীঙ্লেল্লৈ হেক্পীৰো হায়ন থৌনেক্খিয়ে। মদু লংমাই লাংস্নব ১৫ মন পামেল্ উ কাববু কা-ঙম্দে। তল্লা উতোল্ লোম্ঙম্দরে। কোরও নুমিৎ মদি মদু নিংথৌ লম্মিৎ মনাও খাৰাংববু থৌনেক্খিয়ে। লম্মিৎ মনাও খাৰাংববু সুঙ্ পামেল্ উতোল্ লোম্ঙম্দন তল্লা খাঙ্ৰাই মগি হল্ৰাইরক্লে। কোরও নুমিৎ মদি মদু তাইতল্ অমে সারেক্পবু থৌনেক্খিয়ে। তাইতল্ অমে সারেক্পসুঙ্ পামেল্ থেম্চা উফেমগি

---

*শেম্নব, ফিজৌ শেংপন চৈত্ত পায়দুন নোংগী লাই খোরম্ঙৈদ নোংদোন্দগী চীঙ্দোল্ লান্ন পীনরক্প লৈনি। ৰারীদু নীরশিংলক্, থৌদোকৃতু থোক্ফম্দগী লাইরেল্ মৈতৈগী মবুংঙোন কংলাদ চিন্নব লৈনি। সেন্নোয়গী লৌতাবদ চিন্ন লৈ, চীঙ্নুং চাদৱে, নোংমাইজিংগী লম্বীদ হৌব লৈনে। সীঙেল্গী মনা লেক্থরক্রে। অদুনসু মৱোইদে।(৮৯)*

*[৮৬] সেন্নোইগী নাক্পাক্ (নাকল্) অমদ, নোংমাইজিং (লংমাই)গী পায়বং লৌথিবগী সোয় মমাঙ্দ, ৰাইমৈ লাল্থাবগী মনিঙ্ থংবদ পান্ব লৈনি। তগৎ তগৎ তেক্প শম্জি লৈ। অপুন্ন শম্জিবু মশক্ থোক্হন্ন লৈ কৌবদি করিদগীনো। নোংমাইজিংগী লৈশাবী ১৫ খরু নোংমাইজিংগী পাখং ১৫ দা হায়, ইরমুদম্ সেন্নোইগী চীঙ্সিদ, পাইবং লৌথিবগী সোয়, ঙাতেক্ ঙানৌ ফানব সোয়, ঐখোয়গী ৰাইমৈ লাল্থাবগী মনিঙ্ থংবদ হৌরিব উপাল্ অচৌব, উপাল্সিদ ফজন পাল্লি-শাথলিব লৈ অসিবু উতোল্দগী হেক্পীয়ু হায়ন নেক্চখিয়ে। লংমাইগী মবুং-মৌপ্পা পাখং ১৫ মরু উ কাগে হোৎনববু কাব-ঙমদ্রে। উতোল্ য়ৌব ঙমদরে। অদুদগী নোংমদি মবুং লম্মিৎকি মনাও খাৰাংববু নেক্খিয়ে। লম্মিৎকিমনাও খাৰাংবসু উতোল্ লোম্ন কাব ঙম্দবন উ খাংতপ্পগী হন্নক্রে। নোংমগী নুমিৎ অমদন তাইতল্গী মবুং ওইব অমে সারেক্পদসু উ কানব নেক্চখি। তাইতল্গী অমে সারেক্পসু উগী উশা অমফাও য়ৌরুরগ কুম্থরক্রে। নোংম নুমিৎ অমদন মবুং ওইব নোংপোকী মরিং তাইম য়াংবু নেক্খি। মহাক্ল উ কোন্নগ কাখরে।*

ঝোদেরক্লে।কোরও নুমিৎমদি মদু নোংপোক্ মরেম্ তাইম য়াংবু থৌনেক্খিয়ে। তল্লা পম্সিথলে, পামেল্ উতাল্খিয়ে। নোংপোক্ মরেম্ তাইময়াংন সমু খুৎন ফংন সীঙ্লেল্ লৈ হেক্লে। ইমোম্ লংমাই লাম্নাবী ১৫ মবো সীঙ্লেল্ অসিবু সমু লুদ থেৎন সীঙ্লেল্ লৈথাসে হায়বসুঙ্ লৈরাং চিন্নমন্নে হায়রগনি, সমু খাঙ্দ য়েপ্ন থারক্সে হায়বসুঙ্ সীঙ্লেল্ মচু থাউ, হুম্মাঙ লিরিক্ কারঙইনে। লৈরাং অসিবু মাল্লেম্ লয়দ ফেল্থসে হায়রবসুঙ্ সীঙ্লেল্ লৈকা কেল, লৈরাং মরোঙ্ সাম্লঙইনে। ইমোম্ নঙ্খোয়দি চয়রই ফিখাও সান ঙাইখঙ্বো হায়খিয়ে। লংমাই লাংম্নাবী ১৫ মন চইরই ফিখাও সান ঙাইখম্য়ে। পামেল্ উতোল্ থক্কি সীঙ্লেল্ লৈ থারক্লে। লংমাই লাংম্না চইরই ফিখাও সান য়াচখিয়ে। খোয়নৌ ইতাসিংবো ইপাম্ সেল্লোই তেংথান সম্বুদি খিংখিংবো কৌয়ে। সম্জিবুদি কাইনউবো কৌয়ে। খিংখিং কাইনউ সম্জি পুন্লই থক্ত থেৎনসেয়ে হায়খিয়ে। লংমাই লাংম্নাবী ১৫ মন সীঙ্লেল্ লৈরোং খাই লৈরাং লৈকা সেৎন কাইনউ সম্জি থক্ত থেৎনখিয়ে। অদুনোংগিবু খিং খিং কাইনউ সম্জি লৈবো তৌন কৌয়ে। কাইনৌ সম্জি লৈন সেল্লোই চিঙ্সাম, লংমাই নাক্পক্মদ সীঙ্লেল্ খুমু হুল, লৈরাং লৈরোং খাইরক্লে। অদুসুঙ্ মতোম্দে। (৯০)

[৮৭] সেম্লোই নাক্পাক্ম লংমাই চিঙ্সাম থেংয়া লম্নামুং, খাল্লই মচিঙ্ চীন্দ পান্ব লৈবু লৈয়ে। খ্বায় নোংচেল্পম্ পিবা য়েক্ম হাউতংলা, নমু

---

*নোংপোক্কী মরিং তাইময়াংন মখুৎন ফংব সীঙেল্ লৈ হেক্লে। ইচাশক্পী নোংমাইজিংগী লৈশাবী ১৫ মক্ লৈ অসি ইকোক্ত থেৎলগ পুথরক্কে হায়রবসু লৈমন্নি হায়গনি, ইখ্বাংদ য়েপ্লগ পুরক্কে হায়বসু লৈগী লৈশক্ লৈচু মাঙ্খিবত নঙন হুমাং মরিক্ চোৎকনি। লৈরাংসিবু লৈমায়দ থাদসি হায়বসু লৈরাং লৈকা কেন্খিগনি লৈগী মওং কায়খিগনি। ইচা ওইবী নখোয়গী ফীন ফীগাও সারগ ঙাইয়ো (ওকউ) হায়খিয়ে। লংমাইগী লৈশাবী ১৫ ন চরে ফীগাও সান ঙাইজখিয়ে। উপাল্ মথক্তগী সীঙেল্ লৈরাং থাদরক্লে। লংমাইগী লৈশাবীশিংন চরে ফিগাও সান য়াজখিয়ে। চাম্নবী ইতাসিংও ইপাম্ সেম্লোইন হায়নব সমবু খিং খিং ও কৌই। সম্জিবুদি কাইনৌ ও কৌই। খিং খিং কাইনৌ সম্জি শঘুল্ মথক্ত থেৎনসি হায়নখিয়ে। লংমাইগী লৈশাবী ১৫ মক্ক সীঙেল্ লৈরাং খাইনরগ লৈরাং লৈকা মচেৎ শেৎনদুন শম্জি থক্ত থেৎনখিয়ে। অদু নুমিত্তগী খিং খিং কাইনৌ সম্জিরে হায়ন কৌখি। কাইনৌ সম্জি লৈন সেম্লোই চীঙ্সা অমদ, লাং মাই (নোংমাইজিং) গী নাক্ন অমদ সীঙেল্ খুমু হুল্, লৈরাং লৈওং নাইরক্লে। অদুসু লোইদ্রি।(৯০)*

*[৮৭] সেম্লোইগী নাকন্ অমদ নোংমাইজিংগী চীঙ্সা (নাপোম্) অমদ লৈব থেংয়া কৌব লাইগী লম্দ, চীঙ্গী লুবক্ত পাম্ব লৈসু লৈরি। খ্বাই পানাগী নোংজেল্বম্*

পোংঙারা-চা অতল্বন য়োয়ময়ায় তাওদল্ব মসাবী তাওহুইরেং অহল্বু নাওবা খোইজুতেল্, কাসাল্ য়োংকাপ্ তেল্ন চয়বীঙইদ য়োয়ময়ায় তাওদল্ব মসাবী তাওহুইরেং অহল্বগি সমু মহী খকম তারুম্বন পামেল্ সইবু কারোঙ্দ তালওবন পামেল্ সয়ি লৈ, চাক্মোম্ খাম্বী মইখাঙ্ লৈবু সাল্বোন্খিয়ে। পামেল্ সয়ি লৈন সেম্রোই নাক্পাক্ম লংমাই চিঙ্সামদ পামেল্ সয়ি লৈন সীঙ্লেল্ খুমু হুল্ লৈরাং খদাং সান সীঙ্লেল্ মপাল্ ফারক্লে। অদুসু মতোম্দে। (৯১)

[৮৮] সেম্রোই মদাইম বাখা লৈতোয় পাল্ বাখা লাক্প পল্লু ঙম্ব মরম্খেদ পান্ব লৈ, লাইজ ঈরাং খম্ন বোইখি লৈ, পাৎয়ায় চুম্লাং লৈ, সীঙ্লেল্ মনা তাদি তাওব হুয়রে মান্ব, লৈরাং মপাল্ তাদি কোদোম্ লৈরিক্ মান্ব, পাৎয়ায় চুম্লাং লৈবু, সুমু পাংসুম্ মনাও অতোল্ বাহেঙ্ খোং, অমো মইতাঙ্ব নোংয়ায় থোঙ্বু অরেপ্চা তাওজিঙ্ হয়পাম্বন কক্লউ চুম্লাং পাল্বু তাওজিঙ্ হয়বু খজিক্লে। নোইনু থুমবু পুক্ত য়েপ্ন তাওজিঙ্ হয় চানগে লাক্পবু মইতেংঙু লোইনাই থবান থাবন থাঙ্লেল্ মখুৎ সুন য়ান্হৎলে। অদুনোংগিবু মইতেংঙু লোইনাই থবান থাব মরৈখঙ্বো, অতোল্ বাহেং খোং অমো মইতাংব ফান লৈবো তৌন কৌয়ে। পাৎয়ায় চুম্লাং লৈ, লাইজ ঈরাং খম্ন বোইখি লৈন সীঙ্লেল্ মরীক্ চোল্লে। লৈরাং মপাল্ ফারক্লে। অদুসুঙ্ মতোম্দে।(৯২)

---

*পিবা মপা মপুগী ঈ শেংব মচা, মীরক্তগী অথোইব মরাইবক্ ফবন নুমিৎ কুম্ লৈরিবা নিংথৌগী ময়াম্ব তাওহুইরেংবু, অঙাংগী মখোয়কক্সব তেল্, য়োং তাম্বদ কাপ্পব তেম্ন কাপঙেদ নুমিৎকুম্ মঙাল্ চাউবগী ময়াম্ব তাওহুইরেংগী মশাদগী চেম্ব্রক্প ঈন সই উপাল্গী মশা কারোংদ তাহৌবদগী (ঈদগী ওন্খিব লৈন) পামেল্ সয়ি লৈ, মৈন চাক্পদগী লেমহৌরব মৈখাক্ কুম্বন (তেম্ন পাম্বদগী অবাব মৈচাক খাঙ্বদগী) ওইখিব লৈবু। উপাল্ সয়ি লৈন সেম্রোইগী নাকন্ অম লংমাইগী চীঙ্সা অমদ সীঙেল্ ময়োল্ চোং লৈরাং খদাং সান সীঙেল্ মপুং ফারক্লে। অদুনসু লোইখ্রি। (৯১)*

*[৮৮] সেম্রোইগী মতাই অম বাখদ লৈব বাখ লাক্প পল্ ঙাক্পগী মরম্দম্ ঙম্খেদ পাম্ব লৈ, ঈশিং ঈনাংন ওইখিব লৈ, পাৎয়ায়দ শাৎপ চুম্লাং লৈ, সীঙেল্ মাগী মনাদি তাওব হুইগী মরৈ মাম্ব, লৈরাংগী মপাল্দি কোদোম্গী লৈরিক মাম্ব, পাৎয়ায়গী চুম্লাং লৈবু, সুমু পাংসুম্গী মনাও অতোল্ বাহেঙ্ খোং অমো উথিব খুমন্গী থোঙ্বু অরেপ্চান হৈ চানিং বদগী চুম্লাং মপাল্বু হৈনি খম্ন চিক্লুরে। থুম্সু মবুক্ত য়েপ্লগ হৈ চারুগে লাক্পবু মৈতৈ নিংথৌ থবাল্ থাবন্ মাগী থাঙ্ন য়াম্দুন হাৎলে। অদুদগী মৈতৈ নিংথৌ লৈপাক্কী মনাই থবান্ থাবগী মতীক্ খঙ্, অতোল্ বাহেংখোং অমো মৈতাংব ফানব লৈ হায়ন কৌই। পাৎয়ায় চুম্লাং লৈ, ঈশিং ঈনাংন ওইখিব লৈন সীঙেল্ মরিক্ চুমলে। লৈরাং মপান্ ফারক্লে। অদুনসু মরোইদে। (৯২)*

[৮৯] লম্লেল্ মদাইম মরাং থাংবী চাদি লীচিঙ্ বায়, মরোয় কাক্ফে মলুন বায়, খাঙ্লা উরোং চেপ্থেৎ লউবু নাতাইন, নোংবান্লোল্ খোংহই লাওহই তাবী থোঙ্লোল্ য়ায়, তিংবী বাইকৌ পাৎপু নতইন, মুংবী লম্থোল্ পাল্বু ঙম্লোল্ নাতইনন, তাখোক্ সোয়থিরাল্, কোংব লুহেং পাৎপু নাতইন, সাবল্ মাল্ব থক্ত পাল্ব লৈবু লৈয়ে। সীঙ্লেল্ মনা তাদি চাংজউ খুৎফাং মাল্ব, লৈরাং মপাল্ তাদি সীনৌ মেল্তং মান্ব লৈবু নোংবাল্ অচোং ইম্লেল্বম্ চানু লয়ম লোইচারেম্বী, চেংলও সকুন হেন্বী, পুনুং লিলুন ঙাল্বী, সম্লাং নাক্তই পাংমন নাকা মাঙ্সোক্ য়িম্কম্ কাউরেল্ সল্ বাল্নগে তৌগুম্বী, মোম্নু তাঙ্জ মসম্জিবু লোইবী কাক্ তোংগুম্বী, লয়ম লোইচা রেম্বীন মপল্ সেম্রোই খুনেৎ কুম্লক্পদ মান্জ মবা বোই, নিংথৌ পোংনাও তাববু মপল্ সাল্তাক্ত মদু সাল্ফোংদ, হয়রাঙ্ লোন্চৎন, তাওজিঙ্ লোন্হায়ন, লৈরাং ইম্জঙ্নব বাগিবু মাল্জ মবা বোইগিদমক্পু সাবল্ লৈরাংব নাওদু বাহেক্পদ নোংয়ায় সল্বল্ খুব, খুমল্ সাল্বল্ হল্বন কাইন হুনখিরে। অদু নোংগিবু লয়ম লোইচা রেম্বী লাল্নং লৈ, সাবল্ নাওতু লৈ, নিংথৌ পোংনাওতাব লান্সিঙ্ লৈবো তৌন কৌয়ে। সাবন্ নাওতু লৈন মনুব মনম্ সীন, চেংলও মিৎথোঙ্ লোল্লক্লে। অদুসুঙ্ মতোম্দে। (৯৩)

---

*[৮৯] অথোইব লম্দম্ অমদ মরাং থাংবীগী মচাবু থৌরীথাংলগ চিংখিব, মনাইন কাক্ফে লৌথোক্খিব মফম্, খাঙ্গরা হৌব মফম্গী মতাইদ, অঙোম্ য়েক্কি নিঙোল্ খোংহৈ লাওহৈ তাবীগী লম্য়ায় অতিংব, বাইকৌ পাৎকি লম্বী নাকল্দ, থংননলৈরিব অতোংবদগী অকুৎপ ঈশিং লৈব লম তাখোক্কী সোয়ফম্, কোংবগী লাইথুং কোক্প পাৎপু নাতৈনন, সাবল্ অতোংবদ শাৎপ লৈসু লৈয়ে। সীঙেল্গীলৈনাদি খুবাক্ মাম্ব, লৈরাংগী মপালুন লশিং মোইথাপ্ মাম্ব লৈবু য়ুমলেম্বম্ নিঙোল্ লৈম লোইচা রেম্বী সক্হেম্বী, লৌশিং চাওবী, নিঙোল্গী সাইনোন্ নাম্মনা য়ুমজাও মাঙ্গোল্গী মাঙ্সোক্[১] সাইজিন্ মতাওম্ সল্ খোম্বী, শম্লাং শাইনোন্ নাম্মনা ফাইরেন্ থাগী ঈচেল্ গুম্বী, অচাম্ব মনাই থিগে মওংনি, নিঙোল্গী লুতুং শম্জিদি লম্গী কাক্ তোংগুম্বী, লৈম লোইচা রেম্বীন মপাগী সেম্রোই চীংদগী কুম্লক্পদ মপুরোইব ওইগে খঙ্গব, নিংথৌ পোংনাও তাববু মপাদ তাক্তনা মবুং-মৌপবাদসু খঙ্হন্দন অরোম্ব মরি লৈন, হৈরাঙ্ লোঙ্গানববু, লৈরাং য়ুম্জংনবগীদমক্, লম্বী লম্হাংদ নুপাগ তিম্রৈ হায়দুন খুমল্গী সল্বল্ খুব, সল্বল্ হম্বন তম্থিন হাৎখিয়ে। অদুগীদমক্ লৈম লোইচা রেম্বীগী লাল্নং লৈ, সাবল্দ অঙাঙ্ ওম্ব লৈ, নিংথৌ পোংনাও তাবন লালসিংনখিব লৈও হায়ন কৌই। সাবল্ নাওতু লৈন মাগী নুংশিব মনম্গ লোয়নন, মিৎফম্ হোংব য়াদন শুম্হৎলে। অদুনসু লোইদ্রি। (৯৩)*

---

[১] মাঙ্সোক্ — মাঙ্গোল্গী অরাংথংব শরুক্।

[৯০] সেম্লোই ফাখঙ্ থেল্,পান্ব হাথরোক্, কৈরেন্ নাওসোঙ্ চিঙ্, লংমাই অয়াঙ্ খম্ব মচিঙ্ সাংদ পান্ব লৈনে। সীঙ্লেল্ মনা তাদি তেক্পী রোক্পে মাল্ব, লৈরাং মপাল্ তাদি থরাক্ মেল্তং মান্ব লৈবু খোইমোম্ লায়য়িংথৌ কাইনউ চিঙ্সোম্ব চুবা লৈনুংসি, খাবী লেংনাও মোম্বীদি থারাক্ লৈবো কৌবদি কতৌ নোংগিনো। তম্ফা বাংঙম্লোল্ পাম্হোইবীন খাব সোক্সোল্ব মপারী তরম্ খোইনু চাবু হুল্লাল্ঙইদ মমাল্ মচা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চিঙ্সোম্ব, তাংখুল্ মোল্থউ ঙম্ব, হয়েল্ সামন্থই ফাবগ, সেম্লোই মচিঙ্ লেল্বু কামনরক্পদ ফান হুইন কাখিয়ে। অদু নোংকিবু নোংপোক্ ফাখঙ্ থেল্রো তৌন কৌয়ে।

সেম্লোই চিঙ্খোঙ্ লাক্প, কাইনউ চিঙ্সোম্বন, সানৌ খাবী লেংনাও মোম্বী, ইপিংঙান চিঙ্লেল্ পালং লাবু তাল্লক্প অসিবু হাওরা সোল্খই নিক্, সবা লাংচয় চোক্লে অবা পোংথাখিসে। পান্ব হাথরোক্, কৈরেল্ নাওসোঙ্ লোক্ত পান্ব লৈ, থারাক্ মেল্তং মাল্ব লৈবু সমু খুৎন সুন, চুবা ঙইথিং নল্ন তম্ফা বাংঙম্লোল্ন মতোম্ থেংনরবদ সেম্লোই চিঙ্সোম্ব চুবা লৈনুংসি খাবী লেংনাও মোম্বী থারাক্ লৈবো তৌন কৌয়ে। সেম্লোই থারাক্ লৈন, লংমাই অয়াঙ্ চাম্ব মচিঙ্সাংদ সীঙ্লেল্ মপাল্ ফারক্লে। থারাক্ মেল্তং মাম্লে। অদুসুঙ্ মতোম্দে। (৯৪)

---

*[৯০] সেম্লোইগী ফাখঙ্ থেল্ মফম্, কৈ পোক্প লোক্, কৈ মচা কোন্ফম অশোংব চীঙ্, নোংমাইজিংগী অয়াঙ্ খম্বগী চীঙ্মাংদ পাম্ব লৈনি। সীঙেল্ লৈনাদি ওক্সী মনা মাম্ব, লৈরাংগী মপাল্ন মোইথাপ্কি থরাক্ মাম্ব লৈবু লাই ওইব নিংথৌ কাইনৌ চিঙ্সোম্বগী নাদ (চুবাদ) থেংনবলৈ। পাম্হোইবীগী থরাক্ লৈ কৌবদি করিদগীনো? নিংথৌগী মচা ইবেম্ম পাম্হোইবীন খাব সোক্লেল্বগী মচা ইবুংঙো তরম্ খোইনুচাবু খাইনঙৈদ মবুংঙো লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চিঙ্সোম্ব, তাংখুল্ মোম্হৌ ঙম্ব, লান্দ সমহৈ ফাবগ, সেম্লোইগী নোংমাইজিংদ কামিম্নরক্পদ মঙম্ শান্দন হৈঙম্দন কাখিয়ে। অদুদগী নোংপোক্ ফাখঙ্ থেল্ হায়ন কৌই।*

*সেম্লোই চীঙ্খোঙ্ লাক্প কাইনৌ চিঙ্সোম্বন হায়খি, সানৌ ইবেম্ম খাবী লেংনাও মোম্বী (পাম্হোইবী), ইবাম্মিন চিঙ্দোন্ অবাংব কারকপ অসিদ বারে, হক্চাং চোক্থরে পোখাখিসি। হায়দুন কৈগী মচা কোক্ফম্, কৈগী মচা কোনফম্ অসোংব লোক্ত সাংপ লৈ, মোইথাপ্কুম্ মোম্ব থরাক্ মাম্ব লৈবু মখুৎন পায়রগ, চুবান ঙারদুনা তম্মা বাংঙম্লোল্ন মদোম্ থেংচরগ নোংমাইজিং কারকপদদি য়াঙুন কাখিয়ে। অদুগীদমক্পু কাইনৌ চিঙ্সোম্ব চুবা লৈনুংসি খাবী লেংনাও মোম্বী থরাক্ লৈও হায়ন কৌখি। সেম্লোইগী থরাক্ লৈন, নোংমাইজিংগী অয়াঙ্ চাম্বগী চিঙ্সাংদ সীঙেল্ মপুঙ্ ফারক্লে। মোইথাপ্কি খুদাপ্ (থরাক্ মেত্তং) মাম্লে। অদুনসু মরোইদে। (৯৪)*

[৯১] লম্লেল্ সেম্লোই লউথোং খোং, থোং খোঙ্ চিঙ্লাং মই, নিংথৌ ময়াং লয়কোয় চিঙ্, তোংচিঙ্ সরুপই, লম্লেল্ লৈনারেক্, থোংখোঙ্ চিঙ্লাংমইদ পান্‌ব লৈবু লৈয়ে। পাখং সম্লাই লুকোয় লৈ, নুরা লেংখাঙ্ সানম্ লৈরো কৌবদি কদৌনোংগিনো। মইতেংঙু পোইরই খুন্‌খোম্বগ মসানৌ চান্দ পোঙ্লেল্ খোম্বীগ লম্লেল্ লউথোং খোং, থোংখোঙ্ চিঙ্লাং মইদ পামেল্ উ বোক্‌লবদ সুমুত্রই উকাব, চিংয়ায়খু য়োংনাও লৈরাং মসুঙ্ মাল্‌বন পামেল্ উতোল্ থক্কি সীঙ্লেল্ লিরিক্ চোন্‌বু সমু খূৎন ফংন লৈ হেক্‌খিয়ে। য়াংলউ লম্তুপ্‌মদ সীঙ্লেল্ খয়োম্ সা, লৈরাং তোংতম্ পুল্‌ন লাইরেল্ মইতেংঙুদ সীঙ্লেল্ লৈরাংঙম্‌য়ে। মইতেংঙু পোইরৈ খুন্‌খোম্বন মসানৌ থংদা খয়োয়রোন্ চান্দ পোঙ্লেল্ খোম্বীগি সঙ্তিং মরেংখাঙ্দ, লুক্‌কোই সম্লাই থুংন নম্বীখিয়ে। পোইরই মীমাঙ্ তাক্‌ন হেন্নরক্‌য়ে। অদুনোংগিবু য়োয়বু লেংখাঙ্ সনম্ লৈ, য়োয়বু লেংখাঙ্ সনম্ লৈন লম্লেল্ থোংখোঙ্ চিঙ্লাংমইদ সীঙ্লেল্ লম্হাইনাই লৈরাং মরিক্ চোন্‌লক্‌লে। অদুসুঙ্ মতোম্‌তে। (৯৫)

[৯২] কৌব লোক্‌লৈ খম্, পান্‌ব হাথ খম্, কৈরেল্ নাওসোঙ্ খাম্ সীঙ্লেল্ খম্‌মোইব, লৈরাং খাম্‌তিংব মইতেংঙু সেল্‌বী মুংয়াম্ব, হোংতুং খুল্‌ঙম্ লৈ, হুয়েল্ পাংলাইব ফান লৈ, মইতেংঙু সেল্‌বী খাগেম্ব মুনু খুল্‌ঙম্

---

*[৯১] সেম্লোই লমদম্‌গী লৌথোং, চীঙ্মৈন থোংখোঙ্ মাম্ব, নিংথৌন ময়াং চৎনব চীঙ্, সরুগুম মরু কোক্‌প চীঙ্‌ন তোংন লৈব, লেক্‌থব লৈগী মফম্, চীঙ্মৈন থোংখোঙ্ শাবদ পাম্ব (শাংপ) লৈবু লৈয়ে। পাখংগী কোক্ত সম্লাই ওইন থেংনব লৈ, নুপী ওইবীগী খ্বাংনম্ লৈও কৌবদি করিদগীনো? মৈতৈ নিংথৌ খুঞ্জাওবগ মসানৌ লৈম থাজমাম্বী পোংলেল্ খোম্বীগ লৌথোং লম্‌দম্‌দ, থোংখোঙ্ শাব চীঙ্মৈদ উ ওক্‌পদ উদ কাব য়োংন, চীংয়ায়দ উথক্তগী লৈরিক্ চেম্ব লৈবু মখূৎন ফংন হেক্‌খিয়ে। লম্বী লম্‌দাং অমদ সীঙেল্ খয়োম্ শেম্, লৈরাং নাচোম্ শেন্নগ মৈতৈ নিংথৌদ কৎলম্মে। মৈতৈ নিংথৌ খুনখোম্বন মসানৌ সাংপম্ চনু পোংলেল্ খোম্বীগী ইম্নফি কোক্‌খুম্ হাইদোক্লগ সম্লাইগী মশক্ ওইন চিন্‌বীখি। মীয়াম্ মাঙ্দ উৎপিখিয়ে। অদুদগী মনাও ইবেম্মগী নম্‌খাং ওইব লৈ, নিংথৌগী কোক্ত সম্লাই ওইন থোম্ব লৈ হায়ন কৌই। পাখংগী সম্লাই কোক্‌য়েৎ লৈ, লৈমশিংগী নম্‌খাং সনম্ লৈন থোংখোঙ্ শাব চীঙ্মৈগী লম্‌দম্‌দ সীঙেল্ লৈরাংন লম্‌ঙাম লৈরিক্ চোম্লক্লে। অদুনসু লোইদ্রি। (৯৫)*

*[৯২] কৌনরিব লোক্কীলৈ-লোক্‌নুং, সা-কৈ পোক্‌প- লৈব মফম্ অসোঙ্‌বদ অচং-অথোক্কী লৈন, লৈরাংগী মশক্ ওইব কবো-মৈতৈগী নিংথৌ মুংয়াম্ব, হোংতুং খুনবু ঙম্ব লৈ লান্দ থৌব পাংলাইববু ফানব লৈ কবো-মৈতৈগী নিংথৌ খাগেম্বন মুনু খুনবু ঙম্ব লৈ লায়েপ্ মমিং চৎপবু ফানব লৈ মৈতৈ নিংথৌ পোইরৈ খুঞ্জাওব কারাও খুনবু ঙম্ব লৈ কাইমুংবু ফানব লৈ কবো-মৈতৈগী নিংথৌ পাইখোম্বন চাদোং খুনবু ঙম্ব লৈ*

লৈ, লায়েপ্ মিংনাইব ফান লৈ, মইতেংঙু পোইরই খুঞ্জাওব কারাও খুনঙম্ লৈ, কইকামুং ফান লৈ, মইতেংঙু সেল্বী পাইখোম্ব চাতোং খুন্ঙম্ লৈ, হুয়েল্ নুঙ্তারেংব ফান লৈ, মইতেংঙু তুবী চরাইরোংব খোইয়ম্ লাইমিংনব মরই খঙ্, সমন্ খুন্ঙম্লৈ, নুমিৎ থারা ফান লৈ, কৌব লোক্লৈ খাম্ন সেম্লোই নাক্পাক্ম লংমাই চিঙ্সাম, অবাং সাচেপ্ লোল্মল্ লাং, থূম্বী লইহৌ চিঙ্ মইতেংঙু নাওফংব সীঙ্লেল্ লৈচেল্ থেল্দ, খাবী নারল্ তাবন লৈরাং মরাং কায়ন হোয়য়ান্ থেল্দ পান্ব হাথ খম্ কৈরেল্ নাওসোঙ্ খম্ন সীঙ্লেল্ মনা তাদি তেক্পী সাপই মাল্ব লৈরাং সংন ফব লৈন লৈখাম্ মনা লেক্লে। অদুসুঙ্ মতোম্দে। (৯৬)

[৯৩] লোল্লোই লম্মহল্ অবাং কাইনৌ লউচিঙ্ খৈ, চিঙ্খৈ লম্নুংসি, সদু খোল্লোই চিঙ্ তেথনৌ লুম্মাই চিঙ্, নুমিৎ অরেম্বন পাল্লি বাই, থবা অরেম্বন বোঙ্লি বায়, চিঙ্খৈ লম্নুংসিদ পান্ব লৈ, কীরি চিন্বুল্ লৈ, চিঙ্চিল্ লাংবোন্ লৈবো কৌবদি কদৌনোংগিনো। চিঙ্চিল্ লৈরিক্ চোম্নে। লৈরাং মখোক্ তাদি কীরি চিল্পুল্ মাল্য়ে। অদু নোংগিবু কীরি চিল্পুল্ লৈ, চিঙ্চিল্ লাংবল্ লৈ, লাংবল্ কুম্বোল্ লৈবো তৌন কৌয়ে। কিরি চিন্পুল্ লৈ চিঙ্চিল্ পাংগল্ লৈ, লাংবল্ কুম্বোন্ লৈন অবাং কাইনউ লউচিঙ্ খৈ, চিঙ্খৈ লম্নুংসিদ

---

*লান্দ থৌব নুঙ্তারেংববু ফাব লৈ মৈতৈ নিংথৌ লাইগী সায়োল্ ওইব চরাইরোংবগী লৈশক্ খঙ্বদি (মতীক্ খঙ্বদি) সমল্ কৌব খুন্বু ঙম্ব লৈনি। নুমিত্ত কৎনব লৈ (নুমিৎকি থারানি খঙনব লৈ) লোক্কী লৈ কৌনব-খঙ্নবন সেম্লোই (হকচাংগী) নাকল্ অম (নোংমাইজিং) লংমাইগী চীঙ্সা অমদ, (অবাংবদ মসা চেপ্প লোল্নন শাংপ) অবাংব চীঙ্দোল্দ চেপ্প শাংপ মীয়াম্ তাব চীঙ্ (থুম্হি থোক্প চীঙ্) দ মৈতৈ নিংথৌ নাওফংবগী সীঙেল্ লৈহেক্খিব মফম্দ খাবী নারল্ তাবন লৈ মরাং কায়ন হেক্খিব থেন্দ অপাম্বন খম্ন হাথব, কৈরেম্ন অসোংব নারক্ত লৈদুন, সীঙেল্গী মনাদি অনোয়ব ওক্সা মাম্ব লৈরাং সংন ফজব লৈন লৈখাম্ মনাগুম্ লেক্থরক্লে। অদুনসু লোইদে। (৯৬)*

*[৯৩] চীঙ্খৈলোম্দা লৈব লোল্লোইগী অহাম্ব ময়োল্ ওইব লম্, চীঙ্খৈগী নুংশিরব লম্ সদু (নাপী) হৌব চীঙ্ য়োংপী মমাই মাম্ব চীঙ্ নিংথৌ পাম্ব লম্ (নুমীৎন নুমীৎ খুদিং নুংশা লাংহম্ব মফম্) থাবা অরংব থোক্প মফম্ (থাবাগুম্বী লৈমন ওংব মফম্) চীঙ্খৈগী নুংশিব মফম্দ শাংপ লৈ সগোন্গী চিন্বুল্ লৈ মাম্ব, চিঙ্জিল্ মতম্দ শাংপ লৈ কৌবদি করিদগীনো? চিঙ্জিল্দ লৈরিক্ চুম্লে। লৈগী লৈখোক্ক নিংথৌগী সগোন্ চিনবুল্ লৈ মাম্লে। অদুদগী কীরিগী চিন্বুল্ লৈ, চিঙ্জিল্ লাংবল্ থাগী লৈ, লাংবন কুম হৌনব লৈ হায়ন কৌই। কীরি চিন্বুল্ লৈ, চিঙ্জিল্দ পাংগল্ ওইব লৈ, লাংবন কুম্ওন্ লৈন অবাংগী অনৌব লৌ চীঙ্খৈ, চীঙ্খৈ*

সীঙ্লেল্ মাপল্ ফা, লৈরাং মরিক্ চোল্লে। পামেল্ উফে ঙাল্লক্লে। অদুসুঙ্ মতোম্তে। (৯৭)

[৯৪] মালেম্ তম্পাক্ লয়ম থক্ত পান্ব লৈবু লৈয়ে। লম্লেল্ মদাইম মইতেংঙু খোঙ্তেক্চা য়োয়রেল্ব লাংচা লাল্হাবন খোইয়ম্ লাইরোইরম্, অৱাং লাংচা লউপুঙ্ ফৈবু নাতৈনন হুইয়ায় লম্মহল্দ পান্ব লৈবু তেংথারক্কে। মইতেংঙু কৌব মীয়োক্প মরৈখঙ্, মরোই খাঙ্চেল্ চাইব কৌব পাথুপ নেল্বন লাংবল্ কুম্বোল্ লৈ, মনা লাংবল্ ফৌনা মান্ব কীরি লৈতরেং মাল্ব, লিক্লু তাংদল্বন হুইয়ায় লম্মহল্, কেগে লউথাঙ্ খা, পল্লংলা লোইমোম্ ফউৱোইবী খাঙ্ব নানম্ থাংনেদ, খম্লা মরউ পাল্দ পান্ব লৈ, হুইয়ায় লিক্লু অখেঙ্ঙান লিক্লু মতাং কারে। লাংবল্ কুম্বোন্ লৈন কুম্চিং লোল্মাই থক্ত লেংলেঙ্ লক্লে। অদুসুঙ্ মতোম্দে। (৯৮)

[৯৫] হয়িঙই চক্মোম্ মোইনু চাদি য়াউৱা চক্ফি লোইখল্য়ে। মথংলেল্ লেরা খোঙ্চোম্বন ৱাংলেল্ পুঙ্ তিংয়ে। মরুম্বী চক্মোম্ মোইনু চনুন পাওমেন্খিয়ে। থংলেল্ লেরা খোঙ্চোম্বো নঙ্ন কোঙ্য়াঙ্ চগো মিতম্ কোল্, লেরা খারোয় সেম্, সাবুন্ খুরৈ তিংন ৱাংলেল্ পুঙ্ তিংবন হানবরা, নরুম্ অয়ন মোম্নু য়াউৱা চক্ফি লোইখনব, চইরই ফিতোল্ লোম্, ইয়োং লাইচি কক্পন হানবরা য়েংনসি তেম্সিঙ্নববু মথংলেল্ লেরা খোঙ্চোম্ব ৱাংলেল্ পুঙ্তিংবন হান্নে। ৱাংলেল্ অসুম্ পুঙ্তিং হান্নবসু

---

*লম্নুংশিদ সীঙেল্ মপুং ফা, লৈরাং লৈরিক্ চুম্লে। উপাল্গী উশা ঙাল্লক্লে। অদুনসু মরোইদে। (৯৭)*

*[৯৪] মালেম্ লৈপাক্ থক্ত হৌব লৈসু লৈরিয়ে। অথোইব লম্দম্ অমদ মৈতৈ নিংথৌ খোঙ্তেক্চা নুপালক্তগী অথোইব মপোক্ফম্ব লান্দ থৌবন শিথিব মফম্, অৱাং মাইকৈদ লৈব পুঙ্বু হেন্দোক্লগ ময়ায় ওইব লমদ পান্ব লৈগী মরম্দ শৈথাজরক্কে। মৈতৈ নিংথৌ কৌব মীয়োক্পগী লৈশক্ থঙ্, মাগী লোয়নব থাঙ্চেল্ চাইব কৌব পাথুপ্ নেম্বন লাংবল্ থা হৌরে কুম্তাক্প লৈ, মনান লাংবল্ ফৌনা মান্ব, নিংথৌগী লুহুপ্ লৈতেং মান্ব, লিক্লু অরম্বন য়ায়দ লম্ঙান্ব, কেগেগী থাথংব লৌফম্ লম্পাক্, লাইওইবী ফৌওইবীন পোথারম্ব পল্লৌদ পান্ব লৈ, হুইয়ায় লিক্লু থোংফম্ন লিক্লু মতাং কারে। লাংবল্ থাগি লৈন মকুম্ মথা ওইরদুন লৈমাই থক্ত লেং লেঙ্ শাংলে। অদুনসু লোইদ্রি। (৯৮)*

*[৯৫] থাইন মমাঙ্গৈদ চক্প নিঙোল্ মোইনুন মথোয় চক্পগী ফী সাইয়ে। মাগী মবুংঙো লেরা মচা খোঙ্জোম্বন য়ৈনব পুঙ্ তিংঙি। মাগী নুপী মোইনুন হায়জখি। ইবুংঙো লেরা খোঙ্জোম্ব নঙ্ন ৱাগী চগো কোম্ব, থরায় শেম্নগ সউন্ তিংদুন য়ৈন পুঙ্ তিংবন হাম্বরা, ননাও ঐন নিঙোল্ ঐথোয়গী চক্পগী ফি (ফনেক্) শাব, ইয়োং*

মরুম্বী চক্মোম্ মোইনু চনুন তাংজ ইকাইগনে হায়বগিবু ৱাংলেল্ পূঙ্ খঙুন নোংহাম্লিঙইদ সেম্নোই মপাতাও চাখো পূঙ্সঙ্ খুম্নাল্বন তাম্নোয় খল্পল্ ৱাগি ৱাংলেল্ থীল্য়য়নরে। লেরা খোঙ্চোম্ব তাম্নোই মরুম্বী চক্ফি লোইখল্বীদি মোমনু চইরই ফিদোল্ লোম্দ, ইৱোং লাইচি কক্তরিবনকিন মথংলেল্ লেরা খোঙ্চোম্ববু তাঙ্চ ইকাইব, হুইয়ায় সেল্কোই ৱাগিবু মোম্নু য়াউরউ সবৌ তেম্ন নাপ্প সিন্সুরম্দ, চুবা লৈথেং লম্দ মথন্ চয়বীখিয়ে। চক্মোম্ মোইনু চনুন য়াউবা চক্ফি লোইখন্বীদি অমল্ য়াউৱাবু ৱোইরে। চক্মোম্ মোইনু চনুন, থারই চামোইবন পোক্পী, লেম্লই ঙামোইবন য়েল্বীন ৱোখিববু য়াউবা পুচরোম্ন হাওরৈ লাইনা পাংবরম্দ তাংলইবী হয়তুপ্পোক্ নাওকন্ মাঙ্ হিয়াঙ্তেক্ থিঙ্লাইবসু মরউ পাল্, কোম্নোয়ব খুৎতোপ্ন, তেলহয় লউ, হুইয়াই হিৱোন্ খোং, লিল্তেংব রম্, খেক্ৱাইব রম্দ পুরেল্ মপাল্ ফারে।

মথংলেল্ লেরা খোঙ্চোম্ব, ৱাংলেল্ পূঙ্ তিংবসুঙ্ কোরও নুমিং মঙানি সুরবদ মদাইরেম্ হাওনু খুদইনুন মরিং কুম্না খোঙ্নেমববু মাম্নেম্ লইখোঙ্সেম্ য়াউবা হান্মোই মল্, তিংকোই মসম্ ফোয়ঙম্বদ মরুম্বী চক্মোম্ মোইনু চনু য়াউবা চক্ফি লোয়খল্বী, অমল্ য়াউৱাবু ৱোইবীন মদাইরেম্ হাউনু খুদইনুদ থৱায় মিরাংপাল্ অতিংঙান খুৎচেং হংচি পায়ন মোম্নু হেঙ্ঙায় মপাও চাও,

---

*থুংদুন ফি কক্পন হাম্বরা য়েংনসি হায়ন সিঙনববু মবুংঙো লেরা খোঙ্জোম্ব ৱাংলেল্ পূঙ্তিংবন হান্নে। পূঙ্ তিংবন হান্নবসু মশাবী চক্প নিঙোল্ মোইনু চনুন ইকাইগনি মায়থোং পুব ঙম্নরোই হায়বগীদমক্ পূঙ্ মখোল্ থোক্হন্দ মতম্ ঙাইরিঙেদ সেম্নোইগী মমাম্নব মরুপ্ চাখা পূঙ্সঙ্গুব কোইরক্পন মীগি নুপী পাম্বদগী (কম্নক্পদগী) পূঙ্ য়ৈরুরে। লেরা খোঙ্জোম্বগী নুপী চক্ফি শাবিদি নিঙোল্গী ফিশাব লোইঙম্দব, ইয়োং ফি কক্তবদগী মপুরোইব লেরা খোঙ্জোম্ববু ইকাইজব, হঙ্গোইজবদগী নিঙোল্ন শিজিন্নব সবৌ তেম্ন মশাগী চুবা লৈথেংফম্ নাম্নদ থিন্দংচরে। চক্প নিঙোল্ মোইনু চনু চক্ফি শাবীদি অশিব হায়বদু ওইরে। চক্প নিঙোল্ মোইনু চনু, থারেগী মচা মোইবন পোক্পী, লেম্লৈ ঙামোইবন য়েন্বীন ওইখিব থৌদোক্ মতৌবু কৌব্রু মাইকৈরোম্দ লৈব তাংলৈবী হৈতুপ্ পোক্, নাওকন্গী মমাঙ্ অকুৎপ থিঙ্লাইবগী লৌবুক্, খুদোপ্কুম শীংথানব তেল্হৈবগী লৌফম্, য়াইপুব হিগী হিরম্ ওইব খোং, মরিল্ তেংব মফম্, খেক্ৱাইনব মফম্দুদ মপুং ফারে।*

*মপুরোইব লেরা খোঙ্জোম্ব ৱাংলেল্ পূঙ্দিংবসু নুমীৎ মঙানি সুরবদ মনাই হাওনু খুদৈনু মরিংগুম্ খোঙ্নেম্ববু লৈপাক্ লৈখোঙ্ সেম্নগ নাপী মম্নদুন, তিঙ্গোই মনা ফোয়রম্বদ, মাগী নুপী চক্প মোইনু চনু ফিশাবী, অশিবগী মতৌ ওইবীন, মনাই হাউনু খুদৈনুদ মাগী থবায় মিরেল্ন মথুজেং পায়দুন নিঙোল্ পুক্নিং নুংঙোম্ন মমিথকি মপী খঙনা হায়রকখি। চামব হাউনু খুদৈনুও ইপুরোইব লেরা খোঙ্জোমবন ঐবু*

পিরেল্ খক্‌মদন পাউমেল্‌খিয়ে। তয়ম্ হাউনু খুদইনুবো থংলেল্ লেরা খোঙ্‌চোম্বন অইবু অমল্ সিউল্‌বদি মাম্রেম্ লয়ন্না অঙাঙ্‌ব কোরও নোংলুপাল্ অঙৌবগ চইরই ফিখুৎসা, মাল্‌লউ বোন্‌থোক্‌পসুঙ্ লল্ উল্‌বিরক্‌য়ে। মোম্নু অয়গি তেংকোক্ ইখুৎসু, লউবায় কাম্মু খোক্ কোঙ্‌য়াঙ্ বারুকোন্ সাফববু খাল্‌লই য়ুপুঙ্ থক্ত থৌকাওরম্ববু অমল্ সিউল্‌বিরক্তে হায়ন হয়িং পেংলোয়নাই খুয়া খোঙ্‌দাঙ্‌ববু নোংপোক্ হাউরেং কাইব চনু মখুৎথা, হাউনু সোল্‌মোই তাওবী মরা রিংদ চাম্‌লও লান য়োম্ন ইথংলেল্ লেরা খোঙ্‌চোম্বদ লম্‌বোক্রুবো হায়ন থেল্‌বোঙ্‌লক্‌য়ে। মথংলেল্ লেরা খোঙ্‌চোম্বন তাম্লোয় মরুম্বী, অমল্ য়াউবাবু বোইবীগি কোম্লোয় মতিল্‌মেল্, নুংসি কোঙ্‌কোই মবারেপ্‌কিবু থৌকাওদন মরুম্ তম্‌লবীগি তাঙ্‌চ খোঙ্‌খুল্ লীন খাল্‌লয় য়ুপুঙ্ থক্ত লৈঙম্‌ইগিদি অমল্ অমরক্ সিল্হল্‌বিগে হায়ন ইলতাল্‌খিববু খুমল্ থোল্‌ব চনু খোইনৌ লয়রী কৌবী খান্‌লে লউরাং চয় তেংকোক্ হয়রোয় নাইদি লৈঙম্‌দে। তাঙ্‌চ লিল্‌লাথী, নুংকোন্ সেরন্ মইবু লৈঙম্‌য়ে। লিল্‌লা সোক্র থীব, চইরই ফিহাই ঙম্‌দবন ঙম্‌পাম্রে। মথংলেল্ লেরা খোঙ্‌চোম্বসুঙ্ অকেম্ চক্‌মোম্ লাংগ বোইরে।

লেরা খোঙ্‌চোম্বন বোইখি লাংদি হাউরে লাইনা পাংবরম্, অবাং থাঙ্‌বায় লম্মহল্, লাইকা লম্‌তাই থেৎ, য়েন্‌নাল্ লম্‌নুংসি, বোক্‌থোক্ লম্মহল্‌দ পান্‌ব লাং, খোয়ম্ য়াঙ্‌তাক্‌প, লাংচেং চিফেব, মইতেংঙু লোইনাই থবান্ থাব, সীঙ্‌কাপ্ লাল্‌চাই লাং, হাউনু মহিথুম্বী ফান লাং, পাখং লাংনা সনম্ লাং, নুরা লেংখাঙ্ কিসি

---

*অশিবগী পোৎ তম্বীরক্‌পদি মাম্রেম্ লৈপাক্ অঙাঙ্‌ব, অবাংব অতিয়াদ পাইব অঙৌব নোংবু চরে ফি শানা ওইথোক্তব অঙক্‌প ললবু উন্‌বিরক্‌ই। নুজা ঐগী তেংকোক্ ইখুৎশু, লৌতা-লৌকুম্বগী য়োংপাক্ বান মখোক্ পাম্ব, বারু অকোম্ব অফব লবুক্কী লৌসঙ্ মথক্ত কাওদুন থনম্ববুদি য়াওবিরক্তে হায়ন হয়িং অচৌব মখোঙ্ তাঙ্‌ববু নোংপোক্কী হাউ নুপী কাইব চনুন থাব, সোল্‌মোই তাওবীন লিংব লফুগী লান য়োম্নগ ইপুরোইব লেরা খোঙ্‌জোম্বদ পীবিরুচো হায়ন শিন্নরকুলে। মপুরোইব লেরা খোঙ্‌জোম্বন মাগী নুপী শিগ্রবীন হায়রক্‌প নুংশিরব মপাউ, থোক্‌ঙম্‌দ্রব কীশিগুম্ববু কাওঙম্‌দবন শিগ্রবী তালোই (নুপীগী) গী খোঙ্গুল্ লীদুন লৌশঙ্‌গী লৈবুঙ্ মথক্ত লৈরম্নবদি অমুক্ হন্ন অশিবগী পোৎলম্ হাপ্লিখিগে হায়না থিরুববু, খুমল্ চনু মমান্নবী লৈরী কৌবীগী লবুক্ত লৌরাং শুনব য়োংখোক্‌চে অনান্‌ব হৈরোয় নাইদি লৈরম্‌দ্রে। য়াম্ন শাথিব লিল্, মমৈ কোনশিল্লুন লৈরম্নে। লিল্ সোক্রুব য়াদব, ফি হাইব য়াদবন চিকুলে। মপুরোইব লেরা খোঙ্‌জোম্বসু মৈ থানব লাংগুম্ ওইরে।*

*লেরা খোঙ্‌জোম্বন ওইখিব লাংদি কৌক্র মাইকৈ পাংবদ, অবাংগী থাঙ্‌বায় লম্‌দম্‌গী, লাইকাব লম্‌দাং থেল্‌ওইব, য়েন্ অনাল্‌বগী নুংশিব লম্, ওক্‌থক্ লম্‌হন্দ পাম্ব লাং (লাঙ্গোম্), মশান য়াঙ্‌জব লাং মচি পান্‌গুম্ব, মৈতে নিংথৌ লোইনাই থবান্*

লাং, খোইম য়াঙ্তাক্‌প, লাংচেং চেংচি ফৈব, লাংতোল্ লাংনা সানম্ লাংন, ফম্‌লেল্ পাক্‌ন সীন লাংনা মপাল্ ফারে। য়াউরউ সাপুক্ থুম্, য়াংলেল্ তাওব হুইনম্ খুম্, লাংকোই সারেপ্ থুম্‌লে। অসাই ঙইকি মনেম্ মচা চক্‌মোম্ মোইনু চনু য়াউৱা চক্‌ফি লোইখল্‌বীন ৱোইখি পুগ মথংলেল্ লেরা খোঙ্‌চোম্ব ৱাংলেল্ পূঙ্‌তিংবন ৱোইখি লাং, খোয়ম য়াঙ্তাক্‌প, লাংচেং চীফেম্বগ অনীমদি মাল্লং অয়াঙ্‌বন, খম্‌কোল্ হুম্ হুম্‌লক্‌ঙইদ ইনা নম্‌ঙান লাংনা ইতোল্ কোন্ সনান হুইলোন্‌ন লম্‌ৱোক্‌নরে। মরুম্বী অমল্ য়াউৱাবু ৱোইবীগ মথংলেল্ অকেম্ চক্‌মোম্ লাংৱোইবগ লম্‌ৱোক্‌নব কুম্‌নে। অদুসুঙ্ মতোম্‌তে। (১০০)

[৯৬] সাপল্ মাল্‌পল্ থক্ত, কক্‌লউ মাল্‌পল্ থল্‌ন পান্‌ব লৈ, সীঙ্‌লেল্, মনা তাদি নাম্‌ব তেম্‌চিল্ মাল্‌ব লৈরাং মপাল্ তাদি চাখা মোয়তোল্ লৈগুম্ব, ঙৌন ফব লৈনে। সীঙ্‌লেল্ কোক্ত থেংলবদি ৱানা ঙৌতোং ৱোইয়ে। মিংমই নাসাংদ লায়থুংব লৈনে। সাবল্ মোইবুঙ্ লৈন কক্‌লউ মান্‌পল্ থক্ত লৈরাং মপাল্ ফারে। অদুসুঙ্ মতোম্‌দে। (১০১)

[৯৭] অৱাং থাঙ্‌ৱায় লউতাংখম্, তাংখম্ লিৱাপোক্, লোইমোম্ ফওৱোইবী, থাঙ্‌ৱায় নম্‌চই চিঙ্, মরাম্ খঙ্‌য়াঙ্‌ব লাল্‌তারম্, থংখান্ অয়ম্ব মইহল্ চিঙ্‌দ

---

*থ্রবগী লান্ চাইথায়বদ সীঙ্‌নদুন শিজিন্নব লাং। মনাইনুবী মহি থুম্বীবু ফানব লাং, পাখং ওইবগী শান্নফম ওইব লাং, নুপী ওইবীগী থ্বাংয়েং কিসি লাং। মহৌশান মথৌনা লৈব, চৈথেং কম্ব, লাংদোল্ লাংনা সানম্ লাংন, অথোইব মফম্‌দ পাক্ল সম্ন লাংন মপান্ ফারে। সাগী সাবুক্ থুম্, হুইগী মরেপ্ থুম্ন ৱাংলে। ঙসাইগি চক্‌পগী মমোম্ মনেম্ মচা মোইনু চনু চক্‌ফি শাবীন ওইখিবদুগ মবুংঙো লেরা খোঙ্‌জোম্ব পূঙ্‌তিংবন ওইখিব লাংগোম্ অয়াঙ্‌ব, লাংজেং চীফেম্বগ অনীমক্তি অয়াঙ্‌ব নুংশিংন খোন্দুন হুম্নক্‌পদ ইনাগ লাংনাগ য়েংন থেংনদুন কোন্‌শিন্নরগ তিন্নদুন লৈমিন্নথরে। শিত্রবী মাগী নুপী চেক্লাগুম্ শকওনথ্রবিগ মবুংঙো কান্নদ্রব মৈথানব লাঙ্গোম্‌গুম্ ওইথ্রবগ উম্নব কুম্নী। অদুনসু মরোইদে। (১০০)*

*[৯৬] অতোংব সাবন্ মথক্ত, লৌফম্ থম্ন-লম্‌হাং চোম্ন পাম্ব লৈ, সীঙেল্ মাগী মনাদি যিম্সা তেম্‌গী মচিল্ মাম্ব, লৈরাংগী মওংন মোদোম্নেগুম্ ঙৌন ফজব লৈনি। লৈশিবু কোক্ত থেংলবদি ৱানিংঙাই ওইব ঙৌদোং কৌব মীৎকি লৈনা থুংঙি। মীৎকি মপুন্সি ময়েংতাবা লায়থুং ওইব লৈনি। সাবন্দ মোইবুঙ্‌গুম্ শাংপ লৈন লৌফম্ থক্ত লৈরাং মপুং ফারে। অদুনসু লোইদরি। (১০১)*

*[৯৭] অৱাং কৌব্রূলোম্‌গী তাংখম্ লৌ, তাংখম্ লি-ৱা পোক্‌প মফম্, লাইরেম্বী ফৌৱোইবীন লৈব চীঙ্, মরাম্ খঙ্‌য়াঙ্‌বন লান্দাব মফম্, থংগাল্ পাঙ্‌দবন মমায় লৈখিব (হন্‌খিব) চীঙ্‌দ পাম্ব লৈ, ইঙাগী থামৈদ মপূঙ্‌ফাব, ইঙেল্‌গী থাজিন্দ শাংকম্ব লৈ, মনান*

পাল্ব লৈ, লোইদাম্ ঈঙা থামই সুখিব, ইংঙেল্ মমাই ফাওরক্পদ সীঙ্লেল্ মপাল্ ফাব লৈ, মনা তাউতেক্ নাতানব, লৈরাং ঙাঙ্ন তোম্রোংব লৈ, লোইদাম্ ইংঙেল্ লৈনে। পোইরই খুনবু মীসিঙ্ থীব, ফমথৌ সল্চঙ্ লোইব হুইয়েল্ লাল্তা লৈ, কংলা পাওতম্ লৈনে। চিঙ্সোং ইংঙেল্ লৈন সীঙ্লেল্ মকা লোঙ্, লৈরাং ঙাঙ্ন ফরক্লে অদুসুঙ্ মতোম্দে। (১০২)

[৯৮] নপোইরই তান্থোঙ্ ময়ুং কুই, লেম্থোঙ্ মফে পাক্প পুঙ্ অসিদ সিঙ্লেল্ পুম্ন খোম্ লৈরাং সুপ্ন তিল্ন তেংথারক্নে। তান্থোঙ্ ময়ুং কুইবরম্দ পান্ব লৈনে। য়োয়বু খোইমোম্ লাইরেম্ম চিল্ফু লম্মাবীদি সীল্খাম্ লৈ, অয়াঙ্ লেম্থোঙ্ পুঙ্খাম্ লৈ, বোক্য়া তেম্চিল্ লৈ, পান্ব কৈরাং লৈ, চুবা লৈনুংসি, মনা য়াংলৈ তাওব হুইনা মান্ব, মপাল্ তোন্লোক্ লুফা নিক্প লৈনে। চিল্ফু বায়নোং তাওবী সনা মথোঙ্খা, নোংবাল্লোল্ সেরেম্বী তরেৎ সেন্পূল্ থেল্, লাল্লুম্ ঙম্বী সেল্চা হায়হই থেল্দ সীঙ্লেল্ মপাল্ ফা, লৈরাং ঙৌন সারে। চুবা লৈথেৎ ফারে। অদুসুঙ্ মতোম্দে। (১০৩)

[৯৯] পোইরে চিঙ্ লাক্লেল্ কিসিতাই, মাম্রেম্ থীন্কাই হৌরক্লবদ লৈরাং চুম্ন পান্ব লৈ, সীঙ্লেল্ মনা তাদি থংচি নারোঙ্ মাল্ব, লৈরাং মপাল্ তাদি তোলাই চিল্পুল্ মাল্ব লৈ, সীঙ্লেল্ তোল্লোংব লৈনে। চোম্লৈ তোম্রোঙ্বন হাউরই নোংপোক্লা পাংবরম্ খাব ফার্ল্দোংব, থেংয়া সাকারম্দ সীঙ্লেল্ মপাল্

---

*অনান্ব নৌ মাম্ব, অঙাঙ্ব লৈন মতোম্দ লোঙ্ন চবুন্ শাৎপ লৈ, ইংঙেল্ লৈনি। পোইরে মৈতৈগী মীশিং খুঙ্গিং থীব, ফম্নাইব অঙম্বশিংদ চম্বশিংন লাম্দাবদ লোয়নব লৈ, কংলাদ পাউতম্ব লৈনি। অশোংব চীঙ্গী ইঙেল্ লৈন সীঙেল্ মকা লোঙ্, লৈরাং ঙাঙ্সং ঙাঙ্ন ফজরক্নে। অদুনসু লোইদ্রি। (১০২)*

*[৯৮] নরৈবাক্ নরম্দম্ ময়ুংন শাংব, মরাক্-মফে নাইব পুঙ্ অসিদ সীঙেল্ পূম্নমক্ খোম্লগ লৈরাং সাৎলিব পুম্নমক্ শুন থাজরক্নে। মনিঙ্ তম্ব লম্দ (ময়ুং শাংব লম্দ) পাম্ব লৈনি। অথোইবী লাইরেম্ম চিন্ফু লম্মাবীবু থৌখামখিব (থবক লেপ্হনখিব) লৈ, অয়াঙ্ লেম্থোঙ্ পুঙ্বু খাম্খিব লৈ, বোক্য়া মাম্ব - তেম্জিন্ মাম্ব লৈ, কৈগুম্ লাংব লৈ। চুবা নাম্নদ ঙাম্ব লৈনুংশি, মনান হুইগী মনা মাম্ব, মপাল্ন কোয়েৎ তোলোক্ মাম্ব লৈনী। চিঙ্ঙাখম্ চনুন ওইখিবী লাইরেম্বী বায়নোং তাওবীদ কৎনব, অঙোম্ নিঙোল্ সেরেম্বীগী (লুপা) শেন্গাও লৈব মফম্, লাল্লুম্ ঙম্বীন শেন্জবনি হায়নব মফম্দ সীঙেল্ মপুংফা, লৈরাং ঙৌন শাৎলে। নাপদা থেৎপ য়ারে। অদুনসু লোইদে। (১০৩)*

*[৯৯] পোইরে (মৈতৈগী) চীঙ্বু লাক্য়েন্ কিসি কিব (মৈতে লৈবাক্তা চহী হৌদুন), লৈপাক্ খোইগাইবা হৌরবদ (লৌতাব হৌরগ) লৈরাং চুম্ন শাৎপ লৈ, সীঙেল্গী লৈনাদি থাংজিং মনা মাম্ব, লৈরাংগী মপাল্ন দোলাইগী চিন্বুন্ মাম্ব লৈ, সীঙেন মতোল্ লোংব লৈনি। চোম্নাং লৈ মতোল্লোংবন নোংপোক্ মাইকৈ পাংবদ খাব ফান্দোংবগী চংলম্*

ফা, লৈরাং ময়ায় কারকলে। অদুসুঙ্ মতোম্‌দে। (১০৪)

[১০০] হাউরই খান পাংবরম, পোইরৈ থোঙ্‌লেল্ মিকৌরম্‌দ পান্‌ব লৈবু তেংথারক্কে। লাল্‌লোই চিঙ্‌ঙারেঙ্ খম্‌রাং লওথোংসোয়, তাইবঙ্ চিঙ্‌নাওদ, খমনুং চিঙ্‌বীখম্‌দ বোঙ্‌ব লৈ, চিঙ্‌দসুঙ্ অঙম্ কাদ, তমদসুঙ্ অঙম্ কুম্‌দন চিঙ্‌লেল্ নাপোম্ হুইথবদ ময়তেংঙু নোংপোক সনা তউব, থেল্‌লেল্ নুরাল্ য়ায়, খোইবু খুন্‌ঙম্‌থেল্, মঙান্ বোক্‌লাব, কুম্‌মই সোল্‌ব, হয়েল্ সাকপ্‌প ফান থেল্‌দ, থেল্‌লেল্ মপাল্ কোয়নপান্‌ব লৈ, লৈরাং মমিং থোংসুঙ্ লেম্‌লয় ঙামিংনবা সীঙ্‌লেল্ ঙানপ্ লৈন লোল্‌লোই চিঙ্‌ঙারেঙ্‌দ লৈরাং মপাল্ ফারে। অদুসুঙ্ মতোমদে। (১০৫)

[১০১] লম্‌লেল্ ফেল্‌পারা পারা অচল্‌বদ পাল্‌ব লৈ, হাউরৈ নোংচুপ্‌লা পাংবরম্‌গি থোংনাং থারুক্ নুহিলয় পাঙ্‌ল বায়ব মখুৎ থা, সীঙ্‌লেল্ মনা তাদি লুপা লৈরি মান্‌ব লৈরাং মপাল্ তাদি হুইতু নাতানব লৈবু পাংঙল্ মতম্‌পাক্কি সীঙ্‌লেল্ মপাল্ ফুক্রন পুরক্‌য়ে। লম্‌লেল্ ফেল্‌বরা পরা অসল্‌বদ লৈরাংখিয়ে। তুরেল চংলয় বোইন খোঙ্‌সোম্ লৈ, লাইজ খিক্‌ফেল্ চাইন নাতয়োক্ লৈনে। লৈরাং মনম্ চাওব লৈনে। মাল্লেম্ ইম্‌খাঙ্ লান্, লয়কাই তোম্‌ফাং কোল্‌ন নম্‌ব লৈনে। চইরই ফিকোল্‌নুংদ য়াতা লৈনে। বাব নাওসেক্ লৈন পারা ইংখোল্ নুংদ মাল্লং চইরোয়নন সীঙ্‌লেল্ মনম চাওরকলে। অদুসুঙ্ মতোমতে। (১০৬)

---

*খোঙ্‌দাফম্‌দ সীঙেল্ মপুং ফা, লৈরাং ময়ায় কারক্লে। অদুনসু মরোইদে। (১০৪)*

*[১০০]মখা মাইকৈ পাংবরোম্‌দ, মৈতৈন থবাই-মি কৌনব থোঙ্‌দ শাংপ লৈবু শিং থাজরক্লে। খাগী চীঙ্‌ঙারেঙ্ খম্বন্‌বগী লৌখোং চাক্তাফম্, তাইবঙ্ মীগী অচঙ্ অশিগী অরোইব খঙ্‌নব চীঙ্‌দ শাংপ লৈ। অঙম্ব চীঙ্‌সু কাদব, তম্‌দ তানবগীদমক্ অঙম্বসু কুম্‌দব, চীঙ্‌গী নাপোম্ হুইথবদ মৈতৈ নিংথৌন সনা ফুক্‌প মফম্, থেল্ ময়াইগী লাম্বোক্‌ফম্ ওইব মফম্, খোইবু খুনবু ঙম্ব মফম্‌দ, ওক্‌লাবওম্ অহাম্বদ মঙন্ লৈব, অকোম্বদ শোম্বগম্ব, লান্‌ফম্‌দ সাকম্ব ফানব মফম্‌দ, থেন্‌গী অকোইবদ শাংপ লৈ, লৈরাং গী মমিংন ঙাগী মিংগ মাম্নব ঙানপ্‌লৈন মখাগী চীঙ্‌ঙারেঙ্‌দ লৈরাং মপুংফারে। অদুনসু মরোইদে। (১০৫)*

*[১০১] লম্‌দম ফেল্‌পরা পারা অথোইবদ পাম্ব লৈ, মনিং মাইকৈগী থোংনাং ময়াং লৈবাকী থারুক নুহিলৈ, বাঙ্গালীন থাব লৈ, সীঙেন্‌গী মনা মওংদি লুপাগী মরী মাম্ব, লৈরাং গী মপান্‌না হুইদ্রু মাম্ব লৈবু বঙ্গাল্ লৈবাক্তগি লৈপাল্ ফুক্রগ পুরক্‌লে। লম্‌দম্ ফেল্‌পরা পারা লম্পাক্ত লৈবু লিংখিয়ে। তুরেল্ মপান্‌গী লৈঙোই ওইব মফম্‌দ পক্সব লৈ, ঈশিং চাই চাইদুন য়োক্‌দব লৈনি। লৈনম্ চেম্ব লৈনি। লৈকাই য়ুম্‌লোল্ লাম, লৈকাই পুম্ব কোম্ন মনম্ শম্দোক্‌প লৈনি। চরৈ ফিয়োম্ নুংদ য়াতাদুন লৈব লৈনি। বাব নাওসেক্ লৈন পারা ইংখোলনুংদ নুংশিংন হম্বদ সীঙেল্‌গী লৈনম্ শম্দোরক্লে। অদুনসু মরোইদে। (১০৬)*

[১০২] লইকাই ইংখোল্ ফৈরোয় নুং, চংবী লাকোল্ লক্ত পান্ব লৈ, চাম্লও লারিক্ লৈ, সীঙ্লেল্ মনা তাদি চাম্লও হুইনাগুম্ তোম্সাৎনব সীঙ্লেল্ মহয় তাদি, লৈরাং মখুঙইদ ঙৌন পান্ব লৈ, সীঙ্লেল্ মহল্ থংদি থাবা বায়রও লিক্লুম্ মুন বোন্ব লৈনে। খোংবাল্ নাওবা তোঙ্কাইরোয়, খাব উল্সিং লোয়, সুমাই কাংখোম্ লোইন সীঙ্নাং কৌরোঙ্ সুন, লইকাই ইংখোল্ ফৈরোয় নুংদগি লৈরাং ফাম্ন হেক্ন সীঙ্লেল্ অনৌবদি মখল্ তই, লৈরাং অরিবদি সমু খুৎন খন্ন লংসুং খোঙ্গ তিং বোঙ্সোঙ্ পুম্থাঙ্ লোল্ন থবা ঙক্কোই লৈনে। চাম্লও লারী লৈন লইকাই ইংখোল্ ফৈরোই নুংদ চাম্লও লাকোল্ ফারে। সীঙ্লেল্ মপাল্ ফারক্লে। অদুসুঙ্ মতোম্তে। (১০৭)

[১০৩] পোইরৈ লোইদাম্ রোইরক্লবদ পান্ব লৈবু লৈয়ে। সীঙ্লেল্ মনা তাদি য়াংলৈ তাওব হুইনা মান্ব, লৈরাং মপাল্ তাদি সবা চুম্কন মান্ব, সীঙ্লেল মথোন্ তইব, লৈরাং ঙাঙ্ন ফব লৈনে। য়োয়বু খোইমোম্ লাইরেম্ম হুইয়েল্ লাল্ লয়ম বাই্র সারইম, খোইমোম্ লাইনামুং নামুংবী, থাঙ্লেল্ য়াসাবী, লোইদাম্ য়াওরও লাংবল্ কারক্পদি ইরাং চাওরেল্ লৈনে। লৈরাং মথোল্ তইব সীঙ্লেল্ ঙাঙ্ন ফব লৈনে। পাংগোং লম্হাই নাইরক্লে। অদুসুঙ্ মতোম্দে (১০৮)

[১০৪] সুমায় হাতিং থৌ, তিংথৌ তোল্লোঙ্ব, লইরাই লাম্থারী, লয়কু লাম্খৎ লী, মাম্লেম খোম্সি লীবু কোন্লোই তল্কোল্ সান চিনফু লম্মাবীদ

---

*(১০২) লৈকাই ইংখোল্নুংগী, চংবী লফু মরক্ত পান্ব লৈ, লফু থরো লৈগুম্ব, (লফুরিক), সীঙেল্ লৈনাদি লফু লাগুম্ তোম্শাৎনব, সীঙেল্গী মহৈন পোম্লিঙে (অহান্বদ) ঙৌন পান্ব লৈ, সীঙেল্ন মপুং ফারক্লবদি থাজগুম কোইরগ ময়ায়দ অমুব কাব লৈনি। খর চাওরব (পুংকক চাওব) অঙাঙ্ন য়াহৌরকপদ উন্ কিদন শান্নবগুম্ শান্নজব পান্ব, অঙাঙ্ন সীঙ্নাং কাচি পায়রগ লৈকাইগী ইংখোল্নুংদগী লৈরাং হেক্লগ অনৌব (তগৎ তগৎ তেক্লিব) খন্গৎ লৌ, লিরব (মন্থরব) লৈবু খন্দোক্লগ লংলোদ মথং মথং লেং থবাক্ ঙক্সমদ শিনব লৈনি। চাম্লৌ লারী লৈন লৈকাইগী ইংখোল্নুংদ লাকোল্ মপুং ফারে। সীঙেল্ লৈপাল্ ফারক্লে। অদুনসু মরোইদে। (১০৭)*

*(১০৩) মৈতৈ লৈবাক্ল কুম্ (থা চহী) হৌরকপদ পান্বলৈসুলৈরি। সীঙেল্গী লৈনাদি মহপুব হুইগী মনা মান্ব, লৈরাংগী মপাল্না উচেক্ মতোক্ মান্ব, সীঙেল্ অথোন্ব (মথোন্ কাব), লৈরাং ঙাঙ্ন ফজব লৈনি। অথোইব লাইরেম্ম সা-লাল্গি মবেম্ম, মতীক্ মঙ্ন লৈব লাই নুপা নুপী, থাঙ্ হাইবী (থাঙ্ পাইবী), লাংবল না লাক্পদ চাওরেল্ হৌদুন ইরাৎনব লৈনি। লৈরাং অথোন্ব (মথোল্ কাব) ঙাঙ্ন ফজব লৈনি। পাংগোংন লম্ঙাম শাৎলক্লে। অদুনসু লোইদরি। (১০৮)*

*(১০৪) সুমাঙ্দ হৌব তিংথৌ, তিংথৌ মতোল্ লোঙ্ব, লৈরাইদ লাম্দুন মরি চৎপ,*

ললখাই লৈ, কোরও হুইমু লয়ম নুংচেং য়াম্বী, সল্থোঙ্ বাখাই চেং, খাইচেং অহলবন পোক্পী নাসি চাওব পংমায়রেম্বন মমোম্বু নিংথৌ সাপাইবদ কাউজনঙই, হুইমু লয়ম নুংচেং য়াম্বী, লাহয় কুম্‌তোল্ লোঙ্বী, লাইরা কুম্‌সোয় য়াম্বী, হয়রী কুম্‌লোঙ্ চুম্বীন বাহম্‌খিয়ে। পল্থৌ নিংথৌ নাসি চাওব পুঙ্মায়রেম্ব সল্থোঙ্ বাখায় চেং, অহল্‌বরো নমোম্ অয়বু নিংথৌ সাপাইবদ কাউজনরবদি নমোম্ অয়বু তয়ম্ নাইসম্ লাং, কাউরেল্ সলচি বাক্পু লল্ উল্‌বীকুনো। সুমায় হাতিংথৌ তিংথৌ তোম্লোংব, মাম্লেম্ সীলীবু তিংকোই মপাল্ ফুক্ন ললউল্‌বীরো। হয়েং ইপারী সাংলবগ তিংথৌ নাগ থংন মচেং কাইরই খোঙ্কৌ তম্, খুপাক ফাম্ন নোই ইপা সম্বু থোক্রো। ইপু সম্বু থোক্রো। থাঙ্‌ঙি চা চাক্‌থোক্রো। লোইমোম্ চাহৌ থোক্রো। লাংকোই সকোন্ লাংময় সম্বু থোক্রো হায়ন। ইমোম্ ফুইরবদি কোললোই মখুৎ তোপ্‌পু তল্‌কোল্ সান পাওতোয়ন সুনো হায়খিয়ে। মপল্ পঙৌ নিংথৌ সল্থোঙ্ মরিবন তিংকোই মপাল্ ফুক্ন ললউল্‌বীখিয়ে। অদুনোংগিবু হুইমুলয়ম নংচেং য়াম্বী মবারোই, মপল্ সল্থোঙ্ বাখায় চেং খায়চেং অহল্ব মরলউলরো তৌন কৌয়ে। সুমাই হাতিং থৌ, তিংথৌ তোম্লোংব, মাম্লেম্ খোম্‌সি লীন তিংগোই পুম্থাঙ্ লোললক্লে। অদুসুঙ্ মতোম্‌দে। (১০৯)

[১০৫] সীঙ্লেল্ কাল্বী লৈ, মনা লাংথা রৈ মান্ব, মপাল্ চক্প হাউরা

---

*অকুংপদগী অতোঙ্‌বদ লাম্‌দুন মরিচংন হৌব, লৈবাক্ খোম্ন হৌব লীবু লম্ কোম্বী লাইরেম্মদ কৎনব লৈ ওইনব, নুমীৎকি মচা হুইমু লৈম লৌশিংচাওবী, সম্থোংদ বাতেম্বীন পোক্পী, সম্থোং নিংথৌ নাসি চাওবন মচানুপীবু নিংথৌ সাপাইবদ থাজঙৌদ, হুইমু লৈম লৌশিং চাওবী, য়াইফ নুংঙাই পীবী, তাইবঙ্দ মহে মরোং চুমহন্‌বীন হায়খিয়ে। ইপা ইবুংঙো নিংথৌ নাসি চাওব পুঙ্মায়রেম্ব সম্থোং বাতেম্ব, বাখল্ লৈবরো নমোম্ ঐবু নিংথৌ সাপাইবদ থাজবিরবদি ঐঙোন্দ মীনাই মীসন সা সল্ ওনবীগনু। সুমাঙ্দ হৌব তিং থৌ, তিংথৌ মতোললোংব, লৈমায়দ মরি চংন হৌব তিঙ্গোই অসিবু পাম্বী ফুক্রগ লল্ ওইন উনবীয়ু। হয়েং নচান ইচা নুপা পোক্রগ তিংথৌগী মনা থংলগা য়েন খোংব হৈরক্পগ, খুবাক্ত নোইরগ ইপা ইপুগী মরম্ খায়ন কৎলো। চেং, ফৌ, চাক্ থোকহল্লো। চাক্‌হাও থোক্‌হল্লো। সগোলনচিংবসু থোক্‌হল্লো হায়না। অদুগ ইচা নুপী পোক্রবদি মখুৎত শিনব খুদোপ্ সানসনু হায়খিয়ে। মপা নিংথৌ সম্থোং মোরিবন তিংথৌ মপান্ ফুক্রগ ললগুম্ উনবিখিয়ে। অদুগীদমক্পু হুইমুলৈম নংচেং য়াম্বীগী মবা ওইব, মপল সম্থোঙ্গী বাখায় চেং খায়চেং অহল্‌বগী অউন্‌পোৎ হায়ন কৌই। সুমাঙ্ তিংথৌ, তিংথৌ মতোললোংব, লৈবাক্ ফানব মরিন তিঙ্গোই পুম্থাঙ্ লোম্লক্লে। অদুনসু মরোইদে। (১০৯)*

*[১০৫] সীঙেল্ কাম্বীরে, মনান লাংথ্রে মাম্ব, মপাল্ন থৌবান্দোংগী অঙাংবা চফু*

লোয়ঙাঙ্ থৌচু নিক্প লৈ, মখোক্ তাদি উপাল্ চয়রোঙ্ মান্ব, লৈরাং থৌচু নিক্প, সীলেল্  কাল্বী লৈন ইংখোল্ ফেরোয় নুংদ লৈরাং মনা লেক্লে। সীঙ্লেল্ মতা রাম্লে। অদুসুঙ্ মতোম্তে। (১১০)

[১০৬]মইতেংঙু পোইরই খুনচাওব মরৈ খঙ্নে। সীঙ্লেল্ কেতু লৈ লৈরাং মনম্ চাওব, সীঙ্লেল্ মনা তাদি ঙাঙ্সম্ নাতা মান্ব, লৈরাং মপাল্ তাদি চরাং হুইমই মাল্ব,পোইরৈ সোঙ্ন চল্দব, ৰাংঙম্ পাক্ন থেংনদব লৈনে। অৰা খুন্ঙম্ লৈ, চাওতাপ্ ফান লৈবু মইতেংঙু পোইরৈ খুল্মোম্বন খোইয়ম্ লাইয়িম্ চঙ্, চিঙ্ঙু লাইপাউ হাম্ঙইদ, মদাইরেম্ অরোঙ্চা লাইফম্ থল্ব, অপাল্ খাফম্ থল্বদ সীঙ্লেল্ লৈরোং থৎ লৈরাং লৈকা সেৎন লল্খাই লৈনে। মইতেংঙু পোইরৈ খুল্মোম্বন কংলা ফম্তোং লৈ, সীঙলেল্ কেতু লৈন লৈরাং মন্ম, চাওন নুংৰোন্লকলে। অদুসুঙ্ মতোমতে। (১১১)

[১০৭] নোংবাল্লোল্ মরাম্বী, পূঙ্লেল্ মখুৎ ফা, ময়িম্ খুল্ঙম্ পূঙ্, লাংপোম্ মিংনাইব ফান পূঙ্পু নাতৈনন, য়োয়পু খোইমোম্ লাইরেম্ম, লয়রোন্ লয়ম্ কিয়াং চাইবী, মাম্লেম লয়রোন্ নুংদ লয়খাঙ্ তরেৎ ঙাল্ন নোংসাবী, মাল্ফম্ লাইয়েংবী, কোল্ফম্ লইতাক্পী, মাম্লেম্ সনা লইথম্ লেল্বী, সীঙ্লেল্ মনাও য়োক লৈরাং মখূৎ থা, মনা খুমু নওরোং মাল্ব, সীঙ্লেল্ মপাল্ তাদি নুরা লংথোক্ তরেং মাল্ব, সীঙ্লেল্ থোৎন নম্ব লৈ, লৈরাং লীচৎতব, সীঙ্লেল্ উনাইদব,

---

*মাম্ব লৈ, মখোক্ উপাল্গী চৈরোঙ্ মাম্ব, লৈরাং লৈচু ফজ্ব, কাম্বীরৈন ইংখোল্নুংদা মনা লেক্থরক্নে। সীঙেল্ মতা লাম্নে। অদুনসু মরোইদে। (১১০)*

*[১০৬] মৈতৈ নিংথৌ খুন্জাওবগী মরমদম্দ, সীঙেল্ কেতুকী লৈন লৈরাং মনম্ চাওব, সীঙেল্গী লৈনাদি ঙাঙ্সম্ মতৌ মাম্ব, লৈরাংগী মপাল্দি মতু চোম্ব হুইগী মমৈ মাম্ব, মৈতৈন সোক্ল চিন্নদবা, নিংথৌকোম্নসু পাক্ থেংনদবা লৈনি। অৰা ঙম্ব লৈ, চাওতাপ্ ফানবা লৈবু মৈতৈ নিংথৌ খুমোম্বন লাই খোরম্দুন, লাইপাও তাবদ, মনাই অরোঙ্ মচা লাইফম্ লাক্পন থাবম্ লাক্পদ সীঙেল্ লৈচা সেৎলগ য়েন্নখিব লৈনি। মৈতৈ নিংথৌ পোইরৈ খুমোম্বন কংলো ফম্বাল্ তোংবদ য়াওব লৈ, সীঙেল্ কেতুকিন লৈরাং লৈনম্ ফাওরক্নবদ নুংওল্লক্নে। অদুনসু লোইদ্রি। (১১১)*

*[১০৭] অঙোম্ নিঙোল্ মরাম্বীগী, মশাগী অথোইব পূঙ (মশাগী লম্), মশান খুদুম্ চঞ্জব (ঙাক্চব) পূঙ্ (মফম্), লাংপোম্ ফানব পূঙ্বু নাতৈনরগ, অথোইবা লাইরেম্ম লৈরোন্ লৈম কিয়াং চাইবী, লৈপাক্ লৈরোন্নুংদ লৈরোল্ তরেৎ ঙাম্ন লৈবী, লৈবাক্ কায়হন্বী, লৈবাক্ শেম্বী, মাম্লেম্দ সনা থোক্হন্নিবন সীঙেল্বু নাওয়োক্প, লৈরাংবু মথূৎন থাজব, মনা অনৌবন নৌ মাম্ব, মপাল্না নিঙোল্গী লংথোক্ তরেং মাম্ব, সীঙেল্ থোৎন মনম্ নাইব লৈ, লৈরাং মরি চৎতব, সীঙেল্ মউ নাইদব, লৈরাং মনা য়াওদন শাৎপ লৈ, লৈ ওইবী লৈম কিয়াং চাইবীগী লৈশক্ খঙ্ (লৈবাক্ খঙ্), লৈপাক্কী*

লৈরাং নাফা নিক্ন পান্ব লৈ, লয়রোন্ লয়ম কিয়াং চাইবী মরইখঙ্, মাল্লেম্ লয়পাক লৈ। সীঙ্লেল্ মনম্ চাওব লৈন মনা উচু নুঙ্রাং থোংলক্লে। অদুসুঙ্ মতোমতে।(১১২)

[১০৮] মইতেংঙু চিঙ্পুরৈরেম্, খোইমোম্ লাইমিংনব, তূবী চারাইরোংব হুয়েল্ লোল্লোয় থাফব, সীঙলেল্ মরইখঙ্, মতাইরেম্ পুংয়াম্ ইংখোল্ চেক্কোল্ পম্লু হন্ব, সীঙ্লেল্ মখূৎ থানে। লৈরাং মনা তাদি কাইরই য়েল্খোঙ্ মাল্ব লৈ, সীঙ্লেল্ মপাল্ তাদি চোইনৌ সনা লুপা মাল্ব লৈনে। সীঙ্লেল্ মখোক্ থৎন চইরই ফিচু লৈ, কাবা ফাম্নোই লৈ, আফিং তাপুল্ লৈ, থারুক্ ঙাওনাই লৈনে। ময়তেংঙু তূবী চরাইরোংব মরয়খঙ্, পুংয়াম্ ইংখোল্ সঙ্ব মখূৎথা, সীঙ্লেল্ পূৎপাল্ লৈবু পোইরৈচা পাখংন চিল্নইকিদি সীঙ্লেল্ লৈরুং হল্বন মান্ব সম্চিল্ লুরোই কক্ন থৌখাম্ লৈ, ৱাংঙম্চা নুরান থৎনইকিদি মোম্নু তাঙ্জ সম্জি কক্ন থৌথিং লৈনে। অফিং তাপুন্ লৈ, কাবা ফাম্নোই লৈ, চইরই ফিচু লৈ, সীঙ্লেল্ পূৎপাল্ লৈন চোয়নৌ সনা লুপা মাম্লে। মপাল্ ঙৌনা সারে। অদুসুঙ্ মতোমতে।(১১৩)

[১০৯] মচন্ লয়ম নাৱায়তোং, মনিং লয়ম ফিসাতোং কৌবদি কদৌনোংগিনো। অঙৌবা সেল্বী লাঙ্লোই ঙম্ববু অয়ুক কংলা থৌকা ঙল্য়ে। নুমিতাং কুচু থৌকুম্ থেঙ্পকিতমক্ মসানৌ তম্ফা ৱাংঙম্লোল্ খুৱায় লয়ম

---

*লৈপাক্লৈ। সীঙেল্ মনম্ চাওব লৈন মনা উচু নুঙ্রাং (মনুংদগী মপান্দ ফোঙ্লক্প মচু) থোক্লক্লে। অদুনসু লোইদ্রি।(১১২)*

*[১০৮] মৈতে নিংথৌ চীঙ্বুরোই পুম্বগী মপূ, লাইগী মশক্ ওইব, তূবী চরাইরোংব লান্দ থৌব লাম্নোইলক্ত থাফব, মাগী সীঙেল্ লৈশক্ খঙ্, মনাই পুয়াম্চা পম্লু হুম্বগী ইংখোন্দ মখূৎমক্ল থাবিখিব লৈনি। লৈরাংগী মনাদি য়েন্গী মখোঙ্ মাম্ব লৈ, সীঙেলগী মপাল্না অরংব সনা লুপা মাম্ব লৈনি। সীঙেল্গী লৈখোক্ থৎলগ ফি শঙ্নবা লৈ, কাবা হায়নসু কৌনবা লৈ, অফিং কাব লৈ, মাবু শোক্লরুম্বদ অঙাওবগী মতৌ ওইব লৈনে। মৈতে নিংথৌ লাইওইব চরাইরোংবগী মতীক্ খঙ্ব, ইংখোল্ মপূংয়ায় ময়াম্বু সঙ্নবগী খূৎথা ওইব, সীঙেল্ পুষ্প লৈবু পোইরৈ মৈতৈন থেৎ, পাখংন চিল্লবদি সীঙেল্ লৈরুং হুম্বন মশম্ কক্লগ থাম্ব লৈ, চনুরা ওইবিশিংন থেৎলবদি নিঙোল্গী মায়থোং শম্জি কক্লগ থিংনব লৈনি। অফিং কাব লৈ, কাবা কৌব লৈ, ফিদ চুব লৈ, সীঙেল্ পূৎপাল্ (পুষ্প) লৈন অরংব (চোইনৌ) সনা লুপা মাম্লে। মপাল্ ঙৌন শাৎলে। অদুনসু লোইদরি।(১১৩)*

*[১০৯] মচল্ লৈম নাৱোয়দোং, মনম্ম লৈম ফিসাদোং কৌবদি করিদগীনো? অঙোম্গী লাঙ্লোই ঙম্ববু অয়ুক্ কংলা কাবা ঙল্হম্ব, নুমিদাং ৱায়েন্শঙ্দগী কুম্ব থেঙ্বগিদমক্ মসানৌ নিংথৌগী মচা ইবেম্ম খুরায় লৈম ওইবী, সগোল্ শঙ্ লিংবী (য়ুম্*

কোল্‌তাইপী লাংকোই মপী মচাবু কোল্‌ম তইবী, ৱাংঙম্‌লোল্‌ নুকেংনু সাফবীন ৱাহম্‌খিয়ে। ইসাবী অঙৌবা সেল্‌বী লাঙ্‌লোই ঙম্বরো নঙ্ন অয়ুক কংলা থৌকা ঙল্‌ব, নুমিতাং থৌকুম্‌ থেঙ্ব অসিবু পোইরই চনুরা সাফবী, ৱাংঙম্‌ সম্‌জি লাক্‌পীদ সীঙ্লেল্‌ সেংথনব, লৈরাং খাইথনব নরিঙইনে হায়ন ৱারোই ঙম্‌য়ে। অঙৌব সেল্‌বী লাঙ্‌লোই ঙম্বন পাওখুম্‌খিয়ে। সানৌ তম্‌ফা ৱাংঙম্‌লোন্‌রো, ৱাংঙম্‌ নঙ্গি নপান্‌ব, তম্‌ফা নঙ্কি নতিক্‌নব সীঙ্লেল্‌ নচু মাল্‌ববু পূম্না লৈতে। সীঙ্লেল্‌ কনাদ থেংথন লৈরাং কনাদবু খাইথনসিবনো। নুরা খুতই মায়তইন, চোম্‌লাং কাওবী ইনাসিবু লল্‌হোংবসুং পূম্‌ন লৈতে।

নতু নিংথৌ চিঙ্খোঙ্‌ লম্‌কাই ঙম্বদি অয়ুক্‌ কংলা থৌকা ঙল্‌বদি সাবল্‌ পল্‌থোঙ্‌ সিনম্‌নয়ে। নুমিদাং ফম্‌কুম্‌ থেংবদি পোইরৈ মীতু সক্‌পাম্‌বা, মোম্‌নু খুতোপ্‌ লৈতোয় বা, মীমৌ তাংথ বা, লওরক্‌ সীঙ্কোঙ্‌ ৱাবু সোঙ্‌ মনা লেকলে। নুমিদাং ফম্‌কুম্‌ থেঙ্বনে। তম্‌ফা ৱাংঙম্‌লোল্‌রো নদু নিংথৌ চিঙ্রোঙ্‌ লম্‌কাম্ব, নোংপোক্‌ সানা তউবা, চোইনৌ সনা লম্‌কাম্বা মংসা চওথেং কোইগি সীঙ্লেল্‌ মপাল্‌ ফুক্‌ন উল্লকপ লৈনে। হুয়েল্‌ খেন্‌ লোঙ্ব ফান লৈনে। খুচু খোল্‌মইদ থাব লৈবু লৈরাং খুমু অনী হুল্‌, সীঙ্লেল্‌ লৈরোং অহম্‌দি নদু নিংথৌ চিঙ্খোঙ্‌ লম্‌কাই ঙম্বন থেংনরওয়ে। লৈরাং লৈকা অমদি সীঙ্লেল্‌ অইৱোল্‌দ সেংথলক্‌লে। লৈরাং অয়ৱোন্দ খাইথরক্‌য়ে। মংসা খুল্‌ঙম্‌ লৈ অসিবু ৱাংঙম্‌ নঙ্গি মপানে। তম্‌ফা নতিক্‌নবনে। হায়নদি মেন্‌ববু তৌয়িকিতি

---

*কোন্‌বী মচা-মনাও য়োক্‌পী) নুংকেংনু সাফবীন হায়খিয়ে। ইসাবী অঙোম্‌ মচা কবো ঙম্বরো নঙ্ন অয়ুক্‌ কংলা ঙম্না কাবা, নুমিদাং থেংন কুম্লক্‌পসিবু লম্‌দম্‌সিগী মশক্‌ ফজবী, নিংথৌ মচা ওইবী কনাওম্বীগা সীঙেল্‌ লৈথেংন্‌, লৈরাং খাইনদুন চিনমিম্নরবরা (কোয়নদুনা মরি লৈনরবরা) হায়ন শাউরম্মে। অঙোম্‌চা কবো ঙম্বন পাওখুম্‌খি। সানৌ তম্ফা ইবেম্ম! ৱাংঙম্‌ নঙ্গী নশক্‌ নতৌ, তম্ফা নঙ্গী নতীক্‌ নয়ায়গ মাম্ব লৈশক্‌ নঙ্গ চাংদম্নব য়াব অমত লৈতে। সীঙেল্‌ কনাদবু লৈরাং করিদবু য়েংলুগদগে। নিঙোল্‌ কনাদবু পুক্‌নিং লোঙ্লুগবনো নুপী অমতগ তীম্নরব, থমোয় লৈরাং পীথোক্‌লুব লৈতে।*

*নবুং লম্‌কাই ঙম্বন অয়ুক্‌ অঙম্বদগী কংলা কারিবদি থবক্‌ থৌরম শীন্দোক্‌প, য়েংশিন্‌-লাক্‌শিন্ন চৎলি। নুমিদাং থেংন কুম্লক্লিবদো মীগী নুপী ফজবী পামবগী, কোইরু লৌরুবগী বা, ময়ুম্‌ পাল্লবী মৌ ওইবীশিংগী বা, মীগী মকাদ য়েৎপগী ৱাদি নাচুংদে। নুমিদাং ফাওব ফম্‌দুন খম্নবদগী থেঙ্বনি। মচা ইবেম্ম তম্ফা! নবুং চিঙ্রোঙ্‌ লম্‌কাম্বা, নোংপোক্‌ সনা ওইব, চোইনৌ সনা লম্‌কাম্বন কবো মংসা কোইরগ লৈরাং মপাল্‌ ফুল্লগ পীরক্‌প লৈনি। লান্দ খেল্‌লোঙ্ব ফানব লৈনি। খুৎচুব খেল্‌গী মমৈদ থাব লৈন লৈরাং খুমু অনী চোঙ্‌লে, সীঙেল্‌ লৈগী চরোং অহম্‌দি নবুং লম্‌কাই ঙম্বন থেংনহৌরে। লৈরাং*

তম্ফা বাংঙম্লোল্ নুকেংনু সাফবীন বাহম্খিয়ে। ঈরইম অবা চনু থংদা নোংবাম্লোল্ চাখা তাংখোম্বী, হাউকপ্ কারাম্ চাওবী, ঙাংচেং লম্নেল্বী, খোইনৌ লিক্লাই লোক্পী হুয়েল্ নিংথৌ ফাবীবো লৈরাং অসিবু ইদু নিংথৌ চিঙ্খোঙ্ লম্কাই ঙম্বন লহাল্ মংসা খুঙম্নোংদ লোক্লকপ লৈতা আরা হায়ন পাওহংববু হোয়দা আ ইচন্ লয়ম তাবা বাংঙম্ লোল্বো নতা নিংথৌ ইসাবী চিঙ্খোঙ্ লম্কাইঙম্বন লহাল্ মংসা খুল্ঙম্বদ লোক্লক্প লৈনে। খুচু থোল্লাংমইদ পান্ব লৈনে হায়ন পাওখুম্খিয়ে। তৌইগিদি ইনিঙ্ লয়ম থংদা নোংপাল্ লোল্বো সীঙলেল্ অসিবু সঙ্দিঙ্ ফিসাবদ চিন্নবো। নচন্ লয়ম অয়দি মোম্নু সুনা লংলৌ থীবদ শীঙ্লেল্ ইতোম্ থেৎনগে, লৈরাং ইতোম্ চিন্নগে হায়খিয়ে। অদুনোংগিবু মচন্ লয়ম নাবায়তোং। মনিং লয়ম ফিতোংবো তৌন কৌয়ে। মচল্ লয়ম নাবাইতোং, মনিং লয়ম মফিসাতোং, লাইরেল্ চিঙ্খোঙ্ লমকাই ঙম্ব মংসা খুল্ঙম্ লৈন মপাল্ ঙাঙ্ন সারে। চিঙ্হাও মপাল্ ফারে। অদুসুঙ্ মতোমতে। (১১৬)

[১১০] খোইয়ম্ লাইনিংথৌ সরকান্ (স্বর্গ) লয়বাক্কি লাইয়িংথৌ উচেক্ গুরোল্ (গবুর) তোংব, তেৎনৌ চয়বুল্ সুব, বাহোং মতু চিন্ব, সীঙ্লেল্ মরইখঙ্, পামেল্ কদোম্ লৈ, মনা খোংনাং নাতানব, মপাল্ তাতি থম্বাল্ লৈরিক্ মাল্ব,

---

*অমদি ঐগী ওইন খাইহৌরে। ঐন লৌহৌরে। মংসা খুনবু ঙম্ব লৈ অসিদি নিংথৌগী মচা ওইবী ইবেম্ম নঙ্গী নপান্দগীনি। তম্ফা নতীক্ লৈবীনি। হায়ন থেম্জববু মতৌ অদুন্না তম্ফা নিংথৌগী মমোম্ ওইবী লুকেংনু ফজবীনা হায়রক্খি। ঐখোয়গী ইবেম্ম অবা নিঙোল্ অঙোম্গী চাখা তাংখোম্বী, হেম্না কারাম্ চাওবী, লমকেং লম্হেম্বী, ইতা লিক্লাই লোক্পী, লান্দ নিংথৌ ফাবীন লৈরাংসিবু ইবুং নিংথৌ চিঙ্খোঙ্ লম্কাই ঙম্বন নহাল্ কবোগী মংসা খুন্ ঙম্বদ ফংলক্প লৈ নত্তবরা হায়ন পাওহংববু হোয় ইচল্ লৈম ইবেম্ম, নবুং নিংথৌ চিঙ্খোঙ্ লম্কাই ঙম্বন নহান্ মংসা খুন্ ঙম্বদ ফংলক্খিব লৈনি। খুচু থোল্লাং মৈদ পাম্ব লৈনি। পোইরে মৈতৈন সোরু-চিন্নদবা লৈনি। য়োয়বু য়োয়হেল্ (অচৌ-অশাংগী ওইব) শিংন চিম্ব লৈনি হায়ন পাওখুম্খি। তৌইগুম্বসুং/ তৌবগীদি ইনম্ম লৈম অঙোম্ নিঙোল্শিংনসু লৈসিবু ফিসাবদ চিন্নৌ। নচন্ নুপী ঐন সুনা খম্বদা ইতোম্ত চিন্নগে হায়খি। অদুগীদমক্ মচল্ ইবেম্ম নাবায়দোং, মনম্ম ইবেম্ম ফিশাদোং হায়ন কৌই। মচন্ লৈম নাবাইদোং, মনম্ম লৈম ফিশাতোং, নিংথৌ চিঙ্খোঙ্ লম্কাইঙম্ব মংসা খুন্ঙম্ লৈন অঙাঙ্ব মপাল্ শাৎলে। চিঙ্প্রাও মপান্ ফারে। অদুনসু মরোইদে। (১১৬)*

*[১১০] লাইরৈবাক্কী নিংথৌ স্বর্গগী মবুংঙো গবুর কৌবা উচেক্ তোংব, য়োৎকি চৈ পায়ব, বাহোং মতুগী চুড়া উপ্প, সীঙেল্ লৈশক্ খঙ্, উপাল্ কদম্ লৈ, মনান খোংনাং মনা মাম্ব, মপাল্দি থম্বাল্ লৈরিক্ মাম্ব, নুংশিং লোয়নবা, মালং লেংগোম্বব,*

মাল্লং চয়রোয়নন, খম্গোন্ লেংতিন্নন, লৈরাং মনম্ চাওব লৈন চেংলয় লম্ম হল্দ, বাঙ্কোল্ ফেলচেং লয়, খোইয়ুম্ সনা মখোঙ্ খাদ সীঙ্লেল্ মপাল্ফা, লৈরাং মরিক্ চোল্লক্লে। অদুসুঙ মতোম্তে।(১১৭)

[১১১] মইতিংঙু তুবী চরাইরোংব, খোইয়ম্ লাইমিংথোংবু সৈবোন্ব তপং চিঙ্দোল্গি, হুয়েল্ চিঙ্চয়োয় ফাব লাংলেল্ মনাওয়োক্, কোঙ্য়াঙ্ মখুৎ থা, লোক্লও তাংদা য়াম্ব, লাংসু খুল্ঙম্ বা, তয়ুম্ ইবাক্মন হইয়া লাওল সৈথিরক্কে। লাংসু খুল্বা বো, কৌবদি কোঙ্য়াঙ্ বাপুল্ মগিন কোঙ্য়াঙ্ বানৌ তোল্, বাস খন্ফৈমন কাওরেল্ তোল্ লেংনাও চয়, মকোক্ তাংজ লিল্লু মাল্ব, মময় তেৎনৌ কোন্থাঙ্ চাচল্ লেংব চয়বু বোইনয়ে; কোঙ্য়াঙ্ মতাংমন তরা চাসিল্ তোংবু বোইনয়ে। কোঙ্য়াঙ্ মতাং মন বাংলয় লিবোঙ্ তোংবু বোইনয়ে। কোঙ্য়াঙ্ হংকেল্ মচেৎ মন পারোঙ্ য়াথিল্ বোইনয়ে। কোঙ্য়াঙ্ হংকেল্ মচেৎ মন লোক্লৌ সাচি সা, কোয়াঙ্ নাক্তাই পাঙ্মন্ মোম্নু সুনা লংবোৎ চয়বু বোইনয়ে। খোঙ্মু কোঙ্য়াঙ্ বাতুপ্ মন হংকেল্ তাইখঙ্ লাক্নয়ে। পৌরা লুরুক্ চল্ ইন্ফুই মাইরং সোল্ন লেম্লই ঙাচোপ্ থেম্নয়ে। কোঙ্য়াঙ্ মচেৎ মন কাংপুক্ লিতিং লাং, কোঙ্তই চেল্খাই লাং, সোঙ্ব উকাই লাং, থুম্নাও চারোক্ লাং, য়েন্নাও চাউল্ লাংবু বোইনয়ে। লাংলেল্ মতুপ্

---

*লৈনম্ চাওব লৈরাংন খুরাই খুম্দা (কোনুং) অহান্বদ, লাইন শেম্ব লৈবাক্তা (চীঙ্ন কোয়ন পনশাব তন্না কোইন পাম্ব লম্), লাইগী সনা মখোঙ্ (ইবুংঙোগী মফম্দ কৎচ-চঙ্জনব ওইব) খাদ কংনব সীঙেল্ লৈশক্লম্ব লৈন মপান্দা, লৈরাং লৈরিক্ চোম্লক্লে। অদুনসু লোইদে।(১১৭)*

*[১১১] মৈতৈ নিংথৌ তুবী চরাইরোংব, লাইন থাব- লাইগী সাইওন ওইব, তাবুং চিঙ্দোল্দগী ফম্বাল্ লাল্গী চরোই ফাব, মচা মনাই য়োক্প, মখুৎন থাজব বা, মতাং কয়া থোক্প, লাংসু খুন্বু ঙম্ব বা, ননাই অশৈবন লাই শোম্দুন শৈথাজরক্কে। লাংসু খুল্গী বা কৌবদি বাগী বাপন্ অমদগী অনৌবা বা, বাসা মখল্ অমনা সল্শেল্-সলঙাক্ চৈ ওইব, বাগী মকোক্ক লিল্ মকোক্ মাম্ব, মতোন্দ কোন্ তোপ্পগ চা চন্দুন কোম্বাং হুক্রগ চৈ ওইনব, বাগী মতাং অমন ফৌ ওম্নব উতোং ওইনব, বা মতাং অমন য়ু ওম্নব কাঙ্গল উতোং ওইনৈ। বাগী মচেৎ (বাচেৎ) ন হঙ্গেল্ অমদি পয়া য়াথিল্ পোরোঙ্ ওইনৈ। বা মচেৎ অমন শা ফানবা লাং শায়, মচেৎ অমন পয়া শিরগ লোং পোনচেপ্, পজেং, খরাই, সংবাই নচিংবা শানৈয়ে। বা তম্বায় অমন নিঙোলগী সুনা লংওৎচৈ তওৎ ওইনৈ। উমু বাগী মতুপ্ অমন হঙ্গেল্ মতাং কীনৈ পুম্নৈ। ইন্ শোম্নবা পৌরা, ঙা ফানবা-ফৌনবা চৈ শেম্নৈ। বাগী মচেৎ অমন কবুক্ লোম্দ থেক্রগ লি কিদুনা লাং শেম্মী, খোঙ্দ থুনব লাং, উকাইলাং নারক্ত থাম্নবা, উচেক্ উথুম্ মচা ফানবা লাং, য়েম্নাও য়োম্নব লাং ওইনৈয়ে। মাগী মতুপ্ অমন অক্লা কারোং শেম্নগা পৌরাংখোক্ লং ফৌনব চৈশু ওইনৈ। হিগোক্ লংখন্ চৈ ওইনৈ।*

মন আলা মেংকম্ সান পৌরা লংলোক্ চয়বু বোইনয়ে। হিকোক্ লংথোক্ চয়বু বোইনয়ে। কোঙ্‌য়াঙ্ বাতুপ্ মন পাখঙ্ বাইর সাতাল্ থোক্, হুয়েল্ লাল্‌তা খোক্‌পু বোইনয়ে। কোঙ্‌য়াঙ্ মতুপ্ মন অবুপ্‌পদি লীগ বোই, অরোংবদি তেল্‌গ বোইয়ে। হুয়েল্ লাল্‌তা নয়ে। অদু নোংগিবু লাংসু খূৎঙম্ বা বো তৌন কৌয়ে।

লাংসু খূৎঙম্ বাবু লাইরেল্ মইতেংঙু খোইয়ম্ লাইমিং থোংবু সৈবোন্‌ব হুয়েল্ চিঙ্‌জারোংব ফাবন মসানৌ নোংপোক্ কইথেল্ থাল্‌বী, লোইবী কোইরেং অকোঙ্ লোইগি হুয়েল্ মরাঙ্‌বু ফাবীবু লইকাই তোম্‌ফাং কেল্, লাল্‌লোই ময়াই খায়ন হোয়থিঙইদ, য়োয়বু পীমাবীবু মরাল্ নুহোঙ্ খোঙ্‌তোংঙইদ ময়ুম্ নোংয়াই খোয়ব তেল্‌হৈব, লাংলেল্ কোঙ্‌য়াঙ্ মখূৎথা, মলাংসু খুল্‌ঙম্ ফাবী, সীঙ্‌লেল্ মরৈখঙ্ মদাইরেম্ চারি পোল্‌লিৎ সেম্‌ন, চারা মখূৎ থা, মোসোঙ্ লালরুং হল্‌ব, সীঙ্‌লেল্ মনাওয়োক্, লৈরাং মখূৎ থা মনা তা়দি সনা খোংনাং নাতাল্, মালেম্ লয়দ চৎলবসুঙ্ ঈরোক্ লাইচম্ লাল্‌ব, তল্‌লা উতোল্ লোম্ব লৈনে। তম্লা মপাল্ ফা পামেল্ নম্‌পলা, সীঙ্‌লেল্ উরী লৈন লৈরাং মনম্ চাওরে। মালং চইরোয়নন নম্‌লক্‌প লৈনে। মদাইরেম্ মসোম্ লৈরুং তন্‌বন বাংঙম্ চনূরান চিল্‌হৈকিদি মোম্‌নু তাংজ সম্‌সি কক্, সমু তুংদ লই, পরই লাল্‌গসা, চুবা ঙইতং ফেল্‌ন থৌথোং লৈনে। পোইরইচা পাখংন থেৎনইগিদি পাখং মান্‌ব সম্‌চিল্ কক্, থাঙ্‌লেল্ মখুম্

---

*বাগী মতুপ্ অমন পাখংগী শাতাম্নব চৈ, লান্দা চৈ ওইনৈ। বা মতুপ্ অমন উপ্না কোম্লগা লীরুং ওইনৈ, লোংন কোম্লগ তেল্ ওইনৈ। লান্দা শিজিম্নৈয়ে। অদুগীদমকপু লাংসু (মরম্‌ত্তব) থৌঙম্ব বা হায়ন কৌনৈ।*

*লাংসু খুল্ ঙম্বগী বাবু লাইগুম্ব মৈতৈ নিংথৌ লাইন সাইওনলকপ লান্দ চিঙ্‌জারোইবু ফাবন মসানৌ লৈম নোংপোক্ কৈথেল্ থাম্বী, কোইরেং চীঙ্‌গী অকোঙ্ ঙম্বীবু লৈকাই মমাঙ্‌দ লাল্‌লোই (গুগুনু মথাগী লম্) ময়ায় খায়ন থিব চৎঙৈদ, লৈবাক্কী মপী মপা ওইবী ইবেম্মবু লুহোঙ্ খোঙ্‌দোংঙৈদ খুমল্ মচা খোয়ব তেল্‌হৈবন থাব বা, মরাংসু ফাবীগী লম্‌দ মনাইশিংন শেম্ শাদুনা সীঙেল্ চার শেম্লগ থাখিব, মোশোঙ্ লারুং হন্‌বন সীঙেল্‌গী মরোই মনাও য়োক্, লৈরাংবু মথূৎমক্না থাজ্জবগী লৈনাদি সনা খোংনাং মনা মাম্ব, লৈমায়দ মরি চৎন হৌরবসু লোক্-তায় মাম্ব উতোল্ লোম্ন কাবা লৈনি। মাগী পাম্বীন মপূংফা কারিব উপাল্‌বু নম্‌দুন মথক্ত তোং, সীঙেল্ উরী লৈন লৈরাংগী লৈনম্ শন্দোরক্রে। নুংশিংক লোইনন নম্লকপ লৈনম্নী। মনাই মসোম্ লৈরুংবন তাক্‌পদি ইন্‌থংলক্লিবী চনু নিঙোল্‌শিংন চিম্নরবদি মশম্ কক্, মথূৎ তুংবুম্নরগ মখজ্জাইদ খুৎপাক্ন থাদুন থিংব লৈনি। পোইরৈ মৈতৈ পাংখংশিংন থেৎনরগদি পাখংগী লুমাং শম্‌জ্জি কক্ (মরু কোক্ন), থাঙ্গন য়ান্‌গে হায়ন থিংবা লৈনি। মচা ইবেম্মা তম্ফা খয়োয়রোল্ খাগী কৈথেল্ থাম্বী, কৈরম্ উকুরোন্দগী লান্দ মেন্দাইব ফাবীগী*

হাংন নৌখাম্ লৈনে। য়োয়বু তমফা খয়োয়রোল্, খা কইথেল্ থাল্বী, কৈরম্ উকুরোল্গি হুয়েল্ মেল্তাইব ফাবী, সীঙ্লেল্ মরইখঙ্, উরী লৈনুংসি চইরই ফিকোল্ নুংদ য়াতা রৈন থৌবী লোক্চুম্ হেল্লক্লে। পামেল্ উতোল্ ঙাল্লক্লে। অদুসুঙ্ মতোম্তে। (১১৯)

[১১২] নোংবাল্লোল্ নুমোইনু অহোঙ্বী, নোয়ন ঙম্তম্ ফম্, মোংব সাপই মাঙ্দ অয়াঙ্ চারা লোই, লেম্থোঙ্চা পাখংনে অয়াঙ্ মইগ কোয়, তিংখং মইফু তই, খারা খেক্বায় নপূঙ্লেল্ খুদানন নোয়ন ঙমতম্ ফম্, মঙাং কোরি থরাওচি, থোঙ্লেল্ পাও বাক্ন, কসা পাওতাক্ ফম্, ঙান তওসুফম্, হাওরৈ মতম্ হইবী, নোয়ন ঙম্তম্ ফম্দ হওব লৈবু লৈয়ে। পাম্লোই খুল্ঙম্ লৈ, সীঙ্লেল্ চাপূঙ্ থোল্ন পাল্ব লৈনে। লহাল্ হয়িঙইদ চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোল্ন মাম্লেম্ খুল্ ফাওরক্ঙইদ মসাবী লয়নুঙ্ থোঙ্ঙারেল্ অহল্বন, সবা কংলয় পূঙ্ফাবন মসানৌ খুল্বী মোংমা হল্দ, সীঙ্লেল্ খয়োম্ সান হুইবীরক্ (প) লৈনে। ময়ম্ খম্নুংন পীনববুদি হুইবীববো তৌন কৌয়ে। অদু নোংকিবু চহুই লৈরিক চিল্, মেল্ সনা মেল্তোম্ পোক্ বাহইরাং, নিংথৌ মপল্ পম্লৌন চিম্নফম লৈবো তৌন কৌয়ে। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোল্ন তুবী য়োয়নোংদ নোংদা লাইরেল্ পাখঙ্বদ সীঙ্লেল্ খয়োম্ সান লম্বোক্নরব লৈনে। সীঙ্লেল্ মখুঙইদি বাহইরাং কৌয়ে। লৈরাং মহল্ থঙ্দি মোংসনা মেল্তোম্পোক্বো

---

*লৈনি। উরীরৈ মনম্ নুংশিব ফিম্নুংদ য়াতাব লৈন লোক্মাই হেন্নক্লে। উগী উতোল্ ঙান্নক্লে। অদুনসু মরোইদে। (১১৯)*

*[১১২] অঙোম্ নিঙোল্ নোংমোইনু অহোঙ্বীন জগোই কথখিব মফম্, ময়ুম্ মমাংদ (সুমাংদ) চার শেম্ব, লৈঙাক্লোয় পাখংশিংন মৈরিংদুন, তিংখংন পল্ থাদুন, খারা কৌব পাংকি উচেক্ক চাক্তাব মফম্দ জগোই শাখিব, মঙাং কাংলুপ্কি কোরি থরাও জি খোংকন, অথোইব থোঙ্দ পাউহাইব কসা পাউতাকফম্, ঙাগী শাম্নফম্, মতম্ নাইন পূম্নমক্কী জগোই শাকম্দ হৌব লৈবু লৈয়ে। চীঙ্গী খুন্বু ঙম্ব লৈ, সীঙেল্ চরোং চুম্ন পাম্ব লৈনি। মমাংঙৈদ চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোল্ন লম্দম্ (মৈতৈ লৈবাক্তা) সিদ খুন্দাব লাক্পজ ময়াম্বুং লৈনুঙ্ থোঙ্ঙারেল্ ময়ুম্ পান্দুন মেরৌ-মশিং লৈরবন (বাত্ত পাত্রব) মনাও নুপা মৈত্রবাক্তা হাম্ন খুন্দাবদ, সীঙেল্ লৈয়োম্ শেম্নগ পীবিরক্প লৈনি। অশি লৈবাক্ক (কবোন) পীববু হুইবীব হায়ন হায়নৈয়ে। অদুদগী চাহুই লৈরিক্ চিল্, মেল্ সনা মেল্তোম্পোক্ বাহইরাং, মপা-মপূ নিংথৌশিংন চিম্নব লৈ হায়ন কৌই। চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোল্ন তুবী য়োয় (লাইশক্ ফোঙ্ব) নোংদা লাইরেল্ পাখংবদ সীঙেল্ লৈয়োম্ শেম্ন কংনরক্প লৈনি। সীঙেল্ন পোম্নিঙৈদি বাহইরাং কৌই। লৈরাংন শাংলবদি মেল্ ম্না মেল্তোম্পোক্ হায়ন কৌই। বাহইরাং নিংথৌগী মপল্ অমদি মচল্বু ফানবা লৈও, সীঙেল্গী সোয় মপূঙ্ (লৈন শাংলি হৌরিব মফম্,*

তৌনা কৌয়ে। বাহইরাং নিংথৌ মপল্ মচল্ ফান লৈবো, সীঙ্লেল্ সোয়চা পুঙ্থোল্ চহই লৈরিক্ চিন্দ সীঙ্লেল্ মপূল্ন ঙালন নোংসালক্লে। অদুসুঙ্ মতোম্তে।(১২০)

[১১৩] কংলয় মদাইমদ, য়োয়বু খোইমোম্ লাইরেম্ম, লাইরিক্ লয়ম, সীঙ্চা খোম্বী সীঙ্তুম্ নিঙ্থও কন্বী, সুক্মই নারিল্ সোল্বী মরেখঙ্নে। সীঙ্লেল্ লৈকাপোক্, পান্ব কপোক্ লৈ, সীঙ্লেল্ মনা তাদি সনা লৈখাম্ মান্ব, পান্ব কপোক্ লৈনে। নোংথৌরেলগি মতাইরেম্ তুবী চিঙ্খোঙ্ নাক্তইগি চসপে সমকক্সি লোইবী হাওসম্ কক্পন নাক্খং তুংসোল্সুগি খুয়া লোল্-হায়ন, পোইরয়চা পাখংন চিল্নইগিদি পাখং নাল্ব সম্জিল্ কক্ন থৌখং লৈনে। ম্রাংঙম্চা নুরান, চনুরান থেৎনইগিদি মোম্নু তাঙ্জ মসম্ কক্ন থৌথিং লৈনে। পান্ব কপোক্ লৈনে। সীনৌ লৈকাপোক্ অপাল্বন মপাল্ ঙাঙ্ন সারে। সীঙ্লেল্ মরিক্ চুম্লে। লৈরাং থাম্ন উ চাওরে। অদুসুঙ্ মতোম্তে।(১২১)

হে লিক্লাইবো। ইপুঙ্থৌ নোংথৌরে পুমাববো। নদাইরেম্ চিল্গোই য়িবাক্ মান পোইরই লোইদাম্ মনুং বোইরক্পগি সীঙ্লেল্ লৈচু, লৈরাং মতম্ মন্ন, সীঙ্লেল্ লৈপুম্মবু, লৈরাং সুপ্তিল্ন হরাওন তেংথালম্বনে।

---

*লৈকোন্দ) অচুম্ব লৈগী লৈরিক্ চোম্ব লৈন মপূন (চবুন্) ঙৌন শাংলক্রে। অদুনসু লোইদ্রি।(১২০)*

*[১১৩] কংলৈ লমদম্দ (ইম্ফাল কোনুংদ) চৎনব (খোরম্নব) খ্বাইদগী মকোক্ থোংবা লাইরেম্মশিংগী মরক্তা মহৈগী মবেম্ম লাইরিক লৈম, কলম্ পায়বদ পক্চবী থৌনা লৈবী, লৌশিং থোইবী, লাইরিক্ ইবিগী মরম্দনি। সীঙেল্ লৈকা য়াম্বী, অঙৌব-অপাম্ব কবোক্ লৈ, সীঙেল্ লৈনা মওংদি সনাগী লৈখাম্ মাম্ব, অঙৌব কবোক্ লৈনি। নিংথৌরেল্গী মনাই চীঙ্-তম্দ তাবশিং পে মওংগুম্ মশম্ তুবৎ কক্প, চীঙ্গী হাও মশম্ কক্পশিংন তুমিন্ লোম্না (তুংলোম্দগী) খোঙ্ তপ্ন থাংলগ হেক্রবদি (চিন্নবদি), পোইরে মৈতৈ পাখংশিংন চিন্নরবদি পাখংগী মরু কোক্রগ থৌ-থিংই খঙনব লৈনি। নিংথৌমচা-নিংথৌকোলগী চনু নিঙোল্শিংন থেৎনরগদি নিঙোল্গী মশম্ কক্কনি হায়ন থিংখিবা লৈনি। পাম্নি-হৌরিবা কবোক্ লৈনি। লশিং মোইথাপ্কুম্ব লৈ কবোক্ অপাঙ্কনা মপাল্ ঙাঙ্ন শাৎলে। সীঙেল্ মরিক্ চুম্লে। লৈরাংগী মউ চাওরে। অদুনসু লোইব নতে।(১২১)*

*হে নতিক্ নঙাল্ লৈব নিংথৌবো, নিংথৌ পুন্নমক্কীসু নিংথৌ ওইব নিংথৌরেল। ননাই শৈরেং শৈশক্পন মৈতৈ পোইরৈ লমদম্ন কুম্-থা হৌরক্পগি মতম্দ সীঙেল্গী লৈচু, লৈরাংন শাৎপ মতম্ খায়ন, সীঙেল্ লৈশক্শিংবু পুম্ন (শুপচিন্দুন) হরাও নুংঙাইনবগীদমক্ খঞ্জবনি।*

হরি হরি রাম্ রাম্ম। ইব লাইরিক্নে। লৈরাং অসুপ্ য়াম্বগি মচু মমেল্দি কনা হায়ঙম্লোইয়ে। লৈগি মসিঙ্সুঙ্ কনা থাঙম্লোইয়ে। কুরুচোল্ লাইরোইবসিংবো। শ্রীকুরুবেনম নম। হরিবো হয়াহে য়ুম্সে য়ুম্ হই য়ুম্। হরি হরি।

---

*হরি হরি, রাম্ রাম্ শোন্দুনা ইজব লাইরিক্নি। লৈ অশুক্ য়াম্বগি মচু মমেল্দি কনানসু হায়ব ঙম্লোইয়ে। লৈগি মশিংসু থাব ঙম্লোই, গুরুজন্ লাইগুম্নব পূন্নমক্। শ্রীগুরবে নমঃ নমঃ। হরি হয়া হে য়ুম্সে য়ুম্ হৈ য়ুম্। হরি হরি।*

লোইরবা।

